**CHINGLON KAYA LANNA** an autobiography in Manipuri
by N Kunjamohan Singh Sunanda Publications, Imphal

অহানবা ফোঙবা  ২০১৩


ফংফম  মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ
পাউনা বাজাব, ইম্ফাল ৯৭৫০০১

মযেক শাজিনবা
অমসুং
নম্ফম  সি ডি বাইট কম্প্যুটব, যাইস্কুল পুলিস লেন, ইম্ফাল

মমল  লুপা ২০০/- (মখুম অথাবা)
লুপা ১৭০/- (মখুম অচম্বা)

চীংলোন মাপন বাংমদা
মনিপুরি লোম্মা
লাইরিক তম্বা হোৎনবদা
থৌদাং কয়া লৌবিখিবশিং
মখোয় অদুগী মফমদা
ইকোক নোম্মা

**অইবা অসিগী হৌজিক ফংলিবা লাইবিক থবা -**

| | |
|---|---|
| *ঐনা কেনগে কেনবা নত্তে* | *(টেগোর লিটরেচর এরার্ড অমদি অতৈ মনা কয়া ফংখ্রবা)* |
| সোভিয়েৎকী লৈবাক্তা | (সোভিয়েৎ ল্যাণ্ড নেহরু এরার্ড ফংখ্রবা) |
| ইলিশা অমগী মহাও : | (সাহিত্য অকাদেমি এরার্ড ফংখ্রবা) |
| শরৎ-সন্ধ্যা | (নোভেল) |
| নীংশিংলি হৌখ্রবা মতমদো : | (ইশাগী পুন্সিরাবী) |
| চোইজাইনবা রাবেং | (সাহিত্য অমদি হীবম কয়া নৈনবা) |

## ৱামাঙ য়ানবা ওইনা

পুন্সিগী শাংলবা খোঙচৎ অসিদা থৌদোক-ৱাথোক কয়া থেংনবকখ্রে অচৌবসু মচাসু, উবকখ্রে অওনবা কয়া। মতমগী যাওলনা পুবকখিবা ঙাক্তনি। লম্মিৎ-তুমিৎ কয়া হোংখ্রে, তু-খোঙ কয়া ফুনখ্রে, চিকমাঙনখ্রে চীংমান কয়া। উখিদ্রে মচু মচুগী পোম্বী-চেক্লা কয়া, তাখিদ্রে মখোযগী নুংশিববা শৈবোল। কদাযদবু চংখ্রবা তোংগানবী তুনানবী চবোইনা, মাগী তেতু খোঞ্জেলদা মিৎকপ থোকখিবনি খোল্লেন তুমখুনদগী অদুঙে। চবাংনবী কাক অদুনা কদাযদবু পাইখ্রবা ? কুইবেদকো উখিদবা মশা তনাপ তনাপ্পী খিংখিং লাউবী চেক্লা খল্লাংচাক্লা শুমাঙদা জগোই শাবদো।

চহী চূপ্পা লাইজ-ঈশিংনা নিক্নিক্ লাউনা লৈবম্বা ঐখোয লৈকাইগী খোং অদুনা কনাগী কবম্বা মিত্রংদনো লৈত্রেক চংলক্লিবা। মাগী লাইজ-ঈবোন্নুংদা নীংখা তম্না শান্নজবম্বা লেপ্লে-ঙা মযামদুনা কদাযদা চংখ্রবা, কবম্বা হেলোইনা মোইথেম তৌদুনা কদাযদবু পুবিখ্রবা ? ববাক অমদি নুংফৌগী ঈতিনফমদা মশা শিংনানবী নাগুবীশিংনা ফুংফুং ফাওগংলক্তুনা মন উংলম্বদো হৌখ্রৱাবী ওইখ্রেকো।

তাইবং-মালেমগী মতম্বাক্তা মিংমায হেক পাঙবদগী যাচংলমদাই যৌবক্লবা পুন্সিগী শাংলবা খোঙচৎ অসিদা পলেম-পম্ভৌ ওইনা, শাগৈ-নাতৈ, মবী-মতা ওইনা, মরূপ মপিজা ইচিন্নাও ওইনা হবাওমিন্নবকখিবা, শান্নমিন্নবকখিবা, নোকমিন্নবকখিবা, শাউনবকখিবা, কপমিন্নবকখিবা, ৱাবৌমিন্নবকখিবা, ওইনমিন্নবকখিবা মখোয অদুনা কদায কদাযদা মাঙখ্রবা, কদায কদাযদা চংনখ্রবা ? নীংশিংলুবদা নুংহিক্লবকই থম্মোযসে, ঈহৌবকই মিংলু ঈবা।

সুকউ উন্নখিদববুদি নত্তে, মবক মবক্তা উন্নে খোল্লেন মঙালানচাদা, ঐবু কাইহৌবৈ, হাযবৈ - ঐখোযবু কাউববা। কাউদে। কাউদবদুননি ঙসি খোর্জে খুত্তা পাযবিবা, ইবিবা নখোয মযামগা পুন্সি ঙোঙচংতা খোঙবু ওইমিন্নখিবগী ৱাবী। অদুবু অকাউবগী লৈচিন-নোংফাই মবক্তা লাপ্না লৈখিবা কয়া যাওবনা মখোযগী ৱাবী খবদি চিথ-নাম্থহৌবা যাই। মদুগীদমক্তদি ঐবু ঙাকপিগনি।

মশানা ইবা মশাগী পুসিৱাবী হাযবসি কনা কনাগুম্বনা হায - ওইদবা কযানি, নমথাক কযানি। মখোযশিং অদুবু ইকাযখুম্নজবগা লোযননা অসিমতংদি হাযজনীংই - ইজবিবসে ওইদবা অমত্তা যাওদে, নমথাক অমত্তা যাওদে। হোয, মতাং মতাংদা থৌদোক-ৱাথোক কয়া, মমিং-মথা কয়া শেংনা হাযদোকপদা অকাযবা কয়া লাক্কদবা যাওই। অদুগুম্বা মতাংদদি নাকোইননা হাযবা নৎত্রগা সুকপন পন্দবা যাওদবদি নত্তে।

চহী মবিবোম মমাঙদা পুন্সিৱাবীসিগী অহানবা তাংকক মযামদা লীজখ্রে। মদুগী মখানি হৌজিক চথজবিবসি।

(১)

১৯৫৪ গী আগস্ট থা হৌবকপগী অদুৱাইনি। থা অনীহুম মমাঙদা মেট্রিক থাখিবদো হাযদোবক্লে। ববীন্দ্রনা পাউদু পুদুনা লাকই। ববীন্দ্র, ঐগী মরুপ বাদ্রিপাবগী ববীন্দ্র বায। নুমিৎনা উখোকতেন যৌবমদাই শাখ্রবা নুংশাদুদা হুমাংনা জৃজ্ শিন্থবদুনা কিলোমিটব নিপান-মপল্লোমদগীনি মানা লাক্লিবদু। থৱান-লাংবন চঙলকপগী মৈ হৌববা নুংশা-ককা চঙপোৎ নত্তে নুংঙাইববা পাউদু পুদুনা লাকপদা। হাযবৈ - 'ঐখোয অনীমক ফাস্ট ডিভিজনদা পাশ তৌবে।' ঐখোয-অনী হবাওমিন্নে। নুংঙাইবা পাউ তাবদা হবাওদবা কনা যাওবগে ? ফাস্ট ডিভিজনদা পাশ তৌবক্কনি হাযবসিবুদি ঐখোয অনীমক থাজদুনা লাকখি। শিলচব গোভমেন্ট স্কুল মতমদুদা আসামগী মনুংদা অফবা মঙা-তবাগী মনুংদা অমনি। চহী খুদিংগী ফাস্ট ডিভিজনদা মহৈবোই তবামবি-মঙাবোমদি অদুম যাওই। ওজাশিংনা যাম্না থাজনা ফাস্ট ডিভিজনদা যাওবক্কনি হাযনা পানবা অঙাংশিংগী মনুংদা ঐখোয অনীসু যাওবকখি।

পাউ অমগসু মানা মখা তাথবকখি, 'ইউনিভর্সিটিগী ওইনা ফাস্ট ডিভিজনদা পাশ তৌবসি মহৈবোই চহুল্লোমতনি।' পাউ পোৎহাপ অদুনা অমুক্কা হবাও মথোই কাহল্লি। মতমদুদা মেট্রিক পবীক্ষাসে গৌহাটি ইউনিভর্সিটিনা লৌবম্মী। সেকেণ্ডবি এডুকেসন বোর্ড-ককা লৈত্রি, লিংখৎনদ্রি। হৌজিক্কী অৱাং-নোংপোক্কী স্টেট পুম্নমক, ত্রিপুবা যাওদনা, গৌহাটি ইউনিভর্সিটিগী মখাদা লৈবম্মী। আসাম মচেৎ মচেৎ তাদ্রিঙৈগী ৱানি।

মামচৌদা পাউদো হাযখ্রে। নুমিৎ খবনি মতুংদা মামচৌ লাকই নুমিদাংদা, শিলচবদা থবক অমা চৎলুবদগী হল্লকপনি। শিলচব চৎলুবগা হল্লকপদা থেঙলবদি মামচৌ ঐখোযগীদা হেক্তা চঙলকই, অহিঙ লেক্লগা নোংঙাল্লগা চৎখি। মবমদি নুংফৌ লৈকাইগী লম্বীদো নুমিদাংদা যাম্না চিকই, মতোমতা চৎপা নুংঙাইতে, মরু ওইনা নুংফৌ লৈকাইগা তোলেনখুনগা তাইনবদা লৈবা শম্ফমগী মতেক অদু যাম্না শোঙই, লম্বীগী নাকযেত্তা পাকশন্না শোঙলবা মোংশোঙ লৈ, মদুদা নুংথিল পোবোপ্তা ফাওবা শা-কৈ থোকই হাযনৈ, অদুনা মতেক অদু ল্যানবদা হঙ্গোইনৈ।

চীংলোন কযা লান্না

শিলচবদগী মামচৌনা স্কোলাবশিপকী ফোর্ম অমা পুবকই, হায়বৈ, - 'যাম্না নুংঙাইবে, অদো মখাদি সাইন্স তমগদবনি, হায়বদি আই এস্‌সি।'

হৌজিক্কী মতমদা হাইযাব সেকেণ্ডবি নৎত্রগা সিনিযব সেকেণ্ডবি হাযনবিবসে মতমদুদা ইন্টর্মিদিয়েট হায়বগা খঙনবন্মী। আই এস্‌সি হাযবিবসে ইন্টর্মিদিয়েট সাইন্স হাযবনি, আই এ হাযবগানা ইন্টর্মিদিয়েট আর্টস। চহী অনীগী কোর্স অদু কোলেজ এডুকেসনগী শরুক অমা ওইবন্মী। মবক্তা প্রি-ইউনিভর্সিটি কোর্স হাযদুনা খঙনবা মতাং অমসু যাওখ্রে। মমিং পংহোংতা হোংবগী ৱানি, পোৎশক্তি অমত্তনি, থানিনলৈমবু কৌববসু থাজমানবীবু হাযবসু।

মামচৌগী ৱাদো তাবদা ঐ শ্বাই লাউখি। ঐনা তমগে খল্লিবনা আর্টসনি। মামচৌদা মদু ফোঙনা হাযবা ঙম্লমদে। অদুবু ঐগী ৱাখলদা কবিনো যানীংদবা অমা ফোংঙমদনা লৈবিবদো মামচৌ হাইফেৎ খঙলমাল্লে, হাযবকই - 'সাইন্স তম্লগা ডাক্তব তমগদবকো।'

ইপূক্লিংদা ফুমদুনা লৈবিবদো কিনা কিনা ফোঙদোকই - 'ঐ ডাক্তব তম্নীংদে।'

'এবা, মসিগী অঙাংসিদি, ঐনা হাযবিমক্তদা।' মামচৌগী হৌনবীদো তৌবকই। ঐ মখা তাবা ঙমখিদে।

চাক-ঈশিং চাবা লোইবগা ইবোক যাওনা অহন-লমনশিং শুমাঙদা থাবিবা পাক্লবা লীফক অনীদুদা ফম্লগা হিদাকপু প্রোক প্রোক চিংদুনা হৈচিক লাংমিন্নদুনা ৱাবী শানৈ। ইপম্বৌনা মতাং অমদা হাযবকই - 'ঐখোযদি থোইনা খঙজদে, ইশেন ইবুঙোনা কবি তক্ষল্লগা ফগদগে হাযবদু খঙখ্রে।'



*ইবোক (নোংথোম্বম ওংবী সনাবৈ)*



*ইপম্বৌ (নোংথোম্বম বাবাচান্দ)*



মামচৌ (কাংঙবম কালাচান্দ)



পাবো (নোংথোম্বম বতন)



খুডাতোন (নোংথোম্বম মোহন)

পাবোগা খুডাতোনগনা মতেঙ পাংশিল্লকই - 'হোয, ঐখোযনা কবি অমুক হাযজগনি, ইবাইনা যৈ হাযবদু তম্মাল্লগা লোইবে।'

অহন-লমনগী যাথং লৈখা তাহনফদে, অহন-লমনগী ৱাহৈদি লাইগী যাৱানি, - ৱাহৈ খবসি লাইৱাদৌনা ঐখোযবু অঙাং পিশক ওইবিঙৈদগী থাজহন্দুনা লাকহনখি। অদুনা যানীংদ-যানীংদা লুহোংফান ফম্বা তাখ্রে, পামদ-পামদা পামদবা মীদা লৈপবেং হুকপা তাখ্রে।

নোঙাল্লগা স্কোলাবশিপ ফোর্ম অদু ঐঙোন্দা শিন্নবগা মামচৌনা হাযবম্মী - 'ফোর্মসে মুন্না পাউ, নোংনীনি লৈবগা স্কুলদা লাকউ, ফোর্মদো ঐগা তান্নবগা মেনশিন্নবা, অশোয-অবান যাওবা যাদেকো।'

মামচৌ মতমদুদা লক্ষীপুব আর্ল হাইস্কুলগী হেডমাস্টবনি।

মতমদুদা শিলচবদা লৈবল্লিবসে কোলেজ অমখক্তনি - গুরুচবণ কোলেজ, শম্না জি সি কোলেজ হাযনা খঙনবদু। কোলেজ অমখক্তং লৈববসু মিং চনবদদি থোইনা ৱানবমদে, তম্নীংবা হীবম অমা অদুম তম্বা ফংলম্মী - আর্টস সাইন্স কোমার্স অমা হেক্তা। হৌজিক্কী মতমদা কোলেজদা মিং চনবগীদমক

কৌজেংনা সঙ্গু সঙ্গু লৌফমদা পাইশিনবগুম তৌনবিবসে অসুম হায়না মতমদুদা তৌবমদে, কৌজেংসু পংযাম যান্নমদে। ফাস্ট ডিভিজন্দা পাশ তৌদুনা লাকপশিংগীদি থোঙ লাওনা হাংদোক্কুনা লৈবম্মী।

মিংবুদি কবিমতা ৱাদনা চল্লে, অদুবু লৈফম্না কমদৌবা। নুংঙাইবা মতাংদা অৱাবা অমনা নামৈ পাযদুনা ইন্নবক্লে। অদুঙৈ অঙাং ওইবিঙৈদা পাঠশালা পাশ তৌবগা মখা তমথনবা অনকপদা স্কুল লৈতদনা ৱাখিবদো অমুক নৌহৌননা মথি ফোঙলকখি। ক্লাশ থ্রি তম্বা চহীদুমা তোলেনখুনদা ইমাগী মপাম মামচৌখোযগীদা খবা লৈ, লক্ষ্মীপুব লেনলৈকাইদা স্কুলগী হেক মনীংদা মবি-মতা কবিসু থোক্লদবা পোৎশংবম খুডা যাইমখোযগীদা খবা লৈ মথোঙ-মবম খঙদনা চহীদুমা লোইশিনখি। অৱাবা অমনি খুঙ্গংদা পোকপা ঐখোযগুম্বা অঙাংগীদি। শিলচব গোভমেন্ট স্কুলদা তন্নিঙৈদদি স্কুলগী হোস্টেল লৈবনিনা লৈফমগী অৱাবা খঙখিদে। হৌজিক্তি কমদৌবা ! কোলেজগী হোস্টেল লৈতে। অবাপ্পদগী লাকপশিংনা মানা মানা থোকপা যুম ৱাযদুনা লৈনৈ। যুম ৱাযবা হাযবসে হেক্তা ফংবা নত্তে, ফংবা ৱায। যুম্নু অযাম্বা বাংগালিনি, মৈতৈমচাদা যুম শান্দোকনীংদে। লৈশাবী লৈবা ইমুং ওইবগদি পাখংমচাশিংদা শান্দোকপা কিনৈ। অদুবু লৈশাবী লৈতবা যুমদি কযানোদো।

অহন-লমনশিং মকোক শাই, ঐসু শাই। ঐনা শাবিবদুনা মব্দ ওইনা চাক-ঈশিং থোংব-থাকপগীনি। হোয, যুম মচা অমবুদি কোযখি থিবগা ফবসু ফৎত্রসু অমা নৎত্রগা ফংবা যাই। অদুবু চাক-ঈশিং থোংবা থাকপদি কমদৌবা ? মসিগী থবকসিমদি ঐঙোন্দা যোংনা তিনথোক পাযবনি। মী যাম্না লৈবা, থোইদোক্না ইমা-ইন্দোন ইচে-ইচন যাম্না লৈবা ইমুংদা চাউবকপগী অশোযবা অমনি।

অহন-লমন খন্নবা যাবা খন্নবে, খনফম থোক্লে। নোংমদি ইবোক অহনদো ৱাখল অমা লাম্বা ফংলমাল্লে, ইবোকপু কৌবগা হাযবকই - 'হোযদহে ! অতো, ঐ হেক্তা চৎলগে জিলাদা সুবেদাব মযূমদা, লৈখিবিক পূম্নমকসে বিদ্যাগী কাবোননি, মখোযগীদা খবা লৈহল্লু হেক্তা হাযব্বগে। যাবকপা যাইনা, বিদ্যাগী কাবোনগীদমক্লবু।' ইবোক অহনগী ৱা ঙাঙবগী হৈনবীনি।

'যাম্না ফববগী ৱানি, ইচেম্মননা ফন্নবা অদুম তৌবিবো।' ইবোক্না হায।

ইবোক অহন সুবেদাব মযূমগী নিঙোলনি। সুবেদাব হাযবদি খেলেন্দ্র সুবেদাব, যুববাজ টিকেন্দ্রজিৎ ফাবা ইংবেজ লান্মীগী সুবেদাবদো। ইবোক্কী অশেংবা মপামবুদি মাসমাবাদনি, জিলাগী সুবেদাব মযূম্না শাগৈগী নিঙোলনি হাযদুনা মাবু যাম্না লুনা তৌজে। ইবোক্তো মী ৱাং-চাউই, মশা যাম্না নাল্লি, ৱা ঙাঙবদা যাম্না তাশিন-খোমজিল্লগা ঙাঙই, মানা ৱা ঙাঙবদা তাবা নুংঙাই।

পাবোখোয পোকপী ইবোক্না পুলিশ জমাদাবগী যাম্না কেনা মৌনা যোকচবকপী মমোম্নি, মী থোইনা ৱাংদে, মীযাই ওইবপ তৌই। যাম্না কন্না কেব-মৌবগী ৱা লৈতে। ইবোক অনীদো যাম্না লুনা তিন্নজে। অদুবু নোংফাদোক কেনা-কেনি তৌনদবদি নত্তে। যাম্না তোযনা থোক্তবা মখোযনীগী চিন্দা-পাউদান্নবদো তাবা যাম্না নুংঙাই, ঐখোযনা খঙদবা ৱাহৈ-ৱাতা মবক মবক্তা যাওবকই। অযাম্বা মতমদা ইবোক অহন্না ঙমই, থকশি-খাশি ঙাকপা ওইনা মচেম্বানবু ঙমহনবা ওইবিগদ্রা খল্লি। নোং-নীনিদি মখোয অনী কৌনবোই ঙাঙনবোই। কুইহৌদে, নোংমদি অমনবু ওইবসু অমনবু ওইবসু 'ইচেম্বান', 'অতো' হাযনা হিদাক থকমিন্নদুনা ক্না চামিন্নদুনা অদুগা অদাগা হাযদুনা অমগী মাঙ্গোন্দা খঙদে অমগী ইমুংদনি খঙদে ফম্মিন্নগদৌবিবনি।

নোংমদি ইবোক অহনগা পাবোগা সুবেদাব মযূমদা চৎখ্রে। নুমিদাং ৱাইবমদো হবাও-হবাও হল্লক্লগা পাউদো তৈন্লে, -'লৈ'খিবিক পূম্নমকসে বিদ্যাগী কবোননিদো, জ্ঞান তাবা ইমুংনিনা হবাও-হবাও যাবিবক্লে। অদুদগী ঐঙোন্দা ওর্নশিল্লক্লগা ফাগি তৌবকই, মখোযগী ইমুংদো মশক-মতৌ ফজবী লৈশাবী মযাম অমা লৈবনি, অপাম্ববু যাওবদি খৃদোম্বী হেক্তা থিল্লু, চৎলগা হেক্তা হাযকবগা লেইবে, ইশুসিদি।' মশু নুংশিদুনা তৌবা ফাগিনিদি হাযববু ঐদি লোইবে, অহন-লমনশিং মবক অদুদা ফম্বা ঙমদদুনা অদুম চেম্লোবক্লে।

মামচৌদা পাউদো হাযখ্রে। লৈফমগী অৱাবা কোক্লে তাবদা নুংঙাইবে হাযবকই, অদুগা মখা তানা নীংশীংলকই, 'স্কোলাবশিপকী ফোর্মদো মতম চানা পীশিনখোকো।'

ইণ্ডিযা গোভর্মেন্টকী অনৌবা স্কোলাবশিপ স্কিমনি শেম্লোক যামজদবা ও বি সি (অদব ব্যাকৱার্দ ক্লাশেস) ইমুংগী অফবা মহৈবোইশিংদা মেট্রিক মতুংগী থাক্তা তম্বদা পীনবা। এপ্লিকেসন ফোর্ম অদু লামায যামই, যাম্নসু কুপই, যাম্না কল্লবা পাউতাকসু যাওই - যাম্না চেকশিন্না মেনশিল্লু, কবিগুম্বা অশোয-অবান যাওববা, চে-চাং শুদ্রবা নৎত্রগা মতম চানা পীশিন্দ্রবা অদু ওইববদি এপ্লিকেসন অদু খন্নবদা যাওবোই। মামচৌগা তান্নদুনা অশোয-অবান যাওদনবা যাম্না চেকশিন্না মেনশিনববুদি মেনশিল্লে, মথৌ তাবা চে-চাংসু মামচৌনা হোৎনবিদুনা হাইফেৎ শুবে- ও বি সি সার্টিফিকেট, অহন-লমনগী ইনকাম সার্টিফিকেট, গেজেটেড ওফিসাবগী শকখঙচে -মথৌ তাবা পূম্নমক। অদুবু মার্কশিট যৌবক্তবদগী এপ্লিকেসন ফোর্ম অদু পীশিনবা যাদনা লৈবে, মার্কশিট যাওদনা পীশিল্লুবগসু কবিমত্তা কান্নবোই, চে-চাং ৱাৎলে হাযদুনা খন্নবদা অদুম যাওববোই।

মতম অদুদা হৌজিক তৌবিবা অসুম হায়না পরীক্ষা থাবা মহৈবোই খুদিংমক্তা মার্কশিট পীবগী চৎনবীসে লৈবমদে। কনাগুম্বনা মার্কশিট লৌগে হাযববদি পীফম থোকপা ফীগা কোন্ননা এপ্লিকেসন থাবা তাই। ইউনিভর্সিটিনা গৌহাটিদা লৈবনিনা মদুগীদমক গৌহাটি চৎপা তাবনি নৎত্রগা কনাগুম্বা খঙন-চানবা অমদা হাযখিবা তাবনি। উপায লৈত-লৈত্রগা ইশামক চৎপা তাবনি। অদুবু গৌহাটি চৎপা হাযবসি নোংমদা হেক্তা যৌগদবা নত্তে, ট্রেনদা নুমিৎ নীনি-হুম্নিনি চঙগদৌবিবা, হল্লকপদা নুমিৎ নীনি-হুম্নি, ট্রেন ভাড়াগী মথক্তা চথোক-চৎশিন্দা চাবথকপগী চাদিং, গৌহাটিদা নোংম-নীনি লৈবগী খোর্সা। হাযবদা খজিক্তনি। কোযহং হংনদুনা কবি তৌসিগে খন্নবিঙৈদা মরূপ অমনা অশম্বা পাম্বৈ অমা তাক্লকই - ওজা বসাবত আলিদো গৌহাটিদা বি টি তমদুনা লৈবনি, মঙোন্দা হাযখো, ঐগীদি মঙোন্দা হাযখ্রে। মঙাল অমদি ফংলে, মন্নবা লম্বীদো ঙাম্হোবকপগুম তৌবে। বসাবত আলি বড়ভুইযা ঐখোযগী মেথমেটিক্সকী ওজানি। যাম্না চমজে, মশা যাম্না নাল্লি - ঙৌশ্রোক ঙৌবা পাযজামা, ঙৌশ্রোক ঙৌবা চোন্তক তৌবা কমিজ, মমি তানা ইস্ত্রি তক্লগা ফূফূ কামদুনা শেৎপা-চাবদুনা মাগী অহোংবা লৈতবা ট্রেড মার্কনি। অঙ্ক তৌবদা লাল্লবা নৎত্রগা হোর্ম ব্রার্ক তৌবক্লবা অদু ওইববদি যাম্না শাউই, ফূদি ফূদে, ফানদা লেপহনবদি যাওই। ঐবুদি হাযন-তান্নবা ইনবা অফবশিংগী মনুংদা মানা লৌই, অদুনা লুনা তৌই। লম্বী-লমখাংদা থেংনবদা নুংশিনা হেক্তা হংলকই-'কিতাবে কোই যাও কৈদৌবে কদায চৎলিনো?'

ইমান্নবদুনা হাযবদগী পোস্টকার্ড অমদা পবেং খবা লৈশি-লৈথোন্দুনা ইবগা ওজা বসাবত আলিদা থাখ্রে। খঙদে চিঠি অদু মতম চানা ফংগদ্রা ফংলোইদ্রা, ফংলগসু মার্কশিট অদু মতম চানা থাবিবকদ্রা থাবিবক্লোইদ্রা। মহাক্কীসু অচিনবা লৈবমগনি, পূক্লিংসিদা চিংনবা অমদি অদুম লৈহল্লি। খোঙনা-খুৎনা লাম্বা ফংবা যাবা লমসু নত্তা, হৌজিক্কী মতমদা টেলিফোন্দা খুদক-খুদক্কী পাউ ফাওনবা অসুম হাযনা ফাওনবা যাবসু নত্তে, টেলিফোন-ককা লৈপোৎ নত্তে। অসোমদনা নোংমা হৌখি নীনি হৌখি মতম লৈশিল্লক্লে, ঙাইবা ব্রাশিল্লক্লে নোংগৌবীনা নোং ঙাইবগী পাংখক ওইবক্লে। ব্রাবিনিদকো ওম্হোক্লসু নোংগৌবী কৌবী চেক্লাদো কালেনগী শাববা নুংশাদা অতিযাগী নোং ঙাইবদা। নোংগৌবীগুম ঙাইবি ঐসু গৌহাটিদগী মার্কশিট লাক্লগদ্রা লাক্লগদ্রা হাযদুনা, শোযদনা লাক্কনিসু খঙদা লাক্লোইসু খঙদা। নোংগৌবী মাগীদি খবা থেঙনা নোং লাক্লবসু থোইনা কাযদে, ঙাইবদা খবা হেন্না ব্রায হাযবগী ব্রাতনি। ঐগীদি মতম হৌখ্রগা লাক্কুনা কবি কান্নকনি। খাঙেনফম যৌবগা মাইবা থুংলবনদি কৈদৌনকনি।

তৌবগীদি ঙাইবগীসু অবোইবা অমদি লৈমাল্লে। ঙাইবদা চনীং-চমাঙ শম্নবক্ত্রবা কান্দা নোংমদি থুংলবে মার্কশিট অদো। ওজা বসাবতপু হন্না হন্না থাগৎচৈ ইপূক্লিংদা। মহাক নৎলমদ্রবদি স্কোলাবশিপ ফোর্ম থাজিনবা নংলম্মোই। অদুবু ওন্থোকপা হাযদুনি, ঐগীদমক মতম কাইথোকপিদুনা মশাগী ফুবিৎখাউদগী পৈশা পুথোক্তুনা মার্কশিট থাবিবকপা ওজাদুগী মফমদা তৌবিমল খঙবা ওইনা পোস্টকার্ড অমদা পবেং খবদংদা ইদুনা ওইববসু থাগনি খঙখিদে। ওন্থোকপা হাযদুনি ঐ অসে। হৌজিক খল্লু-খল্লুবগা নুংঙাইবক্তে, নীংঙম্মক্তে।



*মেট্রিক থাবমদাইদা ১৯৫৪*
*ঐ, চুনী, মংলেম্না*

(২)

সুবেদার মযুমগী ইংখোল অদু যাম্না চাউই। শিলচর শহরগী খা-নোংচুপলোমদা মতাই ওইবপ্পা লৈবা ঝালুপাড়াদনি, আসাম রাইফল্‌সকী ক্যান্টোনমেন্টকী হেক মখা ওইবপ্পা। স্কুলদা তম্লিবৈঙেদা কবি কবিগুরুম্বা মতাংদা চৎখি মখোযগী ইংখোল অদুগী মনাক্কী লম্বীদা, অদুবু অমুক্তং ফাওবা চঙলুদে মখোযগী ইংখোল মনুংদা। হৌজিক্তি মখোযগী যুমদুদা লৈবগা কোলেজ তম্বা তাববনিনা চঙলে। মনুং চঙলগদি হান্না খল্লম্বা অদুদগীদি যাম্না হেন্না চাউবল্লে। অদুবু যুমকৈদি মন্থবকপগী শেমজিন-শাজিনবা ঙমদবগী মমি অমদি তাবগুম তৌই। লম্বী মপান্দা মৌবী রানা শাম্বল রাংনা খাবনিনা মপান্দগী কনানসু ফিভম অসি হেক হাক উববুদি নত্তে।

খেলেন্দ্র সুবেদারগী মচানুপা মরিনি। লোইনমক লাইরিক লাইশু নীংথিনা তমখি হায়। অদুবু অহন অনীদুদি মতু-মচা লংথোক্লম্লগা খবা ঙন্না তাইবংপান থাদোকখি। ঐনা মখোযগীদা লৈবা মতমদা উদ্রে। অহুমশুবা মচানুপা পরমানন্দ শিলোংদা লৈ, সেক্রেটেরিয়েটতা অচৌবা ওফিসার অমা ওইরি। খ্বাইগী ইতোন তোনবা উপেন্দ্রসু গ্রেজুয়েটনি হায়, অদুবু সরকারগী থবক তৌদে। কবিগীনো খঙদে। চার-থকপা রাৎত্রবসু যাম্না নুংঙাই-যাইফবা ইমুং হাযবদুমক্তি নৎত্রে। ইমুং অদো মী হাইফেৎ যামই, মখোয মশেন থোইনা চেকমোক লাউদনা অদুম লৈ। ঐঙোন্দদি যাম্না হৈনদনা থোকই। মখোযগা যাম্না নকশিন্নরা রাবী-রাতাই শান্নরুবা ঙমদে।

ঐগী লৈনবা শীল্লিবদো মখোযগী দ্রোযিং-রুমগী কাচিন অমদনি। খল্লি, ঐবু মসিদা চহী অনী লেনবা ঙমগদৌবিব্রা ! মবক মবক্তা ননীগোপালগা নন্দগোপালগা মচীন-মনাও লাকই ঐগী অচিকপা থুগাইবা। মখোয অনীমক খেলেন্দ্র সুবেদারগী মশুনি, মচানুপা যাইমগী মচা। মখোযদি মমাগা লোযননা ইংখোন্নুংগী অতোপ্পা যুম অমদা লৈ। মবক মবক্তা বানীপাড়াগী খুড়া চন্দ্রসিং লাকই। মহাক মখোযগী নিঙোল লৌবনি। ডি সি ওফিসতা ক্লার্ক ওই, ঐগা হান্নদগী খঙনবনিনা মহাক লাকপদো ঐঙোন্দা যাম্না নুংঙাই। ফুম্বংনবা কা অদু নুংশিৎ-নুংশা চঙলকপদৌনা তৌই।

ঝালুপাড়াদগী কোলেজ কাবদো পংলাপ লাপ্তে, খোঙনা চৎপদা ঙাইহাক্তনি। কোলেজ লৈবিবনা টিকোববস্তীদনি, টিকোববস্তীগী চীংথক্তা।

১৯৩৫ দনি জি সি কোলেজ লিংখৎপসি, কাছাড়গী ইহান-হানবা কোলেজনি। অহানবদদি কোলেজ অসি শিলচব টাউনগী নোংপোকলোমদা সদবঘাট ৱাংমদা লৈবম্মী। ঈৱাং লানবা অমদি ঈচাওদা তোযনা ঈবাক্লবদগী কোলেজ অসি টাউনগী খা-নোংচুপলোমদা হৌজিক লৈবিবা টিকোববস্তীগী চীংথক অসিদা হোংলকখিবনি। টিকোববস্তী মতমদুদা যাম্না শোঙলম্মী, উপাল-ৱাপাল যাম্না হৌবম্মী, হৌদোং থাদোকফম হাযবদুমক ওইবম্মী হাযবা যাই, নুংথিল পোবোক্তা লমহূই থোক্লম্মী। হৌজিক্তি কনানসু হৌদোং থাদোক্লবকখিদ্রে, লমহূইসু মাঙখ্রে, উপাল-ৱাপালদি ফনা ফজনা হৌবি ফনা যাম্লবুদি কোকথোকখ্রে।

কোলেজদা অহানবা কাবা নুমিৎ অদো ঐগীদি 'বেশ ওনবা' নুমিৎনি। বেশ ওনবা হাযবগা লম্নোইবগী ৱাবুদি নত্তে। ফিজোল হোংবগী ৱানি। নহানমখৈ স্কুল তম্লিঙৈদা খোঙগ্রাও অককপা শেৎলম্মী। হৌজিক্তি মদু যাদ্রে। নহানমখৈনা নুপামচানি, হৌজিক্লা পাখংমচানি, পাখংনি। কোলেজ কাববা হাযবসিদি পুন্সিগী অনৌবা তাংকক অমা হৌববনি। অদুনা ফিজোল হোংদবা যাদ্রে, খোঙগ্রাও অককপীদগী অচোনবদা। ফিবোল নান্নসু শেৎনীংলকই, কেসু কেনীংলকই। চহী মতাংগী ঈবাংনি। খোঙগ্রাও অচোনবীদা লাইমিং লৌবদো ঐ ইতোমতা নত্তে, মহৈবোই অযাম্বনি। তৌবগীদি মতম কুইনা খোঙগ্রাও অককপীগা লৈমিন্নবকপগী নুংশি-লীচিং হেক থদৎপা ঙমদবা অমনীসু যাওদবা নত্তে। মখোয অদুবু থৌওইনা মকপ-মপাং অম-নীনা লক্লবি - ইকাযদ্রা লৈশা মযাম মমাঙসিদা, খোম্নম নম্লিবা অঙাংদৌনা নফেগন তৌবামুক্তং চাউবদো ফজবে হাযনা উৎলিব্রা ' কুইহৌদে, নোংম-নীনিদা খোঙগ্রাও অককপী পূম্নমক মাঙখি।

নুপী মহৈবোইশিংসু লৈশা ফাবক্লবনি, যেংজৌ হাযবগী মতাগুম ফজ-ফজববা শাড়ি শেৎতুনা কেন-কেননি কোলেজ কানবক্লিবা। কেবোই লাক্লোই যাবা নত্তে চহী মতাংনবু যৌবক্লবদা। পাখং-লৈশা ফাবক্লগা কেনীংদবা নান্নীংদবা কনা যাওবগে' কনাগুম্বা যাওবম্লবদি মহাক অদো অপাম-নুংশিগী ৱাখল চেন্দবা মযামগা মান্নদবা মীশক অমা শোযদনা ওইগনি।

অদুক কেনা কেনা কোলেজ কাবক্লগা পাখংমচাশিংগী পেন্দবা অমদি থম্মোযনুংদা ওমচাক্লদুনা লৈ - লৈশাবীমচাশিংগী মনাক নকপা ফংদবগী। ক্লাশ লৈবা মতমদা ক্লাশ মনুংদা লৈশাবীমচাশিংনা তোঙান্না নাকন অমদা ফমই, ক্লাশ লোইবগা ওজাগী মতুং ইন্নদুনা জুক জুক মখোযগী কমনরুমদা পাইশিনখি,

খুনুশিংনা উমাযবী কিদুনা পোন্দা পাইশিনখিবদুমঙাই। অদুনা ঐখোয পাখংমচাশিংদি ক্লাশ লৈতবা মতমদা লেনবা কযাদা ৱাখ্রে, কোলেজ লম্পাক্কী চিদাই অমদা হৌবিবা মখোঙদা খুদুপমুক ৱাংনা পাক্কা চনশিনবিববা থৈবোং পান্বী ইবেনবোক অদুগী মতম্বাক্তা ফন্নগা ৱাবেম-থৌবেম ঙাঙদুনা লেনবা নত্তনা তৌনীংঙাই লৈখিদে। অদু নৎত্রগনা লম্বীদা হঙ্গৎ-হন্দা চৎতুনা লৈবগা কোলেজ কাবকপী শকহেনবীশিং অদু যেংদুনা লেনবা।

অহানবা নুমিৎকী অহানবা ক্লাশ অদো হৌজিকসু নীংশিংলি। অনৌবা মহৈবোইশিংবু তবাম্না ওকপা ওইনা ভাইস-প্রিন্সিপাল চঙলকই। ইংলিশকী অফাওবা ওজানি, মমিং হবিপদ ভট্টাচার্য কৌই। ইংলিশ শেংনা অমদি ফজনা ঙাঙই অনৌবা মহৈবোইশিংনা খঙবা ঙম্নবা, তাবদা যাম্না নুংঙাই, মশাসু যাম্না নাল্লি, উবোকতৌনা ঙৌশ্রোক ঙৌবা ফৈজোম পুংযাৎ অদুগা ক্বাকতৌনা লংত্রিক লংনা মুবা পম্পসু অদুগা যাম্না পকচৈ। ওজা অতৈসু তৌবগীদি ফৈজোম-পুংযাৎ শেৎলি, লোইনা ঙৌশ্রোক ঙৌবা ঙাক্তা, খোঙউপসু অমুবা পম্পসু লংত্রিক লংবা। মতম অদুগী কোলেজ ওজাশিংগী ফিদম্নীংঙাই ওইবা ফিজেৎনি। হোয, সাইন্স সেক্সনদা খোঙগ্রাও শেৎপা ওজা অম-নীবুদি যাওদবা নত্তে। মখোয অদুদি যাম্না অবিং-অবাং ওইনা থোকই, পাৎতা চাক্তবিবা অঙৌবা উবোক মবক্তা লমঙানু অম-নী যেপশিল্লবদৌনা।

নুমিৎ অদুদা ভাইস-প্রিন্সিপালনা হাযখিবদো হৌজিকসু কাউদ্রি - 'নখোয অসি ইনাকখুনবা মচা ওইববসু লাইব-মচাবু ওইববসু, টাউনদা লৈবা ওইবসু অবাপ্পা খুঙ্গংদগী লাকপবু ওইববসু নবাইবক ফবা ঙাক্তনি, ভাবতকী নহাবোল চাদা তবাখক্তনি কোলেজ কাবা ফংলিসে, চাদা তবা অদুগী মনুংদা চল্লিবা নখোযসে, কযাদা নবাইবক ফবিনো খন্দুনা যেংঙু নখোয। মদু খঙনা নখোয থৱায যাওনা লাইবিক তম্মু।'

ক্লাশতগী থোক্লমদাইদা হাযবম্মী - 'নখোয মথংগী নুমিৎতা ৱাবেং অমা ইদুনা পুবকউ, হীবম্না কোলেজদা নঙগী অহানবা নুমিৎ। যাবেকো, কাউগনুকো।'

মথংগী নুমিৎতা মহৈবোই অযাম্বা ওজানা হাযবা ৱাবেংদো ইদুনা পুনবকখি, ওজাদা পীশিন্নখি। নোংম-নীনি মতুংদা ওজানা চেশিংদো যেংলগা ক্লাশতা মশা মশা কৌবগা পীথোবকখি। মযাম মাগী মাগী চে ফংনখ্রে, ঐগীদি কৈদৌববা পীথোবকখিদ্রে। পুক্লিংদা লাঙতক্লে। অবোইবদা খান্দেলৱাল কৌবা মাবৱাবিমচা অমগা ঐগা কৌবকই, থাগৎপগা লোযননা হাযবকই - 'নখোয অনীগী ৱাবেংসে যাম্না ফজখ্রে, নখোয অনীমক মার্ক ১৫ গী মনুংদা ১৩ নি ঐনা পীবিবসে, খ্বাইদগী ৱাংবা মার্কনি। কন্না হোৎনৌ।'

ঐখোয অনীগী চেদো যেংনীংদুনা মব্দপ-মপাং খবা ওমশিল্লকখি। ফোংঙমদবা হবাও-তুজংবা অমা ঐখোযদা ফাওখি।

ইংলিশ ফজনা তম্বিবা ওজা অমনা প্রিন্সিপাল যোগেন্দ্রকুমাব চৌধুবীনি, মযাম্না শম্না জে কে চৌধুবী হাযনা খঙনবা। প্রিন্সিপাল ওইনা মফমসিদা লাকপা কুইদ্রি, চহী অনীবোমতা ঙাযবি। মহাক্না হেক লাকপদগী কোলেজ অসি মশক-মশা থোক্লকখি হাযনৈ। অহানবা লাকপগী অদুৱাইদা ক্লাশকম খবগী মওং-মতৌ উবদা যাম্না নুংঙাইতনা শোনখি হায - মসিবু ক্লাশ তৌফম কাবা, নৎত্রগা শন-ইবোইগী শঙ্গোল্লা ?

জি সি কোলেজদা লাক্ত্রিঙৈদো জে কে চৌধুবী আগবতলা বীববিক্রম কোলেজগী মতম খবা প্রিন্সিপাল ওইবম্মী। মদুগী মমাঙদা সিলেটকী এম সি কোলেজদা মতম কুইনা ওজা ওইবম্মী, ভাবতবর্ষনা হিন্দস্থান অমদি পাকিস্তান হাযনা খাযদোক্ত্রিঙৈদা। এম সি কোলেজদা তম্লকপা মীওইশিংনা মাবু তোযনা পন্নে, মাবু কাউদে ওজা অমা ওইনা। লাইবিক যাম্না ফবকই হায অঙাং ওইবিঙৈদগী। মহাক্কী লেটব-হেড অমদি ওফিসকী নেমপ্লেটতা অসুম্না ই - জে কে চৌধুবী এম এ (ক্যাল), বি এ (ওক্সন)। খঙদবা মীনদি ঙক্লে - কবিনো এম হান্না পাশ তৌবগা বি এ অমুক তমথখিবা জাৎলা ? ঙকফম থোকই। মসিগী নুংঙাইখ্রবা ৱাবী অতেক অমা লৈতবদি নত্তে। ক্যালকাতা ইউনিভর্সিটিগী এম এ ইংলিসতা মহাক ফাস্ট ক্লাশ ফাস্টনি। পি এইচদি তৌনবা চৎলি হায জহাজদা নুমিৎ কযানি চঙনা পাক্লবা সমুদ্র ঈৱাং লান্দুনা মমিং লৈববা ইউনিভির্সিটি ওক্সফোর্ডতা। মফম অদু যৌবগদি মঙোন্দা হাযবিবে - 'নখোযগী ক্যালকাতা ইউনিভর্সিটিগী ফাস্ট ক্লাশ ফাস্ট অদো মৱা লৌদে ঐখোযগীসিদা, তমথগে হাযবগা বি এ তমথৌ।' তৌফম খঙখিদে ক্যালকাতা ইউনিভর্সিটি এম এ ফাস্ট ক্লাশ ফাস্ট অদো। যূমদসু কবম্না হনগনি। মসিনি মহাক্না এম এ মতুংদা বি এ তমথখিবগী ৱাবী।

অদুবু মতীক-মযাই চেনবা হাযবসিদি উৎনা ৱাইনা কুপ্তুনা থম্বা যাখিদে। যাম্না নৌনা ইংলিশকী ওজা অমা ওইনা মমিং চৎপা হৌখি জে কে চৌধুবী। মখোল হৌই, লুম-লুম লাউই, তাবদা নুংঙাই, ইংলিশ খোন্থোক সাহেব মচানা তম্জনীংঙাইনি, ঙাঙব-শকপসু পীথোক্লকপা হাযদুনি। এম সি কোলেজদা তম্লকপশিংনা ৱাবী তৌই - মতমদুদা সিলেটতা থবক তৌদুনা লৈবা সাহেব মচাশিং ফাওবা ক্লাশতা জে কে চৌধুবীগী লেকচব তাগদগী স্পেসিযেল পার্মিসন লৌবগা চংঙক্তুনা তাবৈ।

হৌজিকসু নীংশিংলি মহাক্না শেলিগী শৈবেং স্কাইলার্ক তাকপদা ইংবাজি নীংথিনা খঙদবা মহৈবোইশিংবু খঙহন্নবা হাযদুনা বাংলাদা তাংথক নাইনা হাযখিবা পবেং খবদো-'পাখী নহো তো তুমি কি হোহো ? চেক্লা নৎত্রবদি কবিনো নঙনা ওইবিদুবু ?'

থবক্কী মীনি জে কে চৌধুবী, গান্ধীগী ব্রাখল্লোন থাজবা মীসু মাল্লি। পুন্সি চুপ্পা অনাইবংগী ফুবিৎ-ফৈজোম থাখিদে, মকোক্তা গান্ধী-কেপসু, কোলেজদা কাবকপগী ফিজোলসু অসিনি। চাউ-শাংই, মশা-মউ ফৈ, কুচু পাল্লি, যেংবদা লেমই। কোলেজ শেমগৎ শাগৎপদা থৱায যাওনা মাযপুননা হোৎনৈ।

মতম অদু বিফিউজি প্রোব্লেমনা মৈ হৌবা মতাংনি। নোংপোক-পাকিস্তানদগী লাঞ্জেল্লকপা বিফিউজি লিশিং লাক্ষা কয়া খুন্দা-নৈতাহন্নবা থৌশিল যেংশিনবা ওইনা শিলচবদা লাকখি ইণ্ডিযাগী বিলিফ এণ্ড বিহেবিলিটেসন মিনিস্টব মোহনলাল সক্সেনা মতাং অদুদা। খোঙচৎ অদুগী খুদোং চাবা লৌদুনা মহাকপু তবাম্না ওকপগী থৌবম অমা জি সি কোলেজদা পাঙথোকখি। থৌবম অদুদা জে কে চৌধুবীনা মিনিস্টবদা নীংশিং-চেবোল অমা লানশিল্লগা হাযখি - কোলেজ অসি খুঙ্গংদগী লাকপা অমদি নোংপোক-পাকিস্তানদগী লাঞ্জেল্লকপা বিফিউজি মহৈবোইশিংনা অযাম্বনি, চাদা মর্ফুবোমনি, অদুনা নোংপোক ঙমখৈদা লৈবা কোলেজ অসি শেমগৎ শাগৎপদা সেন্টবগী থোইদোকপা মিৎযেং চঙফম থোকই, মতীকচানা শেনফম কাইথোকপিবকপা চুমই। মিনিস্টবদা নীংশিং-চেবোল পীশিনখ্রগা তৃমিন্না লৈখিদে জে কে চৌধুবী, চাউববা শেনফম অমা ফংননবা মখা তানা লেপ্তুনা হোৎনখি, ফংসু ফংখি।

মহৈবোইশিংনা ইংবাজি চুম্না অমদি ফজনা ঙাঙবসি মহাক যাম্না পামজৈ, পূক্লিং থৌগৎপি, - 'নখোয ইংলিশ ফজনা ঙাঙবা হৈনবা তম্মুকো, বেংলিশতি ঙাঙগনু।' বেংলিশ হাযবিবসি বেংগোলি-ইংলিশ হাযবিবনি। মখোন্দা ইংলিশনা কবিগুম্বা অমা হাযকুবদি খবা হেন্না নুংশিবকপদৌনা তৌই।

সেকেণ্ড ইযাব তম্লকপগী অদুৱাইদনি। নোংমা ঐগী ইমান্নবা চীংদোং লৈকাইগী তোনুবাবু কোলেজদা লাকই, হাযবৈ-'কমদৌসিগে, ঐ মিং চনবা নংহৌদ্রে, লাস্ট ডেট হাযবমা লৈ হাযবসি ঐদি খঙহৌদ্রে। ওফিসকী ক্লার্কতা হংলুবদদি কুমসিদি সুকযা যাববোই, যাম্না থেঙলে, নোংমৈ ঙন্তা লাকউ হাযবকই।'

ফাস্ট ইযাবদনি মিং চনগদবদো। কুমসি চন্দ্রগদি চহী অমা মাঙবা তাবা। মেট্রিক পাশ তৌবে, কোলেজ তমদৌববনি হাযদুনা হবাও-হবাও লাক্লগা মিং চনবা যাববোই হাযবসি শাথীবা চৈফ্ অমনি, পুন্সিদা যাম্না শাথীবা নীংহন্নীংঙাই ওইবা থৌদোক অমনি, মক ওইনা চহী কযাগী মনুংদা মেট্রিক অম-ককা পাশ

তৌবকপা অবাপ্পা খুঙ্গংমচাদদি। ৱাদো তাবদা নুংঙাইত্রে, চান্নবা নুংঙাইত্রে। নীংবা কাযববা মৰূপ অদো মপূক্লিংতা নত্তনা মশাসু ইশোন শোন্থবগুম তৌখ্রে। খল্লকই, হোযদহে প্রিন্সিপাল উন্নদুনা অমুক্তংদি যেংলগে, যাবক্লে ফবে যাবক্লে কমদৌনি। প্রিন্সিপাল উন্নবা হাযবসি কৈগী মমায নানবমক্তি নত্তেদনা।

অপঙথৌনাগা লোযননা ঐখোয অনী প্রিন্সিপালনা লাক্কদবা লম্পাক্কী লম্বী মচীন অদুৱাইদা ঙাইদুনা লৈবে। মহাক্কী ওফিসতদি হেকহাক ৱাবী শান্নবা ফংবগী ৱা লৈতে, ওফিস মমাঙদা মাবু উন্নগদগী মী মযাম অমা পৈদুনা লৈহৌবদো উবক্লবনি। ঙাইহাক লৈবগা প্রিন্সিপাল কাখৎলক্লে চীংখাবোমদগী। ঐখোয অনী কিথি-কিকম চঙশিল্লি, অদুবু মহাক্কী প্রপ্ প্রপ্ থাংবা খোঙথাং চাউকান চাউকান অদুনা লম্পাক্কী লম্বী মযায যৌখিবা খঙহৌদে। ঐখোয অনী প্রপ্ প্রপ্ মতুং ইন্নে। ঐখোযগী ইতৌদু উবদা মহাক খংলেপ লেপ্লি, ওনশিল্লগা হাযবকই, - 'ইযেস, হ্বাট ডু ইউ ৱান্ট ?'

'সাব, হি ইজ এ ফ্রেণ্ড ওফ মাইন, কামিং ফ্রোম এ ফাব এউৱে ভিলেজ, বিলোংস টু এ পুওব ফেমিলি মিং চনবগী পৈশা থিবিঙৈদা মিং চনবা নংহৌদ্রে।'

ঐগী ইংলিস মতৎ মতৎ অদুদা নুংশিকবমাল্লে, হাবকই - 'ইযেস, কাম উইথ মি।' খঙদে, অবাপ্পা খুঙ্গংদগীনি, লাইব-ইমুংদগীনি হাযবদুনসু মপূক্লিংদা নুংশিবা পোকহনখিব্রা ।

চৈবক্কদ্রা নংত্রগা ঐখোযগী ৱা তাবিবোইদ্রা খল্লম্বা ঐখোয অনী কযাতা হবাওবে। ৱা ঙাঙনদনা প্রপ্ প্রপ্ অদুম ইন্নবে। ওফিসতা চৌকিদা ফমথবগা ঐখোয অনীবু হান্না কৌশিল্লক্লে। এডমিসন ফোর্ম অদু কদায হাযনা লৌবগা হাইফেৎ যেংই, অদুদগী মচী অমদা ইবকই – স্পেসিযেল কেস ওইনা মিং চনবা যাবে।

'মতুং মনাওদি থেঙনা লাকপা যাবোইকো ! খঙলব্রা ?' লূমখ্রবা মখোল অদুনা চেকশিন্নবা হাযবকই।

'ইযেস সাব, থেঙ্ক ইউ সাব।' হাযবম্লগা ঐখোয অনী হবাও-হবাও থোবক্লে।

কবিগুম্বা পোলিটিকেল পার্টি অমদা ফোংনা চোংথোক্লুনা যাওদ্রগসু লৈবাক খুন্নাইগী লৈবাকঙাক্লোনগী ইথক-ঈবাংদগী নাথৈদুনা লৈবদি নত্তে জে কে চৌধুৰী, কবিগুম্বা মতাংদদি মাঙজিন থানা যাওবসু যাওই।

ভাবতনা নীংখা তম্বা ফংবগা লোযননা লৈবাক অনী থোক্লা চিংখাইখি। মসিগী মতুং ইকুই কুইদনা ১৯৪৮ গী অদুৱাইদা পূর্বাচল (পূর্ব+অচল=নোংপোক চীংশাং) নংত্রগা পর্বাঞ্চল (পূর্ব+অঞ্চল= নোংপোক লমদম) কৌবা স্টেট অমা

শেম্নবা কাছাড়গী লুচিংবা খবনা ঈহৌ অমা কন্না শাগৎলকখি। হাযবিবা পূর্বাচল নৎত্রগা পূর্বাঞ্চল হাযবা স্টেট অমা শেম্নবা পুখৎলকখিবা ব্রাফম অসিদা যাওনবা পল্লিবা লমদমশিংদি - কাছাড, মণিপুব, ত্রিপুবা অমদি লুসাই হিল্‌সনি। কাছাড হাযবিসে হৌজিক্কী ববাক তম্পাক অমদি অৱাং কাছাড়না পূন্না ডিস্ট্রিক্ট অমা ওইবিঙৈগী ৱানি, লুসাই হিল্‌স হাযবিসিনা মতম অদুগী আসামগী ডিস্ট্রিক্ট অমা ওইবি, হৌজিক্কা মিজোবাম হাযনা তোঙানবা স্টেট অমা ওইববা। অনৌবা স্টেট অমা শেম্নবা ৱাফম অমা পূখৎলখিবসি ভাবত সবকাবগী প্লান অমনি হাযনা কনাগুম্বনা হায। তশেংবদি মদু নত্তে। ৱাফম অসি হৌদোবকখিবদি কাছাড়গী কংগ্রেস লুচিংবশিং খবননি, মদুদা বেঙ্গোল কংগ্রেসকী লুচিংবা খবগী যাইফ-ৱাখল যাওখি হায।

নীংতম মমাঙদা সিলেট অসি আসামগী ডিস্ট্রিক্ট অমা ওইবম্মী। অদুগা বাংলা ঙাঙবা সিলেট অমদি কাছাড ডিস্ট্রিক্ট কংগ্রেস অনীসে বেঙ্গোল প্রোভিন্সিযেল কংগ্রেস যাওবম্মী। লৈবাক অনী থোক্লা চিংখাইবদগীদি সিলেট, কবিমগঞ্জ সব-ডিভিজন নত্তনা, পাকিস্তানদা চনখি। অদুনা নাইতোম তাহৌববা বাংলা ঙাঙবা কাছাড় কংগ্রেস আসাম প্রোভিন্সিযেল কংগ্রেসতা যাওবা তাখি। প্রোভিন্সিযেল কংগ্রেস অসি আসামিশিংনা মশীং যাম্বনিনা বাংগালিশিংবু মবক মবক্তা উশিত্তনা অমদি যাম্না লাকচনা তৌবা যাওবকখি। মদুদা বাংগালিশিংগী তীং শোকপা হাযবদো ওইখি। তৌবগীদি কাঙলুপ অনীসে অমবু অমনা উশিংনদবা 'নঙনা কদাযদা ঐনা কদাযদা' হাযনা লাক্লখিবসে কুইববনি।

পনবা যাবদি, অসুম্না অনীসিনা কন্না মুকখাযনবিঙৈদা তাঞ্জা খঙনা নাবোন্দা অমদি ফোংনা নোংপোক-বাংলাদগী, মরু ওইনা মৈমনসিং অমদি থংনবা জিলাশিংদগী, মুস্লিম মযাম অমা মুস্লিম লিগকী শাহ্‌দুল্লানা আসামগী প্রেমিযাব ওইবিঙৈদা ব্রহ্মপুত্র তম্পাক্তা পুশিল্লকখি। ৱাইখু-থবোইদৌনা চাগোক ফবা মখোয অসিনা চাবোন-শুবোন কযা জৃজ্‌ শন্দোবকপদগীনি ঙসি ব্রহ্মপুত্র তম্পাক্লা যাম্না শাথীনা ৱাবিবসে। ৱাফম অসি আসামগী গবর্নব ওইবম্না জেনবেল এস কে সিনহানা যাম্না শেংনা হাযখিবনি মতাং কযাদা। আসামনা নাবিবা লাযনা অসি ইকুই-কুইদনা যূম্লোন্নবা স্টেট খবদসু শন্দোবকপা যাই। অদুননি মতম লৈবিঙৈদা চেকশিলহৌবা ফৈ হাযনা মযাম্না হাযনবিবসে।

সিলেট পাকিস্তানদা যাওগদ্রা হিন্দুস্থানদা যাওগদ্রা হাযবগী বেফাবেগুমদা আসামি লুচিংবশিংগী অবোনবা খুৎ যাওখি হাযবসি বাংগালিশিংনা চিংনখি। ফনা কুইনা মদুগীদমক নুংঙাইনখিদে। অমবু ওইববসু অমবু ওইবসু আসাম প্রোভিন্সিযেল কংগ্রেসতা আসামিশিংগা লৈমিন্নবসি বাংগালিশিং ইনুং-

নুংঙাইবকখিদে। অদুনা ফিভম অসিদগী নাম্থোক্লবা পাম্বৈ থিবকপদা ব্রহ্মপুত্র তম্পাক্তগী তোখাযনা তানবা বাংগালিশিংনা মশীং যাম্না অনৌবা স্টেট অমা শেম্নবা থৌবাং তৌবকখিবনি। তৌবগীদি কাছাড কংগ্রেসকী লুচিংবা পুম্নমক্না ঈহৌ অসি শৌগৎখিবদি নত্তে, শৌগত্তবা মীশকসু ফনা যাম্না যাওখি। মখোযগী মনুংদা পনবা যাবা খবদি - সনৎকুমাব দাস, হেমচন্দ্র চক্রবর্তী, নন্দকিশোব সিংহ, বাযচান্দ নাথ, মৌলানা অবদুল মতলিব মজুমদাব অসিনচিংবনি। মখোয অসি কাছাড মচা ঙাক্তনি, হাযবদি কাছাডদা মপা-মপূ হাক্তক্তগী লৈবকপা, লমদম অসিদা পোকপা অমদি চাউবকপা ঙাক্তনি। মখোয তুংদা মতম অমদা নৎত্রগা অমদা এম এল এ নৎত্রগা মিনিস্টব ফাওবা ওইখি। তশেংবদি ঈহৌ অসিদা হান্না লৈবম্বশিংগা কোন্না পাকিস্তানদগী লাঞ্জেল্লকপশিংগা চিংখাইনখি।

পনবা যাবদি, মণিপুব কংগ্রেসসু আসাম প্রোভিন্সিযেল কংগ্রেসকী মখাদা লৈবম্মী। মসিনা ওইবা তাই মতম অদুগী মণিপুব কংগ্রেস লুচিংবশিং অযাম্বনা কাছাডগী বাংগালি কংগ্রেসকী লুচিংবশিংগী ইথিলদা ঈহৌ অসিবু শৌগৎখিবদো। সিনাম কৃষ্ণমোহন অমদি লাইশ্রম যুগেশ্বব অনীনা কাছাডদা লাক্লুনা মৈতৈশিংনা ঈহৌ অসি শৌগৎনবা চে চাইববা অমদি মিটিং কযা পাঙথোকখিবা ঐখোয অঙাং ওইনা উহৌই। অদুবু লক্ষীপুবদদি মখোয মিটিং পাঙথোকপা ঙমখিদে। মফম অদুগী কংগ্রেস লুচিংবা কৈশাম পুন্সিনা মহাক্কী খোঙবু খবগা লোযননা লৈতুম-নূংদুম লংশিন্দুনা মিটিং থুগাইখি। কাছাডগী মৈতৈ লুচিংবা খবনবুদি ঈহৌ অসি শৌগৎখি। মখোযদুগী মনুংদা পনবা যাবা খবদি - শাগৎপম গৌবো, লাংপোকলাকপম ধনেশ্বব, মতমদুদা এম এল এ ওইবা নোংথোম্বম বিদ্যাপতি, তুংদা এম এল এ ওইখিবা লাইশ্রম মেবা চাউবা অসিনচিংবনি।

চহী কযামুক মতুংদা নোংমা, মিটিং অমদা তাঞ্জা চাকদুনা ঐগী ব্বাহং অমদা ওজা গৌবোনা খুন্নকখি - 'ঐখোযনা পূর্বাঞ্চল ঈহৌ শৌগৎখিবগী মবমদি ঐখোযগী ইমাবোল মণিপুবি অসি নৌনা শেম্নবা হাযনবিবা স্টেট অদুগী ওফিসিযেল লোন অমা ওইগনি হাযনা যানবা ব্বাফম অমদা যূম্ফম ওইবদগীনি।' পনবা যাবদি, হাযবিবা শেম্নবা তৌখিবা পূর্বাঞ্চলদা ওফিসিযেল লোন ওইগনি হাযনা যান্নখিবা লোনশিং অদুদি - বাংলা, মণিপুবি অমদি ইংলিশনি।

অদুবু পূর্বাঞ্চল শেম্বগী মাযোক্তা অকনবা ঈহৌ অমা মণিপুবদা কমিউনিস্ট লুচিংবা ইবাবতনা শাগৎখি। মদুগী শকক অমা ওইনা ইম্ফালগী এম ডি ইউ হোলদা মীযামগী অচৌবা মিটিং অমা পাঙথোক্লবা শীনখি। মিটিং অদু যাওবা লাকপা মীযামগী খোঙচৎ অমা পুংদোংবমদা পুলিশনা থিংনবা হোৎনবদা মীযামগা পুলিশকা খুৎ থোক্লখি, মদুদা পুলিশ ওফিসাব অমা লৈখিদে। থৌদোক

অদুনা মবম ওইদুনা এম ডি ইউগী মিটিং অদু যৈথোকখি। ঈহৌগী লুচিংবা ইবাবতপু পুলিশনা ফানবা তান্নখি, অদুবু ফাবদি ঙমখিদে। নুমিৎ অদুদগী মীযামগী লুচিং অসি অণ্ডারগ্রাউণ্ডদা চঙখি অমসুং পুন্সিগী অবোইবা নুমিৎ ফাওবা মীবোৎ ওইদুনা লেনখি।



*কোলেজ কাবা হৌবকপা*
*ফম্লিবা ঃ শগোলশেম ধবলো, নাউবিযা অমুসনা*
*লেপ্লিবা ঃ মমিং কাউখ্রবা মহৈবোই অমা, ঐ, তাদো বিজয, মেবাখোম্বীগী মবুং, মেবাখোম্বী*

অসুম্না মণিপুরদা পূর্বাঞ্চলগী ঈহৌ অসি থুপচিনখি। কাছাড়দসু মসিগী ঈথক-ইপোম তপ্পা মতোমতা শিথখি। অদুবু চহী খবা মতুংদা জে কে চৌধুরীনা জি সি কোলেজগী প্রিন্সিপাল ওইবা মতমদা ঈহৌ অসি অমুক শাগৎনবা হোৎনখি। তৌবগীদি মতুং ইনবিনবা মী থোইনা লৈতবদগী কন্না চঙশিনবা ঙমখিদে।

## (৩)

কোলেজ কাবা হৌবকপগা সাহিত্যগী মযাই কল্লবা ঈথক-ইপোমদো মথি ফোংবা হৌবকখি। চহী অনীবোম মমাঙদা ফোঙবা হৌখিবা চেফোঙ 'পঞ্জেন' অমুক্তং যোঙলম্লগা মখা তাবা ঙমখিদে মেট্রিক থাবমদাইগী চৈফ্না কন্না ফৃজিল্লকপদগী। হন্দক অমুক চেফোঙ অদু ফোঙবা হৌবগে খল্লক্লে, যোঙলগে হাযনা চপ যুংনা লেপ্লে।

চৈবক অদুদা হবি-দানা হাযবকখি -'চেফোঙ অমা যোঙগে হাযববদি ওফিস অমা লৈবা তাই।' মাগী পাউতাক অদু চুমদবদি নত্তে, ঐসু খল্লক্লিবনি। *হবি-দা, হাযবদি হুইবেম হবিমোহন বিবিগাওগীনি,* ঐঙোন্দগী ক্লাশ অহুম্না কবিনো হেল্লি, চপ চাবদি কাউখ্রে। মাসু মেট্রিক থাবমদাইদা শিলচব গোভমেন্ট স্কুল হোস্টেলদা ঐখোযগা লৈমিন্নবম্মী, মবেপ ৱাংই, মশম খোইবি-খোইবি তৌই, ইংলিশ ঙাঙবা যাম্না পামজৈ, ফজনসু ঙাঙই, বাংলাসু ফজনা ঙাঙই, মতমদুদা বি এ লোইগে লোইগে তৌবে। মনাওতা মনাও ওইনা ঐবু নুংশিনা তৌবি। মাসু সাহিত্য পামজৈ।

পাউতাক পীবল্লগা তৃমিন্না লৈথোকখিবা তৌদে হবি-দা। নুমিৎ খবনি লৈবগা ঐঙোন্দা হাযবকখি - 'হাই, উপায অমদি লৈবেহৈ, পৈশা তিংদনা ওফিস হাংবা যাবগী। গিবিধাবীখোযগী দুকান্দা হাযনবদি যাবকপা যাই, ঐ হাইফেৎ কাঙথোক্নুনা ৱাবী শান্নকববনি, সাইনবোর্ড অমগা লেটববোক্স অমগা যানশিল্লবগা লোইবে।'

গিবিধাবীখোযগী দুকানদো সদবঘাট মনাক্তনি, লম্বী মপান্দা তুবেল্লোম থংবদা। দুকানগী শঙশাং অদু উনা শাবনি, জিংঘনা কুপ্পা মথোল অনী নাইবা। মখা থংবদা কা খবা খাযদোক্নুনা দুকান শান্দোকই, মথক্কী মথোলদা কা মচা অমা মখোযনা শীজিন্ননবা থম্লগা অতৈদি ইহাং হাংনা থমই, অবাপ্পদগী লাকপা মৈতৈমচাশিংনা নোং-নীনিতং লৈজগে হাযববসু অৱাযমল খবা লৌবগা লৈহল্লি। গিবিধাবীবু পোকপা ইপন অদো মাইবা শাই, গৌবমণি কবিবাজ হাযনা মমিং হাইফেৎ চৎলি। মশা-মউ নোয-পেল্লি, ঙাঙব-শকপা হৈ, লাযেংবা

লাকপশিংদা থাজনবা ঙাঙবা ঙমই। লাযেংবা লাকপা মীবুদি পংযাম যাম্না লাক্তে, অদুবু নোংমগী মঙা-ম্যা তবা-মদি ৱাত্তে, মৈতৈসু মযাংসু। গিবিধাবীখোযগী মযূমদো শেবামখুন্দনি, মোইনাববোন্দগা মোদ্রা (মধুবা) তুবেলগী ৱাংম-ৱাংমদা, সদবঘাটতগী কিলোমিটব তরুক-তবেৎলোম ওইগদ্রা। মপাদি নুমিৎ খুদিংগী সাইকেলদা চথোক-চৎশিন তৌই। মচানুপা গিবিধাবীবুদি গোভমেন্ট স্কুল হোস্টেলদা লৈহল্লি, লাইবিক খবা শোনবদুদা মদুনা খবা ফগদ্রা খন্দুনা ওইবমাল্লে।

সাইনবোর্ড অমগা লেটববোক্স অমগা মখোযগী দুকান মথক্তা যান্নবদো গিবিধাবী মপাদা হাযনকুবদা হবাও-হবাও যাবিবক্লে। তৌবগীদি মদুনা মখোযগী মফম কনগদবসু নত্তে।

ওফিস অমা থন্বগী অৱাবদো কোক্লে। হৌজিক চেফোঙ অদো নম্বদা খবা হোঙবা প্রেস থিবনি, মদু হেকহাক ফংবগী ৱাদি নত্তে। পঞ্জেনগী অহানবা মশীং অদু শিলচবগী খ্বাইদগী চাউবা প্রেস শক্তি প্রেসতা নমখিবনি। মখোয ফজনবুদি নমই, মতমসু চঙহন্দে, অদুবু বেটতি খবা ৱাংই। অদুনা খবা হোংবা প্রেস ফংলবদি হাযদুনা কোযথি কোযথি থিবদা অমখক্তি থেংনবে। অনৌবা লিংখৎপনি, মমিংসু ফজৈ - সাধনা প্রেস। মফম্না চামডা গুদামদনি, শিলচব-লক্ষীপুব বস-স্টেণ্ডগী হেক মনাক্তা। বেবাঙ্গাদা খেৱা লাম্হোক-লানশিন তৌবিঙৈগী ৱানি। যূমদা চথোক-চৎশিন তৌবদা থেংনকুবনি। ৱাবী শান্নকুবদা মপূসু-ম্যানেজবসু ওইবা নুপাদো হবাওবনা লোইখ্রে, চা কৌদুনা পীথক্লকখি, বেটসু মযামদগী তাগে হাযবকখি। তৌবগীদি মাগীদা লৈবিবদো ট্রেডল মেশিন মচা অমখক্তনি, থবক চিনবা মান্দে, কেশ-মেমো, ইনভিটেসন-কার্ড নম্বা নত্তনা থবক অতৈদি পংলৈ লৈতবা মাল্লি। ৱাবী শান্নবদগী খঙবনি, মপূ অদু নোংপোক পাকিস্তানদগী লাঞ্জেল্লকপা বিফিউজিনি, লৈজবা শেন খবদংদো পুথোক্লুনা প্রেস মচা অদু হৌদোকপনি, হিংনবগী লানফমদা মসিনা খবা ফগদ্রা খন্দুনা।

পঞ্জেনগী অহানবা মশীংদো এক্সাবসাইজ বুক সাইজতা নম্বনি, লামায পংযাম যামদে, অদুনা ফেবে-ফেবে হাইদুনা যেংবদা নুংঙাইতে। হন্দক্তি সাইজ অদো খবা হঞ্জিল্লগা ডিমাযদা নম্লগে খল্লে। সাধনা প্রেসতা অবৈবা আর্টিকল খবগা চে খবগা লৈদুনা পীশিল্লুবে। এডভান্স খজিক-খবাক্তং ওইবসু পীযুকা হাযবক্তে। লেন্নিবা হাযদুবা থাজনবিবা হায়দুবা খঙদে।

প্রেস মপূ অদুগী থৱায যাওবদো উবদা ঐ হবাওবম্মী। যাম্না থুনা থবক লোইশিনগদবা মাল্লম্মী। অদুবু খবা লৈবগদি মওং অমা তৌবক্লে, থবক ইচৎ চথদ্রে। মাগা উন্নবসু পংফং ফংদ্রে, প্রেসতা ইবৈ লৈবমদ্রে। তাঞ্জা চান্নকদুনা

নোংম-ফাদোক থেংনবা থোক্লগনা হাযবক্কনি - 'তৌজবগে তৌজবগে, ব্রাবৌগনু হন্দক মবকসি অতোপ্পা থবক খবদা চিন্দুনা তৌবনি।'

মহাক্না থবক চিল্লিবদো খবা লৈবগদি খঙলকই, মশা মবন্নাইগী থবক্তা চিনবদি নত্তে, বিফিউজিশিংগী অৱা-অনা অৱাৎ-অপা যেংশিনবদা চিনবনি। বিফিউজি এসোসিযেসনগী কবিনো থৌপুবা মীশক অমা ওইবমাল্লে মহাক। অদুনা বিফিউজিশিংগী ক্যাম্পতা চৎপা, মখোযগী অৱা-অনা মখোযগী ব্রাকৎ যেংশিনবা, অদুগা মবী লৈনবা অঙম-অথৌ অচৌ-অশাংশিংগা উন্নবা, মযামগী মিটিং শীনবা - থবক মযাম অসিদা চিনবা ওইবল্লে। মবক মবক্তা মাগা ব্রাবী শান্নবদা বিফিউজিশিংনা থেংনবিবা অৱা-অনাগী মবমদা ঐনা খঙজবা উজবা খবা থেৎচিনখি। মদুদা মহাক্না ঐসিবু ব্রাখল চাউবা, বিফিউজিশিংবু নুংশিবা মীশক ওইনা খনখিমাল্লে, নোংমদি হাযবকখি -'কুঞ্জবাবু, গান্ধীবাগতা ঐখোযগী অচৌবা মিটিং অমা পাঙথোক্কদৌবি, ব্রা খবা ঙাঙবিদবা যাদে, মশক নাইবা লুচিংবা কযাসু যাওগদৌবিবনি।'

ঐ শ্বাই লাউখি। গান্ধীবাগতা মীযামগী মিটিংদা ব্রা ঙাঙবা ' মসিবু মানা মযামগীদমক কোযচেন চেন্দুনা হোৎনবিবদু থাগৎপা ওইনা ঐনা মঙোন্দা হাযখিবদুগী মহৈবা নৎত্রগা বিফিউজিশিংগী মবমদা অখঙ-অহৈ শাদুনা বাহৈ অম-নী ফোঙদোক্লবদুগী মনাবা। অদুবু ঐগী থর্বক্তি ইচৎ-চথুদ্রবনিনা মাগী ব্রাবীদুদা ঐ কযা কুইনা পঙথদুনা লৈগনি। নোংমদি মাবু থাগৎপমখৈ থাগৎলগা তশেং-তশেংনা হাযবে - 'দাদা, ব্রাবৌগনু ঐগী চেযোঙ অসি ঐ অতোপ্পা মফম অমদা নমজকবগে।' মাসু মানা শোযবনিনা মখা তাবা ঙমদ্রে। অনম্বা লামায খবদুগা চে খবদুগা খোমজিল্লগা থোবক্লে, সাধনাগা অসুম্না কাযনবে।

অদুবু কদাযদনো চৎলুগদৌবিবসি। ব্রাবৌদুনা অদুঙৈগী যূমদো থাদোক্লুনা কদায কদাযদনো চৎলুবগা অমুক হঞ্জিনবা তাবিৱা। অদুবু কমদৌনি ? হান্নগী শক্তি প্রেসতা হঞ্জিনবা নত্তনা লম্বী লৈখিদ্রে। ইকাযবসু ইকাযনা মখোযগী থোঙজিন্দা কানশিল্লুবে সাধনাদা নম্বা লামায খবদুগা চে খবদুগা লোযননা।

'ইস্, মসিদি কবম হাযনবু নল্লিবনো?' ঐঙোন্দা মুন্না যেংলগা ম্যানেজবনা হাযবকখি।

ঐ খুন্ফম খঙখিদে। মানা মখা অমুক নোৎশিল্লকখি - 'মাগনা গোরুব দাঁত নাই হাযবদো অসিনিসে লেম্না ফংবা শনদি মযা হৌদে হাযবদো।'

'মযা যাওদবা শনদো মযা হাপচিনবিযু হাযদুনা মফম অসিদা লাকচবিবনি।' ঐনা ফাগি ওই কবি ওই খুমই ইকাযবদো ফনবা।

১৯৫৪ গী নবেম্বব থাদা পঞ্জেন অমুক ফোঙবা হৌবে। ফোঙবুদি ফোঙলে, যোনবদি কমদৌবা। যোন্দ্রবদি ফোঙবগী কবিনো কান্নবিবা, কনানা খঙবিনি, কনানা পাবিনি' যোনবা হাযবসি অবাযবা থবক নত্তে। মযাম্না খঙনদ্রিবনিনা কৈথেলদা দুকান্দা থাদ্না থম্লগা কনানসু লৈবিগদবা নত্তে। অদুনা লম্বী-লমখাংদা কোযহা হাদুনা যোনবা তারনি। অদুবু কনাননো কোযহা হাবা চৎকদৌবিবসে' মসি তৌবিগদবা হোকাবসু লৈতে। অদুনা চুবান্থাবনা অঙাং ফাবা ফংত-ফংদ্রগা মচা পুথোক্লুনা পী হাযবদো ঐঙোন্দা



পঞ্জেন

থোক্লে। ঐ ইশানা হোকাব ওইবা তাবে। ফিগী খাউ অমদা কোপি খবা হাপচিল্লগা লেংবান্দা যানশিন্দুনা ক্লাশ লোইবগা নুংথিল নুংথিল থোক্লে লম্বী-লমখাংদা, কোর্ট কম্পাউণ্ডদা, মৈতৈমচা লৈবা ওফিসতা। মীতা মীতা যেংদুনা কোপি অম মম লানশিল্লি। কনানা হবাও-হবাওনা লৈবিবা যাওই, থাগৎপবকপসু যাওই, কনানা হন্না ফাওবা যেংবিবমদে, হাযবম্বসু যাওই - 'কবি কান্নকনি মদু পাংবগা, মদু লৈগদগী শরুকপুদি অঙাংগী অচাপোৎ অমা লৈবিখিগে।' মমলবুদি যাম্না নত্তে, আনা অহৃমতনি, মৈতৈ লৈবাক্তী আনা অমগা মতেক। অদুবু আনাহুমদো পুথোক্লুনা চেঙোঙগী কোপি অমা লৈবিনবা মী পংলৈ লৈখিদে।

খঙন-চান্নবা মব্দপ-মপাং খবনা কোপি মঙা-তবা লৌবগা যোনবদা মতেঙ পাংবিবকপসু যাওই। নোংমাইজিং নৎত্রগা ছুটি নুমিত্তদি সাইকেল অমদা খাউদো যানশিল্লগা চৎলি খুন অমদগী খুন অমদা, মব্দ ওইনা লক্ষ্মীপুব মাযকৈবোমদা। খঙন-চান্নবা মীশক উন্নদুনা কোপি অম-মম যোনশিল্লম্মী, লম্বীদা থেংনবসু যাওই, মযূমদা চঙলুবসু যাওই। মতাং চাকবগা অনৌবা মী থেংনরুবসু

যাওই, নৌনা শকখঙনবগী খুদোংচাবা ফংদুনা নুংঙাইবসু যাওই। নুংশিবিবা কনানা চহী অমগী নৎত্রগা চহী মখায অমগী ওইনা লুপা অনী নৎত্রগা অমা পীবিবকপসু যাওই।

কোন্থৌবৈকোইগী খুডা নন্দকুমাবনা (কোয়া লক্ষীপুবদা লৈখিবা) মাগী থাইনগী মরূপ অমগী এড্রেস পীবকই, মঙোন্দা কোপি অমা থাখো তাকপিবকই। হাযবর্কখি, মাগী মরূপ ধুম্র বাযদো সাহিত্যদা থৱায যাম্না যাওবনি, সিলেট এম সি কোলেজদা তম্লিঙৈদা মণিপুবি লোন্দা এসে কম্পিটিসন তৌবদা মানা ফাস্ট তাখিবনি, সিলেট মচা ওইববসু মৈতৈবোল ফজনা ইবনি।

খুডা নন্দকুমাবনা তাকপিবকপা মতুং ইন্না পঞ্জেনগী কোপি অমগা চিঠি অমগা থাখি। ধুম্র বায মতমদুদা বেলৱেদা অচৌবা ওফিসাব অমা ওইবি, থবক মফম্না পাটনাদা। থীন্দনা মহাক্না 'স্বর্গাবোহণ' কৌবা তেস্তক তৌবা ফজখ্রবা ৱাবেং অমা থাবকখি, লোযননা মনি ওর্ডাবদা শেন খবসু। ঐ হাযফম খঙদনা হবাওখি, লাপথ্রবা লমদম অমদা পঞ্জেনবু নুংশিবিবা মশক নাইবা মীশক অমা লৈবে খনবদা।

চহী কযা মতুংদা ধুম্র বাযগা উন্নবগী খুদোংচাবা ফর্খি ইম্ফালদা মণিপুবী সাহিত্য পবিষদকী মীফমদা। ঐবু কাউবমদে। হাযবিবা মতম অসিদ্দি মহাক থবক্কগী পোথাবে, পাঙুদা মযূম শাদুনা লৈবে। মফম অদুদগী মহাক্না 'ভাবত ইমা' কৌবা থাখাযগী চেফোঙ অমা মতম কুইনা ফোঙলম্মী। মশা নোয-নোয লাউবা মুবংনবা লৱাই তাঙলবা সাহিত্যবু নুংশিজবা মীশক অদো সাহিত্য পবিষদকী মীফমদা চহী খুদিংগী লাক্লম্মী পুন্সি অবোইবা যাহীপ তান্দ্রিফাও।

মবক মবক্তা পঞ্জেনদা থাবকখিবা চিঠিশিংগী মনুংদা অমখক্তি হৌজিকসু নীংশিংলি। ডিগবোযদগী নুপী অমনা থাবকর্খিবনি, মমিং বিলাসিনী কৌই। অপাব আসামদা মৈতৈনা খবা মওং তানা খুন্দা লৈতাদুনা লৈবসি ডিগবোযদনি। মৈতৈ অযাম্বা মফম অদুগী ওইল কোম্পানীদা থবক তৌই, অদুনা যূম্বান-কৈবান অদূম ফৈ। থাউ কোম্পানী অদুদা মৈতৈ অদুক যাম্বনা থবক তৌদুনা লৈখিবগী মবম্নুদি লৈখিদবা নত্তে। মদু মাছিমপুবনি। অনীশুবা লাঞ্জাওগী খবা মমাঙদা শিলচব মনাক্তা লৈবা মাছিমপুবগী লৈনুংদা থাউ লৈবা থেংনখি। মদু চিংখৎনবা হোৎনবদা মী যাম্না চঙবনিনা অকোযবদা লৈবা খুনশিংদগী, মৱ ওইনা বামনগবদগী মৈতৈ মচা লাইবিক লাইশু খবা খবা হৈবা অদুগা মখুৎ-মশাসু হৈ-শিংবা মেকানিক অমদি ড্রাইভব ওইনা কোম্পানীনা যাম্না পাম্না লৌখি। মতম খবা লৈবগদি মাছিমপুবগী লৈনুংদা লৈবা থাউ অদু চিংথোকপদা পংকান কান্নগদবা মান্দবদগী কোম্পানীগী ''বক-থনা পূম্নমক ডিগবোযদা হোংখি, লোযননা কোম্পানীদা

থবক তৌবা ওফিসাব অমদি মেকানিকশিংসু। অসুম্না ডিগবোযদা মৈতৈ ফনা যাম্না চৎনখি অমদি খুন্দা লৈতাদুনা লৈনখি। খবা হৈ-শিংবশিংনা মাগী মাগী মবী-মতাশিং ফাওবা কৌশিন্নবসু যাওনখি। চিঠি ইবকখিবী বিলাসিনী বামনগব নিঙোলনি হায, ডিগবোযদা মযূম পাল্লকখিবী। ঐনা নীংশিংলিবদি টিঠি অদুগী মবোলনি, মপান্দা লৈবী কনাগুম্বী অমনা অদুক ফজনা লৈশি লৈথোন্দুনা মৈতৈবোল ইবক্কনি হাযবসি থাজরুদে। চিঠিদুগী অবোইবদা হাযবকখি, 'চেফোঙ অসি লামায যাম্মনখিদ্রে, খবা যাম্নবা তৌবিযু।' চুমখ্রবা ৱানি। ঐনা ইকায-ইকাযনা খুমখি - 'হাযবিবকপা অদুগীদমক থাগৎচবি, অদুবু উপায লৈতে, মোবোক মশিঙ্গানি হাযনা লৌবিবো।'

পঞ্জেনগী মথংগী মশীং ফোঙনবা থৌবাং তৌবিঙৈদা শিলচবগী ঐখোযগুম্বা বাংগালি নহাবোল খবনা ফোঙবা 'অভিযান' কৌবা চেফোঙ অমা থেংনরুই। পিক্তক তৌবগসু যেংবদা অদুম নুংঙাই। চেফোঙদো নল্লিবা প্রেস অদুগী বেট অদু খবা নেম্লম্লগদি ঐসু পঞ্জেন মদুদা নম্বা যাব্রা যেংগে খল্লে। থিরুবে হেমলতা প্রেসতো নবসিংতোলাদা। খুদোংচাবা অমসু লৈবে, ঐনা লৈবিবা ঝালুপাডাগা পঞ্জেনগী ওফিস লৈবিবা সদবঘাটকা অনীগী মবক্তা চথোক-চৎশিন তৌবদা লম্বী থোক্লে।

হেমলতা প্রেসকী মপূদো নোংপোক বাংলাদগী লাঞ্জেল্লকপনি। অদুবু অতৈ বিফিউজিশিংদৌনা গোভমেন্টকী মতেঙ কোযতান তান্নবা মীশক্তি নত্তে। মীযাই চল্লে, লৱাই ফজনা তাঙলে, ৱা ঙাঙবদা যাম্না তপচৈ, মোং ইহা হাদে। নবসিংতোলাগী পুখ্রি অচৌবা অদুগী নোংপোক থংবা মপানগী যূম অমদনি মানা লৈবিবদো, যূম অদুমক্তদনি প্রেসসু, দ্রোযিং রুম ওই কবি ওই তৌবদুদা মেশিনসু টাইপ বোক্সসু। শম্না হাযববদা যূম অদু ফেক্টৰি-কম-ওফিস-কম বেসিডেন্স হাযবদুমক্লি।

নুংশিবমা পোকই অহন অদো, প্রুফ যেংবা চৎপা খুদিংগী মাগী নুপী কৌথোক্কনি -'কুঞ্জবাবু লেংঙক্লে, চাদো খবা থুনা পুথোবকউ, থবক চিনখ্রবা মীনি।' ঐবু থবক চিনখ্রবা মীনি-ককা হাযদুনা থাগৎপিবদুদা ঐ ইতোমতা ইকাযজৈ। মাগী নুপীসু যাম্না তপচৈ, ৱাহৈ-খোম্ফম ফজৈ। মতৈ-মনাওদো ওম্থোক্লা চান্নজৈ। নোং-ফাদোকসু মচানুপা পাখং ফাববা অদুগা পুংকক চাউববী মচানুপী অদুবুসু কৌথোক্কনি, ঐখোযগা ৱাবী শান্নবদো তাহনগনি। নোং-ফাদোকসু পুংফম চারুবগদি বসগুল্লা পুথোবক্কুনা চীন থুমহনবতা নত্তনা বাংগালিশিংনা বসগুল্লা পাম্বগী ৱাবী কযা তৌবক্কনি। মবক মবক্তা মাগী পুক্নিগী অৱা-নুংঙাইগী ৱাবীসু যাওবক্কনি। ফক্লাংদা লৈপবেং হুক্কুনা থেৎলিবা ফ্রেম চনবা ফোটো অদোমদা

ওনশিল্লগা হাযগনি - 'কুঞ্জবাবু, ঐগী ইনাওনুপানি, নুংশিজখ্রবা ইনাওনুপানি, ইনাওনুপাসি লৈবল্লগদি ঐগী হৌজিক ওইরিবা ফিভম অসি ওইবল্লোইহ। ইঞ্জিনিযাবনি, অদুবু পাশ তৌবগা থবক তৌবা হৌবকপগা ঈশ্বরনা মাবু লৌশিনবিখ্রে।' হাযবগা আনোক লৌথোক্তুনা মম্মিৎ তৈথোক্কনি। মাগী নুংঙাইতবদো ঐঙোন্দসু ফাওখি, ফোঙদোকপদি ঙমখিদে।

পঞ্জেন ফোঙবসি তশেংবদি ব্রান-মেন-শোনি হাযবা যাই। আর্টিকল খোল্লা, আর্টিকল খনবা, কবিগুল্লা মতাংদা খজিক-খবাক শেমদোক-শেমজিন তৌবা, প্রেসতা চৎতুনা প্রুফ যেংবা, ডিজাইন তৌবা, এডভর্টাইজমেন্ট খোল্লা, শেন খোমগৎপা, কোযচৎ-চৎতুনা কোযহা-হাদুনা যোনবা, চাগা-চাদিং পাথোক-পাশিন তৌবা - পূম্নমক মী অমখক্তনা তৌবনি।

মসি পূম্নমকসি তৌবিঙৈদো ঐগী লাইরিক-লাইশু তৌবদা শাথীনা শোকহল্লকখি, অদুগী মথক্তা কোযচৎ চৎপদা হকচাংসু চোকথবকপনিনা লাইরিক্কা পংনক নকশিন্নবা যাবকখিদে। ক্লাশসু মবক মবক্তা মিস তৌবা ফনা যাম্না যাওবকখি। সাইন্স সবজেক্টনগা ওইবে যাওহৌদবা ক্লাশ অদুদি মেনখৎপদা চাননা ব্রাবকখি। মদুগী পোৎলুম নোংম-নোংমগী হেঙ্গৎলকখি। চহীগী পরীক্ষা নকশিল্লকপা লোযননা কোক শাগৎলকখি। ঐনা তৌগদৌরিসে কবিনো ঐ খনফম খঙলকখিদে। চহীগী পরীক্ষা ফাওবা ফেল ওইরববদি ঐবু ।

অসুম হাযনা তৌবসিনদি ঐ যাববোই। লাইরিক খবা পাবা তাই, লাইরিক তম্বদুনা হৌজিমক্কীদি মকনি। অদুনা ১৯৫৫ গী মশীং অদো ফোঙলম্লগা পঞ্জেন থুপচিল্লে।

অদুম হাযনা কককঙাওনবিঙৈদুদা ঐগী ক্লাশমেট ধবলোনা নোংমা হংলকখি - 'নঙবু মীগী মযূমদা লৈবদুবু নুংঙাইরিব্রা, লাইরিক পাবা যাবিব্রা '' ঐদি লৈফম হোংলে।'

মহাক মহানমখৈদি মচেখোযগীদা লৈবনি। কোলেজদগী পংলাপ লাপ্তুনা লৈবা বুরালজুবদা মচেদো মযূম পাল্লকখিবনি। ধবলোখোযগী যূমবুদি জাবিববোন্দলোমদনি। মাসু অফবা মহৈবোইনি, হাইলাকান্দি গোভমেন্ট স্কুলদগী মেট্রিক ফাস্ট ডিভিজনদা পাশ তৌবকখিবনি। মচেখোযগীদা লৈবদো ইহৈ-হৈনদে হাযদুনা মবক মবক্তা তমখি, মচেবুদি মচেনি, অদুবু যূমদুদা মী অতৈসু লৈদনা। অদুনা কোলেজ মনাক্তা চীংখাদা লৈবা যূম মচা অমগী কা অমা ব্রাযদুনা লৈবে হাযদুনা ঐঙোন্দা ব্রাবী তৌবকখি। চাক-ঈশিং থোংনবসু মখোযগী খুন্দগী নুপামচা অমা পুবক্লে, মাবু ক্লাশ সিক্সতা তমহল্লি হাযনা তল্লকখি।

ঐসু ঐগী লৈফম অসি হোংনীং হোংনীংনা লৈবকপা হাইফেৎ কুইববনি। সুবেদার মযূমদো ফববসু ফংত্রসু মীগী মযূম্নি, ঐঙোন্দা ইহৈ-হৈনদবা অমদি অদুম লৈ। লৈবিবদো দ্রোযিং কমদনিনা লাইরিক পাবদা কবিগুল্বা মতাংদা অকাযবসু

যাওবকই। অদুনা খল্লকখি, লৈফমসি হোংলগদি লাইবিক পাবা খবা যাগদ্রা। ধবলোনা কামশিল্লকপা লাইৱাদো ঐঙোন্দা ফজনা পাল্লে। ঐখোয অনী লৈমিন্নবদি তান্ন-তান্নদুনা লাইবিক পাবা যাগনি, যূমগী ভাডাসু ঐখোয অনীনা পুমিন্নববদি খবা যাংগনি।

সুবেদাব মযূমগী অহন ওইনা যূম পুবিবা ইপূ উপেন্দ্রদা যাম্না হঙ্গোইনা হাযবে - 'ঐ কোলেজ মনাক্তা ইমান্নবা অমগা লৈরুবসিবা খল্লিবা।'

'নঙনা অপাম্বা অদুম তৌ।' যাম্না শম্না তাকপিবকই ইপূনা। কবিবুদি হাযগনি।

যূম অদো সিঙ্গাবীগী কুঞ্জেশ্বব কৌবা গোভমেন্ট ওফিসতা ক্লার্ক ওইবা অমগীনি। বিষ্ণুপ্রিযা ওইবগসু মৈতৈবোল ফজনা ঙাঙই। তৌবগীদি বুৱালজুবগা থংননা লৈবা সিঙ্গাবী অমদি ভগতপুবগী বিষ্ণুপ্রিযা খুন অনীমক্কী খুঞ্জা পূম্নমক মৈতৈবোল ফজনা ঙাঙই, মব্ধ ওইনা অহল্লোনশিংদি। কুঞ্জেশ্ববাবু লৈবাক খুন্নাইগী যাইফ-থৌবম কযাদা থৱায যাওনা যাওবকখিবা মীশক্নি। নিখিল মণিপুবী হিন্দু মহাসভাগী শিলচব মীফমদা মশক নাইনা শরুক যাখিবা মীওইশিংগী মনুংদা মহাকসু অমনি। ঐনা গোভমেন্ট স্কুলদা তম্লিঙৈদা মহাকপু তোযনা উখি কোর্ট কম্পাউণ্ডদা লৈবা হকিমাবখোযগী চা-দুকান্দা। মতমদুদা মৈতৈসু বিষ্ণুপ্রিযাসু গৌবিযা কনবনিনা মৈতৈগী চা-দুকানসিদা লোইনা চা থক্লবৈ, অতোপ্পা কাঙলুপকী দুকানদা থক্লবমদে। হাযবিবা চা-দুকান অসিদনি ওফিসতা থবক তৌবা মীশক কযা উখিবদো, মীশক খবগা খঙনবগী খুদোংচাবসু ফংখিবদো। মযামদুগী মনুংদা মীশক অমগসু নীংশিংলি, কুচু পানবা মশা নানবা ৱা ঙাঙবদা মযেক শেংনা শেংনা ঙাঙবা -মমিং জযন্ত কৌবদো। মাসু ওফিস অমদা থবক তৌই, মযূম্না শিলচব মনাক্তা লৈবা মাছুঘাটতনি। বিষ্ণুপ্রিযা ওইবসু মহাক্কী মমাবোলদি মৈতৈবোলনি। মবমদি মাছুঘাটকী খুঞ্জা পূম্নমক মৈতৈবোল ঙাঙই, বিষ্ণুপ্রিযা লোন ঙাঙনদে। মী খবনা হাযবদা তাখিবনি, মাছুঘাটতা বিষ্ণুপ্রিযা লোন ঙাঙলবদি লুপা যাংখে কোংই। চৈবাক অসি কযাম চুম্বা চুমদববুদি খঙদে। অদুবু মাছুঘাটকী খুঞ্জাশিং পূম্নমক্না ঙাঙনবা লোনদি মৈতৈবোলনি। মসি খুনদুদা কোযবা চৎপদা ঐ ইশানা থেংনবখিবনি।

কুঞ্জেশ্ববাবুগী শান্দোক্লবা শাবা যূম অসিনা লৈবিবসি মতম অমদা মুসলমানশিংগী 'কবব' ওইবম্না মফমদনি। খবা কিগনবা মী ওইবগদি অহিঙদা তূম্বা যাদে হাযগনি, ভূত-প্রেত ঙাক্তো কদায কদাযদগীনো খঙদে। ঐখোযগী অহন-লমন্না মসি তাবগদি ঐখোযবু মফমসিদা, মুসলমানগী মোংফম মথক অসিদা লৈহনবগী ৱা লৈতে। কনানা খঙবা, অহিঙ অমা ভূত-প্রেতশিংদুনা

ঙকশম মেৎলবসু। ভূত-প্রেত লাক্নুনা ঙকশম মেৎলবা যাবা মফম অসিদা কনানা মচা-মশু লৈহনগদৌবিবনো? অদুবু অঙকপনি হাযগদ্রা, নোংমতা ভূত-প্রেত নৎত্রগা হেলোই অমত্তা লাক্নুনা ঐখোযবু কিহল্লখিদে, ভূত-প্রেততি লাযবদুনা তম্নলাই অমা ফাওবা লাক্নুনা ঐখোযগী তূন্বা থুগাইবখিদে।

ভূত-প্রেত, হেলোই, তম্নলাই অমত্তা থেংনদ্রসু মখোযদগী হেন্না শাথীবা পোৎশক অমা মফম অসিদা থেংনখি। মফম অদু তোতিগী ঈশিং ফংদে, মিউনিসিপালিটিগী ৱাটব সপ্লাই যৌবক্তে। অদুনা কুহাগী ঈশিংনা থৱায হিংনবা তৌবা তাখি। কুহাগী ঈশিংদুনমা কযা যাম্না ফৎখিদ্রে, নোংজু পন্থাদদি পূম্নে নৈবদগী হেন্দোক্নুনা অকোযবদা লৈবা লৌবুক-খোংবান্দগী ঈশিং চেনশিল্লক্নুনা মখোযসু লৈবে। নিংথিনা লোম্হোক্লগা শীজিন্নদ্রবদি লাযনা মখল মখলনি। পূক যেকপগা খোঙ চিবেৎ চিবেৎ হান্বগনা হবাওজৈ, ডাক্তব যেংহল্লবদা ঈশিংর্ননি হেক্তো হাবকখি। অদুবু উপাযদি লৈখিদে। ঝালুপাডাদাসু তোতিগী ঈশিং ফংদে, কুহাগী ঈশিং শীজিন্নে, অদুবু মখোযগী কুহাগী ঈশিং অদুদি লূই, শীজিন্নবা অদুম যাই।

মৌবী ৱাগী ফোপ্না ইকোয কোযশিন্না খাবা ইংখোল অদুদা শঙ অনীনি লৈবিবা। মনুংলোম থংবদা লৈবিবদু শাবা কুইদ্রি, হল্লি, মপাল্লোম থংবদুদি মল্লে। অনীমক মৌবী ৱানা মবোল মবোল থানা কুপ্লি, ফক্লাংসু যোপ্লি। মতমদুদা জিংঘ ফংদবনিনা সবকাবগী লোইশঙ ফাওবা মৌবী ৱাগী ফোপতা তাইনবা নত্তনা পান্নে লৈবমদে।

মনুংলোম থংবা শঙদুদা সি আই ডি ওইবা বিষ্ণুপ্রিযা অমগা কোলেজ তম্বা মশেন্নুপা অমগা লৈমিন্নে। মমাঙগী অমনবা শঙ অদুগী কা অমদা ধবলোগা ঐগা, অদুগা অতোপ্পা কা অমদনা মদনমোহন মুখার্জিগা মনাওশিং থোকপা কোলেজ তম্বা অমগা। মখোযগী মযূম প্যাথাবকান্দিবোমদনি। মদন মুখার্জিবু উবগা মাবু কনানসু বিষ্ণুপ্রিযানি হাযবোই। কুচু পাল্লদুনা মৈতৈ যাম্না মাল্লি। তৌবগীদি ব্রাহ্মণশিংগীদি কবিগুরুম্বা অকনবা চৈখন লৈতে হায, মৈতৈ মবক্তা লৈবগা মৈতৈ-ব্রাহ্মণ, বিষ্ণুপ্রিযা মবক্তা লৈবগা বিষ্ণুপ্রিযা-ব্রাহ্মণ।

কৈ কিদুনা চেল্লগা শওম ওক্লবা হাযবদু ঐঙোন্দা থোক্লে। লাইবিক খবা পাবা যাগদ্রা হাযদুনা লৈফম হোংলকপনি। অদুবু খল্লম্বা অদুগা তাওইন্নবে। অযূক খুদিং হৌগৎপগা মদন মুখার্জিনা ঙবাং মানা ইবা শৈবেংদো তাবো লাউ হাযদুনা কৌবক্কনি। বাংলাদা শৈবেং যাম্না ফজনা ই, বাংগালি মচাশিংনা, ওজা ফাওবা যাওনা, মাবু থাগৎলি, ইকায খুম্নে। কবিগুরুম্বদনা জীবনানন্দ দাশকী শৈবেং পাবক্কনি, ঐখোয তানবা ফজনা থীবক্কনি। মতম অদু জীবনানন্দ দাশকী

ঈথক-ইপোম কন্না লৈবা মতাংনি, মক্ন ওইনা নহাবোলশিংদা, হৌগৎলক্লিবা অশৈবা নহা ওইবিবশিংনা মাগী মতৌ তম্নবা লাক্লে। মদন মুখার্জিনা জীবনানন্দগী পবেং খবা যাম্না পামজনা যাম্না তোযনা থীখিবদো ঐঙোন্দা মযাই অমগা লোযননা যৈবখি, পবেং খবদি হৌজিকসু কাউদ্রি। -

*'মনে পবে কবেকাব পাড়াগাঁব অকনিমা সান্যালেব মুখ*

*উকক উকক তাবা পউষেব জ্যোৎস্নায নীববে উকক।*

*নীংশিংলকই অদুঙৈগী খুঙ্গংগী অকনিমা সান্যালগী মাযখোঙ*

*পাইজসনু পাইজসনু মখোয ব্রাকচিংগী থাবলদা ঈংন-চিক্রা পাইজসনু।*

পবেং খবদুনা নুংশি-ঈখৌ ল্যাংলিবা থম্মোযদা ঈথক-ইপোম হৌহনখি। খুঙ্গংদা অকনিমা সান্যালমক লৈহৌদ্রগসু ব্রাখলগী তাইবংদা শাগৎখি কনাগুম্বী অমগী শক্তম। চহী মতাংননি। ঈবোযদুনা শান্ননীংখি ঐসু ব্রাখলগী ইপোমদা।

মদন মুখার্জিনা মাগী শৈবেংশিংদো পাবগা তাহনবতা নত্তনা ঐগী মৈতৈবোলদা ইবা শৈবেংশিংদুসু তায। তাবগা ভাব তাবা খঙদে তাদবা খঙদে পংথাদা থাগৎলি। তৌবগীদি মহাক মৈতৈবোল খবা খবদি খঙই, ঙাঙবদি হৈতৈ। ধবলোসু তৃমিন্না লৈতে, মানা ব্রাবীমচা ই। ঐখোযগী মল্লবা শঙ মচা অদু সাহিত্যগী মালং ইপোমদা হবাও মথোই কাবকপগুম তৌবকখি।

মতম অদুগী 'কোলেজ মজলিস', স্টুডেন্ট ইউনিযনগী মীখলদা শেন যাম্না তিংনদ্রসু পোস্টবদি চাউনা চাউনা থেৎনৈ। যেংবদা মেলা মফম মাল্লি। মদন মুখার্জি কোলেজ মেগাজিনগী এডিটব ফমগীদমক ভোট লেপখি। বাংগালি মচাশিংগী মবক্তা অশৈবা অমা ওইনা খঙনববনিনা ভোট খোম্লদা ব্রাখিদে, ভোট যাম্না ফংদুনা মায পাকখি। মহাক্কী মতমদগীনি জি সি কোলেজ মেগাজিনগী মমিং 'পূর্বশ্রী' (নোংপোক লৈমা) হাযনা থোনখিবদো। ঐগী শৈবেং অমা মানা খন্দুনা পূর্বশ্রীগী মণিপুবি সেক্সনদা হাপখি, সেক্সন অসিদা বিষ্ণুপ্রিযা লোনগী ব্রাবেং শৈবেংসু যাওখি। মতমদুদা মৈতৈ-বিষ্ণুপ্রিযা খাইবুং খাইবুং তৌনবগী ব্রাফমসি অদুক হাক্লা কল্লমদে। ঐখোয পূম্নমক মণিপুবিনি হাযনা ইচম-চম্না লৈমিন্নবম্মী।

(৪)

কালেন ছুটি থাবগা যূমদা চৎলে ঐখোযগী চাকথোংবা নুপামচা সানোইগী মুনবোই মুন্দবোই পুথোবকপা চাক-ঈশিংদগী যামদ্রবদা থা-মুক্তি অবানখুভম ফংননবা, অদুগা যাববদি লাইবিকসু খবা পাননবা। হোয, সানোইগী মুনবোই মুন্দবোই পুথোবকপা চাক-ঈশিং অদুদগী মতম খবা অবান খুভমবুদি ফংলে, অদুবু লাইবিক পাবদি ইযামমক যাদ্রে। নুমিদাংদনা কাঙগা কালেনগী মৈশাগনা পূন্না লান্দাবক্তুনা ঙাইহাক্তা হুমাই থাবা যাদে, হুমাইবু শেন্নগদ্রা লাইবিকপু হোৎনগদ্রা তৌফম খঙদে। মতম অদু খুঙ্গংদা ইলেকট্রিক যৌবকপগী মঙ মঙদ্রি, খুঙ্গংদি লাইবদুনা শহবগী চিদাই ওইবপ তৌবা মফম ফাওবদা ইলেকট্রিক যৌবকপোৎ নৎত্রি। অদুনা ইলেকট্রিক ফেন খুঙ্গংদা মমি তাদ্রি। নুমিদাং ফনা থেংলফাওদা কালেনগী মৈশা হন্থদে, কাঙগী ঈশৈ ফাংনবসু লেপ্তে।

অযুক নুংশা হাইগৎত্রিঙৈদা ঙাইহাক লাইবিক পানবা হোৎনৈ, অদুবু পূং নিপান-ককা তাবকপগী অদুৱাইদগী অহন অমনা হেক্তা থুগাইবৈ। লাইবিক পাবিবা ইনাক অদুদা চংঙল্লগা হাযবৈ - 'কবি হাযবি, কবি খল্লি ইবুঙো নঙবু ?'

'ইপূ, যাম্না ৱাৎলিদা মদুগী ৱাদো, লাইবিক তম্বা লোইখিগে, চাকবী মচা অমতং তৌখিগে, অদুগী মতুংদা খন্নসি।'

কৈশামগী ইপূ নবোত্তম হনবা লৈতে। নোযনোয লাউবা মশাদু হাইব-হাইবদুনা লূম্‌লূম্ লাউবা শামু মখোঙ মানবা মখোঙ অনীদো বাক্‌বাক্ থাংদুনা নোংঙানবা নংদমখৈ যৌবক্কনি লাবৈদা খূদোং চিংল-চিংলদুনা, হাযবগনি - 'নখোযগী অহন-লমনগা ৱাবী শান্নদুনা লোইবপোৎনি, যেক থোক্লদে, লৌনবা যাই, ইনাক-কৈবাক খুনবা ইমুংনি, মচিন-মৌপ্পাতনি পোক্লিবা।'

ঐ কবিমতা খুমদে তূমিন্না লৈ, ইনাক-কৈবাক খুনবা ইমুংনি হাযবিবদো ঐবু মিহৌবা পোকহন্নবনি। ঐনা কবিমতা নাচুংদনা তূমিন্না লৈবদো উবদা ঐগী পূক্লিং ৱাখল যাকাইহন্নবা মখা তাথবকই - 'ইবুঙো নঙবু কবি নুমিৎ পোকপগে?'

হন্দমুক্তি তূমিন্না লৈবা যাদ্রে, নৎত্রবদি অহনদা উশিৎ-থৌওইদবা তাদৌবি, খুমই - 'নিংথৌকাবা পোকই ইপূ।'

ইপূদো মাইবা শাই। লৈবাক্লা নবোত্তম মাইবা হাযনা খঙনৈ, খুবাক মযি-কাসু যেংই, নুপী-নুপা পক্ল-ব্রাইনবা যেংবসু হৈ হাযনৈ। মখুৎ-মশা মথং মথং থেক্লগা ইপূন্য মখা তাথবকই - 'চফূ ইব্রান খাবৈ চেকপ এ এ পক্লবে, যাম্না পক্লবে, চফূগা ইব্রানগা তাই, চাব-থকপা ব্রাৎলোই, চফূগা ইব্রানগনিনা নখোয অনী সুকথা থাদোক্লবোই, মসিদগী হেন্না পক্লনীংঙাই লৈতে, লাইনা শীল্লকপনি। মশক মতৌ শাওং-শাদা ওস্তোক্লা ফজখ্রবা পোৎনি, নঙগদি ওস্তোক্লা চায়খবগদবা। লাইনা নখোয অনীসে লৈমিন্নৌ হাযনা তম্নক্লবনি।'

অহন অদুগী লেকচব অদু মবক থৎত্রবদি লোইশিনগদবা মান্দ্রে, অদুনা বেভাব কাযবা কাযদবা খন্দনা খোন খবা কস্তক তৌনা হাযবে - 'ইপূ, লাইনা তম্লকপা তম্লকতবা হাযবদো কোম্না খন্নবসি। ঐ লাইবিক তম্বা অমুক্তা লোইশিঞ্জখিগে।'

অদু ফাওবদা ইপূদো হন্দে, পাখং ওইবিঙৈদা নুপী থেম্বা যাম্না হৈবমগদবা মাল্লি, হাযবকই, - 'মাসিগী অঙাংসে ওস্তোক্লা জ্ঞান তাদেদা, আই এ তম্বা লোইবে, কবিমুক তমখিগে হার্যবিনো, তুংদা নীংঙমহৌবোইকো।'

জ্ঞান তাদবা ঐগা ঙাঙনবা ঙমদ্রবদা ইপূদো ইবোকখোয অহন-লমনশিংদা কবি কবিনো হাযবম্লগা লূম্লূম্ লাউবা মখোঙদো বাক্বাক্ থাদুনা চৎখি।

হল্লক্লবোইদ্রা নীংই, অদুবু নোং-নীনি লৈবগা ইপূদো অমুক্কা হেক্তা হল্লকই। মহাক লাকপা উবগা ইচেশিং-ইচনশিং ব্রা-ব্রা নোক্লকই - লাক্লে লাক্লে ইপূসে। কবিমতা থৌশাদে ইপূদো, মাগী হাযগদবদো হাযবগনি - 'ইবুঙো নঙবু অমুক্তংদি হেংঙুচো হে। ইপূনা নঙোন্দা যাম্না পীনীংদুনা তৌবনিকো, ঐখোযগী কৈশামগী ইচাশিংনা পোকপনি, ঐনা খঙদুনা হাযবির্বনি। ববাক ব্রাংমদা মাগুম্না মশক-মতৌ ফজবী অমত্তা লৈপোৎ নত্তে। যাওশঙগী থাবল চোংবদা লাপখ্রবা বোনতাবাপুবগী পাখংমচাশিংনা মখুৎ অমুক্তং পাযজগে হাযবদা পাযবা ফংদদুনা তকশি শোন্দুনা হনখ্রিবনি।'

'ইপূ ঐ পবীক্ষা নকশিল্লক্লে, মসিগী ব্রাসে পবীক্ষা লোইবগা খন্নসি। মবকসিদা ঐবু অমুক্তা ঈংনা লৈহনবিযু।' ইপূদো ব্রাবৌবসু ব্রাবৌজবসনু হাযবগী মওংদা হাযখি।

নীংবা কাযদুনা শাউনীং শাউনীং হনখি ইপূদো। ঐসু ইচেখোয ইচনখোযদা হাযদুনা থম্লে -'হন্দক্তি ইপূসে লাক্লবদি ঐ ছুটি লোইদুনা চৎখ্রে হাযযু।'

নুংথিল নুংথিলদো মেথ্স খোৎনবা ফনা কন্না লাক্লে। অদুবু হুমাং জৃজৃ শিন্থবা কালেনগী মৈশানা শাবনে থ্রং থ্রং কংবা অঙ্কনগা হাযন-তানবা ইন্দবনে

খোযদৌ অসি অযাম্বা মতমদা শাউগৎলক্কুনা তোকই। ক্লাশ যাওখিদবগী তেকচাকতো হৌজিক্তা কন্না ফাওবকই। হোৎনদুনা মওং তাববোইদবা থবকসিদি তোকথোকপনা ফবে খন্দুনা 'মেজদিদি' হন্দোক্কুনা লেল্লগে খল্লে। বাংলাগী মমিং লৈববা অইবা শবৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যাযগী পংচাউ চাউদবা নোভেলনি 'মেজদিদি' (ইচেযাইমা), ঐখোযগী টেক্সবুকসু ওইবা। চহী খবা মমাঙদা পাখি, মতাং মতাংদা পূক্লিং অসি যাম্না নুংশিহনখি, মবক মবক্তা মিৎতগী পি তাবা খঙখিদে, সিনেমা ওইনা যেংলুবদসু হোলদগী থোবকপদা ইমায-ইমিৎ ইপোম পোম্না থোবকখি, ঐ ইতোমতা নত্তে ইমান্নবা অতৈসু। খল্লকখি, ফনদুম ফবে মসি হন্দোকপনা পবীক্ষাদা কান্নবতা নত্তনা মণিপুবী সাহিত্যদা খুদোল অমা ওইগনি কবিগুম্না ফোঙবা ঙল্লগদি।

অদুবু হন্দোকপা হাযবসি অবাযবা ওইবমদ্রে। চুম্না নুংঙাইনা পাবনা অমনি, হন্দোকপনা অমনি। অহানবা লামাযমক্তদা খুদি থীবে। ৱাহৈ পবেং অদু অসুম্না ওইবমাল্লে -'শেংনা হাযবা তাববদি, হাযবিবা লনথুম অসি লৈবাক্কী যূম অমগা অদুগী মনাক্তা হৌবা বাতাবী নেবু পাম্বী অমখক্কনি।' 'বাতাবী নেবু' হাযবসি হৈনি হাযবদি খঙলবা, অদুবু কবি হৈনোদি খঙদ্রবা। কবি হৈ ওইবিগদবা খঙনবা হোৎনবদা ঐ ফনা কুইনা ঙাওখি, মখা চৎথবা যাখিদে। বাংলা খঙলে-কা হাযদুনা ইতোমতা খঞ্জবদো হঙোইনা ঐসে শামুমুক চাউই হাযনা খনবা ওইবল্লে। ঐগী অৱাবা হাযগদ্রা অৱাৎপা হাযগদ্রা অনীখক ফন্‌ফন্ চোংথোবকখি - অমনা বাংলা মমুৎ তানা খঙদবা অদুগা অতোপ্পা অমনা মৈতৈবোলসু ফজনা হৈতবা। অদুবু থৱাযনদি পামজবনিনা লেপ্পা লৈতনা খবা খবা তৌদুনা অসুম অসুম চৎথবদগীদি হন্দোকপদো উচিন-নাচিন্না লোইশিনখি, হন্দোকপা লোইশিনবগা কালেন ছুটি লোইবগী কাংশিসু যৈবকখি।

চহী কযামুক মতুংদা মণিপুবদা লাক্কুনা থবক তৌবকপগী অদুৱাইদা অদুঙৈ নুংশিনা হন্দোকখিবা 'ইচেযাইম'দো ফোঙদোক্রবা থৌবাং তৌখি, অদুবু অজ্ঞা সুবচান্দনা হন্দোকপা অমা ফোঙলকপদগী ঐগীদো তাবুনুংদা থমজিনবা তাখি, হৌজিকসু তাবুনুংদা লৈবি।

স্কুলদা তল্লিঙৈ মেট্রিক ফাওবসি ঐ পবীক্ষা হাযবসে কবিমতা কিবিবমদে। হযেংমক পবীক্ষা তৌগনি হাযববসু ঐ কবিমতা পাখৎলমদে। অদুবু হন্দক্তি যাদ্রে। পবীক্ষা কনশিল্লকপগা লোযননা অসুম অসুম কিবা হেঞ্জিল্লক্লে। হৈনদবা সবজেক্ট ওইদুনা তৌবিৱা নৎত্রগা লাইবিক পাদদুনা তৌবিৱা। অনীমকসু ওইবম্বা যাই, অনীমক্কী অপূনবা চৈথেংনি। খল্লকই, হন্দক্তি শোযদ্রে ফেল ওইবা। পিশক পিক্লিঙৈদগী লাইবিক ফৈ হাযদুনা অহন-লমন্না থাগৎতুনা লাকপা মেট্রিক ফাস্ট

ডিভিজনদা পাশ তৌবকপা মহৈবোই অদু হন্দক্তি ইন্টর্মিডিযেটতা ফেল ওইবা তাববা ! মায অসি কদাযদা থন্নুনি। নীংশিংলকখি নোংমা গোভমেন্ট স্কুলগী হেডমাষ্টব মহসিন আলিনা কৌশিল্লগা হাযখিবদো -'নখোয মৈতৈমচাশিংসে অঙাং ওইবিঙৈদদি লাইবিক যাম্না ফবম্মী, খবা চাউবক্লগদি অসুম অসুম ফৎচিল্লক্তে। কবিগীনো? চেকশিল্লু।'

ধবলো ইবানি খন্নে, কমদৌসিগে ? ফোর্থ সবজেক্ট থাদোকপনা ফবে, মসিদা মতম মাঙহন্দুনা অমদি কোক থাদদুনা কান্নদে, ফিজিক্স কেমিস্ট্রি মেথ্স - অহুমসিতা কন্না হোৎনবনা ফবে। ডাক্তব তমসু তম্লোইদবদা বাইওলোজিনা কৈদৌনকনি। ঐখোয অনীমক বাইওলোজিগা কাযনবে, বাইওলোজিগা বাই-বাই তৌনবে।

মামচৌগী খল্লুবদা নুংদি নুংঙাইতে। যাম্না আশা তৌজবনি, মচন্নুপীনা পোকপা মম্মাকনুপাসে ডাক্তব ওইহন্নীংবনি। মামচৌনা অদুক যাম্না পামজবদো ঐনা ঈবাক্লহল্লে। খল্লুবদা হাযনীংঙাই লৈতনা নুংঙাইতে। অদুবু কমদৌনি, পাশ তৌবনা ঐগীদি মব্দ ওইববনি।

ধবলো ইবানি বাইওলোজি থৃপচিল্লে তাবদা চুনীসু ঐখোযগী ইতুং ইল্লনি হাযবে। চুনীসু হাইফেৎ ফনা হৌবকপনি। শিলচব গোভর্মেন্ট স্কুলদা তম্মিন্নবকপনি, হোস্টেলদসু লৈমিন্নবকপনি। মশাদি ঐঙোন্দগী হেন্না পায, চাব-থকপদা যাম্না মৌখি, মফি-মবোল যাম্না নান্না শেৎ-চায। কোলেজ তম্বদা মাগীদি লৈফম-চাফমগী মতাংদা থোইনা খুদোং চাদবা লৈখিদে। মখোযগী খুন মনাক্তা লৈবা বডজালেঙ্গা কৈথেলদা দুকান চাউনা ফম্বা বাঙ্গালি মহাজন অমগী জানিগঞ্জদা লৈবা যুম অমগী কা অমদা লৈ, চাবনা মাগী মরূপ মাবব্রাবি মচা অমগী যুমদা, নুংঙাইনা লৈ হাযবা তাই। অদুবু মাসু লাইবিক্তা শম্নবা ব্রাৎহ্লৌবমাল্লে। ঐখোয অহুম্মক লাযনা লাইওং মান্নবে।

হাযনা হাযনা টেস্ট যৌবকখি। মসি ফেল ওইববদি ফাইনেল থাবা যাবগী ব্রা লৈতে। তৌবগীদি যাম্না লুবা পবীক্ষাবুদি নত্তবনিনা থোইনা ব্রাকদে, পাশতং তৌবগা লোইবে।

টেস্ট লোইবগা যূমদা লাক্লে। যূমদা লৈবসি নুংদি নুংঙাই হাযববু লাইবিক পাবদি ইযা যাদে। ইমুংগী নৎত্রগা লৈকাইগী থৌদোক-ব্রাথোক অমা নৎত্রগা অমনা হেক্তা অকাযবা পীবৈ। অদুনা যূমদা পংচোন চোম্থদ্রে। হন্দক্তিগ টিকোববস্তীদা ধবলোনা লৈবিবা অদুদা চৎত্রে। কোলেজ কাববোইদবনিনা অনকপদা লৈত্রসু যাবে।

চামডাগুদামগী মেইন বোডতগী খবা চঙশিল্লগা ৱাটব সপ্লাইগী ইঞ্জিন লৈবা অদুৱাইদা উনা শাবা মথোল অনীগী যূম অমা লৈ। যূম অদুগী মপূ বাদুগবগী লাইশ্রম মেবাচাউবনি, মতম অমদা লোকেল বোর্ডকী মেম্বব ওইবন্না, (চহী খবা মতুংদা এম এল এসু ওইখি)। মহাক্কী যূম অদু ভাডা শান্দোক্লবগী ওইনা তৌই। মখাগী ক্যশিং অদু গুদাম ওই। মথক্তা কা অনীনি, কা অমদা ঐখোয অহুম লৈ। তাদো বিজযগা বীবেন্দ্রগা লৈবম্বদগী ঐনা যাওশিল্লুবনি। তাদো বিজয ইপন হৈতোনগী মচানুপা অহন্নি, হাকুম আই এ গী 'বৈতবণী' লানবা ঙমহৌদদুনা কুমশি অমুক লান্নবা হোৎনবিবনি। বীবেন্দ্রনা খুডাতোনগী মচানুপা অহন্নি, নবসিং হাইস্কুলদা ক্লাশ নাইন তম্লি।

ইযাম্বগা ইনাওনুপাগগী তাইবং অদুদা ঐসু যাওশিল্লুবে। ঐদি চাক-ঈশিং থোংব-থাকপা হৈতবনিনা লেম্না লৈবে, মখোয অনীনা থোং-থাক্লগা চাবতনি ঐনা যাওবিবা। চাকশঙদি মখাদা তোঙান্না শাবা শঙশাং অমদা লৈ। লাইবক ফবা হাযগদ্রা কোল্লিক ফেঙব-চাম্বগীদি ৱাদ্রে। লৈকাইদুদা লৈবা মুসলমান নুপীশিংনা তৌবিবৈ, কোল্লিক ফেঙব-চাম্বতা নত্তনা যেনশাংদা থাক্লবা মুসলা ফাওবা নূংদা ফজনা তক্লগা থম্বিবৈ। থা-থাগী পৈশা খব-খবতনি মখোযদা পীবিবদো। তৌবগীদি মখোয যূম অতৈদা চৎতুনা থবক অতৈসু তৌকই। অদুবু ঐখোযনা পীবিবা চাংচৎ অদুদা যূম অতৈদগীসু ফংলম্লবদি মখোয কবম্না মযূম পুবমগদবা খঙদে। অদুবু অৱাবগী মমিদি মখোযদা থোইনা তাবা উদে। কালেনগী শাববা নুংশা অদুদা কোযচৎ চৎতুনা থবক ইংখাং নোম্লুবগা নুমিদাংৱাইবম মখোযদো পূল্লে, চাকশঙগী মাঙ্গোন্দা লিবি লিবি শিৎপা নুংশিৎতা ফমদুনা ৱাবী-ৱাতাই শাবদুনা ফাগি-জুগাই ৱা-ৱা তৌনবৈ, হীকসু কাইনবৈ। ঐখোযসু মবক মবক্তা হৈচিক লাংবা ওইনা ফম্লুই। তাদো বিজযদি মখোযগী ফাগি-ফবাং অদুদা যাওকই, মাদি মখোযগী মবোল যাম্না হৈ, মখোযগী ঈশৈ-কাসু শকপা হৈ।

কালেনগী মৈশাদুদা জিংঘগী যূম অদুগী মথক্তা খাঙবা ঙম্বগী ৱা লৈতে। সিলিং যাওদে যূমদো, ইলেকট্রিক ফংদবনিনা ফেনসু পানদে। তুবেল মপান্দা লৈবগা ঈশিং থকপা ফংদবা হাযদুনি। শিলচব টাউন পূম্বা ইলেকট্রিক পীবিবা ববোদা কোম্পানীগী পৱাব হাউস ইনক-নক্লা লৈ। অদুবু থাইনা লিংখৎখিবা কোম্পানী অসিনা পাকথোক চাউথোবক্লিবা শহব অসি মনীং থুংহনবদি ঙমদে। লন্নাইগী যূমদি লাইবদুনা সবকাবগী লোইশঙ ফাওবা মৈ পীবা ঙমদে।

ঈশিংগীবুদি ৱাদে। তোতি ঈশিং মবাং কাযনা ফংই, ৱাটব সপ্লাই ইনক-নক্লা লৈ। অদুগীসু মথক্তা ইনক-নক্লা চেল্লি ববাক। কালিবাডি হিদেনদা ইনীং

তৌনা ঈৰু-মাযথজবা ফিশু-ফিজান্না তৌবা যাই। ঐখোযতা নত্তে, হিদেন অসিদা মী মখল শুনা কৃপ্লকই, নুপীসু নুপাসু অঙাংসু অহনসু।

নোংমা হিদেন অসিদা যাম্না নুংঙাইতবা থৌদোক অমা থোকখি। মবক মবক্তা নুপী কাঙবু অমা, মাপন তবামুক ওইবা যাই, ঈৰু-মাযথজবা ফিশু-ফিজান্না হেক হেক লাকই। মখোযগী ফিজেৎ-চাকশেৎ ৱাঙাং-ৱাতা মিৎযেং নাযেং অতৈগা ইমান মান্নদে। মখোযনা ঈৰু-মাযথজবদো মযামদগী খবা লাপথোক্লা তৌই। মখোয অদু প্রেমতলাদা লৈবা হকচাং লল্লোনবী কোল্লুপকী চনুবাশিংনি হায। নোংমদি মখোযগী মবক্তগী নুপী অমা মযামগা ঈৰুজদুনা শান্নবম্বদগী ঈশিংনা চেন্থখিদুনা থিবা ফংখিদে। নীংথিনা ঈবোইবা হৈবমদবা তাই। ঈহৌবকপা মতম ওইবগসু ঈচেল যাম্নমক কনবদি নত্তে। অদুবু নুমিৎ অদো মযাম চঙদুনা থিবদা ফংখিদে। নীনি-হুম্নি মতুংদা উজান লমদগী পুথবকপা মৌবী ৱাগী উঙাম মযাম পুন্দুনা লৈবিবা অদুগী মবক্তা অশিবা হকচাংদো তাউখৎলকখি। পাউ তাদুনা মানা লৈবম্বা কোল্লুপ অদুগী নুপী খবা লাক্কুনা কপ্পবগা লাউনবগা তৌবখি, মপিতং শিন্থববসু যাওবখি। অদুবু মমা-মপা মচিন-মৌপ্পা মবী-মতা কনাগুম্বা অমত্তদি লাকখিদে। লাইবক চাউবীদো মাগীনি হাযবা কনামতা লৈজদবা ওইবিগদ্রা, নৎত্রগা মখোযগী মফমদা মাদি চষ্টী কযা মমাঙদা নহান্না শিখ্রবা ওইবিগদ্রা? কনানা শোবাৎ শোনবিবমগনি ? শোবাৎ শোনবিদ্রবনিনা অবান খুভম ফংবগী ৱাসু লৈত্রে। হযেংমুক্কী মপোক হাযবদো লৈবগদি অমুক্কসু অসিগুম্বা মপোক্তা হঞ্জিন্না পোক্কদৌবিব্রা ' ইথৌ অমা ওইনা খল্লুই, কযাদি নুংঙাইখিদ্রে। নীংশিংলকখি অদুঙৈ মথুবাপুবীদা মাগুন্নী চনুবা বাসবদত্তাদো। মাগীদি লম্বোইবা উপগুপ্ত থেংনকুদুনা ঈশিং চখোম অমতা ওইববসু পীথকপিখি। অদুগা শকখঙদবী বাসবদত্তা অসিগীদি মমান্নবী খবনা মিৎলু পিবাং মবীক খবা শিন্থববিবা নত্তনা কনানসু কবিমতা তৌবিখিদে।

নুমিৎ-থাগী খোঙচৎতি লেপ্তুবনিনা হাযনা হাযনা ফাইনেল এক্সাম যৌশিল্লকখি। অম-মম তৌদুনা থিওবি পবীক্ষা লোইশিনখি। যাম্নমক ফখিদ্রগসু 'বৈতবণী' লানবা ঙমগনি হাযবগী থাজবদি লৈখি। প্র্যাকটিকেলগী চাংযেংতং ফবগদি মযাম মমাঙদা মাযসি উৎপা ঙমগদবা মাল্লি। ফিজিক্স প্র্যাকটিকেল অদুম ফজনা তৌখি। অদুবু কেমিস্ট্রিদা কৈ ওক্লবে। কোলেজ যৌবগা ওজানা খংপ্রেক খংহল্লকখি, খংহনগে হাযনা খংহনববুদি নত্তে, হাযবকখি - 'নখোযনা তৌখিদবা প্র্যাকটিকেল অমা কম্পালসাবি ওইনা লাক্লে, তৌদবা যাদ্রে - এসিডিমেট্রি এলকালিমেট্রি, অদুবু কিক্নু এক্সাম হৌদ্রিঙৈদা পূংখায অমা নখোযদা তাক্কনি, এক্সটর্নেল এক্সামিনাবগা হাযনবে।'

যান্না লুবমক্তি ওইবমদ্রে। পবীক্ষা হৌবগা মদু হান্না তৌথোক্লে। অদুবু মন্ধ ওইবা টেস্ট অমদা ঐ হেলোই ওক্লবে। সোল্ট এনালাইসিসকী সোল্ট অদো পুথোকপা ঙমদ্রে। ঐ তৌফম খঙখিদ্রে। চম্মন্নবিঙৈদুদা মন্ধপ কল্যান নাথনা কপ্লি কপ্লি মশা থক্থক্ নিক্লা হাযবখি, 'কুঞ্জো, ঐ ফেল ওইবা তাবে, ঐগী সোল্ট তাদ্রে।'

ইচা থেম্না ঙমদ্রিঙৈদা মীচামুক থেম্বিযু হাযববে। ওন্থোকপা হাযদুনি, ঐ কবি হাযগদবনো খঙদ্রে। 'ঐগীসু সোল্ট তাদদুনা কোক ঙাওবি' - হাযব-কা তাখিদ্রে কল্যানদো।

'ঐ খঙই, নঙদি শোযদনা পাশ তৌগনি, ঐদি লৈহৌবনি, নঙবু অমুক্তা যেংঙুহে কৈদৌগে।' চান্নলা কপথোবক্কদবা মাল্লি কল্যানদো।

মাগী মতৌদুদা ঐ চান্নলা নুংঙাইত্রে। মীবানখাং ঙমদ্রগা লমজা পুই হাযবদো ঐঙোন্দা থোক্লে। ইমান্নবনি, গোভমেন্ট স্কুলদা তম্মিন্নবকপনি, অদুনা হঙ্গোইদনা হাযবিবনি। কদায কদায হাযদুনা মাগী সোল্ট অদু টেস্ট তৌবদা বিজল্ট অদুম তাবে। কল্যানগী মকশিল্লুববা মাযথোঙ অদো মকা লামথোবকখি। অদুবু ঐগী মাযথোঙদি লৈচিন্না অদুম কৃপশিন্দুনা লৈখ্রে। ফনা লাক্লুদুনসু ঐগী সোল্ট অদু থেম্বা যাদবা অঙাংগুম অদুম নিঙাই তৌদুনা লৈখ্রে।

মতম লোইবদুনা ওজানা চে লৌশিনখ্রে। মিৎতা তন্দন পাইদুনা ঐ পবীক্ষা হোলদগী থোবকখি। প্র্যাকটিকেল ফেল ওইববনিনা এক্সাম ফেল ওইবা মশানা তাববনি। পুন্সিদা ফেল ওইবা হাযবদো খঙলক্লিবা ঐসে হন্দক্তি শোযদ্রে।

(৫)

পরীক্ষা থাখ্রগা পাশ তৌবক্কনি তৌবক্লোই খঙদনা লেনবসে ওন্থোক্লা ৱাখ্রে, নহানমখৈদি মসি খঙলমদবনি। অসুক কুইবসি ইশাবু ইশানা থাজদুনা লাকখি, শোযদনা পাশ তৌবক্কনি, ফার্স্ট ডিভিজনদা লাক্কনি হাযবসি অদুম থাজদুনা লাকখি। হন্দক্তি মওং অমনি, মীনা পরীক্ষা কমদৌখিবগে হংলগা নীংথিনা খুন্বা ঙমদে, হংহন্নীংদে।

নুংশাসোব চনীং-চমাঙ শম্নদনা লৈবিঙৈদুদা নোংমদি পরীক্ষা হাযদোবক্লে। সেকেণ্ড ডিভিজন্দা লাক্লে। চিংনৈ, কোমিস্ট্রিনা চিংথবা ওইবমগনি। চিংনবা অদুমক চুন্নম্মে, মার্কশিট ফংলগা যেংবদদি কেমিস্ট্রি প্র্যাকটিকেলদা চি-লাউনা ২০ ফংদুনা লৈবন্লে। অসিদগী মার্ক অমখক্তং তাবন্নবদি ঐ সেকেণ্ড ডিভিজনদি লাযবদুনা পাতালদা ওন্থবমগনি। পাশ মার্কতং ওইবসু পীবিবন্নিবা এক্সটার্নেল এক্সামিনাব অদুবু পুক্লিংদা মশীং লাকঙমদনা থাগৎচখি।

লানবা ঙন্নবোইদ্রা খল্লমবা বৈতবণী লাল্লে। অদুবু মখাসিদি কমদৌবা '' যুমগী ফিভম যাম্না ফৎচিল্লক্লে, ঐ উই। ইমুং মনুংগী চাদিং পুম্নমক মব্ব ওইনা ফৌ-চেঙ খবা থোক্লিবদুদা তাইনবা লৌমীগী ইমুংনি। লাইবিক-লাইশু তন্বগী শেনথুমগী পোৎলুম অসিগুম্বা ইমুংনা পুবা হাযবসি অৱাবা অমনি। স্কোলাবশিপ খবা ফংবদুনা মতেঙ খবদি ওই হাযববু মদুনদি কোন্নবা নত্তে। যুমদা লৈবগা তন্বা ওইবদি খবা ফবা। মদুদি নত্তবনিনা শেনদু যাম্না চঙই মপান্দা লৈবগী, চাব-থকপগী। অসোমদা ইচে লৈশাবী মপুং ফাবক্লে, থাজ-যোঞ্জবগী মতাং যৌবক্লে, ইচনুপী জাহ্নবীসু লৈশাবীমচা ফাজিল্লক্লে। নুপীনিনা মখোয অনীগী সনা-লিক্কোন শাবগী ৱাফমসু লাকই। ঐগা থংনবা বালাসু হন্দক মেট্রিক থাখ্রবনি, মাসু পাশ তৌবক্কনি, কোলেজ তন্মান্দবা যাবোই। নহানমখৈদি তোলেনখুনদা খবা লৈ, লক্ষীপুবদা খবা লৈ, ক্লাশ সেভেনদগী টেন ফাওবসি মাবু মামচৌখোযনা হোৎনবিবকপনি।

কবি তৌসিগে হাযনা খনফম থোক্তদুনা কোক শাদুনা লৈবিঙৈ মতাংদুদা নোংমা মখাবৈকাইগী মাইন্নাম ইবোক্লা যাম্না পুক্লিং নুংশিবা ৱা অমা হাযবৈ -

'লাইবিক তম্বা তোক্লগা থবক তৌনবা হোৎনবো, ইবুঙো। নমাগী লিক-কোন অমত্তা লৈতে, শাবিদবা যাবিব্রা ?'

ঐ হেকহাক খুম্ফম খঙখিদে, অদুবু চীন্দগী থোকখি - 'লিক-কোনদো কোন্না শাবা যাবোইদ্রা, লাইবিক লাইশু তম্বা লোইবগা ?'

'হৌজিক নহা ওইবিঙৈসিদা শিহৌ-চাহৌদনা হযেং হনুবী ফাবগা শি-চাগদ্রা ?' ইবোক্লা খুন্নকখি।

ঐ মখা তাবা ঙমখিদে। ইমাদো ইবোক অদুগী মচেগী মচানি। মহাক্না শীন্দুননি ইমাদো ঐখোযগীদা লাকখিবা, ইমা অতোনবী ওইনা ঐখোযবু কোনবিনবা। ঐ শাউনীংলবসু তূমিন্না লৈবা তাখি। মচানুপীবু সনা-লিক্লোননা পূংলং লংহন্নীংবা হাযবসি মমা-মন্দোন ওইবীশিংগীদি মহৌশানি। মখা তাবা কবিমতা হাযবমদনা ঐ ইবোক্কুগী মনাক্তগী থোক্লকখি।

থীন্নদনা ঐ লেপকদবা অমা লেপ্লে, লেপ্লে শিলোংদা চৎলগা থবক তৌনা তৌনা বি এ তম্লুবগে। বানীপুবগী ইবাই গৌবচন্দ্রসু থবক তৌনা তৌনা বি এ তমথবি। মাবুদি থবক তৌদ্রসু বি এ তমথবা ঙম্বা মীনি, মখোযগী ইমুংদি ঐখোযগী অদুব্রাইদা থোইদোক্লা মচিঞ্জাক চাবা ইমুং ওইনা খঙনবির্বনি। লাইবিকসু মাদি অঙাং ওইবিঙৈদগী ফনা লাকখিবনি। মেট্রিক ফাস্ট ডিভিজন্দা ইবায লাযনা পাশ তৌবা যাবনি, অদুবু খবা ঙাওশিন্নবদগী সেকেণ্ড ডিভিজন্দা লাকখি। নীংবা কাযবগা ইকাযবগা অনী পূনখিদুনা মতম খবা মযূমদগী মাঙখি। ইম্ফালদা লৈবে তাবদগী মাবু পোকপা মাম্মদুনা চৎতুনা মাবু ডি এম কোলেজদা মিং চনবিদুনা লাইবিক তমথহনখি। আই এ পাশ তৌবগা শিলোংদা চৎখির্বনি। অঙাং ওইবিঙৈদগী মবীংজেল খবা খায, অদুননি মযূমদগী পৈশামতা লৌদনা থবক তৌবগা লাইবিক তমগনি হাযদুনা তমথবিবসি।

যূমগী অহন-লমনশিংদা শিলোং চৎপগী ৱাদো হৌদোক্লুবদা 'নঙনা ফগদবা খন্দুনা তৌ' তাকপিবক্লে। ইবাই গৌবচন্দ্রগসু চিঠিদা পাউ ফাওনবে। ঐ শিলোং চৎকনি তাবদা খুডা মান্যসু যাওগে হাযববে। ঐঙোন্দগী চহী পংহন হনববুদি নত্তে খুডা মান্য, মিংগৌনা যাদদুনা খুডা কৌবগী ৱানি। খুল্লক-লৈবক্তদি মিংগৌ নাইদবা যাদে, মবী-মতাসু পংথোক্তা থোক্লে। খুডা মানা দোর্জি শূই, পাবোদা ওজা বোবিদুনা তম্বা হৌখিবনি, মখা তমথবা ওইনা ইম্ফালদসু চৎলুই, অদুদগী মতম খবা শিলোংদসু। ইবাই গৌবচন্দ্রগা মাগা লুনা তিন্নৈ, অদুননি মানা অমুক শিলোং চৎনীংলক্লিবা, কবিগুম্বা মতা চাববদি মতম খবা মফমদুদা লৈথনবা। ঐগীদি ফবে মহাক যাওনা চৎমিন্নগদৌবিবসে।

শিলোংদা লাইবিক তম্বা চৎকদৌবি হাযবা পাউসে থীন্দনা নুংশিৎনা শন্দোবকপদৌনা মযাম ৱা-ৱা লাউনবকখি, খুঙ্গং-লৈবক্তদি মসিগুম্বা পাউসি মক্ত ওইবা পাউ অমনি। অহন-লমন্না ঐবু কৌশিল্লগা পাউতাক পীবি - 'যাম্না চেকশিন্না লৈগদবনিকো, মীবৈবাক্লি হাযবা কাউবোইদবনি।' যুম্নামগী ইনে-যাইমা বিবিনা ঐবু যাম্না লুনা তৌজৈ, কৌশিল্লগা পাউমেল্লকখি - 'শিলোংগী খাসিযা নুপীশিংদো যাম্না ঙাওই হাযনৈ, পোৎশেম-নুংশেমসু যাম্না হৈ হাযনৈ, ক্বাদা তৌশিল্লি হায, মখোযনা তপ্পা ক্বা-ককা চাক-লাকউনুকো।' পলেমশকপী পন্থৌশকপা কযানসু পাউতাক কযানি পীবখিবা, চেকশিন-ৱা কযানি হাযবখিবা মচাতা মচা ওইনা নুংশিজদুনা।

নোংমদি মযামগী যাইফ-ৱাখল অমদি নুংশি-ৱাহৈ কযা ইকোক্তা থোংদুনা যূমদগী থোবক্লে। শিলচব যৌবা ফাওবা বসনা, অদুদগী ট্রেন্না বদবপুব ফাওবা। খুডা মান্যগীদি মপোৎ-মচৈ যামদে, শউনগী সুটকেস মচা অমতনি, ঐগীদি শউনগী সুটকেস অমগা মোন-মোম্পাক মচা যাওবা হোলদোল অমা, শিলোং হাযবদো যাম্না ঈংই হাযনবনিনা মদুগী থৌবাং হাইফেৎ। বদবপুবদগী পাহাড লাইনদা, হাযবদি হিল সেক্সনগী ট্রেনদা চৎকদৌবিবনি। ট্রেনগী লম্বী অসি নত্তনা লম্বী অতৈ লৈতে। মতমদুদা হৌজিক্কী শিলোং-জুৱাই-শিলচব গাড়ি-লম্বী অসি মমি উদ্রি। ট্রেনদা ক্লাশ অহুম্নি - ফাস্ট সেকেণ্ড থার্ড। সেকেণ্ড ক্লাশ চৎপগী পৈশা লৈতে, ফাস্ট ক্লাশকী ৱাদি লাপখ্রে। থার্ড ক্লাশতা বিজার্ভেসন ফংবা ৱায। অদুনা কুলিদা পৈশা খবা পীবগা অফংবা কা অমদা হেক্তা থাঙ্গৎহনগদৌবিবনি, চিনখ্রবা গান্ধী ক্লাশকী কাদুদা মখোযগী মতেঙ যাওদনা কাবা ঙম্বগী ৱা লৈতে। পোৎচৈসু মখোযনা থাঙ্গৎপিগদৌবিবনি। ট্রেনদা কাবসি সর্কাস মখল অমনি, শবিৎ-শবা খবা হৈত-লাক্ত যাপোৎ নত্তে।

নুমিদাংৱাইবম ট্রেন থাবে। পংকুই কুইদনা ববাক থোং লাল্লে - দগ্‌দগ্ দগ্‌দগ্ । মণিপুবদগী কাছাড তম্পাক তাবগা ববাক্তা চেল্লক্লিবা শাংলবা ঈচেল অসিদা শাবিবা অচৌবা থোং হাযববু বদবপুব থোং অসিতনি, মদুসু ট্রেনখক্তং ল্যানবা যানবা, ব্রহ্মপুত্র তম্পাক্তা ববাক তম্পাক্তা শম্নহন্নবা ইংবেজশিংন্য শাবম্বা। ঙাইহাক লৈবগা স্টেশন মযাম মথং মথং থেংনবে - হিলাবা, বিহাবা, চন্দ্রনাথপুব, দামছডা, ডিটেকছডা পাঠশালা তল্লিঙৈদা ভূগোলগী পাবাদা চীনফা পুখিবা স্টেশনশিংদো। মসিদগীদি চীংগী চীং ঙাক্তনি মবোল মবোল, অহিঙ চূপ্পা লানগদৌবিবা। চহী অনীবোম মমাঙদা লম্বী অসিদা ঐ অমুক চৎখ্রে। মণিপুব কোযকববা মতুং গৌহাটি যৌকবগা হল্লকপদা। মদুনা লমদিংদগী বদবপুব তাবনি, হাযবদি অৱাংলোমদগী খাবোমদা, হন্দক্তা খাবোমদগী অৱাং পাংনা।

ঐখোযনা অঙাং ওইবিঙৈদা ইপম্থৌ অমুকখক যমুনামুখ চৎলুই, তশেংবদি হোজাই চৎলুবনি।মতমদুদা হোজাই চৎপসি যমুনামুখ চৎপা হায়নবম্মী, হোজাইগী অকোযবদা যুম হোংবসু যমুনামুখক্তা যুম হোংবা হাযনবম্মী। মসিগী মবমদি হোজাইগী অকোযবদা মৈতৈনা খুন্দাবা হৌবসি যমুনামুখতগী হৌখিবননি হাযনৈ। ইপম্থৌনা হল্লক্লগা লীবিখি মহাক্লা লম কোযকুবগী ৱাবী, ট্রেনদা চৎপগী ৱাবী, বদবপুবদগী পাহাড লাইন চৎপগী ৱাবী, শাংলবা লম্বীদুদা লৈবিবা স্টেশনশিংগী মমিং-মথা অম-মমতা ওইনা মথং মথং হাযবকখি। অঙকপনি ইপম্থৌগী নীংশিংবগী পাঙ্গল। মসিমক্লা ওইবা তাই বামাযণ মহাভাবতকী ৱাবীশিংদো অমত্তা চিথুদনা লীবা ঙম্লিবা। ইপম্থৌনা তমখি, মবক মবক্তা চীংনুংহুৎতা ট্রেন চেনবগী ৱাবী, চীংনুংহুৎশিং অসি পাউদা কৌই, অতেনবসু যাওই অশাংবসু যাওই। ইবোকখোযনা মণিপুব চৎলুবগা হল্লকপদসু পাহাড লাইনবোমদা হল্লকখি, মদুদসু পাউদা মযাম লানবগী ৱাবীনা মপূং ওইখি - পাউদা মনুং হেক চঙবগা পূংমম, অদুদগী মনুংদা নুংশাসোব ফুনবগী ৱাবী। মবক মবক্তা বেলগাডিনা চেল্লি চীংযাংদা, কবিগুম্বদনা চীংচেপ্তা, নাকন্দা যেংথখিবদা পাতাল যৌনা লুথখিবা লোকখা, উবদা শ্বাই শ্বাই।

হবাঙ্গাজাউ স্টেশনদা ওইবমাল্লে ট্রেনগী মনীংদা ইঞ্জিন অমমুক পানশিনবদো। ইঞ্জিন অনী নৎত্রবদি চীংদা ট্রেন কাবা ঙম্লোইদৌবিবা। হাফলোং যৌবকপদা ট্রেন অনী থৈনগদৌবিবনি অৱাংলোমদগী লাকপগা খাবোমদগী লাকপগা। মফম অসিদনি পেসেঞ্জাব মযাম চাক-ঈশিং চানগদৌবিবা। খঙদে, মফম অসিগী মমিং কনানবু হাফলোং থোল্লম্লিবা। বদবপুব-লমদিং লম্বীগী লমশাং অসিগী মযাই ওইবপ্লা লৈবা লমনি হাযদুনা মতমদুদা লম্বী শেম্বা সাহেবশিংনা মখোযগী মবোলদা মমিং অসি থোল্লম্লিব্রা ?

অযুক ঙন্তা লমদিংদা থুংলে। পূং খবা মফমসিদা লৈবগা অপাব আসামলোমদগী লাকপা ট্রেনদা গৌহাটি পাংলে। অদুদগী শিলোং গৌহাটি-শিলোং লম্বীসে ৱান-ৱেনি, অকক্লবা মতমদা নোংমদা গাডি অহুম্লক থায। আসাম স্টেট-ট্রান্সপোর্ট কোর্পোবেসনগী বসনি, ক্লাশ অনী লৈ, অপাব অমদি লোৱাব। মীযাম তোংবা ক্লাশতা ঐখোযসু টিকেট কক্লে। টিকেট মমল লুপা অনী-সিকিখক্তা ওইবমাল্লে, চপ-চাবীদি কাউখ্রে।

মতম চানা গাডি মথং মথং থাবা হৌবকই। তম্পাক্কী লম মতেক অমা লাম্থোক্লগা গাডি চীংগী অঙম্বদা হাইগৎপা হৌবকই - থেক্লা খোযনা অসুম অসুম হাইগৎলকই। ঙাইহাক লৈবগা অযিংবা নুংশিৎ শিৎপা হৌগৎলই, নোং থিৎলি থিৎলি চুবি। মহৈ মহৈ মাগী মাগী কোট সোযেটাব লৌথোক্লদনা লিংশিন্নবা

হৌবকই। ঐখোযদি লম্বীদা অদুম হাযনা ঈংগনি খঙদবনিনা অকুম্বা ফিবোল খবা যাওবকপদো উপু মনুংদা লোইনা হাপচিল্লকখ্রে। চীংলোন কাবগী লোইবা নাইদে, বাংবসু থেকপসু অদুম অসুম হেঙ্গৎলকই, নাকন্দা মিৎযেংনা যৌবা ঙমদবা লোকখা, যেংথখিবদা কোক ঙাওই, হকচাং শ্বাই শ্বাই লাউই। লোক্লুংদা লোকখাদা চীংচেপ্তা লৈচিন্না কোযপাই কোযপাই পাইদুনা শান্নবি। অঙাং ওইবিঙৈদা স্কুলগী টেক্সবুক্তা সিলেটতগী শিলোং ফাওবা বস্তা চৎপগী ৱাবী পাখি, অদুঙৈগীদুনা ৱাবী ওইনা পাখিবনি, ঙসিগীসিনা অৱা-নুংঙাইগী খোঙচৎ হকথেংননা থেংনবনি - চীংশাং অমদগী চীংশাং অমদা চীংলোন অমদগী চীংলোন অমদা।

শহব মচা অমা যৌবকপদা গাডি লেপখি, মাঙদা চৎলম্বসু তুংদা লাকপা গাডিশিংসু। লম্বীগী নাকন অমবোমদনা শিলোংবোমদগী লাকপা গাডিশিং পবেং শানা। মফম অসি নোংপো হাযবদুনি। নাকন অনীগী গাডিশিং মফম অসিদা থৈনগদৌবিবনি, মফম অতৈদা থৈনফম লৈতে। নোংপো গৌহাটি শিলোং-লম্বীগী মযাইৱাইদনি। মফম অসিদা কৃমথদুনা মযাম হোটেলশিংদা চঙদুনা চাক-ঈশিং তৌনৈ, চাতং ওইবসু থক্লে। লম্বীগী নাকন অনীদা খাসি চনুবাশিংনা পোৎফম মচা মচা ফমদুনা হৈ-বা, ক্বা-পানা, চুকুপ-বেবি যোল্লি। অযাম্বনা নহানি, যাম্না কেনা কেনা নোকমি নোকমি পেসেঞ্জাবশিংগী ৱাখল মিৎযেং চিংশিন্নবা হোৎনবি। ঙাইহাক্তং অদুদা পোৎ চৈ খবতং ওইবসু শিৎহৌনবা খবা তৌদবা যাৱা ? খাসি নুজাশিং মশক ফজে হাযনবদো মদুগী মমি অমদি মাঙদা চোংথোবকই।

কুইদে, পুংখাযমুক্কী মনুংদা গাডি মথং মথং থাবা হৌবকই। অঙম্বা চীংশাং চীংলোনশিং অদুদা পোৎলুম পুবদো যাম্না ৱাবমাল্লে গাডিশিং ঙে-ঙে খোংবা হৌবকই, অদুবু ঙম্বোই ঙমদবোই অদুমদি কাখৎলি। থেকপ-খোযবগীসু লোইবা নাইদে। চাক-ঈশিং হেন্না তৌশিল্লুবশিং ওইবমাল্লে ওক্-ওক্ তৌবা যাওনবকই। ঙাইহাক্তং মমাঙদা যাম্না লাম্না যাম্না হাউনা চাখিবা চাক-ইনশাংদো চাকখাউগা খৎনবমাল্লে লোইনা হন্দোবক্লে। ওন্থোকপা হাযদুনি, যেংবদা কযাদি নুংঙাইত্রে। ঙসাইমখৈ যেংবু যেংলুদে লম্বীগী নাকন অনীদা চপ্-চপ্ যুংনা হৌবিবা চাউব-চাউববা উচান পাম্বীশিংদো, উচানগী উচান ঙাক্তা চীংচেপ্তা চীংথক্তা চীংযাংদা, যেংখি যেংখিবদা অনকপদসু অবাপ্পদসু।

ফনা ফজনা মমশিল্লে শিলোংদা থুংলুবদো। নোংসু লেপকনি হাযবা খঙদ্রি। গাডি খাম্বগা কুলি মযাম ওমশিল্লকই, বেল স্টেশনদা থেংনবা দেশৱালি কুলিশিংদো নত্তে, মফমসিদদি নেপালি কুলি ঙাক্তনি, নোং মবক্কুদা মশা চোৎপ-

লাকপা-কা থৌৱা শাদে, মকোক্তনি কূপ্লিবা। নুমিদাংগা ওইশিল্লে নোং মবক্তুদা কদাযদনো চৎকদবা। ইবাই গৌবচন্দ্রগী লৈফমদুসু চপ-চানা খণ্ডদে। অনকপা হোটেল অমদা পুবিবো হাযনা কুলি অমদা হাযবে। খুডা মান্যনা নহানমুক লাকপদা মহাক্না নোংম-নীনি লৈবম্বা দিল্লি হোটেলদা চৎলসি হাযবে। কুলিদো ইবায-লাযনা পোৎচৈশিংদো মনঙ্গনদা থোঙ্গৎলগা মাঙ থানা চৎপা হৌখ্রে, ঐখোয অনী মাগী মতুং প্রপ প্রপ ইন্নে।

নোং ঙানবগা চা-নুং খবা থক্লগা ঐখোয অনী পোৎচৈশিংদো টেক্সি অমদা হাপচিল্লগা ইবাই গৌবচন্দ্র থিবা থোক্লে। চীংলৈবাক্কী শহব অসি অকা-অকুম ঙাক্তনিনা টেক্সি নত্তনা উপায লৈতে, বিক্সা-ককা মশক উবপোৎ নত্তে। টেক্সিদি যাম্না লৈ, ভাডাসু তাঙদে। টেক্সিদুদা ঐখোযবু নোংথোমাই ফাযাব সার্ভিস মনাক্তা থিল্লু হাযনবে। ইবাই গৌবচন্দ্রনা মাগী এড্রেস পীবকপদো অদুৱাইদনি, এন এস গুহগী কিযাব ওফ্তা। এন এস গুহগী মশক খণ্ডই, শিলচবদা সিভিল সপ্লাইগী এসিস্টেন্ট ডাইবেক্টব ওইবম্মী, ঐখোযগী হোস্টেল মনাক্তা লৈবম্মী। ইবাই গৌবচন্দ্রবু মখোযগী ইমুংনা যাম্না লুনা তৌই।

ঙবাংদগী চুবা হৌখিবা নোংদু হাংগনি খঙদ্রি। টেক্সিদগী কুমথবা নোং মবক্তুদা চোৎলসু চোৎনা এন এস গুহগী যূমদো কোযথি থিবে। থিববুদি থোইনা ৱাখিদ্রে। লম্বী মপান্দা লৈবা যূম অমগী থোঙজিন্দা 'চিত্রাকুটিব' হাযনা থেৎপা থেংনবে। শিলোংগী যূম অযাম্বদা অদুম্না মমিং থেৎপসি ফৈ হাযবা তাই, থিবদা ৱাদে। চঙশিল্লগা কোলিং বেল খীংলুবদা এন এস গুহ মশামক থোক্লক্তুনা থোঙ হাংদোবকই, ৱাং-চাউবা মবেপ্পা খবা ঙস্বা, কুচু পানবা যাম্না লেম্বা নুপাদো। হংলুবদা ইবাই গৌবচন্দ্রগী লৈফম অদু চেজেৎ অমদা ইদুনা পীবকই। তাকপিবকপা মতুং ইন্না লাসামিযাবদা ইবাই গৌচবচন্দ্রনা লৈবা যূম অদু থিবদা ৱাদ্রে। মাগা হেক উন্নবগা ঐখোযগী হৌনবী ঐখোয অহুম ৱা-ৱা তৌদুনা হবাওমিন্নবে।

যূম অদু বাংগালি ওফিসাব অমগীনি, মপূমক্তি নত্তে, মহাক্না ভাডা লৌবনি। গেস্টৰুম মচা অমা লৈবদো মহাক্না অমুক ইবাই গৌবচন্দ্রদা শান্দোকপনি। নোংম-নীনি লৈবগা খঙলকপনি, কবি মবমগীনো খঙদে বাংগালিমচাদুগা ইবাই গৌবচন্দ্রগা বাশি তিন্নবমদ্রে। কা মচা অদু থাদোক্তুনা চৎখিনবা হান্নদগী চীলহায ওইনা খঙহল্লকখিবদো হন্দক্তি চে মচেৎ অমদা ইদুনা থাবক্লে। ঐখোযসু লৈবা ইকাযবে। যূম হোংনবা খন্নবে। খুডা মান্যদি হপ্তামুক লৈবন্নগা যূমদা হনখ্রে, মৈতৈমচা দোর্জি শূদুনা লৈবিবশিং অদুগা ৱাবী শান্নবদা খুদোং চাগদবা মান্দ্রমাল্লে।

ঐখোয যাম্না থুনা যূম হোংনবা কন্না খন্নবে। অদুবু হোংলগে হাযদুনা হেক্তা হোংবা যাবদি নত্তে। যূম অশানবা থিবা অবাযবা নত্তে, মওং চাবা যূম

থিবসু হেকহাক ফংদে। ফংলগসু খঙন-চান্নবা মী অমনা পুশিন্দ্রবদি যূম্বুনা ভাডা পীনীংদে, কনানা খঙবা লৈবদৌবিবা মীদো থোকথাক ওইবন্নবদি, হূবান-চীম্থি তৌবা মী ওইবন্নদি।

নোংমদি বিষ্ণুপ্রিয়া মরূপ-মপাং খবনা পাউ পীবকই, মখোযনা লৈবিবা ধানখেতিদা লৈবা যূম অদুগী কা অমা হাঙলি; পান্নবদি লৈববা যাগনি। চৎতুনা যূমদো যেংলুবে, থোইনা মওং চাববুদি নত্তে। অদুবু চাকনিবনা চিলহাও থিবা যাব্রা ' খুদোং চাবা অমদি, মরূপ-মপাংশিংগী মেস অদুদা ঐখোযসু যাওবা যাগনি। ফবে, চাক-ঈশিং থোংবা-থাকপগী ব্রাই চিনবা থবক অদুমা লৈববোই। খুদোং চাবা অমগনা ইবাই গৌবচন্দ্রগী ওফিস অমদি কোলেজসু নকই। সেন্ট এডমণ্ডস্তনি মানা তশ্লিবা, নাইট সেক্সনদা। ঐসু কোলেজ অসিমক্তদা নোংমনীনি মমাঙদা মিং চনশিল্লুববনি।

চৈবক অসিদা ঐ এপ্লোইমেন্ট এক্সচেঞ্জদা মিং চনশিল্লুবে। থবক্কী এডভর্টাইজমেন্ট থোবকপা খুদিংগী এপ্লিকেসন থাজিনখ্রে। নোংমদি পুলিশ বাজাববোমদগী বডোবাজাব হাইগৎলকপগী লম্বী মপান্দা চীংথক অমদা সাইনবোর্ড অচৌবা অমা উবে - এযাবফোর্স বিক্রুটমেন্ট ওফিস। লাইবক চাংযেংগে খন্দুনা কাখৎলে। যাবু যাবদি হেক্তা চঙখ্রগে অসিনি। জি সি কোলেজদা কেমিস্ট্রিগী নৌনা ওজা ওইবা অমনা মবক মবক্তা হাযখি, 'হৌজিক্তি সবকাবগী থবক ফংবা যাম্না ব্রাববা মতম্নি, চিলহাও থিগনু অফংবা অমদা হেক্তা চঙহৌ।' ওজাদো আর্মিগী সোর্ট সার্ভিস কমিশনদা মতম খবা লৈবন্নগা তোক্লক্কুনা অতোপ্পা থবক থিবদা যাম্না ব্রাখিমাল্লে, অদুননি মযামদা পীবিবা পাউতাক অদু।

বিসেপসন রুমদা মৈতৈমচা অমা লৈবম্মী। ঐসে মৈতৈমচানি হাযবা খঙবদগী মৈতৈবোলনা অদুম ব্রাবী শান্নবে। মনাওতা মনাওদৌনা ঐবু তবামতবাম্না তৌবিবকই, হাযবকখি - 'ঙাইখো অতৈদি লাযবি নঙগী নবেপতু অমুক্তা যেংসি।' অৱাংবা ওন্নবা খুৎলাই অদুগী মনাক্তা লেপহল্লগা অমুক নুংঙাইতনা হাযবকই - 'যাদ্রে ইবো, ইঞ্চি অমা খবা হেল্লপ ব্রাৎলে।' হাযবগা চা পীথক্লগা ঙাইহাক ব্রাবী শান্নবগা ঐবু থদোবকখি। ঐ নুংঙাইতবা তৌরুদে, যাবোই হাযবা ঐ হান্নদগীসু খঙই, অদুক যেংলুবা হাযদুনি।

মবক অসিদা এসেমব্লিগী ব্রাচ-এণ্ড-ব্রার্ড এসিস্টেন্ট খবা অথুবীদা লৌনবা আসাম ট্রিবিউনদা এডভর্টাইজমেন্ট থোবকই। মবী লৈনবা চে-চাং পুদুনা থুনা সেক্রেটাবিগা উন্নৌ হাযবকই। খুদোংচাবা মাঙহনবা হৌনদে খনদুনা থীন্দনা চে-চাং পুদুনা ঐ চৎলে। ইন্টর্ভিউ মখল অমনি। ঙাইহাক ব্রাহং-পাউখুম তৌনববা মতুংদা সেক্রেটাবিনা হাযবকই - 'ঙাইখো, মৈতৈমচাদি ঐনা খঙবদা ব্রাং চাউই,

নঙদি কবিগীনো পিক্লিবা?’ মাগী কাদুদগী থোক্লকপগা ঐ ভাব তাই, খল্লকপগী ৱা লৈতে। মী অপিকপগী চন্নফমসে খবদি ৱাৎপোইবে।

চাকবীগীদমক কুইনা ঙাইনববুদি তৌখিদে। ডাইবেক্টোবেট ওফ কঞ্জুমাব গুড্‌স্‌তা লোৱাব ডিভিজন এসিস্টেন্টকী দবখাস্ত থাখিবা অদুগী ইন্টর্ভিউ কৌবক্লে। অহানবদা অইবা চাংযেং, মদুদা খল্লবশিংগী ভাইবা-বোসি নুমিৎ অদুমক্তদা তৌবে। ইন্টর্ভিউ বোর্ডতা এন এস গুহ যাওই, ডেপুটি ডাইবেক্টব ওইনা। মেম্বব অতৈদি মশক খঙদে। বোর্ডকী চেযাবমেন অদুনা ঐঙোন্দা হংলকখিবদো ঐ হৌজিকসু নীংশিংলি - ‘কাছাডদা মণিপুবিশিংনা খুন্দা লৈতাখিবসে কবম হাযননো হাযযু।’

অহন-লমনশিংনা অৱা-লানগী ৱাবী লীবদা চাউবাক্লা তাখিবদো ঐনা অমুক শাজিন্দুনা পাউখুমদো পীখি।

নুমিৎ অদুগী অথেঙবদা ইন্টর্ভিউগী বিজল্ট হাযদোবকখি। বাংগালিমচা অমগা ঐগা খল্লকখি। ইবাই গৌবচন্দ্রদা এন এস গুহনা ৱাবী তৌবকখি হায - ননাও নুপাদো বিটেন টেস্টতদি ফাস্ট তাই, ভাইবাদদি বাংগালিমচা অদুনা। বাংগালীমচা অদু শিলোংগীনি, ঈশিং অচৌবদা লৈবা ঙানিনা ইংলিশ ফজনা ঙাঙই। অদুনা মানা ফাস্ট তাবকখি, ঐনা সেকেণ্ড। অদুমকপু ফবে, খল্লক্লবনিনা নুংঙাইবে।

(৬)

ইবাই গৌবচন্দ্রগী সপ্লাই ডাইবেক্টোবেট ওফিসকা ঐগী ওফিসকা যূমলোন্নে। তোঙান তেঙানবা শঙলেন অনীনি, মবক্তগা কোবিদোব অমনা শম্নহল্লি। চখোক-চশিন ফাওদোক-ফাওজিন অদুম যাই। নক্রুববনিনা ঐখোয অনী পূন্না ওফিস কামিন্নবতা নত্তনা কুম্নসু ঙাইহাক ঙাইথোক ঙাইশিন তৌবগা কুমিন্নবকই, ওফিস অমত্তদা শূমিন্নবগুম্বনি। কোলেজ কাবসু-কুম্নসু অদুমঙাই। ঐখোযগী লৈফমগদি লম্বী মতাং যাম্না চান্নবে। ধানখেতিদগী লাসাসিযাব চীং লান্দুনা খবা কুমথবগা পংলাপ লাপ্তনা ওফিস অদুম লৈবে। অদুগা ওফিসতগী লাসামিযাব চীংলোমদা হল্লক্লগা ধানখেতি ক্রোশিংদগী অদুম চুমদ্রিং কোলেজ যৌবা যাবে। লম্বীসিদা নৎত্রবসু ডোনবোস্কো চীংগী চীংচেপ্তা ৱাংনা হাইগৎখিবা সিডিশিংদো মথং মথং কাবগা ডোনবোস্কো ক্রোশিংদগী সেন্ট এডমণ্ডস্‌কী চীংথক অদুম কাবা যাবে।

তৌবগীদি চখোক-চৎশিনগী খুদোং চাবা লৈবগসু ঐখোয অনী মতম খবা মতুংদদি হৌজিক্কী মফম অসিদা লৈনীংলক্রে। নুংশিৎ-নুংশা ফংবা ৱাৎপা অমনবা যূম অদো খবা মোৎপতা নত্তনা লৈমিন্নবিবশিং অদুগা ঐখোযগা উচন চান্নবক্রে। মখোযদি লোইনা ওফিস কাবখক্তনি, ঐখোয অনীদি ওফিসসু কায কোলেজসু কায। লাইবিক ঙাইহাক্তং পানীংবা মতমসু লাকই, মখোযনা মতাংদুদা লাংবখোৎপদো ঐখোযদদি কযাদা কাযখ্রে। অদুগী মথক্তা চাব-থকপদো লৈতোন্না ৱাবৌবা যাওবক্রে। লৈমিন্নবিবশিংদো লোইনা বিষ্ণুপ্রিয়া ঙাক্তনিনা মখোযগী হৈনবী খুখোংদো তৌবকই, ইবোম্বতা ওইবসু ঐখোযগা মখোযগা খবদি অদুম খেন্নে। ইবাই গৌবচন্দ্রদি মশানা খবা লূব-নানবা পামজবগী মথক্তা খবসু হাউনা চাজনীংই। শম্না হাযববদা বিষ্ণুপ্রিযাগা মৈতৈগা চাক-ঈশিং থোংব-থাকপদা খবদি অদুম খেন্নবদুদা ঐখোয হৈনবক্রে।

মযামগী ওইনসু খেন্নবসি অদুম থেংনৈ। কাংগী মতমদনি। লৈমিন্নবিবশিংদুনা ঐখোযবু জযদেব চোংবা চৎলুসি হাযনা হৌই। শিলোংদা বিষ্ণুপ্রিয়া হাইফেৎ যাম্না লৈ, মশা মশাগী মযূম-মকৈ লৈনবসু যাওই। অদুনা

কাং মতমদা, কাংমক চিংদ্রগসু, নুমিৎ খবনিদি বামোন-লাইশঙ লৈবা মফম অমদা জযদেব চোংদুনা ধর্মগী হৌনবী খবদি পাঙথোকই। ঐখোযসু অঙাং ওইবিঙৈদগী জযদেব চোংবা পামজবকপনিনা, হবাও-হবাও মখোযনা হৌবকপদুদা চৎলি। অদুবু মখোযগী খুৎচোং-লাকচোং অমদি ঈশৈগী খোল্লৈ-খোন্দাদুদা ঐখোয খুদি থীবে। খেচ্রি যেল্লকপা মতাংদুদদি খেন্নবদো অমুক হেন্না চোংথোবক্লে, বাংগালি খেচ্রিগা থোইনা খেন্নদে, চবোৎ চবোৎ।

লৈফম হোংলসি হাযনবুদি লেপ্লে, অদুবু কদাযদনো হোংগদৌবিসে। কোযচৎ চৎতুনা কোযথি থিবে, হংবা যাবা হংলে। পূক্লিংনা খোযদাবা অমত্তা থেংনদে। নোংমদি ইবাই গৌবচন্দ্রনা এন এস গুহগা ৱাবী শান্নবদা পল্লুবমাল্লে। 'কৈদৌবি হাযগে, ঐখোয দাদাগী গ্রাউণ্ড ফ্লোবদা হাঙদুনা লৈবিবা কা অমদা মতম খবা লৈবদি যাইনা,' হাযনা মহাক্না হাযবকই হাযনা হবাও-হবাও তল্লৈ।

এন এস গুহগী মযাম্বা যাইমদো মিৎকী অফাওবা সার্জন্নি, মমিং জি এস গুহ কৌই। সবকাবগী থবক্তগী পোত্থাববা মতুংদা মবন্নাই প্র্যাকটিশ তৌবি, থা খুদিংগী মফম অমদগী মফম অমদা চৎলি - শিলোংদা চযোল অনী, গৌহাটিদা চযোল অমা, ডিব্রুগডদা চযোল অমা। মখোযগী মযাম্বা অহন অদুনা সিভিল সার্ভিসতা লৈবম্মী হায, মাগী মমিংসু জি এস গুহ কৌই - লোইনা অশন্বীদা ঙাক্তেনি - মপূংদি গিবিজাশঙ্কব গুহ, গৌবিশঙ্কব গুহ, নগেন্দ্রশঙ্কব গুহ। মযাম্বা অহন জি এস গুহ হাযবিসে, কোন্না খঙলকপগী ৱানি, ভাবতকী কনস্টিটুযেন্ট এসেমব্লিদা মণিপুব-ত্রিপুবাগী মীহুৎ ওইনা যাওখিবা মীশক অদুনি।

এন এস গুহনা হাযবদগী ঐখোয মযাম্বগী পেসেন্ট রুমদা মতম খবা লৈনবা চৎলে। অদুবু ডাক্তব গুহনা মাগী পবিক্রমা লোইবগা হল্লকত্রিঙৈদা হোংদোকপা তাবনি। অবাযবদি নত্তে। ডাক্তব গুহগী খাসি নর্স অমা নুমিৎ খুদিংগী লাকই, ডাক্তব লৈত্রসু কাশিংদো তৈথোক-তৈশিন নাম্থোক-নানশিন তৌবৈ। মাগা ৱাবী শান্নবদা মাগীদা ভাবা শান্নবা কা অমা লৈ হাযনা তল্লকই। মাগী মতুং ইন্দুনা কাদু যেংবা চৎলুবে। নোংগ্রুম হিলস্‌তনি, খবদি লাপ্পি। অদুবু খঞ্জানবা যাদ্রে, ডাক্তব হল্লকপনা হাল্লদি ঐখোয ইকাযবা নংবা যাই। থীন্দনা ঐখোয নর্স অদুগী যূমদা হোংলে।

যূম অদু খবদি মল্লে। যূম্নুনা হান্না লৈবমবনি হায। ইংখোন্নুং অদুমক্তদা অনৌবা অমা শাদুনা মখোয হোংদোকখ্রে, হান্নগী যূমদুনা ভাডা শান্দোকপনি খবা শেমজিন-শাজিল্লগা। কা অমদনা নেপালি মতৈ-মনাও লৈ, নুপাদো দ্রাইভবনি। যূমদুগী মমিং অদু যাম্না ফজনা অমদি ৱাহম্থোক লৈনা থোল্লমখ্রে - সানি কোটেজ। নোং হেক ঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা কোবৌহনবগী থৌজাল-

মিৎযেং তাই শঙ অসিদা। অদুম হাযনা কোবৌহনবা মাগী নুংশি-মিৎযেং চঙবা শঙসি শিলোংদা যাম্না তাঙই। চীংগী চীং ঙাক্তনিনা চীংদোন্দা শাবা নত্তনা অতৈদি নোংমদা কোবৌ-মৈশা ফংবসি পূংজা খবতংনি, সুকফং ফংদবা কযাসু যাওই। সানি কোটেজ লৈবিবদু থেলগুম্বা অমগী মথক্তনি, মৈ-ঈশিংসু ৱাত্তে, ফনদি মতা চাবে। অদুবু খুদোং চাদবা অমদি মেইন বোড তান্না চৎথোক-চৎশিন তৌবদুনি, কিলোমিটব অমবোমদো লম্বী খুই, গাড়ি চৎতে, খোঙনা চৎপা নত্তনা পাম্বে লৈতে। মেইন বোডপু যৌথ্রদি ৱানীংঙাই লৈতে, মিনিট অনীহুম খুদিংগী সিটিবস অদুম ফংই, ভাডাসু হোংই, ওফিস যৌবদো ঙাইহাক্তনি।

চাক-ঈশিং থোংবগীসু ৱানীংঙাই ওইদ্রে। লৈকাইদুদা লৈবা নেপালি নুপী অমা হাযনবে, অযুক ঙন্তা লাক্লগা কোল্লিক-ফেঙদোক-চামথোক তৌবগা ঐখোযগী ওফিস নংনবা চাক-ঈশিং থোংদুনা থাম্বিবম্বা, নুমিদাংৱাইবম অমুক লাক্লগা নুমিদাংগী অমুক থোংদুনা থল্লম্বা। ঐখোযদি খুত্তং হান্নগা চাবা হাযবদু থোক্লে।

নুমিদাং কোলেজগী ক্লাশ লোইবগা পূং মাপনগী অদুৱাইদা হল্লকপদো খবদি ৱায। হাইফেৎ থেঙলবনিনা সিটিবস লৎলি, ফংদবসু যাওই, অদুনা খোঙদা তাংজবা তাবা। নোংজু পাম্থাদনা মতাং চাদ্রগনা নোংনা পূংচোৎ, নিংথম থাদনা ত্রৎ ত্রৎ। লম্বীদা হৈনদবা অমদি অকিবা মতেক অম্না যাওই। ফাযাব ব্রিগেড লম্পাক লানম্থোক্লগা নোংথোমাই হাইগৎপগী মতেক অদুগী নাকন অনীদা হকচাং-লল্লোনবীশিংগা লল্লোনপোৎ লৈবা লাকপশিংগা মখে লাংদুনা লৈবম্বদো যেংবসু ঙমদে, যেংদবসু ঙমদে। ইবায গৌবচন্দ্রনা চের্কশিন্নবা হায - ‘যেংঙুনু, চুমদ্রিং চৎসি, গুণ্ডা-ফণ্ডা যাওবম্বা যাই, খৎন-চৈনবা হৌবগা পোৎচৈ শেনথুম খবা যাওবদো মুল্লগা ফুদুনা থাবক্তদৌবিবনি।’ অযুক নুংথিলদদি হেলোইশিংদো কদাযদা মাঙখিবনো খঙদে, অমত্তা উদে।

মবকসিদা ঐ এপোইন্টমেন্ট লেটব অমগা ফংলে। থা অনীবোম মমাঙদা কঞ্জার্ভেটব ওফ ফোবেস্টকী ওফিসতা ইন্টর্ভিউ যাওকবনি। চুম্নগী অদুম যেংনীংদুনা যাওকবনি, মবমদি ঐ হান্ননা থবক অমা তৌদুনা লৈবে। খল্লকপা খল্লকতবগী ৱা থোইনা খল্লুদে। মতম খবা লৈবগদি কোলেজদা তম্মিন্নবা ইন্টর্ভিউ যাওমিন্নখিবা আসামি-মচা অনীহুম্না নোংমা হায - ‘কৈদৌবে নঙ জোইন তৌবদ্রদি, ঐখোযদি তবানিমুক ফাবে জোইন তৌবা।’

ইবাই গৌবচন্দ্রদা হংই - ‘কমদৌসিগে ?’ নঙনা অপাম্বা তৌ হাযনা ইচম-চম্না খুম্লকই। কঞ্জুমাব গুডস্ ওফিস অসি যাববদি থাদোক্লীংবা কুইবক্লবনি। মবমদি থবক কনবতা নত্তনা ওফিস অসি মনম চাউই। মতম অদু যোৎ-

সিমেন্ট-জিংঘ ফংবা ব্রাবা মতম্নি। আসাম পূম্বগী ওইনা পোৎশকশিং অসিগী পার্মিট ওফিস অসিদগী ইসু তৌবিবনি। পার্মিট হেকহাক ফংনদে, ফংবা যাম্না ব্রায। অদুনা ব্রানোম-খোৎনোম্বা মী যাম্না লাকই, শেনগী মিহৌলাং থাক্লে। অদুগুম্বা মিহৌলাংদা থুদুনা ওফিস অসিদা থবক তৌবম্বা কযা থবক্তগী তৎখ্রে। ফোরেস্ট কঞ্জার্ভেটব ওফিসতদি অদুগুম্বা থোইনা লৈতে, থবকসু যাম্না কোমই হাযদুনা মৰূপশিংদুনা তমই।

কঞ্জুমাব গুডস ওফিস থাদোক্লুনা ঐ চৎখিদৌবে তাবদা মৰূপ-মপাং খবনা হাযবকই - 'কবিগী চত্তৌবিনো, সিদসু ক্লার্ক আদসু ক্লার্ক।'

চন্দ্রকান্ত মহন্তনা ইতপহেক তপখৈ হাযবকই - 'নঙ চত্তৌবে খনবদা ঐখোয নুংঙাইতে, অদুবু খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাইহৌবোইদবসিদি আই-ডি নি। মাদি থম্মোয কাযদৌবিবনি।'

আই-ডি হাযবদি আইবিন দিংডোনি। মহাক মতোমতনি ওফিসসিদা যাওবিবা লৈশাবীসে। মচুম তানা কেজৈ, ওফিস যৌবকপগা মকে শেম্নবা পোৎচৈশিংদো হান্না লৌথোকই, ওফিস মতমগী মবক্তা অমুক, চৎলমদাইদা অমুক।

ঐবু বিদায পীবা নুমিৎ অদো ঐসু খঙহৌদনা ব্রাখলসে নৌথোবকখি। ফবসু ফৎত্রসু-থা তকুকলোমনি ওফিসসিদা লৈবম্লিবা, ঐগী পুন্সিগী অহানবা থবক তৌফমসু অসিনি। ওফিসকী পিওন চৌকিদাবদগী হৌদুনা স্টাফ পূম্নমক্লা ঐবু নুংশিনা তৌবি, ঐনা খ্বাইদগী অঙাং ওইবা অমদি চমজবা অদুনা ওইবিগদ্রা ?

মযাম মথং মথং ঐগা খুৎ শোক্লবা চঙশিল্লকখি। ইকোন কোনবদা আইবিন চঙশিল্লকখি, লিপস্টিক্লা ঙাঙলবা নোকফেৎ তৌবা চিম্বানদো তনিক তনিক্লা হাযবৈ ঐগী খুৎসে চেজেৎনা পাযশিল্লগা - 'সিং ওল দ বেষ্ট।' মখা তাবকখিদে, মখা তাবা ঙমখিদে। মমিৎতগী আনোক লৌথোক্লুনা কমাল মচাদুনা মিৎলু অনীদো তৈথোকপগুম তৌখি।

(৭)

লাসামিযাব চীংগী নোংপোক-চীংচেপ ওইবপ্না লৈবা ফোবেস্ট কঞ্জার্ভেটবগী ওফিস অদো ফনা চাউই। চাউফমসু থোকই। আসাম হাযবসি উমং-ৱামংগী লৈবাক্নি। মযামসি শেন্নবিবা মযায-লোযশঙ অসি মশানা চাউবা তাবনি। পিওন-চপ্রাসিদগী হৌদুনা চিফ-কঞ্জার্ভেটব ফাওবদা ওফিস অসিদা মী কযানো থবক তৌবিবা খঙদে। অদুবু অচৌ-অচৌবা সেক্সন অহুমগী হেড ক্লার্কশিং অদুদি নীংশিংলি - অমনা বাংগালিনি, অমনা আসামি, অমনা মৈতৈ। মৈতৈদো মণিপুবদগীনি, মমিং চাউনু কৌই। অদুক চাউখ্রবা ওফিস অদুদা মৈতৈ ঐখোয অনীতনি, অতৈদি আসামিগা বাংগালিগনি, খাসি খবগা নেপালি খবগসু যাওই। অঙকপদি অদুক চাউখ্রবা ওফিস অদুদা নুপী অমত্তা যাওদে। নুপীনা ঙম্না পানবা খুন্নাইগী লমদম, 'প্রমিলা লৈবাক' অসিদা নুপী যাওদবা ওফিস লৈবা হাযবসি অঙকপনি।

হান্নদি শিলোংগী ওফিসশিংসে বাংগালিনা মশীং যাম্না হেল্লম্মী হায। মদুগী মবম্নুদি লৈতবা নত্তে।

ইংবেজশিংনা আসাম খুদুম চল্লবা মতুংদা প্রোভিন্স অসিগী কোনুং ওইনা শিলোং শেমগৎলকখি। চীং-মান ঙাক্তগী লমদম ওইজববসু থোইনা ঈংদবা থোইনা শাদবা মহৌশাগী ফজবা শক্তম্না পূক্লিং শুদ্ধৎপা লমদম অসি মখোযনা স্কোটলেণ্ডদৌনা উখি, মমিং থোনখি স্কোটলেণ্ড ওফ দ ইস্ট, নোংপোক্কী স্কোটলেণ্ড। শিলোংনা কোনুং ওইবকপগা লৈঙাক থৌশিলগী থবক-থনা তৌনবা মীওই কযাগী মথৌ তাবকখি। মতমদুদা লাইবিক-লাইশু খবা হৈবা মী লৈবসি সিলেট জিলানি। অদুনা সিলেটতগী পুবকখি নৎত্রগা লাকখি ওফিসাব মচা-মশুদগীনা মমিংতং সোই তৌবা হৈবা পিওন-চপ্রাসি ওইনবা মীওই কযা। অদুনা সবকাবগী লোইশঙদা থবক তৌবা অযাম্বা বাংগালিনা ওইবকখি। মখোযতা নত্তনা মহৈলোযশঙদা ওজা ওইবা লল্লোন-ইতিক মচা-মশু তৌবা মীওই কযাসু যাওবখি। মতম খবা মতুংদা মখোয তং-তানা খুন্দা লৈতাবা হৌবকখি,

শেমগৎলকখি বাংগালি কোলোনি কযা। মযামদুগী মনুংদা খ্বাইদগী চাউবা বাংগালি কোলোনিসে লাবান্নি।

ব্রহ্মপুত্র তম্পাক্কী আসামিশিংদি অযাম্বনা মশা-মশাগী লৌবী-ইংখোল ওক্লা লৈজবনিনা সবকাবগী চাকবী তৌবগী ব্রাখল থোইনা খল্লুদে, তৌবা তাববসু মযূম মনাক্তা, মযূম থদোক্তনা। মখোযনা শিলোংদা হাইজিল্লকপদি কাইনথংদনি, মদুসু 'লাহে লাহে'দা - তপ্পা তপ্পা। নীংখা তম্বা মতুংদগীদি মখোযগী মশীং জব-জব হাইগৎলকখি। হন্দক ঐখোয অনৌবা মী তরুক-তবেৎলোম লৌবসিদা আসামি নত্তবদি ঐ ইতোমতনি।

নৌনা জোইন তৌবা ঐখোয অহুম্বু বিসিট-ডিসপাচ সেক্সনদা লৈহল্লে। সেক্সন অদুদা চহী মবি-মঙা সুকলেঙ লেঙদনা লৈবকপা নুপা অমসু লৈবম্মী। থবক শূনীংদে, নোংমগী পবেং অম-নী ইবগা চুরুপ চমখৎকনি, ক্বা শাযগনি। ক্বা শাযমনবদগী মযাশিংদো ঙাংশং ঙাঙলে। ফমিন্নবিবশিংদা মাগী থবক্তো মতেঙ খবা পাংবিযু হাযবসি নুংতিগীনি। মথকথোংবা ওফিসাবশিংনা ঙাঙলসু তূমিন্না তাদুনা লৈ, থৌ-ব্রা শাদো। যেংবদদি সাধু মাল্লি, ফৈজোম শেৎলি, শেৎলি-চাবিবা ফিবোলদো লুব-নানবগী ব্রাদি লাপখ্রে, মীনা কবেম্নবা ফাগি তৌবা মঙোন্দা কবিমতা চঙদে, যাথী থাংবা ঙাংশং ঙাঙবা মযাদো ইহি হিগৎলক্কনি। অঙাও-অফৈসু নত্তে, পংদা শুদানবসু নত্তে, মযামগা মান্নদবা মীওই অমা হাযবদুদি অদুম ওই। লক্লবা তন্দবা মখোয খবনা মতম লেনবা ওইনা হেক হেক লক্লবি -'দাস মশায, ঙবাং নুমিদাংদি দিল্লি হোটেল মনাক্তা উবম্মিদা।' 'নঙসু মফমদুদা যাম্না তোযনা চৎপ্রা ?' মানা ওনখৎতুনা খুন্নক্কনি। মযামদা ফোংনা হাযজৈ, মাগী তোলোব তংখায অমদি দিল্লি হোটেল মনাক্তা মখে লাংলিবী মখোযদা অদুম চৎখি। থা লোইবকপগী অদুরাইদদি চুরুপ লৈনীংঙাই পৈশা লৈতদুনা বেবিদা তাইনৈ।

দাসবাবুদা তোযনা লক্লবিবসি অচ্যুৎ শইকিযানি, ব্রা কন্না কন্না ঙাঙই, মী উশিৎকন্দে, ঐঙোন্দগীদি খবা সিনিযবনি। নোংমদি মাগী টার্গেটসে ঐঙোন্দা ওইবখি, ইনাক্তা ফমথবগা হাযবৈ - 'হাই সিং, নঙসে যাম্না শিংবদি মাল্লি, অদুবু নঙসে ওন্থোক্লা বুদু ওইবমখ্রে, অদুক ফজনা আই এস্‌সি পাশ তৌবগা কবিগী ইঞ্জিনিযাবিং তমদদুনা ঐখোযদৌনা ক্লার্ক ওইবা লাক্লিবা। নমান্নবশিংদুনা হযেং ইঞ্জিনিযাব ওইবগা লাখ লাখ তানগনি, গাড়ি তোংগনি, নুপী মশক-মতৌ ফজবী থিগনি, মযূম-মকৈ ফজনা শাগনি, অদুগা নঙনা । যাবি নোংমৈসু, চৎলু ইঞ্জিনিযাবিং তম্লুচো।'

ঐ ইকায-নুংশি যান্নখি, পোকমিন্নবা মযাম্বদৌনা কযাদা নুংশিনা পাউতাক পীবিবিবা। ঐ খুম্ফম খঙখিদে। নীংশিংলকখি, মামচৈনা ঐবু কযাতা ডাক্তর ওইহন্নীংখিবা।

ওফিসতা মী যাম্নগী নুংঙাইবা অমদি লৈ। থবক লৈথোকপা যাম্না লায। মব্দ ওইনা নহা ওইবিবা কোলেজসু তম্লিবা ঐখোয খবদি চৌকিদা কুইনা ফম্লদে, নোংম-নোংমগী পালি নাইনবগা থোক্লক্কদৌবিবনি - 'ভাই, নখোযনা ফনবা তৌহৌবো, ঐখোয হাৱা চাবা চৎলে।'

ইনক-নক্লা লৈবিবা ৱার্ডস লেকতনি ঐখোয অযাম্বনা চৎলিবদো। নামাদি লাইবিক পাবনি। অদুবু কদাযদগী লাইবিক পাবা। ফজখ্রবা পাৎ অদুগী অকোযবদা শাৎলিবা মচু-মচুগী শীঙেল-লৈবাংশিংগী মবক্তা তনৌ-তনৌবী তাইবং চনুবাশিংনা মেলৈ লাংলবিবা অদোমদা মিৎযেংতা নত্তনা ৱাখল পৃক্লিংসু পাইশনখি। চঙশিন্দুনা লক্লকুবগী থৌনাবুদি লৈবপোৎ নত্তে।

ডাক্তৰ কমলনা মাগী 'মাধবী' দা পাৎ অসিগী ফজবা শক্তম যেকখিবদো ঐখোযনা উবিবা অসিগী চহী কুমজা কুমথ্রাবোম মমাঙদনি। মবক অসিদা শকহেনবী পাৎ অসিগী শক্তম খবদি হোংলম্বা যাই, অদুবু ফজবা মাযথোঙ অদুদি হোংদ্রি, ফজবা হাযসিদি অদুম ফজদুনা লৈবি, হৌজিসু মহৌশা লাইবৈম্বীগা তাইবংমীগী খুৎশেমগা অনী পৃন্না পাৎ অসিগী মকে শেম্বিবি। পাৎ অসিগী লাইজ-ঈমায হৌজিকসু নিক্‌নিক্ লাউনা লৈবি, মালং মানা হুন্লকপদা ইপোম্লা জগোই শাবি, লাইজ ঈবোন্নুংদা লৈম্লে-ঙা কযানা মনীং তম্লা শান্নবি, অকোযবদা পাৎপান্দা মখল-মখা মচু মচুগী লৈবাং কযানা লৈকা ফন্না শাৎলি, পোমশাৎনবী কযাসু মখোযগী লৈশাৎ তম্বা মতম লাকনি খন্দুনা মচেমশকপীশিংবু থম্মোযনুংদা ঈথক-ঈবাং হৌনা যেংজবি। খোইমু লাবা খ্বাংজেংবা কযানা লৈবাং লৈহী চৃপকদগী মখোযগী মনাক্তা ঙংনা ঙংনা পাইবি। যেংবগী পেনবা নাইদে, ফজৈদকো ফজবা হাযবসিনা ফজবসে।

ৱাবী শীংবুল কযানি শকহেনবী পাৎ অসিগী মবমদা লীনবিবা। নুংশি-ৱাবী কযানি পম্বুং যৌহনখিবা পাৎ অসিনা, নুংশি-ৱাবী কযাসুনি পাৎ অসিগী লাইজ-ঈবোন্নুংদা পিখন্নখিবা, নীংবা কাযববা শাবী-শানৌ কযাগী থম্মোয মৈচাক কযানি মুৎনখিবা লাইজ মাগী ঈবোন্নুংদা।

ফোঙফোঙ শাবিবা ৱাবী অমনা আসামগী গবর্নব ওইবম্বা সাব আকবব হাযদবিগী মমোম লাংলেন মাগা মবী লৈননি। কেন-মৌনা যোকচবী মজাইবেম্মসি মীনাই-মীশনগা লোযননা মবক মবক্তা নুমিদাংৱাইবম হাৱা চাবা ওইনা খোঙদোই হুল্লকই পাৎ অসিদা, পাৎকী ফজবা যেংনা যেংনা পাৎপান্দা যোল্লিবা চুজাক-কবোক চানা-মঙ্গল অঙৌবা লৈদুনা লাইজ-ঈবোন্নুংদা শান্নবিবা লেম্লৈশিংদা থাদুনা মখোযনা অচাপোৎশিংদু চোপ্‌চোপ্ লাক্তুনা চাবদু যেংদুনা মতম লেম্লে। কোবৌ নোংজা অমদি অসুম থোকউ তমখ্রবোই, মযাম চিবোন

চিবোন ঙাঙনবকখি - মজাইবেম্মগী সনাখুদোপ তম্ফা থিনবা যাইওইবীদো লাইজ-ঈবোন্নুংদা তাখ্রে। ইচম-চম্বা খুদোপ নত্তে, মজাইবেম্মনা যাম্না পামজনা শাবা সনাখুদোপ যাইওইবীনি। লৈবাক্কী অঙম-অথৌ-পুবেন ওইবিবা মপাবুংনা মমোম-লাংলেনগী খুদোপ অদু থিনবগীদমক্তা পাযখৎপা যাবা থবক খুদিংমক পাযখৎখি। কাইনথংদা অবোইবা পাম্বে ওইনা পাৎকী অদুক যাম্বা লাইজ-ঈশিংদো তেংনা শিৎতোকখি। পাৎযাইদা মনীং তম্না শান্নজবম্বা লেম্লেশিং অম-মমতা ফাবগা মবুক লেনখাযদুনা থিখি খুদোপ অদু। অদুবু অবেম্বদা তাখি। কাইনথংদা ফংদি ফংখি। মপাইবুঙোগী চাউববা ইংখোল চাউগোইনুংদা থৌগল্লোই ওইনা লৈবা তম্বা পাখং অমনা পুথোবকখি খৃদোপতো কদাযদনো তাদুনা লৈবম্মী হাযদুনা। খঙদে, তম্বা পাখং অদু ফমথোন কাখিব্রা নৎত্রগা লোই থাখিব্রা হাযদুদি।

অতোপ্পা ৱাবী অমগসু লৈ। মসিসু মজাইবেম্মসিগী মতাংদনি। শকহেনবী মজাইবেম্মা অসিগা সনালৈবাক মণিপুবগী তুংদা নিংথৌ ওইবকপা যানা লৈবিবা মজাইবুঙো প্রিযব্রতগা লৈনবা শাবী-শানৌ অনীগী নুংশি-ৱাবীনি। মপাইবুঙোনসু অপনবা পীখিদে মমোল্লোইগী অপাম-নুংশিগী লম্বীদা। মসিগা মবী লৈননিনি হাযনৈ মপাইবুঙোনা সনা লৈবাক্তা খোঙলেঙলকখিবদো, লাংলেন মাবু পুদুনা। অদুবু লমদম অসিগী চঙহৈদবা লাইফমলেন অমদা চঙলুই হাযব্রা কবিনো, মফমদুদা লাইযৈদুনা সাব আকবব হাযদবি মফম অদুমক্তদা পুন্সি পিখম্নখি, লাযেংব-কা নংহৌদে। ডাক্তবনদি হার্ট ফেল ওইবনি হায। অমবু ওইবসু অমবু ওইবসু, হেন্না নুংঙাইখিদবদি থৌদোক অসিনা মবম ওইদুনা নুজা-পাখং অনীগী নুংশি-নুংওনগী তাইবংদা ট্রেজেদিগী ফিজং অমুবা কৃপশিনখিবদুনি।

ৱাবীশিং অসি খবনা হায নুংঙাইনবা লীবা ৱাবীনি, ৱাবীতা ৱাবীনি, খবনা হায নুংশিৎ শিত্তনবু উনা লেঙবা হৌনব্রা !

শিলোংদা লৈবিঙে মতমদো আসামগী যাম্না লুববা তাংফম অমনি, মন্দ ওইনা লৈবাকঙাক্লোনগী লমদমদা ঈথক ঈবাং কন্না হৌবা মতাংনি। নাকন অমদা ফিজোগী লুচিং মখাদা নাগা হিলস ডিস্ট্রিক্টনা ভাবত্তগী তোখায তাদুনা নীংখাতম্বা লৈবাক অমা শেম্বগী দাবীদা শিব-নাবা খঙদনা খুৎলায পাযবা লালহৌনা কনখৎলকপা, অমবোমদনা খাসি-জযন্তিযা-গাবো-লুসাই হিল্সনচিংবা চীংগী ডিস্ট্রিক্টশিংনা আসামদগী তোখাযবা হিল্স স্টেট অমা শেম্নবগী অকনবা দাবী। লুববা তাংফম অসিদা ভাবত সবকাবনমুক অচাকপা মৈদা ঘি হৈজিল্লকখি।

আসাম থাউ যাম্না থোকপা লমদম্নি। থাউ অসি শুংদোক্লবা বিফাইনাবি খবা লিংখৎপগী মথৌ তাবকখি, মবমদি হান্নদগী লৈবক্লিবা বিফাইনাবি অসিনা কোন্নবক্তে। অদুনা ভাবত সবকাবনা আসামগী থাউ অসি পাইপ লাইনদা পুবগা

থাউ শুংদোক্লবা বিহাবগী ববাউনিদা বিফাইনাবি অচৌবা অমা লিংখৎনবা থৌবাং তৌবকখি। আসামগী মীযাম্না ভাবত সবকাবগী থৌশিল অসিগী মাযোক্তা অকনবা ঈহৌ শাগৎলকখি - থাউ থোক্লিবনা আসামদা বিফাইনাবিনা বিহাবদা - মসিদি সুকয়া যাবোই, কৈদৌঙৈদসু যাবা ঙল্লোই। ভাবত সবকাবনা মবমদো হায, আসাম হাযবসিদি ঙমখৈদা লৈবা স্টেটনি, মীবৈবাক্লা কবিগুম্বা লান্দাবক্লবদি বিফাইনাবি ইবাই লাইনা থুগাইবা ঙমখিগনি কবিগুম্বা ঙমখৈ লমদা মসি লৈবা তাববদি। কযাতা নাতৈ চাখিদ্রবা ৱাবোলনো। যেক্লবনা লান্দাবকপা যাই হাইদুনা লনথুম থৈদোক্কুনা থম্বা, অদুগা লমদমসিদা লৈবিবা মীশিংনা শিবসু যাই খনবা। নাতৈ চাদবা থৌশিল অদুগী মায়োক্তা আসাম পূম্বা মৈ হৌবকখি - যাবোই যাবোই বিফাইনাবি পুখিবা যাবোই, বিফাইনাবি আসামদা থমগদবনি। ঈহৌ অদুগা মবী লৈননা নোংমা আসাম শীনবা থুংনা চাউববা স্ট্রাইক অমা তৌখি। ভাবত সবকাবনা খল্লম্বদি স্ট্রাইক অসি পংকন কল্লোই, মক্ত ওইনা স্টেটকী কোনুং ওইবিবা শিলোংদদি মসিগী মমি তাবোই, মবমদি শিলোংদা লৈবিবশিংসে অযাম্বনা সবকাবগী থবক তৌবা ঙাক্কেনি। অদুবু মখোযনা খল্লম্বা অদুগী ওন্নতৈনবদা শিলোংদা নুমিৎ অদু অমূক্তা থোকখিদবা থৌদোক ওইনা থোকখি। মকোক থোংবা ওফিসাবশিং খবা নত্তনা অতৈদি ওফিস ওফিসশিংদগী থোক্লবক্কুনা স্ট্রাইকতা যাওবখি, লম্বীদা লাউদুনা চৎলখি, মকোকথোংবা ওফিসাবশিং অদুগী মতূ-মচাশিং যাওনা। শিলোংগী পুন্সিদা অদুম হাযনা অমুক্তা স্ট্রাইক তৌবা উখিদ্রি। নুমিৎ অদুনা শিলোংগী অনৌবা ইতিহাস অমা ইখি।

মদুনা লোইখিদে। ঐখোযগুম্বা ঈ খেগৎলক্লিবা নহাবোল খবনা সাইক্লোস্টাইল তৌদুনা চেবোল অমা ফোঙখি - ভাবত্তগী তোখাই তাদুনা ইণ্ডিপেণ্ডেন্ট সোভাবিন বিপাব্লিক ওফ আসাম হাযবা লৈবাক অমা শেম্লে। মসিগী ইন্টবিম গোভমেন্ট অমা লৈবে। ইন্টবিম গোভমেন্ট অসিগী প্রেসিডেন্ট, প্রাইম মিনিস্টব অমদি অতৈ মিনিস্টব খবগী মিংসু চেবোল অদুদা যাওখি। অঙকপদি চেবোল অদু ফোঙখিবা নহাবোল অমত্তবু সবকাবনা ফা-পুনবা তৌখিদে। কান্নবদি ফংখি। ইকুই কুইদনা ভাবত সবকাব জ্ঞান তাবকখি, লাউথোবকখি আসামদসু বিফাইনাবি অমা লিংলগনি। গৌহাটি মনাক্তা নুনমাটিদা লৈবিবা বিফাইনাবি অসি ঈহৌ অদুগী মহৈনি।

অহল-লমন্না মবক মবক্তা হাযনবা তাখি - কনা খঙনদবা লমদা যৌবা মতমদা সাধুনা সাধু থেংনগনি, তাকুনা তাকু থেংনগনি, কনামতনা হাযদ্রগসু মনমদা অদুম খঙনবা জাৎনি। সাহিত্যদা খবা খবা ঙাওজবা ঐসু কুইদে সাহিত্যদা ঙাওবা মব্দপ-মপাং অদুম থেংনবকখি। যাম্না লাপ্না চৎলুবা নত্তে, ঐখোযগী

ওফিস মনুংমক্তদনি। অকুণ কৌবা বাংগালি অমনে, ছেত্রি কৌবা নেপালি অমনে অদুগা খাসি অমনে (মমিংদো কাউখ্রে)। লোইমক অশৈবনি হায়বা হাই, শৈবেং ঙাক্তা ই। ঐখোয় মবি মবক মবক্তা ফম্মিন্নদুনা মানা মানা ইবা শৈবেংশিংদো পাবগা তামিন্নে, ইংলিশতা চাউবক্লা হন্দোক্লে, অদুদগী তোঙান তোঙানবা লোন্দা ফোঙবা সাইক্লোস্টাইল তৌববা চেফোঙ মচা মচাদা। অকুণগা ঐগদি বাংলানা মবম ওইদুনা খবা হেন্না নকশিন্নে। মাগা নকশিন্নকুবদগী মতমদুগী বাংলা কবিশিংগী, থোইদোক্লা প্রোগ্রেসিভ অশৈবশিংগী খুৎইগা হেন্না নকশিন্নবগী খুদোং চাবা ফংখি। সুভাষ মুখোপাধ্যায, মনীন্দ্র বাযনা চিংবা কবিশিংগী শৈবেং কযাগা শকখঙনখি। মখোযগী শৈবেং খবসু হন্দোক্লুনা ইম্ফালগী 'ঙসি' অমদি 'প্রজাতন্ত্র' দা ফোঙখি। তুর্কি কবি নাজিম হিকমৎকী শৈবেং খবগসু সুভাষ মুখোপাধ্যাযনা হন্দোকপা থেংনকুবদগী মৈতৈবোলদা ঐনা অমুক হন্দোক্লুনা ফোঙবা যাওখি।

মবকসিদা ঐঙোন্দা তৌফম খঙদবা মতাং অমা লাকখি। ইবাই গৌবচন্দ্রদো ফাইনেল ইযাবগী এক্সাম থাবা লোইববনিনা শিলোং থাদোক্লুনা যুমদা চৎলনি হায়না হাযবকখি। ঐনা খাম্বা যাখিদ্রে। খাম্বা যাদ্রিবদুগী মবম হাইফেৎপুদি খঙই। ইবাই গৌবচন্দ্রদো মী ওইনদি যাম্না ফৈ, মবুদ্ধি মবৌশিং লৈ, মীগী মতেঙসু পাংগল্লি। শিলচব গোভমেন্ট স্কুল হোস্টেলদা লৈমিন্নবিঙৈদা ঐনা কোলেবানা নাবা মতমদা মাগা ইবাই নবদ্বীপকনা ঐবু শেন্নবিখিবদো কৈদৌনুংদা কাউবা যাবা নত্তে। শিলোংদা লাক্লুনা ঐনা ওফিসতা থবক তৌবিবা অমদি লাইবিক তম্লবিবসিসু মহাক লৈবমদ্রদি অসুক লাযনা ওইথোক্লমদবা যাই। মাগী অশোযবা অমবুদি লৈ, নুপী-নহাদা খবা ঙাওশিন্নে, নুপীনা যাগনবা বাশি অমা চেনবা তাই, অদুনা মাবু মাযকৈ অদোমদা ঙাওহল্লি। স্কুলগী মহৈবোই ওইবিঙৈদগী হৌনা নুংশি-নুংওনগী তাইবংদা তাউবকখি, মদুগী ৱাবী কযা ঐঙোন্দা লীখি, ঐনা যাম্না ঙক্লা অমদি নুংঙাইনা তাখি। লাসামিযাবদা লৈমিন্নবিঙৈদা লক্ষ্মীপুবদগী চনুবা অমনা পার্শেলদা থাবকখিবা সনা খুদোপ অমা ঐঙোন্দা উৎখি। খজিক-খবাক নুংশিনবনদি মদু যৌনা খুদোল তম্লক্লোই। কাযনবগী ৱাবী কযাসু ঐঙোন্দা তমখি। নোংমা, লাসামিযাবদা লৈবিঙৈদনি, চিঠি অমা থুংলখি, ইম্ফালদগী মরূপ অমনা থাবকপনি। ইম্ফালদা আই এ তম্লিঙৈদা মাগা পুন্সি-লৈপুন ওইমিন্নসি হাযদুনা লোন্ন-থুপ্না শবি-ৱাশক্লখিবী শকহেনবী নুজাদো কনানো অমদা চেনখ্রে হাযনা মরূপতুনা খঙহল্লকপনি। ইবাই গৌবচন্দ্রদো থম্মোয শাথীনা কাযখিমাল্লে। নহানমখৈ অযুক খুদিংগী নীংবা থুংহল্লি হাযবা অচেৎপা থাজবা অমগা লোযননা ধূপ-থাউমৈ থাদুনা 'চণ্ডীপাঠ' তৌবম্বদো খংলেপ লেপখি। চণ্ডীদেবী মানা তাবা

থোক্লগদি নুংঙাইবোইদবা ৱাহৈ-খোম্ফম কযাগা লোযননা চৈ-থাংদুনা নহানমখৈ ঈবাৎলম্বা লাইবিক অদু মচেৎ মচেৎ শেগাইবগা নমথি-হঙ্গাই মবক্তা থাদখি।

মানা শিলোং থাদোক্কুনা চৎলনি হাযবসিসু অদুগুম্বা নুংশি-নুংওনগা মবী লৈননিনি। বাংগালি নুপীমচা অমগা মাগা মবী লৈনবকপা হাইফেৎ কুইববনি। অদুবু নুপী মচা অদু মমা-মপানা অতোপ্পা নুপা অমদা থাজনবা থৌবাং তৌবকখি, লুহোং-খোংদোংবগী নুমিৎ ফাওবা তম্লকখি। মদুনা মঙোন্দা তাশোন ওইবখি।

মহাক চৎখ্রনি হাযববনিনা ঐসু লৈফম হোংদবা যাদ্রে। হৌজিক লৈবিবা মফম অসি মেইন বোডতগী লাপ্পনিনা অশোঙবা লশ্নীদুদা নুমিদাং ইতোমতা চৎপা ঙম্বগী ৱা লৈতে।

(৮)

অতোপ্পা লৈফম অমা থিবদো যাম্না ৱাগদবোই খল্লম্বনি। অদুবু ৱাখিদ্রে। কঞ্জুমাব গুড্স ওফিসতা থবক তৌমিন্নবম্বা উমেশবাবুনা পাউদো পীবকই, মানা লৈবিবা যুমদুদা কা মচা অমা হাঙলি, লৈগে হাযবদি যাগনি।

চিলহাও থিবা যাবা নত্তে, চিলহাও থিদ্রে। থীন্দনা উমেশবাবুগী মনাক্তা হোংজিল্লে। মোতিনগবদনি যুমদো, শাবা পংকুই কুইদ্রিবা ওইবমাল্লে। তৌবগীদি মোতিনগব অসিমক সবকাবগী থবক তৌবা আসামিশিংগী কোলোনি ওইনা শেমগৎলকপা কুইদ্রিবনি। নোংথোমাই ফযাব ব্রিগ্রেডতগী নোংচুপ পাংনা লোইবোইননা কাখৎখিবা চীংযাং অমদি চীংচেপতা পবেং নাইনা শাবা যুমশিংনি, লোইনমক আসাম টাইপনি, ফ্লোব সিলিং থোঙ-থোঙনাউ লোইনমক উচান ঙাক্তনি। উচানগী লমদম্নিনা উচান ঙাক্তনি, যুম শাবদগীনা উপু কাংথোল টেবল চৌকি চনবা ফাওবা।

যুম অদুগী নোংচুপলোম থংবদা যুমগী খাইবোক অমদা যুম্বু লৈ, মাগী ইমুং মনুংগা লোযননা। মযায থংবগী কা অনীদা হোবেন গুর্বা কৌবা খাসি অমগা মাগী এংলো-ইণ্ডিযান নুপীগা পিক্লিবা মচা অনীগা লৈ। অৱাংলোম থংবদা খবা চাউবা অমদা উমেশবাবু, হাযবদি উমেশ দাস লৈ। মাগী নুপী-অঙাংসু মবক মবক্তা লাক্তুনা লৈবৈ। ঐঙোন্দা শান্দোক্লিবা কা অদু খাবোম থংবদনি, যুমগী মমাঙ হেক ওইবপ্লনি, যাম্নদি পিকই, কাংথোল মচা অমগা পিকত্ত্রবা টেবল-চৌকিতংগা থাবা ফাওবতনি চল্লিবা। ভাডাকাদি যামদে, লুপা তবানিথোইতনি। ঐগী তোলোবনা পুবা ঙম্বগী চাংনি। ঐগী তোলোবসু যাম্বা নত্তে, লুপা হুম্ফুনিথোই মখাযতনি।

যুম্বু মহেন্দ্র বায গোৱালপাডাদগীনি, সেক্রেটাবিযেটতা থবক তৌই, লৱাই ইতাং তাঙলদুনা মৈতৈ যাম্না মাল্লি। মৈতৈমচাশিংনা মাবু মৈতৈ ওইববোই খন্দুনা মৈতৈবোল ঙাঙশিল্লকপা তোযনা থোকস্রে হাযনা মানা তমই। উমেশবাবুসু গোৱালপাডাদগীনি। লৈমিন্নবগীদি যাম্না নুংঙাইবে। চাক-ঈশিং থোংবগীস্ ৱাদ্রে। উমেশবাবুগা ঐগা চাখুম পুল্লি, চাক থোংবি-থাকপিনবা

পাখং মচা অমা লৈ। পাখংমচাদুসু গোৱালপাড়াদগীনি, উমেশবাবুনা হোৎনবিদুনা ওফিস অমদা পিওন ওই। চাখুম পূনবতা নত্তনা ঐখোয় অনীদি ওফিসসু কামিন্নে, কোলেজসু চৎমিন্নে। চহী কয়া লাইবিক তম্বা তোক্লুববা মতুংদা বি এ ওইদবা যাদ্রে খল্লকপদগী হোৎনবক্লিবনি। যাম্না চমজে, ৱা ঙাঙবদসু মোং ইহা হাদে, ফৈজোম শেৎলি, নোংমতা খোংগ্রাও শেৎতে।

অমবোমদনা মহেন্দ্রবাবু খোঙগ্রাও শেৎলি, নোংমতা ফৈজোম শেৎপা উদে, চুরুপ যাম্না থকই, চেইন স্মোকাবনি হায়বা যাই, য়ুসু মবক মবক্তা থকই, মাগী ভাডাদা লৈবা গুর্বাগা থকমিন্নে, মাসু চেইন স্মোকাবনি। মহেন্দ্রবাবুগী মনাওনুপী লৌবা সি আই দি-দা থবক তৌবা অমা মবম মবক্তা লাকই। মহাক লাক্লবদি লোইবে অহিঙ নোংযাই ফাওবা হৌগৎলোইদৌবিবনি। চামিন্নবা হাউই, পুমিন্নবা যাংই হায়বসিদি তাবকই, থকমিন্নবা নুংঙাই হায়বসি ঐ নহানমখৈ খঙলমদে।

উমেশবাবু ঐখোয়নীবু মখোয়না লক্লবি - 'নখোয়নীদি মী ওইবোই।'

ঐখোয়না খুমই - 'ওইদ্রসু যাবে।'

অদুবু নোংমদি ঐ নাম্লোকপা যাখিদে। খৃস্টমাস মনুংদনি। গুর্বানা ঐবু মাগী মরূপ অমগীদা চৎলুসি হায়দুনা পুদুনা চৎলি। মাগী মরূপ অদু ঐগসু খঙনৈ। নুমিদাংদো ঐখোয় অহুম ফম্মিন্নদুনা ৱাবী শানা শানা মরূপ অদুনা কন্না হায়বদগী পেগ অম-নী কিনা কিনা চিংখি, য়েন থোংবসু যাম্না হৈনদনা চাখি। নুমিৎ অদুদা ঐ যুগা য়েনগদা লাইমিং লৌখি।

মহেন্দ্রবাবুগীদা লৈবসি ঐখোয় ইমুং অমতগী মীদৌনা ৱা-ৱা লাউনা লৈমিন্নে। গুর্বাগা মখোয় অহুমদি 'কোকাই' হায়না কৌনৈ। নুংশিনবগী খুদমনি। কোকাই হায়বদি আসামিদা ইয়াম্বা নৎত্রগা তাদা হায়বনি। ঐঙোন্দদি কনামতনা কোকাই হায়না কৌদে। ঐনবুদি গুর্বাদা কোকাই হায়না কৌই। গুর্বাগী মচা অনীদুনা ঐঙোন্দা 'মামা সিং' কৌই। মখোয়গী মতৌ তমদুনা মতৈ-মনাওনসু ঐবু মামা সিং কৌই।

মহেন্দ্রবাবুগা উমেশবাবুগদি গোৱালপাডাদগীনিনা বাংলা অমদি আসামি অনীমক মমাবোলদৌনা ঙাঙই। শিলোংদা লাকপদগী ঐসু আসামি ফজনা হৈবে। অদুনা ঐখোয় অহুম ৱাবী শান্নবদদি বাংলা আসামি অনীমক খেন্নদনা শীজিন্নবে। গুর্বাগা ৱাবী শান্নবদনা কবিগুরুম্বদা ইংলিশ কবিগুম্বদা হিন্দি।

লৈমিন্নববনিনা লায়না-লাইচৎ অমদগী অমদা খবা খবা তৌদুনা লৌনবকই। মহেন্দ্রবাবুসু বি এ থাদোক্লনি হায়বক্লে, প্রাইভেট কেণ্ডিডেট ওইনা, তৌবগীদি কণ্ডিসন অমদা। মচা অহুম-মবি শুববনিনা লাইবিক পাবা যাদে,

মতম খজিক খবাক ফংলবসু লাইবিক্তা হাযবিবশিংদো অহন ওইববা মকোক অদুদা চঙদে। অদুনা ঐনা মাগী ক্লাশ লৌবা তাই। উমেশবাবুসু নপশিল্লকই, 'ক্লাশতুদা ঐসু যাওগনি।' ঐঙোন্দদি হীবমশিংদো নৈনবদা হেন্না খঙবগী তাঞ্জা খবা ফংলে। খবা লৈবগদি হিস্টরি-ইকোনোমিক্সতা নত্তনা আসামিগী ক্লাশ খবসু লৌদবা যাবকখিদ্রে। আসামিগী লময়ানবা কবি অম্বিকাগিবি বাযচৌধুরীগী শৈরেংগী লাইবিক অমা, মমিংদো কাউখ্রে, অবিবা বাংলাবোমদা যাম্না নকশিল্লি হাযনৈ। 'সিংবাবু মসিমদি নঙ নত্তনা উপায লৈতে' হাযবদগী মদুগীসু ওজা ওইবে। ওফিসকী মরূপ-মপাং খবসু কদাযদগী তাকবিবনো খঙদে, উমেশবাবুনা হাযবম্বসু যাই, ঐবু ফাবে - 'যাবোই চেনবা যাবোই, অম্বিকাগিবি বাযচৌধুরীগী ক্লাশ খবদি নঙনা লৌবা তাই।' মতমসু অতে মতমদা নত্তে, ব্রার্ডস লেক্তা ছুটি হুবান্দুনা ফম্বা মতমদা। ঐ ইতোমতা নুংঙাইজবা অমা পোকই, লোন হৈরুবগী নুংঙাইজবা।

গুর্বাদা ঐনা ফাগি তৌই - 'কোকাই, নঙদি বি এ থাদোক্লবোইদ্রা ?'

মানা ইবাই লাইনা খুম্লকই - 'ঐদি কৈদৌরুনি বি এ পাশ তৌবগা ?' প্রোমোসন-ককা পামজদে। প্রোমোসন ফংবগা কদায কদাযদনো টান্সফার তৌগে হাযবরুনি। ঈংন-তপ্না শিলোংদা অসুম লৈবসিনা ঐদি হেন্না পামজবে।'

ইনকাম টেক্স ওফিসতা থবক তৌই গুর্বা। কদায কদাযদনো পোস্টিং তাদুনা চৎলুবে। ইনকাম টেক্স ওফিসতা থবক তৌবশিংদি পৈশা পায হাযনৈ। অদুবু মাদি পাযদে। অসিগী মবমদি মানা এংলো-ইণ্ডিযান নুপী লৌরুবননি হাযনা মচেখোযনা থাজে। মবক মবক্তা মানা হৌদুনা ঐ মচেখোযগীদা চৎলুই। মচেখোযগী যূম অদো পংলাপ লাপ্তে, নোংথোমাইদগী খজিক্তং হাইগৎলগা লম্বী মপান্দা লৈ। ইনাকখুনবা যূম অমদা লৈবা যাবা অবং-অবাক পূম্নমক শুনা লৈ হাযবা যাই মচেখোযগীদো। মৌপ্পাগী অৱাৎ-অপাদো উবগা মচেম ওইবীনা নুংঙাইজদে। মচা অনী লৈবফাওবদা মচেমগী অশাওবদো হন্থদ্রি, মবক মবক্তা মৈবী কাপথোবকই - 'নুংশিজখ্রবা ইউপ্পাসে মাগী যোংমানবী এংলো-ইণ্ডিযান নুপীদুনা পোৎশেম-যাদু তৌদুনা মাঙহল্লবনি। ঐদি হৌজিকসু হাযবিবনি, খাইত-খাইনখো, খাসি নুপী মশক মতৌদা মপা লৈতবী মবম-মথুমসু স্নজীংদৌনা পৈদুনা লৈবী অমা লৌবিগে হাযবিবনি।'

মচেনা হাযবিবদুগী অচুম্বা খবদি লৈ। মৌপ্পানা খাসি নুপী লৌবম্লবদি মীগীদা যূম ৱাযদুনা লৈবিবসি ফাওবদি লৈবম্লোই। খাসিগী চৎনবীদা নুপানা নুপী মযূমদা চৎকনি, নিঙোলনা মমা-মপাগী মবল-মথুম লোইনা ফংগনি, মসিনি মখোযগী চৎনবী। অদুনা গুর্বানা খাসি নুপী লৌবম্লদি ইনাকখুনবা হাযবদুমক

নৎত্রবসু নুপী মযুমদা খুযা তুশিন্না পাল্লমগনি। 'মাগী যোংমানবী অদো' মচেমনা কযামুক খাবগে হাযবদা মচেমদো নোংমা ফাওবা মৌপ্বাগীদা লাক্তে। ঐঙোন্দা ৰাবী তৌই লৌথুপ-লৌকোই তৌদনা - 'হৌজিকসু ঐ মাইব-মাইবী থিবিবনি ইউপ্বাদা তৌশিনখিবা পোৎশেম-যাদু অদু কবম্না লৌথোকসিগে হাযদুনা।'

পোৎশেম-যাদুগী ৰাসে গ্রেনীগী মমানসু য়াম্না তোযনা পল্লি। গ্রেনী হাযবিসে গুর্বাগী নুপীনি। মাগী অশেংবা মমিংবুদি জেনী কৌই, জেনী ৰাটসন। ঐনা মমিং ফাদুনা কৌবদো নুংঙাইতে হাযদুনা গ্রেনী কৌবনি, হনুবীদৌনা ঐঙোন্দা ৰাবক-ৰাতেম্মি হাযদুনা।

গ্রেনীগী মমাদো অপাব শিলোংদা মপানা শাবম্বা যুম মচা অমদা মতোমতা লৈ। মাবু শেন্নবিনবা খাসি নুপা অমবুদি থমই। মবক মবক্তা নোংমাইজিং নুমিৎতা গ্রেনীনা ঐবু পুদুনা মমাগী মনাক্তা চৎলি। মমাদো অহন ওইবে, অহন ওইবতা নক্তনা মখোঙ অনীদো থাংবদা ৰাবে পোবালাইসিস তৌদুনা, অদুনা হুইল-চেযোবনা মাগী পাম্বে ওইবি। মতম অমদা, অদুঙৈ নহা ওইবিঙৈদা মুবসু মুম্না ওইবম্মী হাযবদুগী মমিদি হৌজিকসু তাবি। অদুনা ওইবা তাই মুশুক মুবী চা-বাগানগী শিন্মী নিঙোল মাগী মফমদা সমুদ্র ঈৰাংদগী লাকপা ঙৌশ্রোক ঙৌবা পাখং ম্যানেজব ৰাটসন সাহেবনা খোযদাজদুনা মাবু পুন্সিগী লোযনবী ওইনা লৌশিনখিবদো।

অবাপ্পা চীংনুংদা মমানা মতোমতা লৈবদো নুংঙাইজদদুনা গ্রেনীনা মবক মবক্তা হায - 'মাম্মি, ঐসু ননাক্তা তোযনা লাকপা ঙমদে, চীংনুংদা নতোমতা লৈবদুসু নুংঙাইজদে, চৎলসিবা ঐগীদা ঐগা পুন্না লৈমিন্নবম্বসি।'

'ঐ চৎলোই, নঙগী শওম মানবা নুপাদো মশক যেংনীংদে।' গ্রেনী মমাগী পাউখুমনি। অদুদগী ঐঙোন্দা ওনশিল্লক্লগা মখা তাবক্কনি - 'ঐগী ইচানুপীসে মাগী শকথীবা খাসি নুপাদুনা পোৎশেম-যাদু তৌদুনা মাঙহল্লবনি। মশুং-মমান্নবা এংলো অমদা মযুম পাল্লম্মবদবু অসুম হাযনা লৈগদ্রা হাযবা!'

চীন্দদি হাযদোক্তে ইতোমতা খল্লি, ওন্থোকপা থাজনবী হাযদুনি। পোৎশেম-যাদু হাযবদুবু লৈববদি ঐখোযসু ঐখোযগী থম্মোয মবাঙ হৌহনখিবী পৈশাসু পাযবী মশকসু লাইদৌনা ফজবী ফিল্মস্টাব মধুবালাখোয সুচিত্রা সেনখোযদুবু ইমাগী মমৌ ওইহনবা যাবল্লোইদ্রা হাযবা। অঙকপনি, অমম্বদা থাজনবী হাযবসে অদুঙৈ গুহানুংদা লৈবিঙৈদগী হৌনা হৌজিক চাউখৎলে হাযবিবা যুগ অসিদসু নোংপোক খঙদে নোংচুপ খঙদে, খুন্নাইগী অৰাংবা থাক্তা লৈবা খঙদে অনেম্বা থাক্তা লৈবা খঙদে মসিদগী নাম্থোকপা ঙমদনা লৈবি।

গ্রেনীনা নোংমা নিকোল্‌স বোযখোযদা কোযকসি হাযদুনা চৎলি। নিকোল্‌স বোয চহী কুম্নথ্রাবোমনি আসামগী মিনিস্টব ওইবকখিবা, ইংবেজগী মতমদগী ভাবতনা

নীংখা তন্নবা কংগ্রেসকী মতম ফাওবা। মখোযগী মৌখাবদা লৈবা শঙ্গাইদো নিংথৌ কোনুংদৌনা চাউবতা নত্তনা যেংবদা মিৎমায থকই। ইমুংদা লৈবিবা পোৎচৈশিংদো আমেরিকা-ইংলেণ্ডদগী পুবকপনা অযাম্বনি। নিকোল্স বোযগী তালোই অদুমক আমেরিকান নিঙোলনি, হাইফেৎ অহন ওইবে, অদুমকপু ব্রাখল-হকচাংদি খীংখীং লাউনা উবি। গ্রেনীবু উবদা যাম্না নুংশিনা তবাম তবম্না কৌশিল্লকই - 'ও জেনী ডিযাব, কযা কুইববা উন্নদ্রিবা !'

চাউববা ফজখ্রবা দ্রোযিং কমদুদা ফম্মিন্নবগা চা থক্লা থক্লা ব্রাবী মথং মথং তৌবকখি, অহনগা ওইবে ব্রাবী লীবগনা হৈবে, ইংলিশনে খাসিনে তাবদা কযাদা নুংঙাইখ্রে। ঐসে খাসি ওইববোই খন্দুনা ওইবমাল্লে ইংলিশ মবক্তুদা খাসি ব্রাহৈ যানশিল্লিবদো। ঐসু খাসিমচা শাদুনা মবক মবক্তা খুমই - 'হো-ওই, তো।'

মতাং অদো আসাম এসেমব্লিগী মীখল লোইখিবা কুইদ্রি। বাজনীতিগী ইমুংনিনা লোইখিবতা ঙাযবিবা মীখলগী ব্রাবীদা তাবকখি - 'ও জেনী ডিযাব, কবিমুক হাযগনি, হন্দক্কী মীখলসিমুক ব্রাবা অমুক্তা থেংনখিদ্রি, নুংশা যাম্না থীকবে, তম্লমদাই খুদিংগী মিৎলু পিবাং শিন্থনা মপৃ মাগী মফমদা খুকমজখি। অঙকপনি, ঐনা থম্মোয শেংনা খুকমজবদো ইবুঙো মানা খঙবিখি, ভোট হাযদোক্কদবা নুমিৎকী মমাঙগী অহিঙদো ইবুঙো মশামক লেঙবিবকখি, হাযবখি, কবিমতা চিংনকগনু, নঙগী নপৃবোইবসে ভোট ৭৮ হেন্দুনা শোযদনা কাগনি হাযবগা ইপৃবোইবদা লৈপবেং অমা হুকপিবখি। অদুগা অঙকপনি, ভোট ৭৮ চপ-চানা হেল্লগনি হন্দক কাবিবসে।'

ব্রাবীসিবু থাজবা যাবিব্রা ? ঐ ইতোমতা খনখি। লাইবিক লাইশু হৈবা ইমুংনিকো ! অঙকপনি মীওইবগী অমম্বদা থাজবা।

গ্রেনীগা ঐগা মমাগীদতা নত্তনা মবক মবক্তা মাগী মক্তপ-মপাংশিংগীদসু চৎমিন্নে। মতোমতা চৎপা নুংঙাইতদুনা তৌবিবনি। মানা ঐবু হেক্তা হৌবকই, ঐনসু মাগা হেক্তা চৎনীংই। মানা ঐবু হৌবমদনা চৎখিবা নুমিৎ অদুদি ঐঙোন্দা নুংঙাইতবা অমা ফাওই। কবিগীনোদি খঙদে।

নোংমদি খুঙ্গং অমদা চৎলি, মাগী মক্তপ অমগীদা, শিলোং শহবদগী পংলাপ লাপ্পবুদি নত্তে। মতাং অদো ঐ খাসি মবোল ঙাঙবমক নীংথিনা হৈত্রগসু খঙবদি হাইফেৎ খঙলে। তৌবগীদি খাসি মবোল অসি থোইনা লুববুদি নত্তে, কবিগুম্বা মতাংদা মৈতৈবোলগা মান্নবসু যাম্না যাওই, খুদম ওইনা, খিণ্ডিযাৎ = খজিক্তং, কুম্নো = কমদৌবি, কৎনো = কযানো অসিনচিংবা। হিন্দিগা বাংলাগা মান্নবসু যাম্না যাওই। গ্রেনীগী মমান্নবী মৌনহাদো মশক-মতৌ ফজে। তৌবগীদি

খাসি নুপী অযাম্বা মশক-মতৌ ফজে, মফি-মবোলসু নাল্লি, কেবসু যাম্না হে। লৌৰাইদা লৈবগসু যুমকৈ লূন-নান্না পাল্লি, যুমগী লৈমাযথক্তা থাবিবা উবাক্কী ফম্পাক অদু লংত্রিক লংনা শিৎ নান্না থমই, চাকশঙ মিবাং থুদে, কোল্লিক লংত্রিক লংনা ফেংলগা কাপবোর্ডতা ফজনা শীন্দোক্লগা থমই। চাকশঙ যাওনা যুমকৈ লূন-নান্না থম্বসিদি খাসিশিংদগী তমজনীংঙাইনি।

ঐবু মৈতৈনি হাযবা খঙবদগী মৈতৈশিংবু থাগৎলকই গ্রেনীগী মরূপতুনা। লৈকাইসিদা মণিপুরি ড্রাইভর অনী লৈ খাসি নুপী লৌদুনা। মণিপুরিশিংদি খাসি নুপী লৌবগা থদোক্তুনা চৎখিদে, জাতি অতৈদি থাদোক্লম্লগা চৎখিবা যাওই। মৈতৈশিংবু ফৈ হাযনা থাগৎপা তাবদা ঐ নুংঙাই। অদুবু মণিপুরি পূম্নমক মান্নবদি নত্তে, সাধুসু যাওই তাকুসু যাওই। ঐনা খঙবদা খাসি নুপী লৌবম্লগা মতু-মচা লংশেক্লম্লগা চৎখিবা মৈতৈ ফনা যাম্না যাওই। শিলোংগী গাডিখানাদা মৌখাবদা মণিপুরগী গাডি অমদি ড্রাইভর মযাম লৈবিবা অদুৰাইদা মৈতৈনা খাসি নুপী লৌবা যাম্না লৈ। মখোযগী অৱা-নুংঙাই অমগা অমগা মান্নদে, মচা পোকশিল্লম্লগা হন্না-তুনা যেংলমদনা চৎখিবা কোঙ্গাইনি।

ইবাই গৌবচন্দ্র লৈবিঙৈদদি নোংমাইজিং নুংথিল অযাম্বা ৱার্ডস লেক নৎত্রগা গোলফ্লিঙ্কলোমদা মৈতৈমচাশিংগা কোযমিন্নৈ, কবিগুম্বা মতমদা বেডল্যাণ্ডস্তা লৈবা মণিপুরি বাজবাডিদসু। ঐদি মখোযদুগা চৎমিন্নবদো ইহৈ হৈনদবগুম তৌই, ঐগা ৱাখল ইমান মান্নদে। ইবাই গৌবচন্দ্র চৎখিবদগীদি ঐগী সঙ্গ হাযববু আসামিমচাশিংগা তাবে।

আসামি মযামদুগী মবক্তগী খবা হেন্না ৱাখল পূকচেল তিন্নকবা হাযগদ্রা যোবহাটকী প্রভাত গোস্বামীগা ঐগা খবা হেন্না তিন্নৈ। মতম ফংবগা মাসু হেক্তনা হৌবৈ কোযকসি হাযদুনা। নুংথিল ৱার্ডস লেক্কী অকোযবদা ঙাহৌ ঙাহৌ চৎলম্লগা ঐখোয অনীনা যাম্না তোযনা পাংগদৌবিবসি ওকল্যাণ্ডবোমদনি। অদোমদা মখোযগী যোবহাটলোমগী ইমুং অমা লৈ। অদুদনি ঐখোযগী


*প্রভাত গোস্বামী, উমেশ দাস, ঐ*

পম্বুং। ইমুংদুদা লৈকা ফন্না শাৎলিবী লৈবাং অদুগী লীচিংদনি মহাক্না খোঙদোইবিবদো। নুজা মাগী পলেম ওইবীদুসু যাম্না ফৈ, ঐখোযবু উবগা তবাম তবাম্না কৌশিল্লক্কনি, ফমহল্লগা চা পুথোবক্কনি, অদুদগী ৱাবী মথং

মথৎ। মমোম লাংলেন অদু লৈবমদ্রসু মমা-ইবেম্মনা ৱাবী অদুম চত্থগনি ঐখোযনা খৌবাংনা ঙাইবিবা মহাক অদুনা লাকত্রিফাওবা। কুইহৌদে মজাইবেম্মসু যৌবকই, অদুদগী চা অমুক ৱাবীসু মখা অমুক।

মখোযগী অদুদগী থোবক্লগা নোংমদি ঐনা হায - 'ঐবু নঙগী নতুং ইন্দুনা অসুম লৈবা তাবিব্রা ! ঐগীসু পোত্থাফম অমদি থিবা তাবে।'

'নঙগীদি লৈবিবদুদিনা !'

'কদাযদনোনে নঙনা হাযবিদুবু ?'

'খঙঙেদা ইবুঙো। ফিজং মকমদা নঙনা শান্নবিবা লীলাদো খঙদে খনব্রা ?'

ঐ মখা তাদ্রে। মখা তাবগী কান্নবা লৈববোইদবা। মানা চিংনবিবদো ঐ খঙই। মহাকখক্তা নত্তে, আসামি মৰূপ-মপাংশিং অতৈনসু চিংনৈ। মখোযতা নঙনা ধ্বজ-দা ফাওবা।

ধ্বজ-দা শিলচব মনাক্কী মৈতৈ খুন বামনগবগীনি। মাসু শিলচব গোভমেন্ট স্কুলদা তম্লকখিবনি ঐঙোন্দগী ক্লাশ অমা মথক্তা। অফবা ছাত্র ওইনা হৌবকখিবনি। অদুবু লাইববনা মবম ওইদুনা মেট্রিকী মখাদা তমথবা ঙমখিদে। সেন্ট্রেল গোভমেন্টকী লোইশঙ অমদা থবক ফংদুনা শিলোংদা লৈবকখিবনি।

নোংমা থবক অমা চৎলুবদগী হল্লকপদা মাগী ওফিস মপা যৌবকপদা মাবু নীংশিংল্লক্তুনা মাবু উন্নবা চঙলুই। মাগা উন্নদবসু কুইববনি। মবকসিদা মহাক প্রোমোসন অমা ফংখ্রে হাযবা তাখ্রবনি। মদুগী নুংঙাইবা ফোঙদোকপা ওইনা তাঞ্জা চাবে।

মাগী কাদা ফমদুনা চা থকমিন্নদুনা ৱাবী ঙাইহাক শান্নববা মতুংদা হংলকই - 'কমদৌবি, পরীক্ষাগী প্রিপেযাবেসন লোইবব্রা ?'

'পরীক্ষাগী প্রিপেযাবেসনবু লোইবা নাইব্রা ? লাইবিক পানবা হাযদুনা ছুটি লৌদুনা লৈবি - ক্বাবেন্টাইন লিভতা।'

'ক্বাবেন্টাইন লিভ হাযবা ? কিবু কিবেদা, নঙ হৌজিক লাই থোক্তুনা নাবিবনিনে !'

'উপাযদি লৈতে। ক্বাবেন্টাইন লিভ নৎত্রবদি ছুটি ফংদে।'

ইতোমতা নত্তে লাই থোক্লে হাযদুনা ক্বাবেন্টাইন লিভ লৌদুনা লৈবিবসে। ঐখোয ওফিসকী পরীক্ষা থাগদবা ক্লার্ক তকক-তবেৎলোমনি। ওফিসনা থিজিনগে হাযনা থিজিল্লবদি থবক তৎপগী ৱানি। অদুবু কনানা থিজিনগনি ? ডাক্তবগী সার্টিফিকেট পাযবি। লুপা মঙা তিংলবদি সার্টিফিকেট অদুম ফংই।

'ক্বাবেন্টাইন লিভতা লৈ হাযদুনা কোযচৎ চৎপদি হন্থবমখিবোইনে ! চেকশিল্লুকো, মীনা যাম্না ঙাঙনৈ, অপাব শিলোং চৎপদো খবা হন্থৌ।' ধ্বজ-দানা চেকশিন-ব্রা হাযবকই।

'মীনা পংঙাঙ ঙাঙনবনিদা, থাজকনু।'

'কবম হায়না থাজবোইদৌবিবনো, নুংশিৎ শিৎতনবু উনা লেঙবা হৌনব্রো ?'

ঐ মখা তাদ্রে। ঐনা ফনা শেংদোক্তুনসু কনামতনা থাজববোই।

মখোযতা নত্তে চিংনবিবসে, গ্রেনীগী মমা ফাওবনি। মহাক্না অপাব শিলোংদা লৈবিঙৈদা গ্রেনী ইবানি তোযনা লাকপদুদগী হৌনা মাগী মপূক্লিংদা চিংনবা অমদি পোক্লকখিবা ওইবা তাই। গ্রেনীনা সোযেটব অমা লোন্দুনা ঐঙোন্দা থোনবদো মহাক খঙই। নোংম-ফাদোক গ্রেনী ইবানি ফাগি তৌনবদা মহাক্না ঐগী খজাইদা খুদোম্বীনা থিনবদো মহাক উবা যাওখি।

নোংমদি গ্রেনী মমাগা ঐগতা লৈমিন্নবা তাঞ্জাদা ঐঙোন্দা হাযবকখি - 'মামা সিং, জেনীনা নঙবু অসুক্কী মতীক নুংশি হাযবসি নঙবু খঙদব্রা ?'

ঐ শ্বাই লাউখি। গ্রেনীনা তুংলোমদগী লাকপা তাঞ্জা হেক থোক্লুদুনা মমাবু চৈবোই কবিবোই লাউবকখি - 'মাম্মি।'

মমাদো মখা তাখিদে। কাদো পূমচিক চির্কখি। ঐ ভাব তাবা ঙমখিদে কবম্বা মখলগী নুংশি-নুংওননো ঐখোয অনীগী ইবক্তা লৈবিবসে। লীচিং অমা লৈবদুদি ঐখোয অনীমক লৈতে হাবা যাবোই। নুমিদাং মবক মবক্তা মানা হিন্দি ঈশৈ শক্তুনা ঐবু তাহল্লি। ঈশৈশিং অদুগী মনুংদা মানা খ্বাইদগী নুংশিনা শকপসে - '*বাদলমে ছুপ যাবে ও চন্দা, মৈ তুমসে প্যাব কব লুঙ্গী, হাজাবো বাত কব লুঙ্গী*' লৈচিল্লক্কী থাজ-ও, থম্মোয পামেন্নখিসি, নুংশি পাউখোং ফোঙমিন্নখিসি ।

ঐনা ফাগি তৌই - 'লৈচিল্লক্কী থাজদুনা নঙগী থম্মোয যাৱাদুবু তাবমগদ্রনে ?'

'মসিগী অঙাংসিদি। যাম্না হেঞ্জিল্লক্কনু। চো চো নঙগী কাদা, মঙ নুংঙাইনা তূম্লুবো।' হাযবগা ঐবু তাম্থোবক্কনি।

(৯)

শিলোংদা লৈবদো মফম অদুদা থবক তৌদুনা লৈবগে হাযবশিংগীদি নুংঙাইবমগনি। ঐদি থবক তৌদুনা লৈগে খন্দবনিনা নুংঙাইফম খঙদে। পবীক্ষা লোইবগা শাংথনা লৈনীংলক্রে। ইতোমতা নুংশা থীজবকই - চীংলৈবাক অসিদা ঐবু চিকমাঙনখ্রদবা মীওই কযানা চিকমাঙনখিবগুম। অঙাং ওইবিঙৈদগী হৌনা ঐগীদি পুক্সিগী মঙলান খবা লৈজৈ, ঐনা পামজবা পান্দম খবা লৈজৈ মখোযশিং অদুনা হাযবগুম তৌই - নঙ মাঙবা যাদে, চীংলৈবাক অসিদা নঙ মাঙবা যাদে।

পবীক্ষা লোইবগা ঐ থীস্থবমদ্রে, 'খুল্লাই শিলোং, খুল্লাই' হাযবল্লগা যূমদা লাক্লে ১৯৫৮ গী কুমযাইদা। অহন-লমনশিং নুংশাসোব হোনবগুম তৌই, পোৎশেম-নুংশেমগী লৈবাক্তুদগী নাম্থোক্লুনা হনদি হল্লক্লেদনা।

তাঞ্জা চানকবা হাযদুনি, বানীপুব হাইস্কুলদা ওজাগী ফম হাঙদুনা লৈবগী মতাং হেক থোক্লুবে। থংনবা খুন্দা লৈবা স্কুলনি। ঐখোযনা অঙাং ওইবিঙৈদা তম্লকপা এম ই স্কুল অদুনা হাইস্কুল ওল্লকপনি। হোয, এম ই স্কুলদো হান্নগী মফমদা লৈত্রে। হাইস্কুল ওল্লকপদা মফমসু হোংদবা যাখিদ্রে, অদুবু মচেৎ অনী থোক্লুনা মফম অনীদা। মচেৎ অমনা বাঁশকান্দি হাইস্কুল, বানীপুবদা অদুগা অমদুনা নেনামিযা হাইস্কুল, বাঁশকান্দিদা, মসিগী লৈফম্না ডাকঘব মনাক্তা অদুঙৈ ডাকবাংলো লৈবম্না মফম অদুদা। মচেৎ অনী থোকখিবদুগী মবমদি খুঙ্গংলমগী হৌনবী কাঙবু অনী অঙম তান্নবকপদগীনি।

স্কুলগী প্রেসিডেন্টনা ইপম্থৌদা হাযবকপদগী ঐ হাইস্কুল সেক্সনদা জোইন তৌবে। এম ই সেক্সনফাও সবকাবগী গ্রান্ট ফংলবসু হাইস্কুল সেক্সনদি ফংদ্রি। অদুনা তোলোব যামদে, লুপা নীফুতনি। যাম্না যামদবগী ৱা থোইনা খল্লুদ্রে, শিলোংদা লৈববুদি যূমদা লৈবসিনা যাম্না হেন্না ফবে খল্লে।

ঐ স্কুলদা জোইন তৌবে তাবদগী অকোযবদা লৈবা খুঙ্গংশিংদা লৈবা মেট্রিক থাগদবা অঙাংশিংগী মমা-মপাশিং পাইশিন্নবক্লে - ঐগী অঙাং অসি প্রাইভেট তম্বিদবা যাদেকো।মচা-মগুশিং অদুসু হবাওই, প্রাইভেট তম্বিনবা ওজা লৈতবগী অৱাবদো কোক্লনি। স্কুলদা ওজা লৈতববুদি নত্তে, অদুবু গ্রেজুযেট

ওজা অযাম্বদি শিলচবদগী নৎত্রগা খবা লাপ্পা মফমদগী ওইবনা মখোযদা প্রাইভেট তম্বদো খুদোং চাদে। অঙাংশিং অমদি মখোযগী অহন-লমনশিংনা হাযজববদুদা ঐ শংই শঙদে, ঙমগনি ঙম্মোই হাযবা ঙমদ্রে। সাইকেল অমা তোংলগা কোযচেন চেপ্লে মফম অনীহুম থুংনবা - অযুক ঙন্তাদা বাঁশকান্দিদা অহোংশাংবমগী মামোখোযগীদা অঙাং খবা, মদুদগী হলক্লগা স্কুল কাদ্রিঙৈদা যুমদা অঙাং খবা, স্কুল ছুটি থাবগা চন্দ্রপুব হোজোন খুল্লক্তা অঙাং খবা। পৈশাগীদি হাযনদে, মখোযনা পীবকপা খবদুনা যাম্লু যাম্মনখ্রে খন্দোক্লে।

মতমদুদা মেট্রিক অমুক থাক্নবগা ঙমহৌদবা অঙাংশিংনা অমুক্তা থাগে হাযববদি ফোর্ম ফিল-অপ তৌবদা গ্রেজুযেট ওজা অমগী সার্টিফিকেট অমা চঙই, মহাক্না থা খবদো লাইবিক তম্বি হাযবগী। অদুগুম্বা সার্টিফিকেট অদুগীদমক অনকপদগীসু অবাপ্পদগীসু অঙাং যাম্না লাকই। ঐনা হবাও-হবাও তৌদুনা সার্টিফিকেট অদো পীবদা মখোযনা ফুবিৎ খাউদগী লুপা অম-মম পুথোক্লুনা পী। ঐ লৌদে। চেজেৎ অমদা পবেং খবা ইবগীদমকপু কবম্না লুপা অম-মম লৌগদৌবিবা '? মখোয ঙকই, ওজা অতৈদি চৎনবী ওইনা লুপা অম মম লৌই হাযনা তমই। সার্টিফিকেট ইবিবগীদমক শেন লৌদবদো ঐঙোন্দা নুংঙাইবা অমা ফাওই, লাইববা অঙাংশিংদা মতেঙ খজিক্তং ওইবসু পাংবা ঙমখ্রে হাযবগী নুংঙাইবা।

খুল্লক-লৈবক্কী পুন্সিগা মতম খবা কাযনক্নবগা অমুক হজিল্লকপদা ব্রাখল-পূক্লিংসে মথুম-মবাং হৌবকপগুম তৌবকই। ফনা হাযদুনসু খুঙ্গংগী ঈশিং-নুংশিৎতা পোকপা চাউবা ঐখোযনি, শহবগী পুন্সিদো ফনা নুংঙাইববসু মদুগী চপ-চাবী মবেক-মহাও অদুদি ফংবা ঙমদে।

কুইহৌদে কাংগী কুম্মৈ যৌবকই। অঙাং ওইবিঙৈদদি কাং চিংবা জযদেব চোংবা ইখুন-ইবৈকাইদগী লাম্থোক্লমদে, হাযনীংঙাই লৈতনা অদুম নুংঙাইখি। হৌজিক্তি পাখং হাযবদো ফাববনিনা ইখুন-ইবৈকাই লান্না পাইথোক্লীংঙক্লে। কাং মাপন্নিদো ইমান্নবা অনীহুমগা সাইকেল অম-মম তোংদুনা মীখুন্দা যৌই, মীখুন্দনা হেন্না নুংঙাইবগুম তৌই। নোংফাদোক্কাদি সন্ধ্যাগৌবী ফাওবা যাওকই। জযদেব চোংবা খেচ্রি চাবা অদুদি মমিং থোংবগী ব্রানি, মব্নদি হাইফেৎ খঙন-চান্নবা মশক-মতৌ ফজবী নিঙোলচাশিং অদু যেংবদুনি, তাঞ্জা ফংলগা ব্রাহৈ অম-নীকা কাপ্পহৌবদুনি।

কৃষ্ণজন্ম থৌবানীজন্ম খোঙদোই হুল্লকই। কন্না ঙাওখৎলক্লিবা শল্লাবমচাশিংনা মথোঙ-মবম খঙদনা চেন-চোংদুনা শান্নবগুম ঐখোযগীসু থম্মোয কাইহৌবকই। পাউ তায, বাঁশকান্দিদা লিক্কোন শান্নগনি। নুংঙাইবা

পাউনি, অদুবু ঙক্তি ঙক্লা থোকই। ঐখোযনা অঙাং ওইবিভৈদা ঐখোযগীদুৱাইদা লিক্কোন শান্নবিবসে মব্ধ ওইনা পালাববোন্দগা বানীপুবগদনি। বাঁশকান্দি কাঙবুনা নোক্লবিবনি - লিক্কোনবু শান্নবা হৌনৱা, অদুক চাওখত্তববু। ঐখোযসু অদুম হাযনা মতমদুদা খল্লম্মী। অদুনা ঐখোয খবনা হোৎনখি ঐখোযগী খুন্দা লিক্কোন শান্নবা থিংনবা। মদুদা চৈ চাগদবা মতাংসু যাওখি। হৌজিক্তি ঐখোযগী খুনদা লিক্কোন শান্নবা তোকখ্রে। অদুভৈগী নুংশিৎ অদো বাঁশকান্দিদা শিৎখ্রবকো। ঐখোযসু নুংশিৎ অদুদা শাখপ খপদুনা শান্নবা চৎলে। অদুবু পুন্সিদা লিক্কোন শান্নবা হাযদো যাওবক্তবনিনা নিঙোলমচাশিং অদুগী মনাক্তা ফমদুনা লিক্কোন হুনবদো কয়াদি হৈনখিদ্রে। ইকাযবোই নুংঙাইবোই হবাওবোই অহিংঙদি হৌখিবা খঙহৌদে।

যৌবকই পৃক্লিং-হূবী মেবা থা থাবলগী ভাংথক নাইবা ইপোমগা লোযননা। পাউজেল্লকই জগোই বাস শান্নবগী, ৱাযৃংবদা ৱাফুকপদা। অদুভৈদি ঐখোযগী খুন্দা জগোই বাস তত্তনা কৎনবম্মী, জগোই বাস কৎনদবা কুম অমত্তা যাওবমদে। হৌজিক্তি কৎনখিদ্রে হাযবা যাই। মতমগী যাওলনি, কনামতনা চৈ পাযদুনা থিংখিবা নত্তে। অদুবু খুন খবদদি জগোই বাস কৎনবা যাওবি। পাউ যৌবকই কদাযদনো কবি খুন্দনো জগোই বাস শান্নগদৌবি। চৎলি ঈৱাং লান্দুনা সাইকেল অম-মম তোংদুনা ইমান্নবা অনীহুমগা তোলেন খুন্দা নৎত্রগা সিঙ্গেববোন্দা। শহবগী সিনেমাগা খুঙ্গংগী জগোই বাসকা চাংদম্নবা যাবা নত্তে। সিনেমাদা উবিবদুদি মমিনি, কুম্মৈসু পৃং অনীবোমতনি, জগোই বাসদা উবিবদুদি লূ-তোংগী থৱায পানবা চনুবাশিংনি। জগোই ঈশৈগী কুম্মৈ অদুগী মথক্তা ভাবোক মবক্তা মচুম তনা কেদুনা মিৎযেং তথক-তথক ফম্লিবী শকহেনবী নুজাশিং অদু যেংবসু মনুংঙাই অমনি, অহিঙ হৌখিবা খঙহৌদে। অহিঙ অথেঙবদা ভঙ্গি-পবেং লোইবগা নৎত্রগা নোংঙাল্লমদাইদা হল্লকপদো নীংশিংলি।

চন্দ্রপুব খেৱাদা তুবেল লানগদৌবিবনি, তোলেন খুন্দগী হল্লকপা ওইবগনা নুংফৌ, সিঙ্গেববোলন্দলোমদগী ওইবগনা ববাক। হি লানবিনবা মাঝিদো কৌবদা পৃংখায অমা হেন্না চঙগদৌবিবনি, কৌবদা হেকহাক তাবোইদৌবিবনি। তাবগসু হেকহাক লাক্লোইদৌবিবনি, বেবি চিংলগা যাম্না তন্দে-মান্দে হিদো হোল্লক্কদৌবিবনি, মচীন্দা মুকম মুকম শোন্দুনা ঐখোযবু তাহনবোই তাহন্দবোই হাযগদৌবিবনি - থোবাইমচাশিংসে, নোংঙাল্লমদাইসিদা ঙাইহাক্তা নুংঙাইনা তূমথবসিদা তূম্বা থুগাইববিবসে নুংঙাইবদি ফংলোইকো, নখোযসে লোইনা নোবোক্তা তাউকো, নখোযতা নত্তনা নখোযগী নপা-নপূ চাবোল শূবোল তবামবি ফাওবা।

তৌবগীদি মাগী শাথীগ্রবা মীচৈ-মীবাক অদো হিবানমন খবা হেন্না পীবগা কোক্লগদৌবিবনি। মদুনসু পেনফাত্তদুনা হাযবক্কদৌবিবনি - 'চুবপ-বেবি যাওবদি অম-নীতা পীবম্মু।'

অসুম হাযনা খুঙ্গংগী অফা-অপুন যাওদবা পুক্সিদা তাউদুনা লৈবিঙৈদা নোংমদি পাউদো যৌবকই বি এ পরীক্ষা হাযদোক্লে। নুংঙাইবা পাউনি, অদুবু অরাবা রাখল অমনা তুং ইল্লকই। মখা অমুক তমথখিগদ্রা তমথববোইদ্রা '? যুমগী ফিভম হান্নদগী হেন্না শোকচিল্লে। পাবোনা রাবিবদো ঐ খঙই।

চৈবক অসিদা বালাগী আই এস্‌সি পরীক্ষাসু হাযদোবক্লে। মবাইবক থীবা হাযবদো ওইবে। লাইবিক ফৈ হাদুনা সাইন্স লৌইল্লবগী অশোযবনি। ঐখোয অনীমক সাইন্স তমগদবা মীশক নত্তে। ঐগীনা লাইবক ফবা হাযগদ্রা সাইন্সকী বৈতবণীদো অহানবমক্তদা উচিন-নাচিন্না লান্থোবকখি।

খনফম থোক্তে কবিনো তৌগদবসে। ঐনা নুংশুক-নুংজাননা লৈবদো অহন-লমনশিং উই, ইপন্থৌনা নোংমদি হাযবকই - 'চৎলো চহী অনীতবু, ঐখোয মযাম্না ফনবা তৌগনি।' রাখলদা থৌনা লাকই, হোযদা স্কোলাবশিপসু ফংগনি, মদুনা খবা ফাওবদি অরাৎপা মেনখৎপা ঙমগনি। অহন-লমনগী যাইফ-রাহৈ ফংলে, মসিনা ঐগী পাঙ্গলনি, মসিনা ঐগী থৌনানি।

নোংঙানবগা ঐগী শঙনগী সুটকেস মঙ্গৈবীদুদা ফিবোল খবা হাপচিল্লগা শিলোং পাংলে কোলেজদগী মথৌ তাবা চে-চাংশিং লৌকনবা। শিলোং যৌবগা কোলেজদা হান্না চৎলে। প্রিন্সিপাল ফাদব ফোলি মাগী কাদা কদাযদনো চৎকদগী হৌগৎতুনা লৈবম্মী, ঐবু উবদা হাযবকই - 'ইউ সিম টুবি ভেবি লেইট।'

'আই এম সোবি সাব', হাযবগা কোক খোৎপা নত্তনা ঐ তৌফম খঙখিদে।

চে চাংশিংদো সোই-সাং তৌবা লোইবগা যাইফ-রাখল ফোঙদোবকই - 'উইশ ইউ ওল দ বেস্ট।'

'থ্যাঙ্ক ইউ সাব।' হাযবল্লগা চে-চাংশিংদো পাযবগা থোবক্লে।

শিলোংদা মতম মাঙহনবগী মতাংদো নত্তে। ইম্মান্নবশিং ইউনিভর্সিটিদা মিং চন্নখ্রে। ঐগীদি স্কোলাবশিপকী ফোর্মসু পীশিনগদবা লৈ। থেংথত্নবদি কান্নবোইদৌবিবনি। অদুনা অহঙি'দুমা ধবলোগীদা লেক্লগা গৌহাটি পাংলক্লে। ঐগী মব্দপ ধবলোদো খল্লুবদা নুংঙাইতে। মাসু মেট্রিক ফাস্ট ডিভিজনদা পাশ তৌবকখিবনি। আই এস্‌সিদা খুদি থীদুনা চহী অমা মাঙখিবনি। ঐদৌনা সবকাবগী লোইশঙ অমদা ক্লার্ক ওইবগা নুমিদাংগী কোলেজদা লাইবিক তমথবিবনি হৌজিক।

গৌহাটি যৌবগা কটন কোলেজ হোস্টেলদা চূডামণি উন্নবে। শিলোং চৎত্রিঙৈদা মাগা উন্নদুনা ঐগী মার্কশিট লৌথোক্কুনা খবা থম্বিবম্মু হাযবম্বদো মানা শোযদনবা তৌবল্লে। মতাং অদু গৌহাটি ইউনিভর্সিটিগী ওফিস অযাম্বা ঝালুকবাবিদা হোংখ্রবসু এক্সামিনেসন সেক্সন্দি কটন কোলেজ মনাক্তা লৈবি।

চূডামণি শিলচব মনাক্কী মৈতৈ খুন বুৱালজুবদগীনি, লাইবিক যাম্না ফনা হৌবকখিবনি। মমা লুখ্রাবী লাযববীনা যাম্না কন্না হোৎনদুনা লাইবিক তন্দাল্লকখিবনি। ঐনা মঙোন্দগী ক্লাশ অমা হেল্লি। মেট্রিকতা মেথ্মেটিক্সতা চাদ চা ফংদুনা মশক নাইনা পাশ তৌবকখিবনি। আই এস্সি-দসু পোজিসন লৌবকখি।

ঐবু হেক উবদা চূডামণিনা হাযবকখি - 'নবাইবক ফত্তেহে দাদা, মার্ক খজিক্কদা ডিস্টিংসন ফংহৌদ্রে, ইকোনোমিক্সনা চিংথবনি, অতৈদি লোইনা ফৈ।'

মার্কশিট অদু লৌদুনা যেংই। মহাক্না নুংঙাইতনা অমুক্কা হাযবকই 'হিস্টোব কাদ কয'তা ফজনা ফংখ্রবনো যেংঙু। ফবে, হিস্টবি লৌদুনা তমগে হাযবগা তম্মো।'

মার্ক যাম্না ফংব-ফংদবা ঐদি ইকোনোমিক্স লৌদুনা তমগে হাযবসে চপ যুংনা লেপখ্রবনি। কনামতদদি হাযদোক্তে, ফনা কুইববনি বাখল অসিনা কোক্তা শান্নদুনা লাক্লিবসে। হাইস্কুলদ' তম্লিঙৈদা কোর্ট কম্পাউণ্ডগী মণিপুবি চা-দুকানদা ওফিসতা থবক তৌবা অমদি অতৈ লাইবিক লাইশু হৈবশিংনা ৱাবী শান্নবদা তাখি মৈতৈশিংনা শেনথুমগী মাযকৈদা শোথবিবসি ফগাৎহনসি হাযববদি ইকোনোমিক্সতা এম এ খবা পোক্লকপা মথৌ তায। মখোযনা বাবী শান্নবদো ঐগী ইকোকর্সিদ' ফজনা চঙখি, বাখলদা মম ফজনা তাখি। চহী খবা মতুংদা কোলেজদা তম্লিঙৈদা ঐঙোন্দগী খবা সিনিযব ওইবা সুলতান্না হাযখি 'বাজনীতি তৌগে হাযববদি কোলেজ ওজা নংত্রগা উকিল ওইগদবনি, এম এ তমগে হাযবগা ইকোনোমিক্স তমগদগনি।' সুলতান মৈতৈ পাঙল মচানি, মহাক্না হাযবদো ঐ যানীংখি, লাইবাদৌনা খনখি। মবমদি মহাক্কী মযাম্বা নুকল হুদা ইঞ্জিনিযাব এল এল বি নি, মযাম্না শকখঙনবা কমিউনিস্ট লুচিংবনি, মাবু পোকপা মহম্মাদ আলি যাম্না ঙল্লিঙৈ মতমগী গ্রেজুযেটনি, এস ডি ও ওইবম্মী। মখোযগী ইমুংদা অসি গুম্বসি বাবী শান্নবমগনি, অদুননি মানা যাম্না খঙবদৌনা হার্যবদো।

ঝালুকবাবি তংচং চংতুনা ইউনিভর্সিটিদা মিং চনশিল্লুবে। ক্লাশতি হৌদ্রি। হপ্তা-তবানিমুক মতুংদা ক্লাশ হৌবগসু, থা অম-নীদি ক্লাশ নীংথিনা তৌবোই, চবাং-মবাংদুনা অদুম লৈগনি, ইউনিভর্সিটিগী হৌনবীনি। অদুনা যুমদা হল্লে, থা অনীবোমদু শেন খবা তাল্লুবনা খবা ফগদ্রা খন্দুনা।

মতম অদু কাছাড়গী মৈতৈ অঙাংশিংনা লৈবা প্রাইমাবি স্কুলশিংসিদা মৈতৈবোল তম্বা হৌবে। তৌবগীদি চহী অনীহুলোমদা ঙাযবি। অদুবু খুদোং

চাদবা খবদি কন্না থেংনবি। মক্ক ওইনা তম্নবা লাইবিক্কী মতাংদনি। সাহিত্য অমদি অঙ্কগী লাইবিক্তি মণিপুবদগী লৌবগা তম্বসু যাই, অদুবু ভূগোল ইতিহাসনচিংবা হীবম খবগীদি মণিপুবগীদো তম্বদা খুদোং চাদে। মসিগী মথক্তা অহন-লমন খবনমুক মচা-মশূশিং মৈতৈবোল তম্মাল্লোই, কাছাড়দবু মৈতৈবোল তম্মল্লগা কবি কান্নগনি, বাংলা লোন লোনবা লমদম অসিদা বাংলা তম্মনবনা হযেং থবক-ইনখাং ফংবদা মদুনা হেন্না খুদোং চাবা ফংগনি হাযবনচিংবা অকনবা প্রোপেগাণ্ডা অমসু চত্থবক্লি। তৌবিবসি অফবা থবক্লি খন্দুনা তৌকবগা চৈ চাবগী ফিভমদা লাক্কদৌবে। অৱাৎপা অসি যেংননবা লক্ষীপুব নহামক্কপনা কন্না হোৎনবি, অদুবু কন্না চঙশিনবদি ঙমদ্রি। ফিভম অদু উবদা ঐ তূমিন্না লৈবা ঙমখিদে। সাইকেলদা তৌদুনা লক্ষীপুবদা সিঙ্গেবোন্দদা শ্রীবাবনচিংবদা কোযচৎ চৎতুনা থৱায যাওবা অহন-লমনশিং উন্নকবে। মখোযনা পীবকপা পাউতাক মতুং ইন্না মিটিং অনীবক-অহুম্নক কৌবে। অদুবু পান্বেদি খন্নবদা থোক্লে। মতম খবা লৈবগা ঐঙোন্দা ৱাখল অমা লাক্লে - লাইবিক ইবা হৈগদবা মীওই খবা যাওহনবা যাবা সাহিত্যগী লূপ অমা শেম্নগদি মদুনা থবক অসি পাঙথোক্লবা থবক শীনবা যাবসু যাই। নহামক্কপতি মৈতৈবোল তম্নবা শীনবতনি, লাইবিক-লাইশু ইবগী মতাংদদি মখোযগী মবক্তা থোইদোক্লা হৈথোই-শিংথোইবা মীশক যাওদে। ইথক-থোংবা খবগা তান্নবদা মখোযনা ঐনা খল্লিবদো ফৈ হাযনা থৌগৎপিবে।

সাহিত্যগী লূপ অমা শেম্নবা বাঁশকান্দি হাইস্কুল, বানীপুবদা মিটিং অমা কৌবে। ইথা-থ্যাজদনা লক্ষীপুব মাযকৈবোমগী মশক নাইববা মীওই কযা মিটিং অদুদা তিল্লখি। মিটিং অদুদা মযাম কুপ্না খন্নবগা মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, আসাম হাযবা অমা লিংখৎলে। মসিগী সভাপতিনা বাগাপাবগী কাজি কুতুবউদ্দিন্না ওইবে, সিঙ্গেবোন্দগী ফুবিৎশাবম ব্রজমোহন্না জেনাবেল সেক্রেটাবি। কাজি কুতুব উদ্দিন তুংদা এম এল এ ওইখি। ফুবিৎশাবম ব্রজমোহনদি মতমদুদা সিঙ্গেবোন্দ হাইস্কুলগী হেডমাষ্টব ওইবি, লক্ষীপুব নহামক্কপকীসু অকনবা মেম্ববনি।

সাহিত্য পবিষদ লিংখৎলম্লগা ঐদি ইকুই কুইদনা এম এ তম্বা চৎলে। পবিষদকী থবক-থৌবমগা থোইনা মবী লৈনখিদ্রে। অদুমকপু মবক মবক্তা তায, পবিষদ হিংদি হিংলি, মতাং মতাংদা তৌফম থোকপা থবক-থৌবম খবসু অদুম তৌবি।

(১০)

থা অনীবোমদুদা ইউনিভর্সিটিগী ক্লাশ ইথা-থাজদনা ফনা ফজনা চৎখবল্লে। নুংশাগীব'মা ফাওবকই, ঐবু ক্লাশশিংদো মেনখৎপা ঙমগদৌবিব্রা। অসোমদনা হোস্টেলসু ফংদ্রি, লৈফমগীসু অৱাবনি। অনৌবা হোস্টেল অনী শাবা কন্না হোৎনর্বি। মদু লোইবা ঙাইবা তাবি, মদু লোইদ্রিফাওবদি উপায লৈতে।

তৌবগীদি থোইনা ৱানীংঙাইবুদি ওইখিদ্রে। পাণ্ডুদা কুঞ্জমণি বেল-ৱে ফযাব সার্ভিসতা থবক তৌবি ফযাবমেন ওইনা। বেল-ৱেগী সার্ভিসনিনা পিক্লসু চাউবসু ক্লাটব অমদি ফংই। ক্লাটবদা মৈ ঈশিং মবিমতা ৱাত্তে, মথৌ তাবা খুদোংচাবা পূম্নমক ফংই। কুঞ্জমণি ঐখোয খুন মচানি, ঐনা নাউবোনমুক হল্লি। ক্লাশ এইট-নাইন তম্লকপগী অদুৱাইদা মখোযবু পোকপা মাইস্নামগী খুডা তিঞ্জোদো লৌবী ইংখোল লৈজবা খবদো যোম্ভোক্লম্লগা আসামদা হাযবদি হোজাইদা যূম হোংখিবনি, যূম হোংবগী মবম্না লাইববা কৌবা লাযনাদুনা শাথীনা নাবকপদগীনি। হোজাইদা হোংখ্রগা লাইববা কৌবা লাযনাদো লাযেংবা ঙমখিব্রা ঙমখিদব্রা হাযবদুদি খঙদে, অদুবু মচানুপা অহন কুঞ্জমণিনা বেল-ৱেদা থবক মচা অমা ফংদুনা মমা-মপাবু মতেঙ খবা পাংবা ঙম্লে তাবদা ঐখোয নুংঙাইখি।

ইখুন-ইবৈ মচা ওইবগী খুদোংচাবা লৌদুনা ঐ মাগীদা লৈবে। ঐ ইতোমতা নত্তনা ঐগী মরূপ চূনীসু। চূনী আই এস্‌সি পাশ তৌবগা ইম্ফালদা চৎখিবনি, ডি এম কোলেজদগী বি এস্‌সি পাশ তৌবক্লগা এম এ্‌সি তমথববনি মেথমেটিক্স লৌদুনা। ঐখোয অনী মাগীদা লৈশিনবদা কুঞ্জমণি কবিমতা নুংঙাইতবা তৌদে। নুপী থিদ্রিবনিনা ক্লাটবদুদা মতোমতা লৈ। মযাম্বগুম্বা ঐখোয অনীনা মাগীদা লৈবগা এম এ, এম এস্‌সি তম্বদো মযামগী মমাঙদা মঙোন্দা চাউথোকচবা অমা ফাওবগুম তৌই।

অঙাং ওইবিঙৈদো কুঞ্জমণি থোইনা শিংদবনি, পংলি পংলি তৌবনি, মপূকচেলেদি যান্না ফবা। পাণ্ডুদা লৈমিন্নবা মতমদদি যান্না হৈ-শিংলম্মে। সবকাবগী থবক তৌবদগী মী মখল-মখল থেংনদুনা শিংলকপা ওইবম্না তাই। বাংলা আসামি ফজনা ঙাঙবতা নত্তনা হিন্দিসু ফজনা ঙাঙলে, মবক মবত্তা ইংলিশ-কাসু থেৎচিন্দুনা লাইবিক হৈবা

মাল্লি। মণিপুবগী মৰূপ-মপাংশিংনা মাসে গ্রেজুযেট ওইববোই খল্লি। ওফিসতা থবক তৌমিন্নবিবশিংনসু মাবু যাই, মাবু ইকায খুম্লে।

ইউনিভর্সিটি কাবদো পাণ্ডুদগী সিটিবসনা মালিগাঁও ক্রোশিংফাও লাক্লগা ইউনিভর্সিটিগী বস অমুক ঙাইগদৌবিবনি। নোংফাদোক পংকুই কুইনা ঙাইনদবা যাওই, নোংফাদোকসু কুইনা ঙাইমখৈ ঙাইবগা বস পোকখাযগদৌগুম লাকপদুদি উপায লৈতে। লাইন বসতা মী মখল মখলগী হুমাং মনম নম্লসু নম্না অদুম কাখৎলি। হল্লকপদদি অযাম্বা মতমদা খোঙনা লৌবুক লম্ফাং শমদুনা লাকই। লৌবুক-লম্ফাংদুদা যুম খবা শাবা হৌগৎলম্লগা লোইশিন্দনা মপূ পান্দবদৌনা লৈবা থেংনৈ, অবিবা মতমগী অতেক-অকায মযাম তাদুনা লৈবা মাল্লি। তশেংবদি মদু চহী খবা মমাঙদা গৌহাটিদা ফমখিবা ইণ্ডিযান নেশনেল কংগ্রেসকী মীফমগীদমক শাখিবা যুমশিংদুনি। মীফম অদু নংনবা শাবদা নীংথি-নুংঙাইনা শাখিদবা যুমশিংনি হৌজিক অবিবা মতমগী অতেক-অকাযদৌনা তাবিবশিংদু। খঙদে নুমিদাং অমম্বদ-কাদি তম্ল-লাইদৌনা অচৎ-অওকশিংবু কিহল্লমগদ্রা। মীফম অদুবুদি যাম্না চাউনা ফর্মখি, ঐখোয উহৌই। শিলোংদা লৈবিঙৈ মৰূপ-মপাং খবগা লোযননা ঐখোয যেংবা লাকখি।

ঐখোযনা এম এ তম্বা মতমদো পাণ্ডু-থোং শাদ্রি। পাণ্ডু যাম্না মৰূ ওইবা স্টেশন ওইবি। অপাব আসামলোমদগী লাকপা ট্রেন পুম্নমক পাণ্ডুদা খোঙচৎ লোইবে, মফমসিদা পেসেঞ্জাব পুম্নমক কুম্নথগদৌবিবনি। পাণ্ডুদগী পোৎচৈনে কবিনে জহাজদা ব্রহ্মপুত্র লানগদৌবিবনি, আসোম ৱাংমগী আমিনগাঁও স্টেশন যৌনবা। অদুদগী অতোপ্পা ট্রেন অমমুক ফাগদৌবিবনি দিল্লি-কলকতাবোমদা চৎপশিং। অদুগা আমিনগাঁওবোমদগী জহাজদা লাল্লকপা পেসেঞ্জাবশিং পাণ্ডুদগী অতোপ্পা ট্রেন অমুক ফাগদৌবিবনি। মসিদা পোৎচৈ থাংদোক থাংজিন অমদি ট্রেনদা থাঙ্গৎপিবদা বিহাবি কুলিশিংগীদি চহী চুপ্পা পোইনুনি। মখোয নত্তনা উপায লৈতে খঙবনিনা পেসেঞ্জাবশিংগী শেঙ্গাও ফজনা তৌহৌগদৌবিবনি। মণিপুববোমদগী লাকপা পেসেঞ্জাবশিংদি মবোল-মবি থোকপা ৱাৎপনিনা মখোযগী নুংঙাইবিনি। শেৎলি-চাবিবা ফিবোল অদুখক্তং থাকহৌবগী মতানি। নোংফাদোক ঐখোযগা থেংনকবদি খবা ফৈ, কুঞ্জমণিদি বেল-ৱেদা থবক তৌবনিনা মখোযনা পংহেন হেঞ্জিনবা তৌদে।

মতম খবা মতুংদা হোস্টেল খবা শাবা লোইবদুনা ঐখোয পাণ্ডু থাদোক্লে, ইউনিভর্সিটি ক্যাম্পসতা হোংজিল্লে। চূনীনা হোল নম্বব ফোবদা ঐনা থিদা, অনীদো অদুম থংনৈ। মতম খবা কুঞ্জমণিগীদা লৈবদো কাউবা ঙমদে, ইযুমদা লৈবদৌনা নুংঙাইখি। মানা ঐখোয অনীবু পোকমিন্নবা মযাম্বশিংদৌনা কযাদা লুনা তৌজখিবা। মাগীদা লৈবমদ্রবদি থা খবদো ঐখোয ফম্না ৱাবমগনি।

হোস্টেল অনীদো শঙ্গাবদগীদি, মহৈবোই মযাম মবোল মবোল পাইশিন্নবক্লে। কদায কদাযদা লৈনকুবনো খঙদে। মৈতৈমচাসু ফনা যাম্না যাওই। নৌনা চঙনবকপশিংনিনা মানা মানা পাম্বা কম মেটসু খন্নবে। অখাম বোবিচন্দ্রনা ঐবু মপৃক্লিং তপ্পা লাইবিক পাগনবা ওইনা খল্লুবমাল্লে, ঐবু কমমেট ওইসি হাযববে। ঐসু যাবে। চহী অহন খবা ওইবে বোবিচন্দ্র, বি এ পাশ তৌববা মতুং ইম্ফালগী তম্ফাম্না স্কুলদা মতম খবা ওজা ওইবম্মী, ডেপুটেসন্দা এম এ তম্বা লাকপনি। অদুনা মযাম্না মাবু 'ওজা' হাযনা ইকায খুম্নে। মানা লৌবদি হিস্টবিনি। লাইবিক পাগনবা মীশক্লি, মশানা হাযজৈ - 'ঐদি খবা অহন ওইববনিনা চহী মাঙহনবা যাদে, অদুনা লাইবিক কন্না পাদবা যাদে, নীংশিংবগী পাঙ্গলসু ব্রাৎলে।' ওজা বোবিচন্দ্র কবি কবিগুপ্তা মতাংদা চীনফা পুনবা হোৎনৈ, শেংনা হাযজৈ, 'মসি নত্তনা উপায লৈতে।'

অমবোমদা ঐদি লাইবিক পাগন্দবা মীনি। ঐগী ইতৌ অদুদা মযাম্বা ওইবগী হৌনবা পাউতাক পীবকই - 'নঙসে লাইবিক পামন্দ্রে, খবা পাউনে।'

ঐনা লাইবিক পাবসু পাদ্রসু ঐখোয অনী লৈমিন্নবগী অকাযবা অমদি লৈবে হাযবা ঐখোয অনীমক ভাব তামিন্নবকখি। মৈতৈমচা অনী কা অম ভ্রদা পূন্না লৈমিন্নবসিদা মৈতৈমচা মযামগী নুংঙাইববা তিন্নফম অমা ওইবক্লে। ফিক্ষ্থ ইযাব লোইবগা বোবিচন্দ্রনা শেংনা হাযবে - 'ইবানি পূল্লনুসি নৎত্রবদি ঐখোয অনীমক হিবাক্লবা তাবে।'

অচুম্বা ব্রানিনা ঐখোয অনী থাইদোক্লবে। মহাক্লা আসামিমচা অমগা লৈমিন্নখ্রে, ঐনা পবিতোষ কৌবা যোবহাটকী বাংগালি মচা অমগা। পবিতোষ অফবা ছাত্রনি, বি এ দা ইকোমোনিক্স ওনার্স ফংদুনা পাশ তৌবকখিবনি। অদুবু ব্রাবীদি যাম্না পামই। কৈ কিদুনা চেল্লগা শওম ওক্লবে। ঐখোয অনীমক বাংলা অমদি আসামি ঙাঙবনিনা কাঙলুপ অনীমক্কী মকপ-মপাংশিংগী তোযনা ব্রাবী শাফম ওইববে।

পবিতোষতা ঐনা হায - 'কবিনুংগী ইকোনোমিক্স লৌজক্ববনো খঙদ্রে।'

মানা থৌনা হাপ্লকই - 'কিকনুদা পবীক্ষা যাম্না ব্রাংলি, মবকসিদা জ্ঞান তাবকখিনি। অদুবু নঙদি বাংলা লৌবম্বনা হেন্না ফববম্বনি। বি এ দা নঙনা বাংলাদা ফংলিবদো ঐনা খঙবদা ইউনিভর্সিটিগী হাইযেস্ট মার্কনি।'

ঐসে বাংলা যাম্না হৈ হাযনা মানা লৌই। ঐনা চাং নাইনা সাহিত্যগী চেফোঙ 'দেশ' পাবা উবগা মানা হায় - 'দেশকী বাংলাদো ঐদি ভাব তাদে, নঙনা ঐঙোন্দগী বাংলা হেন্না খঙই হাযবদো মসিনা তাক্লবনি।'

অদুবু হৌজিক্তি বাংলা লৌকবা ওইথোক্তে, অদুগা ঐগী ওইনদি বাংলা লৌকদুনা কৈদৌনকনি, অদুনা হৈনবসু হৈনদ্রসু ইকোমোমিক্সকী হি অসুম হোনবা তাবনি।

ক্লাশতবুদি ঐখোয খবদি ছাত্র অফবনি হাযনা খন্নবদা যাওবি। প্রোফেসব সাবঙ্গপানিনা নোংফাদোক কবিগুম্বা অমা হংবদা অদুম খুম্বা ঙমই, কবিগুম্বা হীবম অমদা নোট অমা ইযু হাযবকপদা অদুম হাইফেৎ মওং তানা ইবগা লনখৎপা ঙমই। অদুবু ইশানা ইশাবু থাজবদি অদুম ব্রাৎপগুম তৌই।

প্রোফেসব সাবঙ্গপানিনা ঐখোয খববুদি শক ফজনা খঙই। খঙবগী মবম লাইবিক ফবগী নত্তে, মহাক্কী ওইনা বোল কোল তৌবিবগীনি। মহাক্কী মখোল অদু ব্রা ঙাঙবা হৌবকপগী অদুব্রাইদা ইশি শি, মহাক্না বোল কোল তৌবদা মীনা তাদে। ঐখোয খবগী মনুংদা অমা নৎত্রগা অমা মনাক্তা কৌশিল্লগা বোল কৌহনগনি, বেজিস্টাবদা মার্ক তৌবনা মহাক মশানা তৌগনি। বোল কৌবদা মহাক্না তোযনা শীজিন্নখিবা মহৈবোই খবদি ঐ হৌজিকসু নীংশিংলি - শিলচবদগী ইংবাজি মমাবোলদৌনা ঙাঙবা বিমান কব (কোন্না পাণ্ডু কোলেজগী প্রিন্সিপাল ওইখি), ইম্ফালদগী মাইস্নাম ইবোতোন (কোন্না ইউনিভর্সিটিগী ওজা ওইখি), যোবহাটতগী তরুণ গোগোই (কোন্না আসামগী চিফ মিনিষ্টব ওইখি) - ঐখোয খবসিনি। মযাম্না ঐখোযবু সাবঙ্গপানিগী অচানবা শিষ্যনি হাযনা লৌই।

মান্যবাবুনা ফাগি তৌই - 'ইবুঙো নঙদি সাবঙ্গপানিনা চানবনিনা লাইবিক পাদ্রসু যাবে।'

মান্যবাবু কাছাড়গী জাবিববোন্দ মাযকৈদা লৈবা গোব্রালিপাবদগীনি। ছাত্র ফনা হৌবকখি হাযনা মযাম্না পন্নবদা যাওই। চহীদা ঐঙোন্দগীবুদি খবা হল্লি। মবক্তা লাইবিক তম্বা চহী অনীবোম তোক্লুবে, মেট্রিক পাশ তৌবগী অদুব্রাইদা টিবি নাবক্লুনা। ঐখোযগী অদুব্রাইদা লৈবা আলিপুব মিশন হোসপিতালদা চহী অনীবোম লাযেংদুনা লৈরুই। ফবক্লগা অমুক লাইবিক তমথবকপনি। এম এ তম্বদনি মাগা থেংনবসি। ব্রা যাম্না ঙাঙই, ঙাঙব-শকপসু যাম্না হৈ। মানা হায - 'ইবো, কবিমতা কিরুনু, কোর্স লোইবগা হযেং পবীক্ষাগী প্রিপেযাবেসন তৌবকপগী অদুব্রাইদা জ্ঞান তাজবক্কনি হাযনা হৌখিবা ছাত্রশিংনা হায।'

মবক অসিদা যূমগী পাউ তাবদা নুংঙাইফম খঙদে। বালা মখা অমুক তমথবা তৌদনা আলিপুব মিশনদা থবক চঙলে হাযনা হাযবকই, মিস্ ফাঙ্ককী ওফিসতা মরু ওইনা বাইবল বিভাইজ তৌবদা মতেঙ পাংবা ওইনা। তোলোবপুদি যান্নম্মোই খঙই, অদুবু যূমদা খবদং ওইবসু মতেঙদি ওইবমগনি। ঐসু যূমগী ফিভম খঙবনিনা যাবিবমখৈ যূমদগী শেনসে যামদনা কৌই। ইমান্নবশিংদি থাদা লুপা চামগী মথক্তা কৌনৈ, ঐদি মর্ফুদগী হেন্না থক কৌবা ঙমদে।

ঐদৌনা শেনথুম খবা লীক্লা শীজন্নবা মরূপ-মপাং খবা যাওদবদি নত্তে। মখোযদুগী মনুংদা বোবিচন্দ্রগা কৈশাম সুবমঙ্গলগদি, ঐ ফজনা খঙই। সুবমঙ্গলসু

স্কুল ওজা ওইনা ওইনা ডেপুটেসনদা এম এ তন্বা লাকপনি। মখোয অনীনা শেংনা হায - 'ঐখোযদি যূমদা অহন-লমন অঙাংশিং লৈহৌবি, অদুনা খবচ পংতৌ তৌবা যাদে।'

সুবমঙ্গলসু বোবিচন্দ্রদৌনা তপচৈ। অহন মশেন্নিনা মখোয অনী থানদে। মখোয অনীনা গৌহাটি চৎপা তাববদি চূনীগা ঐগা কৌবক্কনি - 'নখোয অনীনা মবোল-মবীদো খঙবনিনা পোৎচৈ লৈবদা খবা নুংঙাই। লোন হৈতবা হাযসি নুংঙাইখিদ্রে।'

লোন খঙবগী কান্নবসি মতাং মতাংদা মখোয খঙখ্রে। ওফিসকী ক্লার্কশিংদা থবক অমগী নৎত্রগা অমগী হাযকুবদা ঙসিদি ঙম্লবোই হেক্তা হাযবকই। আসামি মবোলদা হাযকুবদি থীন্দনা অদুম তৌবিবকই। মসি ওইবমাল্লে লোনগী শুম্লৎযাই হাযবদো।

নোংমা কেশ-কাউন্টবদা ফম্না বোবগোহাই কৌবা ক্লার্ক অমগা বাজেনগা যাম্না কন্না খৎনখ্রে হাযনা ঐঙোন্দা মরূপ অমনা তম্লে। বাজেন ইম্ফালদগীনি, এনথ্রোপোলোজিগী মহৈবোইনি, জ্ঞান তাবা মীনি, অদুবু মবৈদি খবা তৌগল্লি। খৎনবদো খবদি হেঞ্জিল্লখ্রমাল্লে। বোবগোহাইনা বেজিস্ট্রাবদা তাক্কনি হাযনা চে ইহৌবে হাযবৈ। মদু ফাওবা যৌবগদি মীগী ওফিসতা চঙদুনা খৎনকুবগীদমক বাজেন হোস্টেলদগী তাম্থোকপা যাই, ৱাদো চাউথোকবক্কুনা। বাজেনদো মথৱায নুংঙাইত্রে। বোবগোহাইদো অপাব আসামদগীনি, আহোম মচানি, মৈতৈ যাম্না মাল্লি। মৈতৈমচা নৌনা লাকপশিংনা মাসে মৈতৈমচা ওইবমাল্লে খন্দুনা মঙোন্দা মৈতৈবোল ঙাঙশিল্লপগী ৱাবী মানা হবাও-হবাওনা ঐঙোন্দা হেকহেক লী। ঐগদি খবা লুনা তৌনৈ। ঐনা মখোয অনী খৎনবগী বাফমদো তাইশিন্ননবা হাযকুবদা মহাক অহানবদা কন্না যাবমদে। অদুবু আসামি মবোলদা খবা লৈশি-লৈথোন্দুনা হাযবদগীদি মাগী হাইগৎলুবা নুংশিং অদো তপ্না তপ্না হাইথবকখি। মখোয অনী মখুৎ শোক্লহল্লগা ৱাথোক অদু লোইশিনখি।

কালেন ছুটি হল্লকপদা বাধাকিশোবদো মথৱায ৱানা লৈবম্মী। ছুটি মনুংদা যূম থোক্লবোই, লাইবিক পাগনি হাযনা লৈহৌবনি। অদুগদি মানা হাযবা তাদে হাযদুনা চৌকিদাবদা খূত্তুম্না থোমজিল্লুববা জাৎনিদনা। লাইবিক পাবদি লাইবদুনা মকোক শাদুনা লৈবল্লে, ৱার্ডেন্না হোস্টেলদগী তাম্থোক্কনি হাযদুনা ৱা লোইবল্লে। ঐনা থিগৎলুবদদি লোন ফাওনবা ৱাৎপদগী ওইবল্লে। চৌকিদাবদো হিন্দস্থানীনি, হিন্দি অমদি আসামি নত্তনা লোন অতৈ খঙদে। বাধাকিশোবনা ইংলিশ মতৎ-মতৎ, যাম্না শাউগল্লি মবৈ খবা খবা তৎপগী হৌনবা। মদুদনি মানা চৌকিদাবদা শুজিল্লুবিবদো। চৌকিদাবদো ঐনা থেম্বা যাবা থেল্লে। যাবক্রদুনা চাকথোংবা

ঠাকুবদো ফাবে। ঠাকুবনা ঐবুদি যাম্না লুনা তৌই। মহাক্কী মতেঙনা ৱাফম অদো লোইশিন্নখি।

হাযনা হাযনা পবীক্ষাগী পূংজাউ থীল্লক্লে। শ্বাই শ্বাই লাউবা হেঙ্গৎলকই কবিনো ঐনা তৌগদৌবিসে। তৌবিবা প্রিপেযাবেসন মতাসিগা, ইশাদা থাজবা ইৱাৎতা ৱাৎলি।

লাইবক ফবা হাযগদ্রা পবীক্ষাদো থা অনীহুম যৈথোবক্লে। আসামগী বাজনীতিদা অকনবা ঈথক-ইপোম হৌবকপদগীনি। স্টেটকী ওফিসিযেল লোনগী মতাংদা মব্দ ওইনা কাঙলুপ অনী ফুগাইনবদগীনি। আসামিনা মশীং যাম্বনি, অদুনা মখোযনা হায আসামিনা ওফিসিযেল লোন ওইগদবনি, আসাম সবকাবগী ফিবেপসু মসিনি। বাংগ্যালিশিংসু মশীং পংযাম যামদবদি নত্তে, মব্দ ওইনা ববাক তম্পাক্তি বাংলা লোনবা ডিস্ট্রিক্টনি হাযবা যাই। অদুনা বাংলাসু ওফিসিযেল লোন ওইহনগদবনি হাযবসি মখোযগী অকনবা দাবীনি। কাঙলুপ অনীসি মুকখাযনবগী অকনবা ঈবাংনি।

ঈবাংগী মবক অদুদা ঐনা তেন অমা কাপশিনখি। আসামগী খ্বাইদগী মমিং চৎপা আসাম ট্রিবিউনদা ঐনা ইখি - আসামদা মব্দ ওইনা ববাক তম্পাক্তা মণিপুবি মযাম অমা লৈ, মখোযগী লোনসু ওফিসিযেল লোন অমা ওইনা শকখঙগদবনি। ঐনা ইখিবা ৱাফমদো পাহৌবশিংনা হায - চুম্মি নঙনা হাযবিদো, মতাং চাবিঙৈদা তকশিনগদবনি।

অদুবু কদায, এসেমব্লিদা মৈতৈ অমত্তা যাওদে, দাবী অসি তার্কশিন্নবা অকনবা ওর্গেনাইজেন অমত্তসু লৈতে। অদুনা ঐগী ৱাফম অদু ঈশিংদা লৈতুম হুনবগা চপ মান্নখি।

পবীক্ষা যৈথোকপগী চবাং-মবাঙনবিঙৈদুদা নোংমা পবিতোষনা ঐগী চিঠি অমা লেটববোক্সতা লৈবম্মী হাযদুনা পুবকই, ঐঙোন্দা হংই - 'জেনী হাযবিসে কনানো ? খুৎইসে ওন্থোক্লা ফজখ্রেদা।'

এনভেলপ মথক্তা ইবিবা মমিং অদু পাবগনি মানা হংলক্লিবদো। হাযদবা যাদবনিনা ঐনা মঙোন্দা ৱাবীদো তৌই। মানা ফাগি তৌবকই - 'নহানমখৈ ঐদি নঙসে ইচম চম্বোই খল্লকই, অদুগা নঙদি ঈশিং মনুংদা লূপ্পা লূপ্পা ঈশিং থক্লম্লিবোই।'

চিঠিদো হাংদোক্লুনা পাই। নুংঙাইতবা পাউনি - গুর্বাগা মাগা খাইনবগী পাউনি।

গ্রেনীগা ঐগা মবম মবক্তা চিঠি ইনখি। থা খবা মমাঙদা ইবকখিবনি - 'ইপানা থন্নন্বা শেনফমদো কাযথোকপা যাবে, শেন খবা কাযথোক্লগা গাডি অমা লৈকবে। নঙ গাডি থৌবা হৈবব্রা ?'

মপানা মচানুপীগীদমক ফিক্সদ ডেপোজিট ওইনা ফনা যাম্বা শেনফম অমা থম্লম্মী হাযনা জেনীনা ৱাবী তৌখি।

মশাগী চহী কুনমবি শুবগা শেনফম অদু কাযথোকপা যাগনি হাযবনি। শেনফম অদুনা যুম মচা অমগা গাড়ি অমগা লৈগনি হাযনা মহাক্না হাযখি। ঐনা ফাগি তৌখি - 'নঙগী গাড়িদুগী দ্রাইভবদি ঐনা ওইবা তাই।'

মদুগী ফাগিদুনি চিঠিগী অবোইবদা নোৎশিল্লকখিবদু। অদুগা ঙসিগী চিঠিদনা গুর্বাগা খাইনবে হাযবা।

পবীক্ষা হৌবে। অহানবা নুমিৎকী পবীক্ষাদো কযা নুংঙাইখিদে। ঐ ইতোমতগীতা নত্তে, পবীক্ষা থাবিবা অযাম্বগী ওইননি। পেপাব অতৈদা মেনখৎপা ঙমগনি হাযবগী থাজবদি লৈ। অদুবু মবিশুবা পেপাবদদি ঐ লোইবে, ঐ ফিবাক তাবে। দ্রোপ তৌবগে খল্লে। সেকেণ্ড ক্লাশ ফংদ্রদি কৈদৌনকনি ' পবিতোষনা থেমই - 'হৌজিক হেক্তা ৱাবেপ লৌখিনুসি পেপাব অমতংগা যেংখিসি।'

ঐ কনামতগী ৱা তাদ্রে। মবক্তা নীনি-হুম্নি গেপ লৈবদো লাইবিক হাংদোক্লে। পাউ তাবদা ববীন্দ্র লাকই, ঐগী মৰূপ ববীন্দ্র বায, ঐবু কন্না থেম্লে - 'ঐগীসু পবীক্ষা ফৎখিদে, অদুবু ঐদি পবীক্ষা দ্রোপ তৌবোই। থার্ড ক্লাশ ফংলবসু হাইযাব সেকেণ্ডবিগী লেকচাবব ওইবা ফাওবদি যাইদনা। নঙসু ঐসু লাইবমচানি, পবীক্ষা দ্রোপ তৌবগা অহন-লমনশিংনা খনগদবদো যেংঙু, নুংঙাইবোইদবদো খন্দুনা যেংঙু।'

ববীন্দ্রনা কান্নম্বা লাইৱাদো ঐঙোন্দা পাল্লে। পবীক্ষা দ্রোপ তৌবগী ৱাখল পৃংথা-থাদোক্লে। হাযগুম্মদুনা মঙাশুবা পেপাব অদু ঐনা নীংঙম্বদগী হেন্না ফখ্রে। ঐঙোন্দা ইশাবু থাজবগী ৱাখল অমা পোকহল্লে।

পবীক্ষা লোইশিল্লকপগী অদুৱাইদা পবিতোষনা হাযবকই - 'পবীক্ষা লোইবগা নঙ শিলোং চৎকনি হাযবদো ঐসু যাওনীংই। ঐসু নোংনীনি শিলোং কোযকৃবদি যাইদনা! কিগনু ঐ নঙোন্দা কবিমতা যেৎলোই।'

অবোইবা নুমিৎকী পবীক্ষা লোইবগা হল্লকপা লেটববোক্সতা ঐগী চিঠি অমা লৈবম্মী হাযদুনা পবিতোষনা পুবকই। চিঠিদো থুংলবদি হুম্নি মবিনি শুববা জাৎনি। পিওন্না শোযদুনা অতোপ্পা হোস্টেলগী লেটববোক্সতা থম্লম্বা ওইবমাল্লে। অদুননি ঐঙোন্দা যৌবকপদা থেংখ্রিবদো। গ্রেনীনা থাবকপনি, ইবকখি - 'ঐ কানাডাদা চৎলে ইবুংগী মনাক্তা। আদা অদুম লৈকৃবগে খল্লে। চৎলমদাইদা নঙগা উন্নবমদ্রে, ৱাবৌগনুকো।'

(১১)

লাইবিক তম্বগী মতাং লোইশিল্লক্লে, থবক থিবগী তাংকক লাক্লে। পবীক্ষাগী মমাঙদনি, আসাম গেজেটতা এসিস্টেন্ট প্রোজেক্ট ওফিসাব (এ পি ও) খবা লৌনবগী এডভর্টাইজমেন্ট অমা থেংনকই। চূনী ইবানি খন্নে এপ্লিকেসন থাজিনসি। ৱা তান্নুকসি হাযদুনা ঐখোয অনী তা-লোকেশ্বৰগী মনাক্তা চৎলি। তা-লোকেশ্বব লক্ষীপুব মনাক্কী খুন কোঞ্জেং লৈকাইদগীনি। ভাইস-চান্সেলাবগী পি এ ওইবি, ইউনিভর্সিটিদা থবক তৌবিবসি মৈতৈমচা মতোমতনি। হোয, মৈতৈমচা অমগসু লৈ, গ্রেড ফোব ওইনা থবক তৌবি, খাসি নুপী লৌবি, মমিং অহঞ্জাউ কৌই, অঙাং ওইবিডৈদগী মযূম থাদোক্তুনা লাকখিবা ওইবমাল্লে, মণিপুবগীনিসু হায কাছাড়গীনিসু হায। মৈতৈমচা অযাম্বনা কবিগুম্বা ৱা তান্নগদবা তাববদি তা-লোকেশ্বব মনাক্তা চৎনৈ। মানসু তবাম-তবাম্না তৌবিবকই।

মঙোন্দা ৱাদো হৌদোক্লুই - 'এ পি ও খবা লৌদোবি হাযনা গেজেটতা ফোঙলকপা থেংনৈ, কমদৌসিগে তাদনা অখঙবা খবা তাকপিযু।'

তা-লোকেশ্বব কবিমতা থৌশাদবগুম তৌই - 'ঙাইখো ঙাইখো, চা থকখিসি।' চা থকমিন্নবা লোইবগা ঈংনা-তপ্পা মাগী হৌনবী নোকফেৎ নোকফেৎকা লোযননা মখা তাথবকই - 'অদুক পিকখ্রবা ফম অদু নখোযনা মিহৌবিবা কবিগীনো ? নখোযদি মসিদগী হেন্না চাউবা ফম তান্নগদবনি।'

পূক্লিং থৌগৎপিবক্কদ্রা, ঐখোযনা খঙদবা কযা তাকপিবক্কদ্রা হাযনা মনাক্তা হবাও-হবাওনা চৎলুবগা ওম্থোকপা হাযদুনি। হাযসিবা খল্লুই - ঐখোযনা চহী খবা মমাঙদা কোলেজ তম্লিডৈদা লক্ষীপুব ব্লোক্তা প্রোজেক্ট ওফিসাব ওইনা গোগোই হাযবা অমা লৈবম্বদো য়াম্না চাউবি হাযনা মযাম্না হাযনৈ, আমেবিকানা পীবকপনি হাযব্রা কবিনো লেফ্ট-হেন্দ দ্রাইভকী জিপ অহনবা অমা তোংদুনা লক্ষীপুব-শিলচব লম্বীদা তোযনা চৎপদো উহৌই। অদুবু মদু মঙোন্দা কাঙথোক্লুদ্রে। ঐখোযবু মানা অসুক নুংশিনা যাম্না চাউহন্নীংদুনা হাযবগা মদুদা ঐখোয কবিমুক হাযকনি।

অদুবু থবক তৌনীংবগী ঈখৌবাংবদুমদি অসুম অসুম হেঙ্গৎলকখি। ইন্টর্মিদিযেৎ তল্লিঙৈদা কেমিস্ট্রিগী ওজানা হাযখিবদো হেক্তা নীংশিংলকই - থবক ফংবদা ৱাববা মতমসিদদি চীলহাউ থিগনু অফংবা অমা হেক্তা তৌশিলহৌ। চুমখ্রবা ৱানি। অবাম-খৌবাংলিবা মীনবু চীলহাও থিবা যাব্রা, অফংবা খবদু হাউব-হাউতবা চাবা তাবনি।

পূক্লিংদা চপ যুংনা খল্লকই পবীক্ষা লোইবগা থবক অমদি তৌদবা যাদ্রবনি। যূমগী খল্লুবদা নুংঙাইতে, ফোংঙমদনা নুংনাংহল্লি। ফিভম্লা যাবক্তদুনা লৌ খবা ইজবা থমদোকখ্রে হাযনা তায। বালাসু লাইবিক তম্বা লেপ্লি। মাবুসু কবম্লা লাইবিক লাইবিক তম্ফল্লোই।

মতাংদুদা লক্ষীপুব আর্ল হাইস্কুলগী গ্রেজুযেট ওজা অম-নী লৌনবগী এদভর্টাইজমেন্ট অমা আসাম ট্রিবিউনদা থোক্লকই। থোইনা খন্থবা তৌদনা এপ্লিকেসন অমা ইদুনা পোস্টতা থাখ্রে।

তাঞ্জা চাকবা হাযগদ্রা পবীক্ষা লোইবগা যূম যৌবগী তুংথ-মাঙথা এপোইন্টমেন্ট লেটব অমা থুংলবে। ইন্টর্ভিউ-কা তৌদনা অদুম খল্লমাল্লে একাদেমিক বেকোর্ড যেংলগা। যাম্লা থুনা মথৌ তাবনসু ওইবম্বা যাই। তৌবগীদি স্কুল মেনেজিং কমিটিদা যাওবিবা মেম্বব খবনদি ঐবু ফজনা খঙবনি। অদুগী মথক্তা কালাচান্দবাবুগী মচনগী মচানুপানি হাযবগী লেবেল অমসু ঐঙোন্দা নপ্লি, মদুসু খন্নবদা যাওবম্বা যাই। মামচৌবুদি মতমদুদা আর্ল স্কুলদা লৈত্রে। চহী খবা মমাঙদা মেনেজিং কমিটিগা যান্নদুনা হেডমাস্টব ওইবা তোকথোক্লগা জিবিবাম হাইযাব সেকেণ্ডবি স্কুলদা চৎখ্রে। মতম অদু মণিপুবদা স্কুল যাম্লা লিংখৎনবকপা মতাংনি, ওজা ওইবিনবা মতীক চাবা মীনা ৱাৎপা। অদুনা মামচৌবু খঙবা মণিপুব এডুকেসন ডিপার্টমেন্টকী অঙম-অথৌশিংনা মহাকপু থিবক্তুনা জিবিবামদা পুখিবনি।

আর্ল হাইস্কুলদা জোইনবুদি তৌবে। অদুবু লৈফমগী ৱা অমুক লাক্লে। যূমদগী নোংফাদোক একাগাডিনা চখোক-চৎশিন তৌববুদি যাই হাযববু নুমিৎ খুদিংগী ওইনদি যাবা নত্তে, ঐগী হকচাং মতাসিদা মদু খাঙবা ঙম্বগী ৱা লৈতে। হোয, বস্তা স্কুল কাববুদি যাই, অদুবু যূমদা হনবগীদি খুদোং চাদে, মতম নংনদে, পূং অনীমখাযদনি লক্ষীপুবদগী অবোইবা গাডি থাবিবসে, স্কুল লোইবনা পূং অহুম-মখায মবিদা। অদুনা লক্ষীপুবদা লৈবা তাবা।

লক্ষীপুব খুমনদা ইন্দোমচা অমা লৈ, ইন্দোচা কুসুম। ইমা অতোম্বীগী মনাওনুপীশিংনি। ইন্দোচাদো মচা পোক্তে, মতৈ-মনাওতা লৈ, ঐবু যাম্লা লুনা তৌই। মহাক্লা নুংশিনা হাযবদগী লৈফমগী অৱাবদো কোক্লে। ইন্দোচাগা খুডা

ইবাবন্তগদো মতৈ-মনাও যাম্না নুংশিননা মখোযগী যূম মচাদুদা তরু-তনান্না পাঞ্জে, লাইবজববসু অরাবগী মমি থোইনা তাদে। মখোয অনীগী যূম্বান-কৈবানদু উবগা অদুঙৈ শুমাঙলীলাদা তাখিবা ঈশৈদো নীংশিংহল্লি - 'মুক্তা-মমা, চিবিচিবি চিবি হাউনা চাসি মুক্তা-মমা।' মতৈমনাওদো চাউবোক ওইনা মচানুপা পাখং অমা ফংজবদুদা হবাওজবে, পাখংমচাদুসু নুংঙাইজবে।

স্কুলদা চঙবগা কুইহৌদে অঙাং মযাম প্রাইভেট তমজগে হাযদুনা পাইশিন্নবকখি অথুম-অহাও মনম তাবদা হযিংনা পাইশিল্লকপা অদুমঙাই, ঐবু লাকপা ঙাইদুনা লৈবম্বা মাল্লি। মমা-মপা ওইবশিংসু যাম্না ইকায-হঙ্গোইনা হাযববা যাওবৈ। ঙম্মোই-ককা হাযবা যাবা নত্তে। ঙম্মোই হাযরুবদা চাউথোকই হাযদুনা থীনা ঙাঙনগদৌবিবনি। অঙাং ওইবিঙৈদা ইপন্থৌনা হাযবদো মবক মবক্তা নীংশিংলকই - 'মহৈ হাযবসিদি অথোইবা লম্নি, হূবানবনসু হূবা ঙমদে, মৈনসু চাকপা ঙমদে, মীঙোন্দা পীথোক্লিমখৈ চাওখৎপা হেল্লি।' অদুবু পীথোকপা ঙম্বগী পাঙ্গল অদুগী ঙমখৈ অমদি লৈ, মদুনি ঐগী অরাবা।

টিউশনদো তৌদবা যাদ্রবনিনা কাঙবু অনী থোক্লা খাযদোক্লে - অযুক অঙনবদা পূং নিপান ফাওবা অমা, অদুগী মথংদা স্কুল চৎলমদাই ফাওবা অমা। নুংথিল-নুমিদাংরাইবমদি শংহল্লে, স্কুলদগী হল্লক্লগা পোত্থাবা হাযবমা লৈবি, ইমান্নবশিং কোযমিন্নবা হাযবমসু। অদুবু কোযবগী মতমদি ইফং ফংদ্রে। নহামরূপকী অহন-লমনশিংনা পাউ থাবকই, হেক্তা থিবকই। মখোযগা তোযনা উন্নদবা যাদবগী মবম্লুদি লৈতবা নত্তে।

মতম অদো কাছাড়দা মণিপুব লোন্না লাইবিক তম্বা হৌবকপগী যাম্না লুববা তাংফম অমনি। চহী মবি-মঙাবোম মমাঙদা ১৯৫৬ তগী মৈতৈবোলনা লাইবিক তম্বা হৌবকখিবা অঙাংশিং পাঠশালা লোইবা যাওনবক্লে। মখা তমথবসিদি কবি লোন্না তমগনি ? ১৯৫৫ দা থোকপা সবকাবগী যাথংদা মণিপুবি লোন্না তম্বা যাবিবসি লোৱাব প্রাইমাবি থাক ফাওবতগীনি। মথক্কী ক্লাশতা মণিপুবি তম্বা তাববদি সবকাবগী যাথং অমমুক চঙলি। মতম লৈবিঙৈদগী সবকাবদা ফনা কন্না হাযজবনি, অদুবু মখোযদি কবিমতা মোং হাদবগুম তৌবি। হৌজিক বাংলা লোন্দা মখা তমথৌ হাযববদি অঙাং হাৎপগা চপ মান্নগদৌবি। মণিপুবি লোন্না লাইবিক তম্বা ফংহনবিযু হাযনা কন্না চেন-চোংদুনা নোম্লকপা নহামরূপকী কাঙবু মকোক ঙাওই।

অসোমদনা নহামরূপ লিংখৎলম্বা যাম্না থৱায যাওবা চেন-চোংদুনা হোৎনবম্বশিং অযাম্বা থবক অমা নৎত্রগা অমা ফংদুনা মখোয মখোযগী থবক মফমদা চৎনখ্রে নৎত্রগা মখোয মখোযগী থবকশিং অদুদা চিন্নখ্রে। ওইনাম নবেন্দ্র,

কুবিংশাবম ব্রজমোহন, লাইশ্রম জযকুমাব, হাওবম গৌবহবি, লাইশ্রম বাজকিশোব - মখোয অসিনি নহামরূপকী অকনবা যূম্বীশিং। লোইনমক চৎনখিদুনা নৎত্রগা চিন্নখিদুনা নবেন্দ্র মতোমতা ঙাযহৌবে। অদুবু নহামরূপ থাম্না শোন্থখিবদি ওইখিদে। মরূপ অসিগী এডভাইজবশিং, পি এন জি কোম্পানী (পুন্সি, নন্দকুমাব, গৌবো) হাযনা খঙনবা, অসিনা মসিবু কন্না ঙাক্তুনা থন্নি।

মতাং অসিদনি ঐনা যাওরুবিবসি। নহামরূপকী ওফিস হাযবমা লৈতে, অদুবু পূনফমদি খুডা পুন্সিগীদনি। নুমিদাংব্রাইবম খুদিংগী মাগীদা মযাম পূল্লি হাযবা যাই। মাগীদা পূনবগী খুদোং চাবা অমা লৈ। মাগী মযূম অসি লক্ষীপুব বাজাব মনুংদনি। মশামক লৈবাক্কী চাওখৎ থৌবম কযাদা থব্রায যাওজবা মীশক্নি। নহামরূপনা অসুক কুইবা চেন-চোংদুনা হোৎনবক্লিবসিগী অচঙবা শেনথুম অযাম্বা মহাক্না পুথোকপনি। মশাবুদি লাইবনা হৌবকখি, অদুনা লাইবিকসু যাম্না তম্বা ঙমহৌদে। মবুদ্ধি-মবৌশিংদি যাম্না লৈ, নোম্বা কল্লি, মখুৎ-মশাসু যাম্না হৈ-শিংই। তোলেনখুনদগী কাখৎলক্লগা লক্ষীপুব বাজাবদা কা মচা অমা ব্রাযবগা সাইকেল শেম্বা, ঘডি শেম্বা, টোর্চ লাইট শেম্বা, ফি ছাপা নম্বা অসিনচিংবা তৌদুনা পুন্সিগী লানফম থেংনবা হৌবকখিবনি। হৌজিকতি মায পাক্লবা মীশক অমা হাযবদো ওইবে, মাযকৈ অসোমগী মৈতৈমচাশিংগী মবক্তা শেনথুম পাযবা অমা ওইনা মযাম্না খঙনবে - শেন তান্নবগী বস অহুম লৈবে, টেক্সিসু অহুম-মবি লৈবে, মাইক অনীহুম লোইবে, বেটাবি চার্জ তৌনবা জেনাবেটবসু লৈবে।

জেনাবেটব লৈবদুগী নুংঙাইবমা লৈবে, নুমিদাং মৈ ঙাল্লে, ঐখোযনা ফমদুনা ব্রাবী-ব্রাতাই শাবদসু নুংঙাইবে। মতমদু খুঙ্গংদা ইলেট্রিকী মৈ লাকত্রি, খুঙ্গংতা নত্তনা লক্ষীপুবগুম্বা টাউন মচাদসু। বেডিওসু পংলৈ লৈনদ্রি। মৈতৈমচাশিংগী মবক্তা খুডা পুন্সিখোযগী অদুতনি হাযবা যাই অদুব্রাইদো। গৌহাটিদা মণিপুবি প্রোগ্রাম হৌদোকপা কুইদ্রি। নুমিদাংদা পূংখাযমুক শন্দোকপা মণিপুবি প্রোগ্রাম অদু তাগদগী ঐখোয ঙাইদুনা লৈগদৌবিবনি। মখোযগী ইমুং-মনুংসু ঐখোয মযাম পূনবসে হবাওজৈ। হাযনরুবা তৌদনা চা পুথোবকই। *ঐগীদি কবিগুম্বদা চাকসু। তোলেনখুন নিঙোল মচা ওইববতা নত্তনা ইমাবোমদগী* হাইফেৎ মবী মতা থোকপদুনা ঐবু মখোযনা লুনা তৌবি।

অসুম হাযনা নহামরূপকী বেকোর্ডতা য়াওদবা ওফিস অসি খুডা পুন্সিগীদা ওই। থবক লৈব-লৈতবা নুমিদাং খুদিংগী পূনবসি হাযনদনা শোযবা যাদবা অমগুম ওইখি। চে-চাং ইবা লেপ্তে। নহানমখৈদি খুডা নন্দকুমাবনা খোর্জৈ পাযবম্মী হায, ঐ লাকপদগীদি ঐঙোন্দা শিন্নবে। তৌবগীদি, ঐনা কলম



*কৈশাম পুঙ্গি*

পাযজবগী ৱাতনি, ইবদি খুডা নন্দকুমাবনে ওইনাম নবেন্দ্রনে তান্নবগা ইগদৌবিবনি। ইবা লোইবগা ইবিবদো খুডা পুঙ্গিনা অমুক তাগদৌবিবনি, কবিগুম্বদা হাযবক্কদৌবিবনি - অদুৱাইদো ৱাহৈ-ৱাতা খজিক্কং ফজবা ৱাৎলে, অদুৱাই মতাংদুমা শেংফাৎত্রে। লাইবিক-লাইশু পহৈ-হৈহৌদ্রবসু মুন্না তাবগা মাগী ৱাখলদা ফাওবা অমদি লৈজে।



*লাইশ্রম জযকুমাব*

মতম্মা যাম্না খুযৌনখ্রবনিনা ঐখোয মেমোবেগুম মথং মথং তোযনা থাজিল্লি মবী লৈনবা মীশকশিংদা - মন্ত্রীদা, ডি পি আই দা, তোযনা উন্নকুই শিলচবদা সাউথ-আসাম সার্কলগী স্কুল ইন্সপেক্টবগা শিলচবদা। তোযনা উন্নমল্লদুনা ইন্সপেক্টবনা হাযবকখি - 'কবিনো ঐনা তৌগদবা ? ঐনা ঙম্বা নত্তে, শিলোংদা ইথক থোংবশিংদা যাম্না মযেক শেংনা ইখ্রবনি কযাবক হন্না।'

উপায লৈতদুনা ঐখোয শিলোংদা হন্না হন্না চৎপা তাখি। চৎপা হার্যবিসে মী মবি-মঙানি, অচৌ-অশাংশিংনা যেংবদা মমিৎ থুপ্পবা। চৎপা খুদিংগী ওইনাম নবেন্দ্রগা ঐগদি যাওবা শোযদ্রে। অতৈদুনা অদুক যাওবা হাযদুনি। দেবকান্ত বৰুৱানা এডুকেসন মিনিস্টব ওইবা মতাংনি। মসিগী মমাঙদা মহাক স্পিকাব ওইবম্মী। হন্দক মবক তোযনা উন্নমনবদগী ঐখোযবু হাইফেৎ শকখঙবগুম তৌবক্লে। খোঙচৎ অমদদি মহাক্না ৱা থোইনা ঙাঙনদ্রে, হবাও-হবাও ঐখোযবু কৌশিল্লগা হাযবকই - 'ঐ নখোযগীসে ফনবা তৌবনি, কেবিনেটকী অযাবা লৌবে, অদুবু নখোযদা ৱামতংদি হাযগে। সবকাবনা কোলেজ অনীখক লৌশিনগে খল্লি -শিলচব জি সি কোলেজগা যোবহাট জে বি কোলেজগা। জি সি কোলেজগী মতাংদা নখোয নযূমদা হন্দ্রিঙৈদো অইবা ৱাবোল অমতংদি পীবম্মু।'



*ওইনাম নবেন্দ্র*

*ঐখোযগী থবক অদু শোযদনা তৌবিবগে হাযববনিনা মহাক্না হাযবা চেবোল* অদু থীন্থবা তৌদনা ইবাই গৌবচন্দ্রনা থবক তৌবিবা ডি আই জি ওফিসতা তংচৎ চৎতুনা থৱায যাওনা ইদুনা তাইপ তৌবগা মঙোন্দা পীশিল্লম্মে।

নুমিৎ অদো ঐখোযনা দেবকান্ত বৰুৱাবু খংনুং নুংশিবকপসিদি কবিমুক হাযকনি। ঙৌবোক ঙৌবা কোযদানবা মাযথোঙ অদো নহানমখৈ উবদগী হেন্না ফজবগুম তৌবকখি।

হবাওমনখিদুনা হায়বন্মী - 'থেঙ্ক ইউ সাব, কুইনা পুন্সিবিখো, লৈবাক্কী অচৌ-অচৌবা থৌদাং কয়া পাঙথোকপা ঙম্বা ওইবিযু।'

তুংদা দেবকান্ত বরুৱা সেন্টরদা কেবিনেট মিনিস্টর ওইখি। অদুগী মতুংদা মহাক ইণ্ডিয়ান ন্যাশনেল কংগ্রেসকী প্রেসিডেন্ট ওইখি। ঐখোয়না যাইফ-রাহৈ চাইথবম্বা অদুগী মপান্নবুদি ওইবম্লোই, মশাগী মগুণনা ওইবকখিবনি।

(১২)

অনীশুবা মণিপুবনি হাযনা লক্ষীপুবগী থোইদোকপা পোঙজবা অমা লৈজে। মবন্থুদি লৈতবা নত্তে। অফবনি খঙদে ফত্তবনি খঙদে, মণিপুবগী হৱা-নুংশিৎ চীংলোন মাপন লান্দুনা অহানবদা থেংলবিবসি লক্ষীপুবদনি। অদুঙৈ সনালৈবাক্কী নিংথৌ-নিংথৌবেলদগী হৌনা মীচম প্রজা ফাওবনা লাঞ্জেনবদনি খঙদে. লল্লোন-ইতিক তৌবদনি খঙদে, লাইফম চৎপদনি খঙদে নোংচুপ হাবম পাংবা তাববদি অহানবদা খোঙদাবখিবসি লক্ষীপুবদনি।

লক্ষীপুবগী থোইদোকপা মিংচৎ অমগসু লৈজ, হবাও-কুম্মৈ ঈবাং-ফবাং খ্বাইদগী হেনবা লমদম্লি হাযদুনা। মদুগীদমক্তসু লক্ষীপুবনা চাউথোকচৈ। খঙদে মসিমক্লা ওইবিদ্রা লাইবিক লাইশু যাম্না হৈবা মীশক মফম অসিদগী থোক্লক্কে। শম্না হাযববদা, ঐনা ওজা ওইদুনা মতম খবা লৈবা অদু ফাওবদি লক্ষীপুবদা পোকপা মৈতৈমচা বি এ অমা ফাওবা লৈতে। মসিগীদমক মফম অসিগী অহন-লমন্না তেংথাদববুদি নত্তে।

লক্ষীপুবনা মৈতৈ খুন অতৈদগী হেল্লি হাযনা খঞ্জবা অমগসু লৈজৈ. মখোযনা ফিজেৎ-চাকশেৎতা অতৈদগী অপটু-ডেট ওইবা হেল্লি, অতৈসিদি লৌৱাইনি হাযবগী। অদুবু ঐঙোন্দা অঙকপা ওইনা থোকখিবদি. মখোযনা যাম্না আপটু-ডেট ওইবে হাযবিসে কদাযদনো - মখোযগী লৈশাবী মচাশিংগী মবক্তা খাউওন ওনবা খবদি মতাং অদু ফাওবা ঐ থেংনখি। হাযবিবা মতম অসিদদি কাছাড়গী খুঙ্গং অযান্বদা লৈশাবী মচাশিং খাউওন ওন্নদ্রে, ফুবিৎনা মহুৎ শিন্নখ্রে। পনবা যাবদি, মতম অমদা মণিপুবগী ৱাংমদা লৈশাবী মচাশিং খাউওন ওন্নবম্মী, মণিপুবদা তৌনবগুম শাইসু কক্লবম্মী। কবুই লৈশাবীমচাশিংদি খাউওন ওল্লমদে, শাইদি কক্লবম্মী। মৈতৈগী মতৌ তমদুনা ওইবিগদ্রা, কাছাড়ি অমদি ধিযান লৈশাবীমচাশিংসু খাউওন ওন্নবম্মী, শাই কক্লবম্মী।

** কাছাড়িগা ধিযানগা তোঙান-তোঙানবা কাঙলুপ অনীনি। কাছাড়িশিংবু ডিমাসা হাযবগসু খঙনৈ। মখোযনা মপুং ফানা লৈবিবসি অৱাং-কাছাড়দনি, হৌজিক্লা ডিমা-হাসাও হাযনা খঙনববা। কাছাড় তম্পাক্তসু হাইফেৎ যাম্না লৈ। ধিযান*

*হাযবিবসি বাজবংশী হাযনসু খঙনৈ। মখোয অসি আসামগা অৱাং-বাংলাগা তাইনবদা মপূং ফানা লৈ। কাছাড তম্পাক্তা মখোযগী মীশিং যামদ্রে। মখোযগী মবোল অসি আসামিগা যাম্না নক্নববসু লাইনীং-লাইশোন, হবাও-কুশ্মৈ, ফিজেৎ চাকশেংতা মৈতৈশিংগা যাম্না মান্নে। ঐখোযগী খুন অদুৱাইদা লৈবা নাবানপুব আলিপুবদা লৈবা খিযানশিংদি চহীগী কাং চিংই, জযদেব চোংই, খেচ্রি তৌই, ঝুলোন তৌই, খূবাক-ঈশৈ শকই, জগোই বাস কৎলি। জগোই-ঈশৈগী ওজাদি মৈতৈনি, ঈবাৎ-পূজাগীনা মৈতৈ বামোন্নি। কাছাডি অমদি খিযান কাঙলুপ অনীমক্কী নুপীশিং ফিদোন চিংখৎতুনা ফনেক শেৎলি, চখোবকপদা মযেক নাইবা শেৎলি।*

হৌখিবা চহীচা, হাযবদি কুনশুবা চহীচাগী মযাই ওইবপ অদুৱাইদগীদি খাউওন ওনবা অমদি শাই ককপসি তপ্না তপ্না তোক্লখ্রে। নুপীগী ফিজেৎ-চাকশেৎকী যাওল অসি চাওখৎতবা খুন্নাইদদি যাম্না তপ্নি, খুন্নাইনা থিংদুনা থম্মি, চাওখৎলবা খুন্নাইদদি ব্রেক থোইনা ফাদে, যাম্না তোযনা হোংঙি, অনৌবা অদুবু আপটু-ডেটনি হাযনা লৌনৈ। তৌবগীদি নুপাগী ফিজেৎ-চাকশেৎতসু খুন্নাইগী ব্রেক লৈত্তে হাযবদি নত্তে, অদুবু অদুক হাক্লা লৈবদি নত্তে।

হোয, লক্ষ্মীপুবদা অহোংবা অমদি ঐঙোন্দা যাম্না ফজনা চোংথোবকখি। অদুঙৈ অঙাং ওইবিঙৈদা আর্ল হাইস্কুলদা লাইবিক তম্লিঙৈদা শগোলশেন নুমিৎ খুদিংগী কালীমাই লাইশঙ মনাক্তা মঙক্তা হূইগং থাংলদুনা তাওবা লাব-অমোম মযাম অমা মানা মানা হৈনজবা শৈশক্তা মানা মানা হৈনজবা খোল্লে-খোন্দাদা কনানা দীর্ঘদা কনানা খোনশিদা অহিঙ নোংযাই ফাওবা ঈশৈ ফাংনবদো মদুমদি তাখিদ্রে, কদাযদনো চিকমাঙনবল্লে। ওইবম্বা যাই তমেংলোং-ওইনামলোং মাযকৈদগী চীংমীশিং কূমথবকপা তোকখিবা। অমনি খঙদে অমনি খঙদে, লক্ষ্মীপুবগী থোইদোকপা মিংচৎ অমা লৈজবম্বনি, মসিগী কৈথেলদা হূই যোল্লি হাযদুনা। মিংচৎ অদু মাঙখ্রে।

খল্লুবদা নুংশিনীংঙাই ওইবা অহোংবা অমগসু লক্ষ্মীপুবদা উবা ফংই। অদুঙৈ মতম মতমগী হৈ-বা পান্থাদা শগোলশেন কৈথেন খুদিংগী কিহোম-চিনাব মযাম্না লন্থী মপান্দা চীংদৌনা পৈদুনা লৈবদো উখিদ্রে। কোমলা মতমগী ফিভমসু অদু মঙাইবে। লন্থী মপান্দা পৈদুনা লৈবা কোমলাশিংদো লৈবিনবা লৈতদুনা পথ-পুমথবকপদগী তুবেলদা লংথবদো থাইনা অদুঙৈগী ৱাবী ওইখ্রে। চাউব-চাউববা ট্রক মযাম থোক্লকপদগী হৈ-বাশিংদো মখোযনা লোইনা পুখ্রে কদাযদনো তাঙনা তাঙনা যোল্লুগদগী। ট্রক মযামসি লাকপদগী লাপ্ল-লাপ্লবা লমদম কযাদা পোৎচৈ পুথোক-পুশিন তৌবম্বা জহাজশিং লাকখিদ্রে, তুবেল মপান্দা লৈবম্বা জহাজ-গুদামসু মাঙখ্রে।

ঈথক-ঈবাং কনবা লক্ষীপুবদা পাখংনিনা ঐসে ঈবাক্লখিবা যাই হাযন' চিংনদুনা ঐবু নুংশিবিবা খবনা পাউতাক পীবি - 'যেংঙুকো, যান্না চেকশিন্ন লৈযু, মযাই কনবা লমদম্নি।' তৌবগীদি ঐ ইশানা ইশাবু থাজজবা অমদি লৈজে। ঐনা হৌকদনবু কনানো ঐঙোন্দা ঈবাংগী তেন কাপশিল্লক্লদৌবিবা। অদুমকপু তম্নদি ঙমদে। বিশ্বামিত্র মুনিবু কমদৌখিবগে, ঐগুম্না মীচমগী ব্রাদি তোক্লসি। মেনকাদা মানা হৌকবা নত্তে। অদুবু মেনকানা কাপশিল্লকখিবা ঈবাংগী তেনঞ্জিনদো ঙাকথোকপা ঙমখিদে নুপাদো ফনমক ব্রহ্মচাবী ওইদুনসু।

এদা ওইনদি লাইবক ফবনি হাযগদ্রা, মতাং অদু লক্ষীপুবদা ঈথক-ঈবাং খবা ফাওর্বদি ঈংথবম্লে। ঈবাং কনবী মেনকাশিংদো মযূম পার্নাখবা যাও, চহী মতাংনগা চোকথবকপা যাও, মৈশা যনা নীংথিনা ঈংথবম্লে। অদুমকপু ঐ অসি মথোৎ কাবক্লিবা পাখং অর্মনি হাযবদুমদি ঐ কাউবা তৌদে।

ইন্দোচাখোযগী যূমদো তুবেল মপান্দনি। অদুনা ঈক-মাযথজবসি তুবেলদনি। মসি লক্ষীপুবগীতা নত্তে, তুবেল চাবা খুদিংমক্লীনি। কাছাড়গী প্রোক-প্রোক চাকপা ওলাংথাদদি মৈশা অদু থেংনবদা নোংমদা অর্নীবক-অহুম্লক্তি তুবেল কৃমই। কৃম্বু কৃম্লবদি হেকহাক কাখৎলক্তে, কাখৎলকপা যাদে। তুবেলগী তোর্বান অনীমক্তা লাইজ-ঈপান লাংলিবী মপৃং-মবৈ ফাববী শকহেনবী ভাইবং-চনুবাশিংগী দৃশ্যনা ব্রাখল-মিৎযেংসে খঙহৌদনা চিংশিনখি। মতম হৌখিবা খঙহৌদে, হেকহাক মিৎযেং অসি লৈথোবকপা যাদে।

কবিগুম্নদা তাঞ্জা চানকদুনা থেংনবা যাওই মখা খংবা হিদেনদা ঈকজবা কৃম্লকপী মৌনহা অদো, ঐখোয মপাগী হিদেন ফাওবা ঈবোযদুনা যৌবকপসু যাওই। মশক-মতৌদো হেক্তা যেংনীংবা পোকই, মাযথোঙ হাযনীংঙাই লৈতনা বাশি লৈ, মমিৎতা ব্রা ঙাঙবগুম তৌই, শওং-শাদা তুংযান কবিমক্তা ব্রাত্তে, হেক উবদা পাখং থম্মোয খোযবাংহনবা ওইনা তৌই। মনীংগী লৈবক্তা লৈবনি, বাংগালি চনুনি, মযূম অমুক পাল্লুবে হায। চফ্ মফম চাদবদগী হল্লক্লুনা লৈববীনি। হৌজিক্লা মৈতৈনুপা অমনা লৌবোই-কবিবোই তৌদুনা লৈবি। নুংঙাইতে খল্লুবদা শকহেনবী মানা লৈবাং শিঙ্গাবৈগুম খাঙুথক্তা কেনবা উবদা। কল্লক-মিহৌ পোকখিদবসু নত্তে। শিঙ্গাবৈ কৌবী লৈবাংনা খাঙুথক্তা চোইজাইননা কেনবা উবগা পাম্মুইদকো হাযনা শোনদবা কনা যাওবগে !

ঈকংথাদা তুবেলগী ঈমাযনা তপথবক্লবা মতমদদি হি কযানি ঈচেলগী মখাবোমদগী মথকলোমদা হোঙ্গৎলক্লিবা, কযানা ঈচেলগা লোযননা মখা পাংনা হোন্থ্রিবা। কদাযদা কযা লাপ্লা চৎলিবনো খঙদে, কবিগী চৎলিবনোসু খঙদে। চৎপগীদি লোইবা নাইদে। কবিগুম্নদা হিশিং অদুদগী লাইজ-ঈচেলগী ইপোমগা

লায়ননা খোন্থাং যৈবে ভাটিয়ালিগী নুংশিববা সুব - মতম কুইনা কাযনববী শানৌ মাবু শৈথাদুনা থম্মোয লকানুংদগী ঈখৌবাংলবা খোঞ্জেলদা। ঈখৌবাংলবা সুবগী খোন্থাংনা তোর্বান্দা যৈববদা তোর্বানসু ইপোম হৌবকই।

হবাও-কুম্মৈগী মতমদা, থোইদোক্লা লুহোং-পান্থাদা, ববাক তোর্বান পমনিল নিল্লি, তুবেলগী লাইজ-ঈমায ঈথক-ইপোম হৌই, মালংবা মাসু চাওবকই, লাক্ল-ফানবা যাবক্তে, হুমদুনা পুবকই মাইক্রোফোনদা থাদোবকপা ঈশৈগী খোন্থাং - *'ও বসন্তী পবন পাগল, না যাবে না যা কখো কোই'* বসন্তী মালংসে ঙাওবে, চৎখিনু চৎখিনু লেপখো ঙাইক্তং কৈদৌগে। অদুবু চৎখিগনু হায়বা যাদে, পলেম-পম্বৌগী যাথং ইল্লদুনা চৎখি বসন্তী কযা মাঞ্জ কযাগী থম্মোয কাযহল্লম্লগা। খোন্থাং যৈবখি থম্মোযদা তাশোন ওইবা সুব কযাস - *'থম্মোয়পোনগী চেক্লাও হল্লকখোনে পোম্বীও চেক্লানা শাথপ তোযববা পান্থনা শাথপ তোযববদি কাযনা মৈশা লাংতৌবা তাবে।'* অদুব হাযন-হৈনা থম্মোয পোনগী চেক্লা কযানি পাইথোকখিবা, থম্মোয কযাননি কাযন-মৈশা লাংতৌখিবা মিৎলু-পিবাং কযানি শিন্থখিবা তুবেল মাগী তোর্বান্দা তুর্নাখিবনি মিংলু-পিবাং কযা তুবেল মাগী ঈচেলদা। যাওশিল্লকই কোকিল কৌবী চেক্লা মাসু। তুবেলগী তোর্বান কাগুপতা হৌবিবা তলা পামেল অচৌবা কযাগী মশা অমদগী মশা অমদা কোযপাই কোযপাই পাইদুনা খোংলকই - কুউ কুউ কউ কউ। চেক্লা মাদি খঙল্লম্মোই কাযন-মৈশা লাংলবা নুজা-পাখং কযাগী থম্মোযদা মৈচাক হাপ্লবিবসে মাগী নুংশিববা ঈখৌলাংবা খোঞ্জেলনা।

হবাও-কুম্মৈ মথং মথং লাকই মতমগী খোঙলৈ মতুং ইন্না। মৈতৈগীদি চহী চূপ্পা কুম্মৈনি। মঙ্গপ-মপাং খবনা পল্লি, কুইবেদা কাং শান্নদবা। ঐসু নুংঙাইতনা শোনবদা যাওই। কাং হাযবসিদি মৈতৈগী নুংঙাইববা মশান্না অমা ওইবতা নত্তে, হৌথ্রবাবীগা শাগোন্নবকপা কুম্মৈনি, নাৎকী শকক অমনি। মযাম্না নুংঙাইতনা শোনবদুদা ঐনা হায - 'কৈদৌবি হাযগে শান্নবগা লোইবে, তুমখুন তানখ্রবা মশান্নদো অমুক যাকাইহল্লগা লোইবে।' মতম অমদা নুপী অঙাংতা নত্তনা অহন-লমনশিং হবাওনা কাং শান্নবম্মী শজিবু চৈবাওবদগী জগান্নাথগী কাং চিংবা ফাওবা। তৌবগীদি মণিপুবদা শান্নবিবা কাংগা মপান্দা শান্নবিবা কাংগা খেন্নৈ, মশান্নসু খেন্নৈ। মপানগী কাংদি পাকই শাংই, থেংগু অচৌবগী মথানা নৎত্রগা ইবোই মচীনা শাই, শামু মযানা শাবসু যাওই। কাংগী শকক অনীনি, অমোমগা লাবগা, অনীদো নাশিখোঙ হুৎলগা ব্রাচেপ থাবগা লংনা চেৎনা পুনশিল্লি। মতম কুইনা শান্নবা তোক্লখ্রবনিনা মাপল্লমগী কাংশিংদো মাঙখ্রে। অদুবু থবায যাওবা মীওই খবনদি হৌজিকসু লাইদৌনা চেকশিন্না

থম্লবি। মন্দপ-মপাংশিংনা কোযথি থিরুবদা কাং খবদি পুথোবকখি। শান্নবা হাযবসি কাঙবু অনী শীংনদ্রদি নুংঙাইতে। অদুনা খুমনগা খুনৌগা শীংনবে। অদুবু নহাবোলশিংগী মবক্তা কাং শান্নবা হৈবা পংযাও যাওনদ্রবনিনা নুপা ঙাক্তনা কাংখুৎ ফাবা ঙম্লদ্রে, অদুনা নুপীশিং হৌদুনা নুপীদা তোংদুনা শান্নবদা তাখে। ইথা-থাজদনা ভাবোক ফনা যাম্না তিল্লখি, মতম অমদা কাংদা থরায যাওজবম্বা অহন-লমন ইমা-ইবেন কযাসু যেংবা লাক্লখি। লেন লৈকাইগী শঙ্গোই অচৌবা অমদনি, কনাগীনো হাযবদুদি কাউখ্রে। ঐনা কাং কাপ্পদো উবদা ইমা-ইবেন খবনা থাগৎপা যাওবকখি - 'ইবুঙোসে ইথা-থাজদনা যাম্না হৈবিপোৎনিনা।' তাবদা ঐ হবাওজৈ, মযাম মমাঙনা খবা হেন্না উৎনীংবা অমসু যাওবকখি।

কাং চিংবগী মতম যৌবকখি। পূর্ব্বিংসে মবাঙ হৌবকখি। অদুঙৈ অঙাং ওইবিবৈঙেদা ঐখোযগী খুন্দা কাং মযাম চিংবদো নীংশিংলকখি, কাং মাপন-তবানি জযদেব চোংবদো শংশংনা উবকখি, লোযননা খূবাক ঈশৈসু। অদুবু অদুঙৈগী কাংগী কুম্মৈ অদুদি ইবেনবোক্কী ৱাবীদা তাখ্রে। যাম্না শাথীনা ওনখ্রে। কাংবুদি খবা খবা চিংনবি। খল্লম্বনি জযদেবসু খবদি চোংনখিগনি। অদুবু মাঙোপ অমত্তদা জযদেব চোংবগী মৱা-মনিল তাখিদ্রে। ওস্লোকপনি কযাদা শাথীনা ওল্লবা। কনাদা তাইনকনি ? জগৎকী ইবুঙো জগন্নাথ মঙোন্দা তাইনগদবা মঙাযবে। মানবু চাকহোং-ঙাহোংহল্লদবু মৈতৈশিংনা কাংগী কুম্মৈ অদুঙৈগী অদুম হাযনা কবিগী চাউনা চাউনা তৌবোইদগে ? খঙদে, মাবু লৈবিগদ্রা লৈবিবোইদ্রা। লৈবম্বসু যাই লৈবমদবসু যাই, অদুবু মতম্না পুবকপা যাওল অসিদি লৈবাক-খুন্নাইনা থিংবা ঙম্বা নৎত্রে, ইবুঙো মানসু থিংবা ঙমদ্রে।

নোংজু-পাম্থা খোঙদোই হুল্লকই। মবুক ইশিং-শিংলম্বী তুবেল নোংম-নোংগী মবুক থঙ্গৎলকই, ঈচেলসু কনবা হেঙ্গৎলকই। নুমিৎ খবনি লিশাং শিংনা নোং হৈথবদগীদি ঈমায চোল্লকই, ঈমায পাথোকপসু যাওবকই। ঈমায থন্না চেল্লিবা ঈচেলদা তাউথবকই কাওশীং মশীং লাকঙমদনা, উজাউ খাবি কযাসু, মন্দ ফুক্তৎপিববা পামেল কযাসু। হি পুথোক্লদুনা কনা কনাগুম্বনা কাওশীং লোকই, তাঞ্জা চাকবগনা হাইফেৎ চাউবা উ ফাওবা, মযূমগী শীং ওইনা শীজিন্নগদৌবিবা নৎত্রগা যোনগদৌবিবা। মখোযনা তৌবিবদো তোর্বানদা লেপ্তুনা যেংনবসু কযানি, ঐখোযসু যেংবদা যাওই নুমিৎ অদো।

কদোমদগী পাইশিল্লকপা চোঙলম চাদবা নুংশিৎনো খঙদে, ইমান্নবা খবগা কুম্মৈদো অসুম যেংলম্বদগী লীলাদুদা ঐখোয ইশা ইশাসু কুম্মীংলক্লে। খঙন-চান্নবা মী অমগী তোর্বান্দা পুন্দুনা লৈবা হিদো ঙাইহাক্তা ৱাযকখিগে হাযদুনা হোন্দোবক্লে। কনখ্রবা ঈচেল অদুদা ঈযাই যৌবা অবাযবা নত্তে, জৃজৃ হেক্তা চেম্থখি, ঈচেলনা চেম্থবক্লিবা কাওশীং নৎত্রগা উজাউশিং অদুগী মবক্তা চঙখ্রবদি চক্রব্যূহদা চঙবগা চপ

মন্নগদৌবিবনি, হেকহাক থোক্লকপা ঙন্নগী ব্রা লৈতে, লাইবক থীবগা ঈবাক্লদুনা চক্রব্যূহ মনুংদুদা অদুম বৃন্দাবন প্রাপ্তি।

অদুনা ঐখোয তুবেল মপান মপান ওইবপ্পা মথকলোমদা থৌগৎলি, ঐদি তুবেল চাবক্তবনিনা হি হোনবসি থোইনা হৈতে, মযামগা অদুম হবাওমিন্নবা ওইনা যাওবনি। থৌগৎলি হিদো যাবমখৈ। তাঞ্জা চাব্দুনা তাউথবক্লিবা উজাউ অমতং থৌবী থুদুনা শন-ইবোই চিংবদৌনা তোর্বানলোমদা চিংশিল্লক্লগা ঐখোযনা লৈবিবা খুমন অদুব্রাইদা পুনশিনবগী ব্রাখলনি। মথং মথং অসুম হোঙ্গৎলকপনা জংলী মপা হুন্দোক্লল্লে, ফুলেবতোল মপা লাল্লে, লোঙ্গোব বাবাগী মপা যৌবে। অসিব্রাই যৌববদি ঐখোয লাইবক যেংবা যাবে। তাঞ্জানা চাব্বিবসু উজাউ অমা লৃপফেৎ-লাকফেৎ তৌদুনা তাউথবকই। মদুদা মিতাকৃবে ঐখোয। হিদো থৌজিন্দুনা উজাউদো থৌবী থুকবে। ঙসাইমখৈ তোর্বান নক্লা হোল্লিঙৈদদি ঈযাযদা ঈচেল অদুক যাম্না কল্লমগনি খল্লুদে। উদো থৌবী থুকবদগীদি উদুনা চিংশিল্লিব্রা ঈচেলনা চিংশিল্লিব্রা নৎত্রগা অনীনা পূন্না চিংশিল্লিব্রা খঙদে, শেন্নাংনা পাইথবগুম ঐখোযসু পাইথবে ঈযাযদুদা। কুইহৌদে খুনৌ যৌশিল্লকই, অদুদগী বাজাব মপা লান্থোবকই। উজাউদুদি কবিমতা নাচুংবিদে, শগোল অঙাওবনা চেনবদুমঙাই, চুপ্পি পার্যাবিবা ঐখোযগী মব্রা-ককা লৌবিখিদ্রে। খুমন মপা যৌশিল্লক্লে, তোর্বান্দা লেপ্পুনা কুম্মৈ যেংলিবশিংনা লাউবকপদো মযেক শেংফাৎত্রবসু ভাব তাই - 'থাদোকখ্রো থাদোকখ্রো, ঙন্নবোই তৌবিদো' হাযবা ওইবমাল্লে।

ঐখোয হনবা লৈতে। নুপামচানবু হেক্তা হনবা যাব্রা '' ঐখোযগী ব্রাখল-থৌনা হন্দে। ইমা-ইপানা পীনবিবা যাইবী থব্রায মচাসে ঈযাযদুদা কবিগুম্বা মতাং চাদ্রবদি খম্লুং শব্রা তানখিবা যাই হাযবসি খল্লুদে। হাযনা হাযনা সাপোবমৈনা মপা যৌবক্লে। অদুব্রাই যৌশিল্লক্লবদুদদি ঐখোয ভাব খংতা তাই- মতাং অসি যৌববদি লীলা লোইশিনবনা ফবে। হাযবা ইন্দবা লাক্ল-ফানবা যাদবা উজাউ অদো থৌবী লৌথোকপিবে, থদোকপিবে - 'চৎলোকো, হাযন-তানবা ইন্দবা মবা ফৃত্তৎপিববা হে পামেল উজাও। নঙনা চৎনীংবা মফমদা চৎচখ্রো, যৌনীংবা মফমদা যৌজখ্রো, ঐখোযসু ইহনফমদা হঞ্জিল্লগে, ইতেফমদা তেশিল্লগে।'

মাযথীববা লান্নীগুম হিদো তপ্পা তপ্পা তোর্বান নপ্পা থৌগৎলক্লে। মাযথীবগী মবম ওইনা কন্নানো অমনা হাযবকই - 'উসে শোযদনা লাই তোংবা ওইবমগনি।' ইকাযখাংদগী মবম অমা পীশিনবনি।

কন্নানো অমনমুক মথা তাথবকই - 'ঙসিসে ঐখোয কৃষ্ণগী শৎহ্লৌবা হাযদুনি।'

খল্লুব্বদা ইতোমতা শ্বাই শ্বাই লাউবকখি হিবো শাকব্রা হাযববু ঙসিসে জিবো তাবমগদবা খজিক্তা ঙাযবন্মী।

আগস্ট থানা থোঙজিন্দা থীরুরে। নহাবোল খবনা হৌবৈ - কুমশিংদি 'টিকেন্দ্রজিৎ দিবস' চাউনা পাঙথোকসি। ওজানা মকোক চিংদুনা হোৎনবিয়ু। বাংগালি মচাশিংদি চহী খুদিংগী 'ববীন্দ্র জযন্তী' চাউনা চাউনা পাঙথোকই. ঐখোযসু টিকেন্দ্রজিৎ দিবস চাউনা পাঙথোকপা তাবনি।

পনবা যাবদি, মতাং অদুৱাইদা টিকেন্দ্রজিৎ নুমিৎ অসি মফম খবদা পাঙথোকপা হৌনবক্লে, তৌবগীদি মমিংগী ওইনতনি হাযবা যাই। এম এ তন্নিবৈঙদা গৌহাটি মণিপুব বস্তিদা টিকেন্দ্রজিৎ নুমিৎকী থৌবম পাঙথোক্লি হাযদুনা পাউ থাবকপদগী ইউনিভর্সিটি হোস্টেলদা লৈবা ঐখোয খবা চৎলুই। থৌবম অদ যাম্না চম্না পাঙথোক্লম্মী। টিকেন্দ্রজিৎকী ফোটোদা লৈশু কৎপা অদুগা মাগী মবমদা মী অম-নীনা ৱাহৈ খবা হাযবা অদুনা লোইবে। মদু উবদা ঐঙোন্দা পেন্দবা অর্মদি ফাওখি।

হন্দক্তি তাঞ্জা চানকবা হাযবদুনি। ঈকজনীংবগা থোংগ্রা তেকপগা মান্নখ্রে: ঐখোয মযাম তানৈ কবম হাযনা থৌবম অসি খবা মওং তানা পাঙথোকপা যাগদগে। খুনৌদগী দেবেন লাক্নুনা ৱা তান্নবা যাওবৈ। থৌদাম দেবেন ইকাই কুইদনা বি এ থাখিবনি। তশেংবদি মহাক জিবিমচানি, অঙাং ওইবিবৈদগী খুনৌদা মমাগা পোকমিন্নবা মাম্মগীদা লৈদুনা লাইবিক তম্লকখিবনি। মী অযাম্বনা মাদু জিবিমচানি হাযবা খঙদে, খুনৌ মচানি হাযনা খঙনৈ।

মহাক যাওবদগীদি ৱা তান্নবদো নুংঙাইবে। থৌবম অসি লক্ষ্মীপুব আর্ল হাইস্কুলদতা নত্তনা সাপোবমৈনা হাইস্কুল অর্মদি খুনৌ হাইস্কুলদসু পাঙথোকপা লেপ্লবে। ববীন্দ্র জযন্তী নুমিৎতা স্কুল ছুটি থাবগুম টিকেন্দ্রজিৎ নুমিত্তসু ছুটি থাবিয়ু হাযনা সবকাবদা হাযসি হাযবসু যানবে। নহাবোলশিংগী মবক্তা খবা মিৎশিং-নাশিংবা ঙাঙন-শক্লবসু হৈবা ঐনা লৈবিবা অদুৱাইদা লৈবা কীর্তিবু শিলচবদা থাগ্রে ডি সি উন্নকনবা এপ্লিকেসন অমগা লোযননা।

নুমিদাংৱাইবম হবাও-মাযথোঙগা লোযননা কীর্তি হল্লকখি ডি সি না পীবকপা চেবোলগা লোযননা - কাছাডদা লৈবা মণিপুবি মহৈবোইনা মপৃং ওইবা স্কুলশিং আগস্ট ১৩ টিকেন্দ্রজিৎ নুমিৎ অসি ছুটি লাউথোক্লে। ঐখোয মযাম হাযনীংঙাই লৈতনা হবাওনখি, লান্দা মাযপাক্লবা লান্মীশিংনা হবাওবগুম।

অসুম্না চহী অদুদগী হৌনা কাছাডদা মণিপুবি মহৈবোই যাম্না লৈবা স্কুলশিংদা টিকেন্দ্রজিৎ নুমিৎ অসি ছুটি থাবা হৌখি।

নুমিৎ অদো লক্ষ্মীপুবগী ইতিহাসতা থোইদোক্লা নীংশিংনীংঙাই অমনি। অযুক ঙন্তাদগী আর্ল হাইস্কুলদা মীযাম্না টিকেন্দ্রজিৎকী ফোটোদা লৈশু কৎনবা হৌবখি, লোযননা শক্লাইববা অশৈবা নীলবীব শাস্ত্রীগী মমিং লৈববা কাব্য 'খোংজোম তীর্থ'

াবদগী লোইবা ফাওবা হন্না হন্না অযুক চুপ্পদুমা মাইক্রোফোনদা থাদুনা তাহনখি। কূলগা লম্পক্তা ছাত্র-নহাবোলশিংনা শান্ন-খোৎনবগী থৌবম কযাসু পাঙথোকখি।

নুংথিলদনা টিকেন্দ্রজিৎকী পুন্সিরাবী নৈনবা মীফম অমা পাঙথোকখি। বং.কোন্দিগী শাগৎপম ওজা গৌবোনা মীফম অদুগী থৌবম মপূ ওইখি। শৈহৌ ঈশৈ অমনা মীফম অদু হৌদোকখি। ঈশৈ অদু থৌবম অদুগীদমক্তা ওইনা ঐনা লেংখিবনি। ঈশৈ অদু অসুন্না হৌই - 'ভাবতকী লৈকোন্নুংদা নঙনা লৈতেংনি, নোংপোক মাযকৈ মঙাল ওইবী মৈতৈ লৈমনি ।' ঐগী মহৈবোই খুনৌগী ইবেমপিশক্না শকখি, ঈশৈ অদু সুব পানবনা মপা-ইবুঙোননি। নুমিদাং খুনৌদা পাঙথোকপা থৌবমদসু ঈশৈ অসিনা শৈহৌ ওইখি। পনবা যাবদি, ঈশৈ অসি কাছাডগী থৌবম কযাদা মতম কুইনা শৈহৌ ঈশৈ ওইনা মযান্না যান্না পান্নবা শক্লখি।

সাপোবমৈনা স্কুলদদি অযুক্কী থৌবন্না মপূং ওইখি। অঙাংশিংনা শৈবেং থাবা তান্নবা, থৌবী-চিংবীনচিংবা শান্নবনা মব্দ ওইনা তৌখি।

খুনৌগী থৌবমদি নুমিদাং ওইনামগী মাঙোপতা মব্দ ওইনা দেবেন্না শান্দুনা পাঙথোকখি। থাং-তাগী মিৎ-না থকপা কুম্মৈ কযাসু উৎখি। টিকেন্দ্রজিৎ ফাবগী লীলা মতেক অমসু দেবেন্না লেংদুনা শান্নখি।

চহী অসিগী মতুংদগীদি কাছাডদা টিকেন্দ্রজিৎ নুমিৎ অসি পাকশন্না পাঙথোকপা হৌনবকখি।

## (১৩)

১৯৬১ গী ওক্তোবব থানি, পূজা ছুটি মনুংদনি। মতম অদুদা পূজা ছুটি, হাযবদি দুর্গাপূজাগী ছুটি অসি স্কুল-কোলেজগী ওইনা থা অমবোম থানবম্মী। মসি আসামদসুনি মণিপুবদসুনি। ছুটি মনুংসিদা লম কোযবা নৎত্রগা হবাও-কুম্মৈদা অযাম্বনা মতম লেন্নবম্মী।

নোংমা অযুক্কী চাক্লেন চাবা লোইবতা ঙাযবি নুপামচা অমনা পাউ পীবখি - 'মণিপুবদগী সাহিত্য পবিষদকী মীহুৎ খবা লাক্কুনা থুংলবে, অজ্ঞা কৌশিনীখোযগীদা লৈবি, ওজাবু যাম্না থুনা লাকপিযু হাযবকই।'

ইথা-থাজদবা সুকখন খল্লুদবা পাউনি। হাযফম খঙদনা নুংঙাইবা অমা ঐঙোন্দা ফাওবকখি। থীন্দনা ফৈজোম-পুংযাৎ হোংদোক্লে। ইন্দোচানা হাযবদগী চন্দোন-চৱাসু থিনজিল্লে, ফবসু ফৎত্রবসু মণিপুবদগী লাকপনি, উনগদৌবিবা মীওইশিংদো মশক নাইবা মীশকশিং শোযদনা ওইবমগনি।

খুডা পুন্সিখোযগী তান্না প্রপ্ প্রপ হাইগৎলে। খুডাসু ঐবু ঙাইদুনা লৈবল্লে। ঐখোযনা লেন-লৈকাইদা খুডা নন্দকুমাবখোযগীদা যৌবা মতমদা ওইনামগী তাইবুঙো নবেন্দ্রেসু লৈবল্লে। মখোয অহুমসিনি হৌজিক লক্ষীপুব নহামকপকী যোৎশবী মখোঙ অহুম। নহাবুদি ওইদ্রে মখোয মতমদুদা।

ঐখোয মবিনা অজ্ঞা কৌশিনীখোযগীদা যৌবা মতমদা মণিপুবী সাহিত্য পবিষদকী মীহুৎশিংদো চাক-ঈশিং লোইবতা ঙাযবম্মী। অজ্ঞা কৌশিনীখোযগী মাঙ্গোন্দা ফম্না ফম্না হৌনবী মতুং ইন্না শক্তাক্লবে। পবিষদকী মীহুৎশিংদো মখোয অহুম্নি - মীহুৎশিংগী লুচিংবা মোইবাংথেম চন্দ্রসিং পণ্ডিত অচৌবা, এক্সিক্যুটিভ মেম্বব ফুবাইলাৎপম নন্দলাল শর্মা অমদি জেনাবেল সেক্রেটবি শিজগুকময়ুম নীলবীব শাস্ত্রী। মখোয খোঙচৎ অসিদা হোজাইদা হান্না যৌকবগা লক্ষীপুবদা থুংলবনি।

মখোযগী মমিং মথা খঙনববা মতুংদা ঐনা ঐখোযবোমগী মীশকশিং অমুক তাকই। ইবোই-লোইবদা ঐনা ঐগী ইমিং হাযবদা নীলবীব শাস্ত্রী হাইফেৎ ঙকচানৈ, হাযবকখি - 'ইবুঙোদি যাম্না নহা ওইবিনা, ঐদি ঐখোযগী লেঙ্গা ওইবমগদ্রা খঞ্জবম্বনি।'

চহী মঙা-তরুকলোম মমাঙদা নীলবীব শাস্ত্রীগা শকখঙনখি, শক্না শক্না উন্নদুনা শকখঙনবা নত্তে, মিংগা মিংগা খঙনবনি। ইন্টবমিডিযেৎ তম্লিন্লৈঙেদা 'পঞ্জেন' ফোঙলিংঙৈগী ব্রানি। নোংমা পোস্টতা শৈবেং অমা থুংলখি ইম্ফালদগী, শৈবেংগী মমিংনা 'অভিসাবিকা', অইবনা নীলবীব শাস্ত্রী। শৈবেং অদু কযাতা কজখ্রে, ঐ হন্না হন্না পাখি, খনখি মণিপুবদসু বাংলাগী মযাযচনবা যুগকী ভক্তি-প্রেমগী ঈচেলদা থম্মোয লুপচবা বৈষ্ণব কবিগুম্না অশৈবা লৈদি লৈবোইনা। শৈবেং অদু পঞ্জেনদা হাপখি। চেফোঙ অমগী সম্পাদক্নি, অদুনা ঐসে মতমদুদা মহৈবোই ওইবমগনি হাযবসি কবি নীলবীব শাস্ত্রীনা খল্লুদবা ওইবমাল্লে।

মাঙজৌননা ঈ-পাউ অমত্তা খঙহল্লকপা তৌদনা হেক্তা থুংজিল্লবগী মবম মখোযনা ইকায-ইকাযনা তম্মি, হায - 'চিঠি খবদি থাজখিবনি, পাউখুম অমত্তা ফংজখিদে।' ঐঙোন্দা চিঠি ইখিসু হায, পঞ্জেন ফোঙলিংঙৈ মতমগী ঐগী শলচব সদবঘাটকী ঠিকানাদা। অদুবু কদাযদগী, ঐঙোন্দা চিঠি কবম হাযনা থংলগনি। সদবঘাট থাদোকপা চহী কযাদি শুবে। অসুম্না কনাগুম্বগা ঈ-পাউ পাওনবা ঙমদ্রবদা মখোয অজ্ঞা কৌশিনীখোযগীদা হেক্তা থুংজিল্লবনি। অজ্ঞা কৌশিনীনা লৌবিবা থৌবাণীসে ইম্ফাল নাগামপালগী নিঙোলনি। নুপী মপামদগী মখোযগী এদ্রেস লৌবগা 'জয কৃষ্ণ' হাযদুনা খোঙশাল্লকখিবনি।

ঙাইহাক ব্রাবী শান্নববা মতুংদা ঐখোয মশেন খন্নে পবিষদকী মীহুৎশিংসে কদাযদা থমসিগে, ফবসু ফৎত্রসু মণিপুবগী সাহিত্যগী মশক নাইববা মীশক ঙাক্তনি। অজ্ঞা কৌশিনীখোযদা থম্ববুদি যাই, অদুদা খুদোং চাদবা খবদি লৈ, মখোযগী ইমুংসে গৌবিযা যাম্না কল্লি। মণিপুবদদি গৌবিযাসে যাম্না কোমথোক্লে হায। অদুনা থুংলবিবশিংনা ইহৈ হৈনদবসু যাই। অসোমদনা শহব মচানিনা লক্ষ্মীপুবদা লৈব-চাবা যাবা হোটেলসু লৈতে। ডাক-বাংলো অমদি লৈ, মদুদা চাব-থকপগী থৌবাং লৈতে। ঙাইহাক খন্নবগা কৈশামগী খুডা পুন্সিখোযগীদা থম্বনা ফগনি খন্নবে। বাজাব মনুং ওইবতা নত্তনা লন্বী মপান্দা লৈবনিনা চথোক-চৎশিনদা খুদোংসু চায। অদুগী মথক্তা শাবা লোইবতা ঙাযবিবা শঙদি কাদ্রিবা যূম অমসু লৈ মখোযগী। খুডাসু হবাও-হবাও যাবিবে।

নুমিদাংব্রাইবম পবিষদকী কাঙবু অদু কৈশামগী যূম অহনবদুদা হোংজিলহল্লে। খুদোং চাদবা থোইনা লৈতে। অদুদা অকবা ব্রাফম অমদি চোংথোবক্লে। পণ্ডিত অচৌবনা হৌদোবকপনি - 'চাক-ঈশিং থোংবিনবা ব্রাহ্মণ অমতং থিবিবক্লবদি নুংঙাইজখ্রনিদা, গৌবিযা কনখ্রবা কাছাড়সিদা পবিষদকী মীহুৎ ব্রাহ্মণ অনী যাওবিবসে মৈতৈনা থোংবা চায হাযবা মযাম্না খঙনখ্রদি ঐখোযবু থীনা ঙাঙনখ্রনিদা।'

পণ্ডিত অচৌবনা পংখন খনবগী ব্রানি। ঐখোর্যাদ কবিসু ওইনা খল্লুদে। হৌজিক্কী মতমসিদসু। অবাপ্পা লম চৎপদা অতোপ্পা কাঙলুপকী হোটেলদা কনানা থোংবা চাবগে ? অদুগী মথক্তা লক্ষীপুব হায়বসিদি গৌবিয়া যাম্না কোমথোক্লবা মফম্নি। হায়নবা অমসু লৈ - 'বিদেশে নিয়ম নাস্তি', মীবৈবাক্তা নিয়ম ঙাক্লসু যাই। অদুমকপু ঐখোয়না খল্লিবদো মখোয়দা হায়বদি ঙমদ্রে, কবম্না হায়গনি, মখোয়দি ঐখোয়গী খঙনবতা ঙাযবিবা ইকায-খুম্ননীংঙাই মশক ওইববা অতিথিনি। অতিথি হায়বসিদি ফজনা সেবা তৌগদবনি, অহন-লমন্না, হায়নৈ অতিথি হায়বসিদি লাইগী পাংখক্লি।

অদুনা ঐখোয় মী থাদুনা কোর্যাথ থিহল্লে, 'চাক-ঈশিং থোংনবা ব্রাহ্মণ অমতং ফংববা যেংঙু।' অদুবু অমত্তা থিবা ফংদ্রে। কাছাড হায়বসিদি মণিপুবদৌনা ব্রাহ্মণ মশীং যাম্না লৈবা নত্তে। চাক-ঈশিং থোংবিনবা মী থিবা ফংদ্রবনিনা চাকশঙগী থবক অসি অত্তা নীলবীব তাবে। পণ্ডিত অচৌবদি মৈতৌন অদুগী মথক্তা অহনসুনি। অত্তা নন্দলাল শিনফম অসোমদা যোংনা তিনথ্রোক পাযবনি, মশানা হায়জৈ - 'ঐনা চাক-ঈশিং থোংলবদি গো-মাতানা ফাওবা হাবিয়ু হায়বা যাবোই।'

অমবু ওইবে অমবু ওইবে হন্দক পবিষদকী মীহুৎশিংনা কাছাড়দা লেংঙকর্পসি ঐঙোন্দদি যাম্না নুংঙাইনা থোকখি, মতম কুইনা মঙলকপা মঙ অমা মঙফাওনবদৌনা তৌখি। চহী তরুকলোম মমাঙদা জানুৱাবি ১৯৫৫ গী পঞ্জেনদনি সম্পাদক ওইনা ঐনা পামজবা ব্রাফম খবা ইখিবদো - 'মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ ইম্ফালগী মশা খবা মণিপুবগী মপান্দা, কাছাড তখেল নোগাঁও গৌহাটিনচিংবদা হাংদোকপিযু, মণিপুবগী মপান্দা মণিপুবী লোন তম্নবা অমদি শন্দোক্লবা থবক পাযখৎপিযু, সাহিত্য পবিষদকী মীফম মপান্দসু মবক মবক্তা পাঙথোকপিযু, বানানগী কাঙলোন অমা চাপচানা শেম্বিযু।' অদুগা ঐনা এম এ তম্বা চৎলমদাইদা মণিপুবগী ব্রাংমদা সাহিত্যগী সংস্থান অমা লৈবগী তঙাইফদবা ব্রাখলনা লমজিংদুনা বানীপুব হাইস্কুলদা মাযকৈ অসোমগী অহন-লমনশিং যাওবা মীফম অমা ঐনা কৌদুনা ফমখি। মীফম অদুদা আসাম মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ হায়বা অমা লিংখৎখি। আশা যাম্না চাউনা লিংখৎখিবা পবিষদ অসি ঐনা লাইবিক তম্বা চথোকখ্রবনিনা কুইনা হিংবা ঙমখিদে। অদুনা হন্দক ইম্ফালদগী মণিপুবী সাহিত্য পবিষদকী মীহুৎশিং লাকপসিদি ঐঙোন্দা হায়নীংঙাই খঙদনা নুংঙাইবা অমা ওইনা থোকখি।

অহল্লমনশিং অমদি নহাবোলশিংগা তান্নদুনা লাক্লিবা মীহুৎশিং অসি হৌনবী মতুং ইন্না তবম্না ওক্লবা বিসেপসন কমিটি অমা শেম্লে। মদুগী সভাপতিনা বিন্নাকান্দিগী লাংপোকলাকপম ওজা ধনেশ্বববু হাপ্লে, ঐবুনা কনভেনব।

ওক্তোববগী তাং ২০ নি, খুমনগী মাণ্ডোপ অচৌবদা মীনা পিক থনখি। সাহিত্য পবিষদকী মীহুৎশিং তবম্না ওকপগী থৌবম্নি। থৌবম অদুগী সভাপতি ওজা গৌবোনা ওইখি। ইথা-থাজদনা মী ফনা যাম্না তিনবদুদা ঐখোয হায়নীংঙাই লৈতনা হবাওখি, লাপ্ল-লাপ্লবা মাযকৈ কযাগী মীশক কযানি।

তবাম্না ওকপগী তেন্তকপা বাবোল লামায অমদা ছাপা নম্বদো ঐনা পাংথোক্লবা মতুংদা মশক নাইববা মীওই কযনা ৱা ঙাঙখি। বাবোলশিং অদুগী



*সহিত্য পবিষদকী মীহুৎশিংগা লক্ষ্মীপুব, ওক্তোবব ২০, ১৯৬১*

*গম্লিবা ; লাংপোকলাকপম ধনেশ্বব, নন্দলাল শর্মা, মোইবাংথেম চন্দ্রসিং, নীলবীব শাস্ত্রী, শাগৎপম গৌবে*

*লেপ্লিবা ; খুম্নাম নন্দকুমাব, শাগৎপম জগদানন্দ, নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন ওইনাম নবেন্দ্র, পোৎশংবম গৌবহবি অবাম্বম নবকান্ত, বৈহানুদ্দিন, মমিং খংদবা অমা*

পাউখুমদা নীলবীব শাস্ত্রীনা মখোযনা লাকপগী পান্দম থোইদোক্লা লৈশি-লৈথোনগা লোযননা মযামগী মফমদা পাউদমখি। পণ্ডিত অচৌবনা ইনাক খুল্লবা মণিপুবি অবিবা সাহিত্যগী শক্তম অমা মবীক চুম্না থমখি। নন্দলাল শর্মানা থাইনদগী মণিপুবগা কাছাড়গা লৈনবকপা মবী ইতিহাসকী লামাযদগী পুথোক্তুনা প্রমান-পান্থেংগা লোযননা লীখি। ভবোক অদুক যাম্বদো অমত্তা চেকমোক লাউখিদে, মতম কুইনদগী থৌবাংনা ঙাইবকপা ঈশৈদৌনা মযাম পূক্লিং চঙনা অমদি নুংশিনা তাখি।

মীফম অদু কবি সম্মেলন অমগা লোযননা লোইশিনখি। নীলবীর শাস্ত্রীনা যাম্মা থৱায যাওনা মদু পাঙথোক্কবা শীনখি। মহাক মশামক লক্ষীপুবদা লাক্লগা ইবা 'খোঙ্গুল লীবা' কৌবা ফজখ্রবা শৈবেং অমা থীদুনা মযাম্নু তাহনখি। লক্ষীপুবগী মহৈবোই খবসু শৈবেং শৈদিন্নবদুদা শরুক যাখি।

পনবা যাবদি, মীফম অদুদা ৱাবেপ অনী-হুম পাশ তৌখি। মদুগী মনুংদা মরু ওইবা অমসুং ঐতিহাসিক ওইবা ৱাবেপতি ভাবত সংবিধানগী নিপানশুবা তাংকক্তা মণিপুরী লোন যাওহনবিযু হাযনা সবকাবদা হাযজবা হাযবা ৱাবেপ অদুনি। ৱাবেপ অদু অজ্ঞা কৌশিনীনা মাঙজৌননা কনামতদা খঙহনবা তৌবমদনা থাঙ্গৎলকপদা মযামদা চংঙক্লবা অমদি পোকখি। অদুবু মযাম্না পাম্নবা ৱাফম্লিনা কবিমতা যেৎনবা তৌদনা খুবাক প্রোক্প্রোক্ খূদুনা ৱাবেপ অদু পাশ তৌখি। ইণ্ডিযান কনস্টিটিউসন্দা মণিপুরী লোন চন্নবা কবিগুম্বা ৱাবেপ অমা মণিপুবগী মনুং অমদি মপান্দা পাশ তৌখিবসি মদুনা অহানবা ওইবিগদ্রা খল্লি। মণিপুবদদি মসিগী চহী অহুম-মবিবোম মতুংদা সাহিত্য পবিষদকী এম ডি ইউ হোলদা ফম্বা মীফমদা অসিগুম্বা ৱাবেপ অসি পাশ তৌখি। ৱাবেপ অদু ইবেংবম তোম্পোক্না পুখৎলকখি, অদগা খুন্দ্রাকপম পুলিনকান্তগা ঐগনা শৌগৎখি। মতম অদুদা ঐখোয অহুম্মক ফাযাব ৱেগুনি। তোম্পোক্না পুলিনকান্তগা তুংদা মন্ত্রী ওইখি। ৱাবেপ অদু যাম্না লাযনদি পাশ তৌখিদে। অহল্লোন্না যাম্না কন্না যেৎখি। মবমদি ৱাফম অসি বাজনীতিগা মবী লৈনৈ, অদুনা সাহিত্যগী সংস্থানদা বাজনীতিগা মবী লৈনবা ৱাফম পুশিল্লকপসি অকাযবা ওইগনি হাযনা কিনবা অমদি চিংনবা ফাওবা পোক্লখি। অদুবু নহাবোলনা ঙমদুনা ৱাবেপ অদু পাশ তৌখি। মসিগী মতুংদগীদি সাহিত্য পবিষদ থৱায যাওবকখি, থৌনাসু ফগৎলকখি অমসুং হীবম অসিদা মাঙজিন থাদুনা মায পাকত্রিফাওবা সংস্থান কযাগা লোযননা হোৎনখি।

লক্ষীপুবদা পবিষদকী মীহুৎশিং ওকপগী থৌবম পাঙথোকপগী নোংঙানবগা গাডি অমা ৱাযদুনা ঐখোয জাবিবোন মাযকৈ পাংই। শিলচবদগী জাবিবোন তাবা লন্বী অদু মতম অদু ফাওবা থোইনা ফৎত্রি, শম্না হাযববদা কোযলাস থাদ্রি, অদুনা চৎপদা খবা নুংঙাইবমদে। লন্বী অদু মতমদুদা শিলচব-ধোৱাববোন্দ লন্বী কৌমাল্লে, চপ-চাবদি কাউখ্রে। হাযবিবা লন্বী অসিদগী ঐখোযনা যৌগদবা গোৱালিপাব হাইজিনবগী লন্বী মতেক অদুনা অমুক হেন্না ফত্তে। লন্বী অসিদা ঐ হান্নসু ফনা তোযনা চৎখ্রে। গোৱালিপাব হাযবিবা খুঙ্গং অসিদা ঐগী মরূপ মান্যবাবু লৈ। বডজালেঙ্গাগী মরূপ চূনীলালগা মখোযগীদা

তোযনা চৎখ্রে। মখোযগী খুনদগী কাটাখাল তুবেল লাল্লগা ধবলোখোযগীদসু চৎখ্রে। লাইনীংহল নাউবিযা ফুলোগী মচানুপা অতোম্বা অমুসনানা পুদুনা মখোযগী য়ুমদসু চৎলুবে।

গোৱালিপাবদা থুংবগা খুদক্তা পাউ কোযচেন চেন্দুনা নুমিদাংৱাইবম ফম অদুগী হাইস্কুলদা মাযকৈ অদোমগী লূচিংবশিংগা, মক ওইনা ঙাঙোম শাজৌতোম্বী অমদি খাইদেম একেন্দ্রগা লোযননা হাইফেৎ চাউববা মিটিং অমা পাঙথোক্লে ওজা ধনেশ্বৰনা সভাপতি ওইদুনা। মিটিং লোইবগা ঐখোয লক্ষীপুবদা তংহন হল্লকখি।

নোংঙাল্লগা নুংথিল শিলচবদা মহকুমা পবিষদকী হোলদা ইকুংবম চন্দ্রাসংনা সভাপতি ওইদুনা পবিষদকী কাঙবু অদু কাছাড পূম্বগী মাযকৈদগী ওকপা ওইনা মীফম অমা পাঙথোকই। মীফম অদুদা কাছাডগী মাযকৈ কযাগী অমসুং কাঙলুপ কযাগী মশক নাইবা মীওই কযা তিনখি। মীফম অদুদা ৱা ঙাঙখিবশিংগী মনুংদা পনবা যাবা খবদি - নন্দকিশোব সিংহ (এম এল এ), কুঞ্জেশ্বব সিংহ (সেঙ্গাবী) গৌবো সিংহ (বিন্নাকান্দি), জযন্ত সিংহ (মাছুঘাট), বৈহান উদ্দিন (বাশকান্দি) জযকুমাব সিংহ (শিলচব) অসিনচিংবনি। মীফম অদুদা মণিপুবী সাহিত্য পবিষদকী কাছাড মশা শেমখি অমসুং মসিগী থবক পুনবা মী তবামঙানা শাবা কমিটি অমা শেমখি। মযাংলম্বম নীলধ্বজ সিংহবুনা মসিগী সভাপতি অমদি ঐবুনা জেনাবেল সেক্রেটাবি খনখি। অতৈ মেম্ববশিংদি - হামিদ চৌধুবী (সোনাই), কৈশাম পুন্সি (লক্ষীপুব), চৌধুবী হামিদ আহম্মদ (বাঁশকান্দি), খাঙেম্বম বাগীন্দ্র (সিঙ্গেববোন্দ), লালা সিংহ (সুন্দ্রি), খাইদেম একেন্দ্র (সুদর্শনপুব), মুক্তা সিংহ (বদবপুব), শশাঙ্ক মুখার্জি (মোইনাববোন্দ), আব কে কোনুংসনা (দুর্লভছড়া), কামেশ্বব সিংহ (সোনাই), জযকুমাব সিংহ (শিলচব), বৈহান উদ্দিন (বাঁশকান্দি) অমসুং খাইদেম নীলমণি (শিলচব তাবাপুব) অসিনি। মেম্ববশিং অসিগী মনুংদা মৈতৈ অমসুং মৈতৈ-পাঙলতা নত্তনা বিষ্ণুপ্রিযা কয়াসু যাওখি। হৌজিক মৈতৈ অমসুং বিষ্ণুপ্রিযাগী মবক্তা খাইবুং খাইবুং তানবগী অঙাওবা নুংশিৎ অমা শিৎলিবসি মতম অদুদা পংলৈ লৈবমদে।

চহী অসিমক্কী ডিসেম্বব থা লোইবমদাইদা ওইবমাল্লে মণিপুবী সাহিত্য পবিষদকী চহীগী মীফম ইম্ফালদা ফমখি। মদুদা কাছাড মশাগী মীহুৎ ওইনা সভাপতি নীলধ্বজ সিংহগা ঐগা মীফম অদু যাওবা লাকখি। কাছাডগী মীহুৎ যাওবা মীফম মদুনা অহানবনি। ঐখোয অনীগা লোযননা কাছাডগী মমিং লৈববা দুহাব কব্রম্বম কামিনী সিংহসু যাওবকখি। সাহিত্য পবিষদনা পীবা নটভূষণ হাযবা উপাধি লৌবা লাকখিবনি। সাহিত্য পবিষদনা মণিপুবগী মপান্দা কবিগুম্বা উপাধি অমা পীদুনা

ইকাযখুন্নবসি মহাক্লা অহানবনি। কব্রম্বম কামিনী নট সংকীর্তনগী দুহাব ওইনা মমিং চৎপতা নত্তনা জননেতা ইবাবতকী মতুং ইন্দুনা সুর্মা তম্পাক্তা হেমাঙ্গ বিশ্বাসকা লোযননা ইণ্ডিযান পিপল্স থিযেটব এসোসিযেসনগী (আই পি টি এ) ঈহৌ শাগৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবা মীশক্লি।

মীফম মনুং অদূদা ঐখোযবু ডি এম কোলেজ কেম্পসতা লৈবা টিচব ট্রেনিং সেন্টব অমগী হোস্টেলদা লৈহনখি। ডিসেম্বব লোইনমদাইগা ওইনে মণিপুবগী খুৎঈং অদু খাঙবদা অহন ওইববা ওজা কামিনী ফনা শাথীনা বাখি, অহিঙ চপ্লা থকথক নীক্তনা খাঙখি। ঐঙোন্দদি অঙ্গীংবদো থেংইনা ফাওখিদে, মণিপুবগী মশক নাইববা মীশক কযাগা নর্কাশিন্নদুনা শক-মায খঙনবগী খুদোংচাবা ফংবদুগী হবাওবদুনা অঙ্গীংদ ক থেংইনা চঙখিদে। মখোযনা ঐবু যাম্না নংশিনা বাবী বাতাই শানবগী পদোংচাদা পীবিবদুনা ঐঙোন্দ। যাম্না পেঙ্গবা অম ফাওহনখি। ওজা চিংখাখম পিশক্লা ঐসে মাগী মতম অমগী মকপ চূডাচান্দ হাইস্কুলদা ওজা ওইমিন্নবম্বা কালাচান্দবাবুগী মচেনপীনা পোকপনি খঙদা ঐহ মচাতা মচাদৌনা লুনা তৌনখি।

ওজা পিশক্লী মবমদা ঐ তান্নানা ঐগী মকপ এম এ তম্মিংজদা কমমেন্ট ওইমিংখিব পবিতোষ দে-দগী তাখ্রে। মহাক্লা যাম্না খঙবদৌনা তমখি, ববীন্দ্র সাহিত্যগী মবমদ যাম্না খঙবা অমদি নৈনবা মীশক্লি পিশক সিংত। খঙদে, পবিতোষ দে-না বাহম অসি কদাযদগী খঙলুবিবনো। অদুব মহাক্লা হাযবা অদুদা ঐ যাম্না কন্না থাজদবদি তৌইদে।

কাউদবা অমনা, মতম অমদা সেসন জজ্ ওইবম্বা লাইবেনময়ূম ইবুঙোহলনা মপান্দগী লাকপা ঐখোযবু চাক কৌবদুনি। তশেংবমক্তি চাক কৌবা নত্তে, মযূমদা উৎসোব কৎপগা মতাং চানকদুনা ঐখোযবু যাওহনবনি অতিথি ওইনা। মহাক্লা ব্রাবি তৌবদগী খঙবনি, অঙাং ওইবিঙৈদো মহাক শিলচবদা চহী অনী লৈদুনা ক্লাশ নাইন-টেন তম্লগা মেট্রিক থাখি। মদুনা ওইবমালে মহাক কাছাড়গী ব্রাবী যাম্না খঙই। সবস্বতী পূজাগী মতমদা মালুগ্রামদা মৈতৈমচাশিংনা ড্রামা শান্নবগী ব্রাবী তৌবকখি। ড্রামাগী স্ক্রিপ্ট অদু মহাক্লা ইবনি হায। লীলাগী স্ক্রিপ্ট অদু মহাক্লা তুংদা ফোঙদোবকখিবা 'নবসিং'গী ড্রাফ্ট ওইগদবা মাল্লি, অদুবু চপচাবদি মঙোন্দা হংহৌদ্রে। লীলা শান্নখিবসিগী ব্রাবী বানীপুবগী ঙাবিযাম্বম মচীন-মনাও মান্ম প্রিযধ্বজগা কান্তগনা লীবদগী হান্ননা তাখ্রে, মখোয অনীমক লীলাদুদা কুমখি হায।

মণিপুবী সাহিত্য পবিষদকী মীফমদা যাওদবা য়াদবা থৌবম অমা ওইনা যাওবিবসি মেম্ববশিংগী চাক্লেননি। চহী অদু পবিষদকী সভাপতি ফুবাইলাৎপম অতোম্বাপু শর্মাগী মাঙোপতা চাক্লেন অদু চাউনা শীনখি। পণ্ডিতবাজ অতোম্বাপু শর্মাগী মমিং হান্ননা ঐ তাখ্রে মব্দ ওইনা সংস্কৃত-পণ্ডিত অমা ওইনা। ডাক্তব সুনীতিকুমাব

১ট্টোপাধ্যায়না মহাকপু যাম্না ৱাংনা থাগৎপগী ৱাবোল লাইবিক অম-নীদা 
থংনখ্রে। অদুবু পণ্ডিতৱাজনা পৰিষদকী মীফম হৌদোকপা নুমিৎতা মহাক্কী ৱাবোলদা মণিপুৱ অসি পৃথিৱীগী খোযদৌনি হায়না লাউথোকবকপা অদুমদি ঐঙোন্দা যাম্না ঙক্লা থোকখি, হৌজিকসু ঐঙোন্দা অঙকপা ওইবি।

ঐগী নুংঙাইনা থোকখিবা থৌদোক অমদি ঐনা মীফমদুদা ৱা মতেক অমা ঙাঙখিবদু নিংথৌখোংজম তোন্বীগী 'মণিপুৱ টাইমস'-তা যাম্না থাগৎপা মওংদা ফোংঙলকখিবা অদুনি। ঐনা ৱা ঙাঙলিঙৈদা ভাবোক মযাম্না খুবাক কল্লা খাঁখ হায়বদুমদি ঐ খঙহৌই, অদুবু মদুমক খৱবদা যাম্না মক্ক ওইবা পাউ অমা ওইনা ফোংঙলক্কনি হায়বদুদি খল্লুদে। ঐনা নুংঙাইখিবা অমনা, মীফমগী অৱোইবা নাইৎকী অয়ুক্তা সবজেক্ট কমিটিগী মিটিংদা পাবষদকী চেফোং অমা চাং নাইনা ফোংঙনবা ৱাফম অমা ঐনা পুখৎলকখিবদা তওাম্না য়াবদুনা ৱাবেপ ওইনা পাশ তৌখিবদুনি। মসিগী মমাঙদা পৰিষদনা ফোংঙবা চেফোং অমত্তা লৈবমদে, পৰিষদনা ফোংঙলম্বা হায়ববু চহীগী মীফমদা ভাষণ পীখিৱশিংদু খোমজিল্লগা চহীদা অমুকখক পথোকপদুনি। হোয়, পৰিষদনা খোঙচৎ তৌবকপগী অদুৱাইদা 'পাবষদকী চেফোং' হায়না থোকচোম মধুনা সম্পাদন তৌদুনা অমুক- অনীবক ওইবিগদ্রা ফোংঙখিবদুনি। পৰিষদকী চাং নাইনা ফোংঙবা চেফোং অমা লৈতবদুগী নুংঙাইতবা ৱাফমদো পল্লদুনা ঐনা ১৯৫৫ দা পঞ্জেনদসু ইখি।

(১৪)

লক্ষীপুব আর্ল হাইস্কুলদা লৈবকপা চহী অমা হেঞ্জিল্লক্লে। ঐবু নুংশিবিবশিংনা হাযবিবা যাওই - 'নঙবু অসিদা অসুম লৈবগে হাযবিব্রা, খবা হেন্না ফবা থবক-ককা থিববোই হাযবিব্রা ?'

হেন্না ফবা থবক হাযবদো ঐনা হেন্না পান্নিবনি। থিদবসু নত্তে। অদুগ হেক্তা ফংবা যাবদি নত্তে। সাউদার্ন আসাম সার্কলগী ইন্সপেক্টব গোৱালপাডাদগী লাকপা সহাবুদ্দিন আহম্মদনা হায, মাগী কাদা ৱাবী শান্নবদা - 'ঙাইয় মতম খবা, ঐসু এম এ পাশ তৌবগা এম ই স্কুলদা ওজা ওইবল্লিবনি।'

হোয, হাযনববুদি লৈ - ফম্বা কল্লগা ফমেন ফম্মি, ঙাইবা কল্লগা লৈম' ফংই। অদুমকপু মী খুদিংমক্কী মবাইবক্তা মদু হেক্তা থোক্কনি হাযবদি লৈবা নত্তে। ঙাইবমখৈ ঙাইবগা ফমেন ফম্বা ফংদনা, লৈমা মশক উদনা কেমখিবা পুন্সি কযানি। নহাবোল অমদি অহল্লোন খবনমুক হায 'অতৈদা অমুক চৎখ্রনু, অসিদা অসুম লৈবো বাজনীতি যাওবো।' কাছাডগী বাজনীতিদা মৈতৈমচা লাইবিক-লাইশু হৈবা পংযাও যাওদে, মদুগী অৱাৎপা অমা লৈবদো মেনশিনহন্নীংদুনা হার্যবির্বানি।

অঙাং ওইবিঙৈদা ঐ বাজনীতি যাওনীংলম্মী, বাজনীতিগী মীওইশিং খবগসু তিন্নবকই। লক্ষীপুবদা লাক্লবা মতুংদা ঐসে চান্ননা বাজনীতি যাওবগী মওং অমসু মযাম্লা উনবকখি। অদুবু ঐঙোন্দা নীংহন্নবা অমদি মবক মবক্তা লাকখি। যূমগী ফিভম যেংদনা পার্টি পোলিটিক্স তৌবা কযানা খোঙফম চাদদুনা ফিবাক তাদুনা লৈবিবদো উবদা ঐ থৌনা ফবা ঙমখিদে।

ইম্ফালদা মণিপুবী সাহিত্য পবিষদকী মীফম যাওবা চৎপদা ঐবু নুংশিবিবশিংনা হাযবিবকখি - 'মণিপুবদা থবক অমা তৌনবা হোৎনবসিনে। মণিপুবী সাহিত্যগী মশক নাইবা থৌদাং খবা লৌগে হাযববদি মণিপুবদা লৈবনা ফগনি।' থোইনা লানববুদি নত্তে হাযবিবদো। অদুঙৈ শিলচব গোভমেন্ট স্কুলদা তন্নিঙৈদা সংস্কৃতকী ওজা বসময ভটাচার্যনা মবক মবক্তা হাযখিবদো কাউদে - 'বাংগালি ওইনা পোক্লগা মশক নাইবা কবিগুম্বা অমা তৌগে খল্লবদি কলকাতাদা লৈবা তাই।'

আর্ল স্কুলগী হেডক্লার্কনা যাম্না নুংশিনা তোযনা হায - 'কান্নদে, অসিদা অসুম পত্তুনা লৈবনু। সিভিল সার্ভিসতা চৎনবা তৌ, সিভিল সার্ভিসনা খ্বাইদগী ফবা সার্ভিসনি। অতৈদা চত্তুনা পুন্সি মাঙহনগদৌবিবা কবিগীনো ?'

ঐ খঙই মযাম্না হাযবিবিবা পূম্নমকসে ঐবু নুংশিবিদুনা হাযবিবিবনি। ঐসু তূমিন্না লৈবদি নত্তে। এড্ভর্টাইমেন্ট থোক্লকপা খুদিংগী মতা চাবা যেংদুনা এপ্লিকেসন থাজিল্লিবনি, অনকপা থিদে অবাপ্পা থিদে।

জুন-জুলাইগী অদুৱাইদগী এপ্লিকেসন মযাম অদুগী পাউখুম মথং মথং লাকপা হৌবকখি। দিল্লীদগী নেশনেল কাউন্সিল ওফ ইকোনোমিক বিসার্চকী এপোইন্টমেন্ট লেটব থুংলে, যাম্না থুনা জোইন তৌবো লাউ হাযবকই।

খুড়া নন্দকুমাবনা ব্রেক ফায - 'ঙাইখোনে তহা তহা তৌগনু, অমুক্তো মুন্না খন্থখো। দিল্লীদা চৎখ্রগা পাক্লবা ঈপাক্তুদা নঙ কৈদৌকদোবিবনো, পাক্লবা ঈপাক্তুদা নঙবুদি ঈবাক্লদুনা মাঙহন্নীংদে।' ঐ খঙই ঐবু নুংশিবিবদগী তাকপিবনি। ঐদি চৎলসিবা হাযদুনা থৌবাং তৌবা হৌকববনি।

মবকসিদা আসাম সিভিল সার্ভিসকী বিটেন এক্সামিনেসনগী এডমিট কার্ড থুংলে। হেডক্লার্কনা কৌশিল্লগা হায - 'প্রিপেযাবেসন খবা ফজনা তৌ, ঐ থাজৈ নঙ শোযদনা মায পাক্কনি।'

নুমিৎ খবনি মতুংদা এডুকেসন ডিপার্টমেন্টতগী এপোইন্টমেন্ট লেটব অমা থুংলে হাইযাব সেকেণ্ডাবি স্কুলদা লেকচবব ওইবগী, পোস্টিংনা ধোলাই হাইযাব সেকেণ্ডাবি স্কুলদা। খুড়া নন্দকুমাব হন্দক্তি চৎলু হাযবকই। খুড়া পুন্সিসু হায - 'চৎলুচো, মতম খবা ধোলাইদা লৈকবগা অসিদা অমুক হল্লকপা যাইদনা, আর্ল হাইস্কুলসু চহী খবা মতুংদা হাইযাব সেকেণ্ডাবি ওইবকপা যাইদনা।'

যূমগী অহন-লমনশিংসু ধোলাইদা চৎপা যাবে। নোংম-নীনি লৈবগা ধোলাইদা চৎলুবে, স্কুলগী মওং-মতৌ অদু যেংলুবে। ওজাশিং খবগসু উন্নবক্লে। ঐ লাক্লনি তাবদা মখোয হবাওবা ফোঙদোবকই, হাযবকই - 'যাম্না থুনা জোইন তৌবিবো।'

ধোলাইদা জোইন তৌনবা থৌবাং তৌবিঙৈদা নোংমদি ইথা-থাজদনা ইম্ফালদগী চিঠি অমা থুংলে, মণিপুব কোলেজদা ইকোনোমিক্সকী লেকচবব ওইনা হাপ্পগী এপোইন্টমেন্ট লেটবনি। যাবিমখৈ থুনা জোইন তৌবো হাযবকই।

নুংঙাইবা হাযগদ্রা অঙকপা হাযগদ্রা হাইফেৎ থংন-থংননা থুংলবিবা এপোইন্টমেন্ট লেটবশিংসে ইন্টর্ভিউ অমত্তা তৌদনা লাকখিবা ঙাক্তনি। মণিপুব কোলেজগী মতাংদদি কোলেজ অসিগী গোভর্নিং বোডিগী মব্দ ওইবা মেম্বব খবনা ঐবু ফজনা খঙই, সাহিত্য পবিষদকী থবক-থৌবমগা মবী লৈননা ঐবু

খঙবিখিবনি। গোভর্নিং বোডিগী চেযাবমেন্না লাইবেনমযূম ইবুলোহলনি, মোইবাংথেম চন্দ্রসিং পণ্ডিত অচৌবনা মেম্ববনি অদুগা চিংঙাখম পিশক্লা কোলেজগী প্রিন্সিপাল। মখোয অহুমগা খঙনবগী খুদোং চাবদু ঐনা ফংবা ওইবমগনি।

হন্দক্তি খুডা নন্দকুমাব মোত পীদ্রে - 'নঙনা চৎনীংবদা চৎলো ধোলাইদা চৎকেবা ইম্ফালদা চৎকেবা।'

খুডা পুন্সিদি শেংনা হায - 'চৎলো ইম্ফালদা, মণিপুব হাযবসিদি নুংঙাইখ্রবা মফম্নি। নঙনা পামজবিবদুগসু চানবে।'

যূমলোমদদি মোত অনী থোক্লে। ইপন্থৌগা পাবোগা খুডাতোনগদি নঙনা অপাম্বতা তৌ হাযবিবে। কাকাদি মণিপুব চৎপা হাযবসে সুকযা যাখিদ্রে - 'মণিপুব চৎখ্রদি নঙ যূমদা হল্লক্লবোই, অদুগী শককপুদি ধোলাইদা চৎলু।'

মামচৌদি নহানমখৈ তৃমিন্না লৈবম্বনি, হন্দক্তি মচীন থোক্লক্লে - 'ফবে নঙনা মণিপুবদা চৎনীংলগা চৎলু।'

ঐ মণিপুব চৎকদৌবে তাবদা ঐবু বীনাখোযগীদা নোংমা চাক কৌই। ঙাকপিগনি, বীনা মাগী অশেংবা মমিং নত্তে, মাগী মমিংদি অতোপ্পা অমনি। মাগী অশেংবা মমিংদো হাযদোকপদা অকাযবা থবা লৈবদগী হাযদোকচদ্রে, ঙাকপিগনি। ঐগী ব্রাবীমচা পাবিবশিংনা বীনাবু থেংনবিবমগনি 'চেনখিদ্রবা ঈচেল'দা। হোয, মহাক্তি বীনা। মখোযগী অহন-লমন্না ঐখোয অনীগী লৈনবিবা মবীদো হাইফেৎ-লাকফেৎতি খঙবদৌনা তৌই। চাক-ঈশিং চাবা লোইবগা মচেনা ঐবু মাঙ্গোন্দা ইতোমতা থেংনবগী তাঞ্জা লৌদুনা হংঙি-'ওজা, মণিপুব চৎপদা বীনা পুবিগনি হাযবগা কৈদৌবে।'

ঐ শ্বাই লাউই, ব্রা খুদিংমক খঙবা জাৎ ওইবে। ঐসু কাবমতা লোৎপা তৌদনা অশেংবদো খুমই - 'মানা যানীংদদুনা তৌবনি, ঐদি চৎলসি হাযবিবনি।'

যানীংদবগী মবম অদু ঐসু খঙই, ঐখোয অনীগী মবক্তা খুন্নাইগী চাউববা পন অমা লৈ, লৌন-লৈনবা যাদে। পন অদু হেক নমখাযবদা খুন্নাইনা ঐখোযনীবু ঈন্থোকপদা নত্তনা ঐখোযগী অহন-লমনগসু ঐগা কাযনগনি। ঐগী তুংগী পুন্সি যেংলুবগা মহাক্লা নীংহন্নখিবনি হাযবা ঐ খঙই।

মহাক্লা মপি শিন্থনা হাযখি - 'ওজাগী পুন্সিদা কবিগুম্বা অকাযবা অমা থোকহনবা হাযবদু ঐ পামজদে। ওজানা নুংঙাই-যাইফনা পুন্সি লেনবদুনি ঐনা পামজবদি।'

(১৫)

ঐনা ইম্ফালদা লাকখিবদো ১৯৬২ গী আগস্ট ১৩ দনি। ইন্মাম্বৌনা মচানুপা অতোম্বা বাবাতোম্বীগা ঐবু তুলিহল প্লেন তাফমদা ওক্লম্মী। মচানুপা অহন তাচৌ বীবচান্দগা শিলচবদা থেংনদুনা মঙোন্দগী ঠিকানা লৌদুনা চিঠি অমা হান্ননা ইখিবনি, লাক্কনি হাযবসি খঙহনখিবনি। তাচৌ বীবচান্দদি গাড়ি অমনবগী পার্টস কাববাব তৌই, ইম্ফাল-শিলচব ঙাইহাক কাংদনা প্লেনদা পাইথোক-পাইশিন তৌই। ইন্মাম্বৌ কুন্দোচৌবী ইমাগী মচেনি, হেক পোকমিন্নববুদি নত্তে, মপা-মতোনগী মচানি। তৌবগীদি ইপূবোক্লা মাবুসু মচাদা মচাদৌনা যোকপিবকখি। ইমাগা মাগা চহী পংখেন খেন্নদে হায, অদুনা যাম্না নুংশিননা হৌবকখি। ইন্মাম্বৌগী থাজ-যোঞ্জবসু ইপূবোক্লা (কাংঙবম অমু) তৌবিবকখি। নিঙোলগী মবাইবক হাযবসিদি তম্বা ঙমদে হাযনৈ। ইন্মাম্বৌবু থাজবিবদো তোলেনখুনমক্তদনি, অদুবু নুংঙাই-যাইফবা ইমুংদদি থোকখিদে। মচা নিপান, নুপী মবি নুপা মবি, থল্লম্মগা ইপনদো নোঙ্গাখি। মযূম পুবা ঙম্নবা হোৎনবদা লুখ্রা ওইহৌববী ইন্মাম্বৌদো যাম্না ব্রাজখি। ইপূবোক্লা মতেঙ কযাম্না পাংগনি। হাযনবিবদুনি ইনাকখুনবা তবানা লাইববা অমবু যেংবা ঙমদে। মচানুপাশিংনা শঞ্জেন-শনঙাকপা ঙম্লকপা অদুব্রাইদগী ইপূবোকখোযগী লৌ উদুনা ইন্মাম্বৌ মবাইবক্কা কন্না লাম্থেংনবকখি। অদুবু হোম-হোম লাউবা লৈখোমদা চৎপদা অসুম অসুম পুখ্রবগুম ইন্মাম্বৌগী মবাইবকসু অসুম অসুম হেন্না পুখ্রবকখি। মচানুপা অহন বীবচান্দ অনীশুবা লাঞ্জাও হেক লোইবকপগী অদুব্রাইদা মণিপুবদা চেনখিবদগী ফনা কুইনা ঈ-পাউ অমত্তা ফংখিদে। চহী কযামুক্কী মতুংদা মণিপুব চৎলুববশিংনা পাউ পুবকখি - ইম্ফালগী নাগামপালদা মচা-মশু লৈজদবা হনুব-হনুবী মতৈ-মনাও অমনা কোনশিনবিদুনা লৈবি, মযূমসু পাল্লে।

নোংমদি মচানুপা অহনদো লাকখি, মমাদা হাযবখি - 'ইমা, চৎলসি মণিপুবদা, অসিদা অসুম মীমান্নবা ঙমদনা লৈদুনা কবি কান্নগনি, ইম্ফালদা ইংখোল মচা অমা লৈবে, যূম মচা অমসু শাবে।'

ইম্মাম্বৌদো অহানবদদি যাবমদে, ফবসু ফৎত্রবসু মখুন-মবৈ কৈবোই-লৈকাই মবী-মতা মযামদো থাদোক্তুনা লাপখ্রবা মবী-মতা লৈতবা মফম অদুদা যূম হোংবা হাযবসি মঙোন্দা খনবা ঙমদবা ৱাফম অমা ওইনা থোক্লম্মী। অদুবু মচানুপানা মাগী কাববাবগা মবী লৈননা শিলচবদা লাকপা খুদিংগী তক্লবদগীদি নোংমদি মপূক্লিং হোংলকখি - হোয-কমদৌনি লাইবক চাং যেংলুবা হাযদুনি হাযনা যাবে। অসুম্না অহন-লমন্না থন্নম্বা লৌবী-ইংখোল খবদু যোম্হোক্লম্লগা, ইম্মাম্বৌ মচাশিংগা লোযননা ইম্ফালদা যূম হোংলকখি।

ঐনা ইম্ফাল থুংলবা নুমিৎ অদো টিকেন্দ্রজিৎ নুমিৎনি। খল্লম্মী নুমিৎ অসি কাছাড়দা পাঙথোক্লবিবা অদুদগী হেন্না মণিপুরদনা পাঙথোক্লবমগনি। অদুবু খল্লম্বদুগা ওইবল্লিবদুগা কযাদা খেন্নবমখ্রে। লৈবাক মীযাম্না নুমিৎ অসি থৌবম কযাগা লোযননা পাঙথোকপগী মহুৎতা নুংথিল ইমুং-মনুংগী মীওই খবনা হৌজিক শহীদ মিনাব লৈবিবা ফৈদাবুংদা নাম-সংকীর্তন মতেক অমা তৌবগা লোইশিনখি। খনবদা যাম্না নুংঙাইখিদে। কাছাড়দদি স্কুল ছুটিবু থাবনে শৈবেং থীবনে টিকেন্দ্রজিৎকী পুন্সি ৱাবী নৈনবনে অমুক্তোইবা তৌবমগনি।

নুমিদাংৱাইবম তৌবাংলৈকাইদা লৈবা তোলেনখুনগী ঙাঙোম খুড়া গৌবমোহনগা বিক্সা অমদা তোংদুনা চীংঙাগী নোংচুপ চীংখোঙদা লৈবা মণিপুর কোলেজদা জোইন তৌবা চৎলি। প্রিন্সিপাল চিংঙাখম পিশক সিংহ মাগী কাদা কনানো মী খবগা ৱাবী শানদুনা লৈবম্মী। ঐবু উবদা হবাও-হবাও কৌশিন্দুনা ফমহল্লি - 'ফবেদা ইবুঙো যৌবকপা, নুংঙাইবে।'

অদুদগী মামচৌ কমদৌবি-নচিংবা ইমুং-মনুংগী ৱা হংবগা লোযননা লৈফম-চাফম্না কমদৌবা হংবা যাবা খুদিংমক হংলকখি। অহন অমা ওইনা নুংশিনা হংবিবকপদো ঐঙোন্দা কযাদি নুংঙাইবা ফাওখি।

লৈফম-চাফমগী খুদোং চাদবা থোক্তনবা মামচৌনা চিঠি অমা ইদুনা পীবকখি মহাক্কী মতম অমগী ছাত্র অযেকপম বীবমঙ্গলদা পীননবা। অদুবু মঙোন্দা মদু পীবগী মথৌ তাখিদ্রে। নাগামপালদা ইম্মাম্বৌখোযগীদা লৈববনিনা অতৈ অতোপ্পা অমুক থিরুদ্রে। লৈফম-চাফমগী খুদোং চাবতা নত্তনা ইম্মাম্বৌ অমদি ইচিন্নাওশিংগী নুংশিনবা অতৈ কদাযদা থিরুগনি। ইম্মাম্বৌনা হাযবদগী ইতৈমা অনীনা ঐগী ফিবোন ফাওবা শূবিবি। তাচৌ বীবচান্দনসু মাগী শীজিন্নদ্রবা একাগাড়ি বাইশ অদো ফজনা শেমজিল্লগা ঐঙোন্দা পীবিবে চখোক-চৎশিন্দা তোংননবা হাযদুনা। মখোযনা অসুম হাযনা তৌবিবমদ্রগদি ঐসে কযা যাম্না ৱাবমগদবা। মওং চাবা লৈফম থিবা, চাক-ঈশিং হোৎনবা, কৈথেল কাবা - হাযবদা খজিক্তনি। পুন্সি চূপ্পা চাক-ঈশিং থোংলক্তবা ঐনা তৌগদবদো!

লিংখৎপা চহী মবিবোমতা ঙাযবিবা মণিপুব কোলেজ ফিভম ফৎত্রি, মওং-মবীল নাইদ্রি। চেক্রা চনবা ফক্লাং, টিন্না কৃপ্পা কা অহুমখক্তনি। মদুসু সিলিং-ককা যাওপোৎ নত্তে, লৈমাযসু পাক্বা চনবগী ৱা লৈত্রি। কাশিংদো চাউবুদি চাউই। কা অমখক্তি ইংলিশকুম্বা মণিপুবীগুম্বা ছাত্র মশীং যাম্বা সবজেক্টকী থমই। অনীগুবা কা অদুনা তংখায খাযদোক্লগা অতৈ অতৈ সবজেক্টকী ক্লাশ ওইনা লীজিনৈ। অহুমগুবা মযাযগী কা অদুদি তংখাযতা নত্তে মশূং তানা খাযদোকই, মদুদা ওফিস কম, প্রিন্সিপালগী কম, ওজাশিংগী কমনকম অমদি মহৈবোই যাম্না লীকপা হীবমগী ক্লাশ কম।

নাইট-কোলেজনি। অদুনা চহী যাম্লবা ছাত্রনা অযাম্বনি, ওফিসতা থবক তৌবা, স্কুলদা ওজা ওইবা, মতম কুইনা লাইবিক তম্বা তোক্লুববশিং তুংদা প্রোমোসন কাবদা অপনবা লৈতনবা দিগ্রী লৌবা লাকপা কযানি। ইম্ফাল মনুংগীতা নত্তনা অবাপ্পদগীসু কযানি - থৌবাল্লোমদগী মযাং-ইম্ফাল্লোমদগী মযাম পূন্না পূন্না বস ৱাযবগা লাক্রবা কোঙ্গাই অমনি।

ওজাশিংসু লোইনমক পার্ট টাইমাবনি হাযবা যাই। প্রিন্সিপাল চিংঙাখম পিশক চুডাচান্দ হাইযাব সেকেণ্ডাবি স্কুলগী প্রিন্সিপাল ওইবি। ভাইস প্রিন্সিপাল হিস্টবিগী ওজা সনসম কুঞ্জবিহাবীসু হাযবিবা স্কুলসিদা ওজা ওইবি। অহুমগুবা ওজা পোলিটিকেল সাইন্সকী হাওবম যূমজাওসু লিলোং হাইস্কুলগী ওজানি। ফিলোসোফিগী ওজা সত্য চক্রবর্তী অমদি অঙ্কগী এন সি সেন ডি এম কোলেজদগী নেকপনি, এডুকেসনগী ওজা অযেকপম চন্দ্রমণিসু। অঙ্কগী অতোপ্পা ওজা আব কে বিমল পোলিটেক্নিকতা লেকচবব ওইবি।

ফুল টাইম বেগুলাব লেকচবব ওইনা হাপ্পসি ঐনা অহানবনি হাযবা তাই। ঐগী হেক মথংদা ইকুই কুইদনা গৌহাটিদগী হিস্টবিগী ওজা বজনীকান্ত শর্মা লাকখি। মতম খবা লৈবগা মথং মথং মপান্দগী ওজা অতৈসু লাকখি - শিলচবদগী, নোগাঁওদগী, খা-ভাবত্তগী, অৱাং-ভাবত্তগী অমসুং নোংচুপ বাংলাদগী।

নুমিদাংগী ক্লাশনিনা মৈ য়াওদবা যাদে, ইলেকট্রিক থাউমৈদা থাজকবা যাদে, নোংদম নাইদে, লাক্লিংলগা লাকই লাক্লিংদ্রগা তোকই। ইলেকট্রিক লাক্তে হাযদুনা ক্লাশ তৌদবদি যাদে। অদুনা পেট্রোমার্ক্স খবা থৌবাং তৌদুনা থমই। পেত্রোমাক্সসু নোংফাদোক বেবা তৌবা যাওই, অদুনা মোমবাতী খবসু থৌবাং তৌদুনা থমই। মোমবাতীগী মঙালদা নোংফাদোক ক্লাশ তৌবসু যাওই। অদুবু মদুদা ওজাসু ছাত্রসু থৱায যাওদবা থোইনা যাওদে। নুংঙাইবিবদি, ক্লাশ লোইববা ওজা যাওববসু প্রিন্সিপালনা মাগী কাদা কৌশিন্দুনা ৱাবী-ৱাতাই শাবগা

ফাজিন্দুনা থমগদৌবিবনি নুমিদাং পূং মাপন-মখায ফাওবা, সবজেক্ট পূম্নমক্কী ক্লাশ লোইদ্রিবা ফাওবা। ৱাবীগী হীবমদি পূংশু শুই, অতিযাগী মখাদা থোকলিবা থৌদোক ৱাথোক পূম্নমক - লান মমাঙগী ৱাবী, লান মতুংদা হোংলক্লিবা খুন্নাইগী ফিভম, লৈঙাকক্লোনগী, নহাবোলগী শাজৎ-লাকচৎ, হোংলক্লিবা চিঞ্জাক্কী মওং, মহৈ-মশিং, লাইবিক তম্বগী পথাপ অসিনচিংবদগী পিশুম লাইবেন্বী ফাওবা।

কোলেজনা লৈবিবসি চীংঙাগী নোংচুপ থংবা চীংখোঙগা নম্নুল তুবেলগা অনীগী মবক্তা লৈবা লম্পাক্তনি। লম্পাকসিগী অৱাং থংবদা পিশুম চীং লৈ, পিশুম লাইবেন্বীগী মশাইগোন। নোংথী-নোংমংবা নুমিদাংদা মযাম মযূম মযূমদা হন্নীংবনা মবেং মবেং চৎলক্লবা মতমদা ওজা পিশক্লা মাযথোঙ হজিল্লগা হৌগদৌবিবনি - হঞ্জিনুকো অমম্বসিদা নতোমতা, পিশুম লাইবেন্বী ওক্লববদি লোইবে। অসিগুম্বা মম্লবা নোংথী-নোংমংবা নুমিদাংদনি পিশুম লাইবেন্বীনা কোযবা থোক্লক্লিবসে। থেংবু থেংনববদি হিংবগী ৱা লৈতে। থাজদবা তৌগনু। থাশিগী মম্লবা অহিঙদদি লম্পাক্তা থোক্লক্তুনা হনুবীগী শক্তম লৌদুনা মশম-মনা ইফা-ফাবদুনা মখোঙ-মখুৎ শৎ তিংথোক্তুনা হীক কাইদুনা লৈগদৌবিবনি, কবিগুম্বা মতাংদনা হীক্ হীক্ কপতুনা তেংথা-নাওইবগা লৈগদৌবিবনি। মতাংদুদা থেংনকবশিং অমত্তা হিংখিদে, লাযনা লাইশক খঙদনা মপুন্সি খমখিবা ঙাক্তেনি। থাজদবা তৌগনু। পিশুম লাইবেন্বীগী ৱাবীদো ওজা পিশক্লা চাননা থাজদুনা লীবিববা নৎত্রগা ঐখোযবু কিহল্লিব্রা হাযবদুদি খঙদে। অদুবু পিশক পিক্লিঙৈদগী ভূত-প্রেতকী ৱাবী তাদুনা লাক্লবা ঐখোযদা থাজবসু থাজদ্রবসু হকচাং পূম্বা তুজুংবদি ফাওই, হৌগৎতুনা ইতোমতা থোক্লিংবগী থৌনা যাওবক্তে।

মতমদুদা বেগুলাব ওইনা হাপ্লবা লেকচবব ঐখোযদা কোলেজনা পীবা থাগী তোলোবসে লুপা চনিখক্তনি। প্রাইভেট কোলেজনিনা মখোযনা ঙমগদবদু খন্নবগা পীবনি। মণিপুরগী অমত্তা ঙাযবা সবকাবগী কোলেজ ডি এম কোলেজদা পীবা তোলোবনা লুপা চনি কুনমঙানি। মখোযগা ঐখোযগা লুপা কুনমঙা খেন্নে। লুপা কুনমঙা হাযবসি মতমদুদা চাউখ্রবা শেনফমনি। অদুনা ঐখোয মযাম তান্নবে ডে-শিফ্টসু হাংলসি। ডে-শিফ্টকী এলাযেন্স অদু হাপচিল্লগদি ঐখোযসু চনি কুনমঙা ফংলগনি। ঐখোযনা মসিমসু খন্নে, কোলেজ অসি নাইট কোলেজ ওইনা অসুম লৈবা যাবক্লোই, নোংমা নৎত্রগা নোংমদি ডে-কোলেজ ওইদবা যাবোই। ঐখোযগী ৱাফম অদু গোভার্নিং বোদিনসু খন্নবিদুনা য়াবিবে।

মতম অদুগী গোভার্নিং বোদিগী মেম্ববশিংদো থৱায যাম্লা যাওই। মখোযগী মনুংদা খবদি নুমিদাং অয়াম্বা কোলেজদা লাক্তুনা অৱাৎ-অপা যেংশিল্লে, প্রিন্সিপাল অমদি ওজাশিংগা ৱাবী শানবৈ। মখোযগী মনুংদা কাউবা

যাদবা খবদি - নামৈবাকপম তোম্বা, চোংথাম নদীযাচান্দ, নোংমৈকাপম যদু, থৌনাউজম কুলবিধু, হাওবম বারুণী অসিনচিংবা অসিনি। মখোযসি নত্তবা শিংজমৈ মাযকৈদা লৈবা গোভার্নিং বোদিদা যাওদ্রসু কোলেজ চাওখৎনবা তৌবদা থব্রায যাওজবা মীশক কয়াসু তোযনা লাক্কুনা কৈদৌসিগে হাযবা খন্নবদা যাওবখিবসু কযানি।

ডে-শিফ্‌ট হাংবদগীদি সনসম কুঞ্জবিহাবী চূড়াচান্দ স্কুল থাদোবক্লে। অদুমকপু নাইট শিফ্‌টতা লৈবা পার্ট টাইমাব ওজাশিংদো ডে-শিফ্‌টতা শীজিন্নবা যাদবদগী ওজা খবগা ঐগদি ক্লাশ মশীং হেন্না লৌবতা নত্তনা ঐ-ঐগী সবজেক্টশিংদগী হেন্দোক্কুনা অতোপ্পা সবজেক্ট খবসু তম্বিদবা যাখিদ্রে। সনসম কুঞ্জবিহাবীনা মাগী হিস্টবিদগী হেন্দোক্কুনা ডিগ্রী ক্লাশতা ইংলিশ লৌবে। বজনীকান্ত শর্মাসু মাগী হিস্টবিগী মথক্তা পোলিটিকেল সাইন্স তম্বিবে। ঐসু ঐগী ইকোনোমিক্সতা নত্তনা প্রি-ইউনিভর্সিটি ক্লাশতা ইংলিস অদুগা ডিগ্রী ক্লাশতনা মণিপুবী লৌবদা তাখ্রে। মতম খবা মতুংদা হাওবম যূমজাওসু মাগী লিলোং হাইস্কুল থাদোবক্লে।

থা খবা লৈবগা ফুল-টাইমাব খবদি লাক্লে। ফিলোসোফিদা কাবাম হেমচন্দ্র অমসুং মণিপুবিদা ফুবাইলাৎপম নন্দলাল শর্মা জোইন তৌববে। কাবাম হেমচন্দ্র গৌহাটিদা এম এ তম্লিঙৈদা খঙনবকখিবনি। চহী খবা সবকাবগী থবক তৌরুবগা এম এ তম্লুখিবনিনা খবদি লিবে। থবক্কী মীনি। তুংদা কোলেজগী গোভার্নিং বোডিদা যাওদুনা কোলেজগী চাওখৎ থৌবাংদা থব্রায যাওনা শকক যাখিবা মীশকশিংগী মনুংদা অমনি।

নন্দলাল শর্মাদি তোম্বীস্না হাইস্কুলদা ওজা ওইবম্মী। মতমদুদা মণিপুবিদা এম এ লৈতবনিনা বি এ না কোলেজগী লেকচবব ওইবা যাবম্মী। প্রিন্সিপালনা হন্না হন্না হাযবদগী মহাকপু মণিপুব কোলেজদা লাকপিনবা ঐনা তোযনা হাযজকই। ফনা কুইনা মহাক যানীংলমদে। অদুবু উনবা খুদিং ঐনা তকশিনবদগী হাযগদ্রা মহাক যাবকখি। খ্বাই ব্রহ্মপুবদনি নন্দলাল শর্মাখোযগী মযূম, ঐনা লৈবিবদুগা যাম্না নক্লবে। অদুনা যাম্না তোযনা নুমিদাংদা ঐবু উন্নবা লাকখি। অদুবু ব্রাবী শূবদি মহাক্কা তাচৌগা মখোয অনীগী শকক্লি, ঐনা মবক্তা তূমিন্না তাদুনা লৈবা। তাচৌসু ঙাওব-শকপা যাম্না ফৈ, লাইবিক পংহৈ হৈহৌদ্রসু তিন্নকবা সঙ্গদগী হাযগদ্রা লৈবাক্কী বাজনীতি, শেনথুমলোন, খুন্নাইলোন, লোইনা, মশানা খঙজবা পবীংদা ফজনা ঙাঙবা ঙমই, ঙাঙবা হৌখ্রবদি লোইগনি খঙদে। অজ্ঞা নন্দলালগা লাম্বা চানৈ। কবিগুম্বা মতাংদা নিংথমথাগী ফজনা ঈংলবা নুমিদাংদা মাঙ্গোন্দা মৈফূ মনাক্তা ফমদুনা মখোয অনীনা ঙাঙবা হৌখ্রবদি ঐ মনাক্তা ফম্লি

হাযবা কাউথোকপা যাওই, মৈফু মনাক্তুতা ঐনা মিংকপ অমা তাল্লুবগা মিং পাঙথোবকপদা মখোয অনীগী ব্রাবী লোইবমদে।

অঙ্গা নন্দলালনে অঙ্গা নীলবীবনে ঐখোয় অহুম নুমিদাংব্রাইবম ধর্মশালাগী হোটেল অমদা যাম্না তোযনা ফম্মিন্নে, মখোযনা স্কুল লোইবকপা ঐনা কোলেজ লোইবকপা মতাংদা। অঙ্গা নীলবীবদি আনন্দসিং একাদেমিদা ওজা ওই। মবক মবক্ত অঙ্গা মনিঙ্গা শাস্ত্রীসু যাওই। মহাক্লা বেসিডেন্সি হাইস্কুলদা ওজা ওইবনি। মণিপুরিদা চাং নাইনা ফোঙবা সাহিত্যগী চেফোঙ অমা লৈতবসিগী নুংঙাইতবদো ঐখোযগী ব্রাবীদা হেক হেক মথি ফোংলকই। ছাত্র ওইবিঙৈদা ঐ 'পঞ্জেন' ফোঙলম্মী হাযবদো মখোয খঙই। 'ঈহৌ' কৌবা অমসু ফোঙনবা তৌবম্মী হাযবদুসু ঐনা ফোঙবা লিফলেট অমদা মখোয থেংনখি। অদুনা অব্রাৎপা অসিগী মতাংদা ঐখোয কবি তৌসিগে খন্নে। অসুম খন্নদুনা লৈবগী মহুৎ থবক ওইনা হেক্তা পাযখৎলসি হাযনা ঐখোয লেপ্লবে। মরূপ খবা পূল্লে, চেফোঙ অমা ফোঙবা লেপ্লবে, মমিংসু 'ঈবা' থোনবদা যান্নবে। 'ঈবা' হাযবসি মিলুগী পিবাংনি, ঐখোযগী সাহিত্যগী ওইবিবা ফিভমসি খঙ্খব্বদা শিঙ্খবকপা মিংলু ঈবানি। যেংখোম জ্যোতিন্দ্রবু এডিটব হাপ্লে। তৌবগীদি চে-চাং পূম্নমক ঐঙোন্দা থমউ হাযনা শিন্নবিবে। ঐনা খ্বাইদগী নহানিনা থবক খবা কোন্নমগনি খন্দুনা তৌবা ওইবমাল্লে। প্রেসতা প্রুফ যেংবসু জ্যোতিন্দ্রগা ঐগগী ইথৌনি। অসুম্না থা অনীগী চেফোঙ ওইনা ঈবাগী অহানবা মশীং ১৯৬২ গী সেপ্টেম্বব-ওক্তোববদা ফোঙবা হৌবে।

মণিপুবদা লাইবিক পাবিনবা মী মশীং পংযাম যামদে, লৈবিনবনা মদুদগী অমুক হেন্না লীকই। চেফোঙগী মতাংদসু অদুমঙাই। চেফোঙগীদি মদুদগী অমুক হেন্না অব্রাবা অমনা আর্টিকল ইবিনবা পংলৈ লৈতবসিনি। অদুনা এডিটোবিযেল বোর্ডতা যাওবশিং হাযগদ্রা মাযপুননা হোৎনববিবশিং হাযগদ্রা মখোযদি নাম্বোকপা যাদবনিনা আর্টিকল অম-মমদি মতম কক্লনবগা শোযদনা ইননবা লেপ্নে। আর্টিকলশিংদো নোংমাইজিং খুদিংগী মরূপ অমগীদা নৎত্রগা অমগীদা ওল্ল-ওল্লগা ফম্না মিটিংদা পুথোক্লনা পাথোক্লগা খন্নে। মসিদা মপূং ওইনা যাওবশিংদি - যেংখোম জ্যোতিন্দ্র, ফুবাইলাৎপম নন্দলাল, নীলবীব শাস্ত্রী, নাগ্রেম বিনযভূষণ, ইবেংবম বিজয অসিনচিংবনি। অদুগা লাপ্তক লৈবগা যাওখিবশিংনা বি চিত্রেশ্বব শর্মা, লাইশ্রম সমবেন্দ্র, আব কে এলাংবম, এলাংবম নীলকান্ত, আব কে দবেন্দ্র (তুংদা চিফ মিনিস্টব ওইখিবা) অসিনচিংবনি। লাইশ্রম সমবেন্দ্রগা আব কে এলাংবমগদি চীংদ-মান্দা পোস্টিং তাবনা থব্রায যাওজববসু তোযনা যাওবা ঙমখিদে। অসুম্না নোংমাইজিং খুদিংগী যূম হোংল-হোংলদুনা মযাম পূনবগী কান্নবা অমসু লৈখি, মরূপ-মপাংশিং হেন্না নকশিন্ননা তিন্নবগী মথক্তা ইমুং-মনুংগা শকখঙনবগী খুদোং চাবসু ফংখি।

ঈবাগী কোপি মশীং ইসু খুদিংদা চামঙাদগী হেন্না নম্বা ঙমখিদে, লৈবিনবা লৈতবগীনি। চামঙাখক্তং নম্বা অদু ফাওবা যোনবদা যাম্না ৱাখি, খঙন-চান্নবা মরূপ-মপাংদা ইকায-ইকি খঙদনা নমদুনা পীশিনবসু যাওখি। হবাও-হবাও তৌবিবকপসু যাওবি, মনাতোন শুগংলকপনা মশীং যাম্মি।

পাউনা বাজাবদা হৌজিক স্টেট বেঙ্ক লৈবিবা অসিৱাইগী ফুট পাথতা খবব যোনবা অনী লৈবম্মী - অমনা তা-মোধুনি অদুগা অমনা সনাখ্যানি (মমিংদো কাউখ্রে)। মতম অদু কলকাতাদগী ফোঙবা ইংলিশ খবব হিন্দুস্থান স্টেণ্ডার্দ যাম্না কন্না চৎলিঙৈগী ৱানি, স্টেট্সমেনসু খবা অদুম চৎলি, চেফোঙদনা বোম্বেগী ইলাস্ট্রেটেড উইক্লিগা ব্লিজগসু যাম্না পাম্মনা পানবম্মী। বাংলা খবব কলকাতাগী যুগান্তবগা আনন্দবাজাবসু বাংগালিশিংতা নত্তনা মৈতৈশিংসু পানবম্মী অদুগা লোযননা থাগী চেযোঙ ভাবতবর্ষ অমদি বসুমতীসু। হৌজিক্তি খববশিং অমদি চেফোঙশিংদু শিখিবনা অযাম্বা ওইবে। হৌজিক মরূ ওইবা ৱাফমদা লাকচবগে। তা-মোধুদি মশা নাল্লি ৱা থোইনা ঙাঙদে অদুগা সনাখ্যাদি মফি-মবোল নানগনি খঙদে ৱা যাম্না ঙাঙই, বা-ৱা লাউদুনা লৈগল্লি। মঙোন্দা ঈবা ফোঙবা খুদিংগী কোপি চাম-মুক যোনবিযু হাযনা পী। মতম শংবা মতাংদা মহাক চেফোঙদা যাওবিবা ৱাবীমচাশিংদো পাথোকপসু যাওই। নোংমদি হায - ইবুঙো প্রোফেসব, নঙগী হন্দক্কী ৱাবীমচাদো শেৎলিহে,

ঈবা

ঐনমুক মচু খবা শঙজিল্লগা, পোৎহাপ খবমুক হাপচিল্লগা নখোযগী ঈবাদো

ঙসিদি কোপি তবা হেন্না যোনখ্রবনি। ঐখোয ফনা হবাওই। নোংমদা কোপি তবা যোল্লবদি কোপি চামদুদি তবানিদা লোইখ্রনি। অদুবু তবানি-কুন্নি মতুংদা হংলুবদদি কোপিশিং মচী ইলেং লেংঙমদে। সনাখ্যানা ঐখোযবু হবাওনবা হাযবনি হাযবদো ঐখোয ভাব তাবকই।

ঈবা মতম শাংনা হিংখিদে। ঐখোয মযাম চঙদুনা ফনা কন্না হোৎনখি, মাগী মপুন্সি কনবদি ঙমখিদে। অদুবু মানা মতম খবা লৈদুনা সাহিত্যগী থৌগল তৌবম্বদো ঐগীদি পুন্সিগী থোইদোক্লা নীংশিংনীংঙাই মতাং অমা ওইখি। তশেংনা হাযববদা, ঐনা ব্রাবীমচাগী শৈহৌ শকখিবসি ঈবাদা। অজ্ঞা নন্দলালনা কন্না হাযবদগী ঐ ঈবাগী ইসু খুদিংমক্তা ব্রাবীমচা অম-মম ইদবা যাখিদে।

(১৬)

ঈবাগী মপুন্সি শাংখিদে। তবেৎলকখক্তং চেংলৌ-শক্তম উৎলম্লগা খম্লুং শৱা তানখি। যাকাইবোলগী মতমদগী হৌদুনা মণিপুৰী চেফোঙশিংনা নাখিবা লাযনাদো ঈবাসু নাখি, লাযেংবা ঙমখিদে। মপুন্সি তেনখ্ৱবসু 'ঈবা'না সাহিত্যগী জগৎতা ম্রাওজবশিংগী মবী নকশিন্নবা মৰূপ অমা হৌদোকপগী মযোলদি চোংহল্লস্মী। অস্ত্রা নন্দলালনা হৌদোবকপনি, ঐখোযগী মবী অসি তৎনখিদনবা থা-থাগী যুম অম-মমদা চাক চানবী অমা তৌসিনা। চাক চানবী হাযবসিদি মৈতৈশিংগী হবাওজবীনি। ৱাফম অদু হৌদোকপদা কনামতা মাই হাযখিদে, ফৈনা কৈদৌগে হাযনা লোইনমক্লা হাযনখি। হৌদোকপগী অদুৱাইদা যাওখিবশিংদি লোইনা সাহিত্যগী মীশক ঙাক্তনি - নন্দলাল শর্মা, নীলবীব শাস্ত্রী, যেংখোম জ্যোতিন্দ্র, লাইশ্রম সমবেন্দ্র, এলাংবম নীলকান্ত, আব কে এলাংবম, মনিস্মা শাস্ত্রী, নিংথৌখোংজম তোম্বী, খুমন্থেম ইবোহল, শঞ্জেনবম নদীযা অদুগা ঐ। খবা লৈবগদি এলাংবম সোনামনি অমদি খুমন্থেম প্রকাশসু যাওবকখি। খবা লৈবগমুক সাহিত্যগী মীশকপুদি নত্তবা মখোযগা নক্লা তিন্নবা মীশক খবসু যাওশল্লকখি, মখোয অদুগী মনুংদা অকোইজম ইবোহল, সনসম শবৎ পনবা যাই। খবগমুক মতুংদা যাওবকখিবশিংনা ডাক্তব নাগ্রম সুকুমাব, আব কে যাবৎবিহাবী, সৌবাম নীলকমল অসিনচিংবনি। মযাম অসিগী মনুংদা খ্বাইদগী অহন ওইবনা শঞ্জেনবম নদীযানি, মযাম্না মৰূপ অসিগী মমিং 'চাকতিন মৰূপ' হাযনা থোনবা নুমিৎতা মহাকপু লাইফ্লোং প্রেসিডেন্ট ওইনা হাপখি। চাকতিন মৰূপ হাযনা থোনখিবদো চাকচা-হৈজানবগী মৰূপনি হাযনা থোনখিবনি, মসিগী অতৈ কবিগুম্বা পান্দম লৈতে, শেনখায-থুমখাযগী ৱাসু লৈতে। থা অমদা মযাম অমুক্তং তিন্নবগা হবাওমিন্নবা নুংঙাইমিন্নবগী ৱানি। তৌবগীদি চাক-ঈশিং চাবদুনা লোইবা নত্তে। চাক-ঈশিং চাবা লোইবগা ঙাইহাক পোত্থাবা ওইনা মখল-মথেলগী থৌবম মানা মানা ঙমজবা হৈজবা ঈশৈনচিংবা শকপা তাই, ঙমদ্রগা শৈবেং থীবা তাই, ৱাবী নৎত্রগা পেনা মতেক অমা তৌবসু তাই, হাযবিবশিংসি ঙমদ্রগনা হকচাং শাজেন তৌবগী বুক ডোনলা কবিনো অমা তৌবা য়াই।

চাকতিন মরূপকী প্রেসিডেন্ট শঞ্জেনবম নদীয়া খ্বাইদগী অহন ওইবতা নত্তে, মহাক্না মযামদগী হেনবা অতৈসু লৈ - লাংব-খোৎপা পামজবা মহাক্না হেল্লি, ঈশৈ নোংমাইসু মখল মখলগী হৈ - আধুনিক, নট ঈশৈ, খুলং ঈশৈ, পেনা - পূংসু শুই, পূংসু যৈবা হৈ। মহাক্কী অতোপ্পা মগুণ অমসু লৈ - মহাক কবিনি তশেংনা কবিনি, অবিবা লোনগী বাহৈ-ৱাতা প্রমান-পান্থৈ লৈশি-লৈথোন মহাক্কী পূক্কেদা ৱাত্তে। আব কে সুপে ক্রজিৎকা যাম্না চান্নজে, তশেং-তশেংনা কবি অনীগী যুগোল মিলন্নি। যেন্নীং পঙ্গা লাকপদা শান্তিনিকেতনগী মওংদা ঈশৈ অমদি শৈবেংগী যুগোল-বন্দী পাঙংকপদো মখোযগী শৃমাঙদা ভাবোক্না পিক থল্লি, ঈশৈগী মবক থৎলগা মখোয অনীগী 'তৌদ্রি-বাঁশী'গী শৈবেং মতেক-মতেক থেৎপদো মথেল অমনি।

এলাংবম নীলকান্তগা লাইশ্রম সমবেন্দ্রগদি অযাম্বা মতমদা ববীন্দ্র সংগীত শকই। অমনা সিলেটতা অদুগা অমনা কলকাতাদা লাইবিক তম্লুবদা পোৎহাপ ওইনা হৈবকপনি। লাইশ্রম সমবেন্দ্রদি পঞ্জাবী ঈশৈস্ শকই। মহাক্না তোযনা শকপা পঞ্জাবী ঈশৈ -'ঝুট বোলিযে কোইনা কোইনা হা হা' গী পংংদো মযাম চীনফা পুনবদৌনা তৌখি। খুমন্থেম প্রকাশতি ঈশৈ ইবনিনা মহাক্কী পূক্কেদা ঈশৈ ৱাত্তে। মহাক্না থোকপা অদুম শকই। নীলবীব শাস্ত্রী শৈবেং থীবগা মযামদা খুরুমজৈ, নন্দলাল শর্মানা উপায লৈতদুনা বূক ডোন তৌই। এলাংবম সোনামনিগা অকোইজম ইবোহলগদি মখোযগী হৈনজবী অযাম্বা মতমদা ইংলিশ ঈশৈ শকই। অদুগা ঐগীদি অঙাং ওইবিঙৈদা চীনফা পুখিবা বাংলা শৈবেংনা পান্থৈ লৈজদবগী পান্থৈনি। চিথবা অমনীসু লৈবি। ৱাশক অমদগী খোঙউপ উপখিদবা খুমন্থেম ইবোহলগী পাজবনা পাম যানবগী ঈশৈনি - 'ইপা লৌ যাল্লসি, ইমা লৌ যাল্লসি হৈ হা ।' মনিস্না শাস্ত্রীনা সংস্কৃতকী শ্লোক খবা থীবগা বৈতবণী লান্নবা হোৎনৈ। নিংথৌখোংজম তোম্বীদি বাজনীতি যাওবনিনা তোযনা লাক্তে, লাকপু লাক্লবদি নট-সংকীর্তনগী মতেক মতেক মৈতৈবোলদা, হৈবসু যাম্না হৈ। অসিদগী হেঞ্জিনবা থৌবম কযাসু মবক মবক্তা যাওবকই। অদুম ফাগি-জুগাই তৌনবম্বদগী পাঞ্জা মূ. সি হাযদুনা মুক্লবকপসু, মদুদগীসু হেন্দোক্নুনা নম্ম-খোৎনবা ফাওবা । কবিগুম্বদা লাইশ্রম সমবেন্দ্রনা মদুগী স্কেচ যেক্লগা মথংগী চাকচা-হৈজানবদা উৎকদৌবিবনি। মদুদসু মযাম ৱা-ৱা লাউনগদৌবিবনি।

চাক-ঈশিং চাবা লোইবগা ফ্রি-স্টাইলগী প্রোগ্রাম ঙাইহাক চত্থববা মতুংদা অমুক লাই-হবাওবদা লাই লম থোকপদৌনা মপান থোকপগী থৌবম চত্থগদৌবিবনি লম্ফাং-তুম্ফাংদা মী-পোং পংচৎ চৎতবা মফমদা। মসিদদি অফা-অপূন লৈতবা যেন্নীংথাগী মালংবনি, ঙাওশিন্নবা অমুক হেল্লি।

চাকতিন মৰূপকী চাকচা-হৈজানবসি থা খুদিং নোংমাইজিংতদা পাঙথোকই। চাকতিন লৈতবা নোংমাইজিংদদি মযাম একাগাড়ি অম-মম তোংলগা লম কোযবা চৎলি। কবিগুম্বদা ডাক্তব কমলগী কাঞ্চি লৈকোলদা লৈহাও লৈবেন থিবা। চৎন-চৎন ফূমথীনা ঈমায থল্লবা বাসমগুল উবগা মপান্দা ফমদুনা নুংশাসোব ফূইনা হোল্লগা হল্লকখি। ঐখোয মশেন অঙাওবদৌনা, ঙাওসু ঙাওবিবনি, ফাগি তৌনবসু যাওই - মাধবীদু থিকসি, থেংনবসু যাই অচিকপা মফম অমদা লেংবতা ঙাযবিবা লৈ পবেং অদু যেংল-যেংলগা মিৎলু অনীদগী পিবাং শিন্থনা লৈবম্বা। অদুবু কদাযদনো মানা লৈবমগদবা, হৈবোক চীংগী ফজবা দৃশ্যদুদি মাঙখ্রে, কাঞ্চি লৈকোনদা উবিবৈসু শাৎখিদ্রে, কাঞ্চিগী মপাউ কনানসু তাবিদ্রে।

চাকতিন মৰূপকী অঙাওবা মালংবশিং যাবিমখৈ নোংমাইজিং মাঙহন্দে। কবিগুম্বদা চৎলি পিকনিকতা, মদুসু সাইকেলদা, চাক-ঈশিং থোংনবা পাত্র খবা সাইকেলগী মমাঙদা যানশিন্দুনা নৎত্রগা কেবিযাবদা হাপতুনা। চাক-ঈশিং থোংবা থাকপগীদি থোইনা ৱাদে অঙ্গা নীলবীবগা অঙ্গা মনিস্নাগা যাওবিবমখৈদি। অমুকখক্তি ঙাবিযান চীং লাল্লগা যাইবিপোকলোমদা চৎলুই। মনম অদুক পোনবী ঙাবিযান চীংগী লম্বী অদু শাথীনা ফত্তে খঙলম্লগদি ঐখোয লাক্লম্মোই. মচেক নাইবা মচীন তুম্বা নূংগী নূং ঙাক্তো, গাড়ি চৎপা যানবা লম্বী শেম্বা হৌগৎলকপদা ঙাযবিবা ওইবমাল্লে। কাখৎপদসু একাগাড়ি তোংবা যাদে, চীংযাংদগী কূমথবদসু। যাইবিপোক যৌবদদি ঐখোয ফনা ফজনা চোকথবে। চাক লাম্লবদুনা হোটেল অমদা চঙলে। ঐখোযগী ইতৌ অমদি ঙাঙন-শক্লবিবদো তাবগা চাক চাবা চঙলকপা নুপা অমনা হংলকই - 'কদাযদা লীলা শান্নবিকবগে?' পাউখুমবুদি পীবা হৈবা ঙাক্তনিনা থাজনবা ঙাইহাক্তুদা থোক্লবা অদুম খুল্লম্মী।

অহানবদা চাকতিন মৰূপ অসি নুপা ঙাক্তগী ওইবম্লগসু চহী খবা মতুংদদি ওযগী লমদাংসু যাওহল্লসি হাযদুনা নুপীশিং যাওহল্লে, মখোযবুসু খবা পুথোকপিদুনা শকখঙ-মাযখঙনহনবা ফৈ হাযনা খন্নবদগী। নুপীশিংসু চাকচা মতুংগী প্রোগ্রাম অদুদা শকক যাদবদি যাদে। মসিদা ওইবে নুপী খবনা হুমাং কাংলিবা, খবদি থৌনা ফনা মানা মানা থোকপা ঈশৈনি খঙদে অমনি খঙদে অদুম তৌই। তৌবগীদি মদু হৈজদবশিংদা মযাম্না মাপ তৌবি নুপীজানি হাযদুনা। অদুগা লম থোকপদি কৈদৌঙৈদা মখোয যাওহন্দে।

চাকতিন মৰূপকী খ্বাইদগী নহা ওইবা মীশকসি ঐনা ওইবতা নত্তনা নুপী থিদবা মীশকসু ফনা কুইনা ঐ ইতোমতা ওইবম্মী। তাঞ্জা চাকবা হাযগদ্রা ওযগী লমদাংশিং যাওহনবগী মতাং অদুৱাইদদি মদু নংনবা মতাগুম ঐগীসু লোযনবী

লৈবে। মযাম্না ওযগী লমদাং যাওদবা মীশক অমা যাওবি হাযদুনা ঐঙোন্দা খুদোনবী থিন্নবমগদবদুদগী নাম্বোকহৌখি।

তশেংনা হাযববদা ঐ ফনা কুইনা পাখং ওইদুনা লৈখি। মসিবু নুপী থিবা খঙদ্রববা জাৎলা, নুপী থিদ্রিবসিগী মবম কবিনো লৈব্র-কা হাযদুনা মুকম মুকম শোন্নখিবা কোঙ্গাইনি। চাকতিন-মরূপকী ইযাম্বশিংনা ফাগি ওই কবি ওই তোযনা হায - নুপী থিজিল্লোনে নঙবু, হযেং নুমিৎ চাযথগ্রগা মওং চাজবোই।

কোলেজদসু ঐসে মযামগী মীনুংশি পোক্লবগী মীশক ওইবকখি। ওজা পিশক্লা নুংশিনা ফাগি তৌই - হোযদহে, থিরুবনুদা, নুপী থিবা হাযবসি ব্রাখ্রবা পোৎনি। অদুদগী মতোমতা অমুক মখা তাথবকই - ঐনা হাযবিসে শাউদি শাউনীংলমগনি, মপৃক্লিংদা খল্লমগনি মখোযদি লোইনা থিদোক্লগা ঐবুনা থিগনু হাযবিসিবু।

*থোইনা কোইনদবনিনা ঐনা খুমই - ওজা, ববীন্দ্রনাথ ঠাকুবগী শৈবেং মতেব অদো নীংশিংবিবমগনি - 'নদীব এপাড কহে ছাডিযা নিশ্বাস ওপাডেতে যত সুখ আমাব বিশ্বাস'* 'সোমদা লৈবা তোর্বান্না শোল্লি নীংঙমদনা, লৈবমগনি নুংঙাই পৃম্না আসোম ব্রাংমদা।

প্রমান-পান্থে যাম্না হৈবা মী শীথবসু হৈবা মশা ঐদৌনা পাবা ইংলিশকী ওজা বামপদ ভাট্টাচার্যনা হাযবকই - 'দিল্লীকা লড্ডু যো খাযা ওভি পস্টাতা হৈ, যো নহী খাযা ওভি পস্টাতা হৈ' - দিল্লীগী লড্ডু চাববা মীসু নীংঙমহৌদে, চাদ্রিবা মীসু নীংঙমহৌদে। মখা অমুক তাথবক্কদৌবিবনি - 'অদুবু সুকচা চাদনা নীংঙমহৌবোইদগী শরুকপুদি চাবগা নীংঙামহৌদবদুনা ফৈ।'

নুপী থিদবগীদমক ব্রাবিবসে মী ফনা যাম্মি। মখোযগী মনুংদা ওজা হাওবম যূমজাওসু অমনি। ঐবু পুদুনা চৎলি কন্দায কন্দাযদনো - 'যেংলুসি লাউ অদুদসু লৈ নুপী অমা, মরূপ-মপাংগী মচন-মচানি, মশক-মতৌসু ফজে, লাইবিকসু হৈ।' মশক-মতৌবুদি কবিগী ফজবোইদগে, মখোৎ কাবক্লিবী চনুনিদনা, মখোৎ কাবকপা হাযবসিদি উচেক-ব্রাযাতসু ফজে। অদুবু ঐগা লাইবক-শা তিন্নদবা হাযবদু ওইবমাল্লে, ওজা যূমজাওনা পুদুনা যেংলুবশিংদো অমত্তা খোযদাবা যাওখিদে।

অযেকপম ওজা চন্দ্রমনিসু ঐগীদমক কোযথি থিবিবা অমনি। মহাকসু পাউ যাম্না পুবকই। নোংমদি মহাক্কা চূডাচান্দ স্কুলগী ওজা ইবোতোনগা ওফিস অমদা ক্লার্ক ওইবী অমা যেংলুসি হাযদুনা চৎমিন্নে। নুপী অদো যেংবদা কবিমতা ব্রাত্তে, উবদা মসিমদি য়াইনা হাযবা অদুগুম্না মশক-মতৌনি।

*মখা চত্থবা যানি হাযনা মখোযদা সিগনেলদো পীবে। মখোয থব্রায যাওনা হোৎনবদি হোৎনবা জাৎনি। অদুবু হপ্তামুক লৈবগদি নীংবা কাযনা তন্নে - 'শোযবে ইবুঙো, মীনা বার্তোন হাল্লন্নে।'*

মণিপুবদগী নুপী লৌবা হাযবসি ঐ খবদি খঞ্জানৈ। যুমগী অহন-লমনশিংনসু পামফাত্তে। ফনা হাযদুনসু মণিপুবগা কাছাড়গা চৎন-লোনচৎতা তাযোন্নবা খবদি লৈ। মণিপুবদা ঐ চান্নবা লৈগেসু খন্দ্রি, খবা লৈবগা কাছাড়দা হনবসু যাবি। অদুনা মণিপুবগী নুপী লৌশিল্লুবগা হযেং ফবক তাগদবদুসু খন্দবা যাদে। মামচৌগী হাক্তক্তা কোক শানখিবদুনি।

অসোমদা অজ্ঞা নন্দলালগা অজ্ঞা নীলবীবগসু লেপ্পা লৈতে। নুমিদাংৱাইবম ধর্মশালা মনাক্কী হেটেলদা চা থকমিন্নবা খুদিংগী হেক্তা কাঙথোবকই 'ইবুঙো, তৃন্নমদাইদা পাল্লৌবা হাযদো থোকচনি, থিজিল্লো।'

নোংমদি হৌদোবকই - 'লক্ষীপুবদা তা-পুন্সিনা যোকপনি হাযবা নুপীমচাদুবু মশক-মতৌ ফজবদাইনে, মদুদুম ওইনা যেংলসি।'

নহানমখৈ নুপীমচাদুগী ৱাখল সুকখন খল্লুদে। মখোয অনীনা ঐগী ৱাখলদা ইঞ্জেক্সসন কাপশিল্লকপদৌনা তৌখ্রে।

অদুমকপু ঐনা হায - 'অঙাংনিদা ঐগা চহী যাম্না খেন্নৈ।'

মখোয অনী হনবা লৈতে - 'নুপীদগী নুপানা চহী ফনা যাম্না হল্লবসু কবিমতা কাযদে, হযেং অহন ওইবগা মদুনদুম হেন্না ফগদৌবিবদনি।'

অজ্ঞা নীলবীবদি লক্ষীপুবদা নোং-নীনি লৈবকপদুদা খবসু হেন্না নকশিন্না নুপীমচাদুগা লোযনবকখি। মহাক্না চাক-ঈশিং থোংবগী ঈশিং তুবেলদগী সনাবুলদা হোঙ্গৎপিবকপা, ইনশাং-নাপী শেঙ্বী-খোৎপিবনচিংবা থৌবাং কযা নুপীমচাদুনা তৌবিবকখি। অজ্ঞা নীলবীবসু মহাক্না থোংবা ইনশাংদো নুপীমচা অদুগী তেঙ্গোৎ অমদি নুমিৎ খুদিংগী লানবিখি। কবিগুণ্ডদা মচন-মচাদৌনা ফাগি-জুগাই তৌবিবসু যাওখি।

অদুনা মহাক্না খবা হেন্না মৈ যাঙশিল্লকই - 'অতোপ্পনা লৌখিগদবা পাম্মুই, তুংদা নীংঙমহৌজবোই, ইবুঙো।'

মখোয অনীনা ঐবু চান্নবা নুপীমচা অদুগী ৱাখলদা ঙাওহনবগুম তৌবকখি।

চৈবক অসিদা সিলেটবোমদগী পাউ অমা লাকখি। ইম্ফালদা লৈবা মখোযগী মবী-মতাশিংনা তাচৌগা ফাওনবা পাউনি। ফোটোসু থাবকখি, কালেন ছুটি চৎপদা নুপীদো যেংবা যাগনি, মদুগী থৌবাংসু মখোযনা শীল্লে। তাচৌখোযনা সিলেটকী পাউদো যুমলোমদসু খঙহনখ্রে। যুমগী অহন-লমনশিংগীদি যানীংদবা লৈতে। মচা চাউবে, থবক তৌবে, মযুম-মকৈ পানবগী মতম হেন্দোকখিগদৌবে, মচানবু যাববদি মখোযগীদি তৌফম থোকপা থৌবম লোইশিন্নীংবা কুইববনি। মখোযনা পাম্বদি কাছাড়গী নুপীনি, সিলেটকী ওইবসু

থোইনা কাযদ্রে, কাছাড়গা সিলেটকা পংখেন খেন্নদে। মণিপুরগীদি শেংনা হাযবরদা ইয়া-যানীংদে, মণিপুরগী নুপী লৌবক্কদ্রা হাযবসিনি মখোযনা নুংশা থীজবিবা।

ক্যালেন ছুটি চৎপদা নোং-নীনিতং যূমদা লৈবম্লগা ধর্মনগর পাংলে। ধর্মনগরদা লৈবা মখোযগী মবী-মতাগী যূম অমদা নুপীমচা অদো যেংবগী ৱানি, মখোযনা শোযদনবা শীল্লম্লগনি। ঐ ধর্মনগর খক চৎলুদ্রি। অদুনা পাথারকান্দি হান্না যৌবে। পাথারকান্দিদা ঐগী মরূপ চূনীলাল লৈ, হাইযার সেকেণ্ডারি স্কুলদা মেথমেটিক্সকী ওজা ওইদুনা। মসিগী মমাঙদা ঐনা লক্ষীপুরদা লৈবিঙৈদা সিঙ্গেরবোন্দ হাইস্কুলগী ওজা ওইবম্মী। ঐনা লক্ষীপুর থাদোকপগী তুংথ-মাঙদা মাসু মাযকৈ অদো থাদোবকখিবনি। মসিগী মমাঙদা মহাক ইম্ফাল কোলেজগী এপোইন্টমেন্ট লেটর ফংখি, অদুবু কাছাড়দা লৈবনা ফবে হাযদুনা ইম্ফাল কোলেজদা লাকখিদবনি।

শিলচরদগী ট্রেনদা চুমদ্রিং পাথারকান্দি যৌবে। নুংথিলনি, স্কুল ছুটি থাবমদ্রি। ইথা-থাজদনা ঐবু উবদা চূনী ঙকখ্রে। ৱারী-ৱাতাই শান্ন-শান্ননা মঙোন্দা ঐনা লাকপগী মরমদো খঙহল্লে। স্কুল ছুটি থাবগা ঐখোয অনী মানা লৈবিবা যূমদুদা চৎলে। মানা লৈবিবদো খুঙ্গংদনি, মৈতৈগী যূম অমদনি। মাযকৈ অদোমদা মৈতৈখুন অদুমখক্তনি লৈবিবা। অকোযবদা বিষ্ণুপ্রিয়া খুন ঙাক্তনি, মযাং পাঙনগী খুন খরসু মরক্তা থেৎলি। মাযকৈ অসি প্রতাপগড় হাযবগসু খঙনৈ, পার্টিসন মমাঙদা সিলেট জিলাগী মনুং চল্লম্মী।

মথংগী নুমিৎ অদো স্কুল ছুটি ওইবমদুনা চূনীগা ঐখোয অনী ধর্মনগর পাংলে। ধর্মনগর ত্রিপুরাগী মনুং চনবা শহর মচা অমনি। পাথারকান্দিদগী ধর্মনগর ফাওবদো ট্রেন লম্বী হাংবা কুইদ্রি। অদুনা লুহোং-কোযবা হৈতবী নুপীনা লুহোং কোযবা অদুমঙাই - খবা চৎলগা লেপ্পি, খবা চৎলগা অমুক, অনৌবা লম্বীনিনা কন্না চৎপা যাদে, খুদোং থীবা যাই। ড্রাইভর অনৌবগা লম্বী অনৌবগা হাযনবিদুনি। লাইবক ফবদি ট্রেন থৌবিবা ড্রাইভর অদু অনৌবমক্তি নত্তমাল্লে। থেঙলবসু থেঙনা ঐখোযগী পল্লুংফম যৌবে। ধর্মনগর টাউন অদু ইথা-থাজদনা মৈতৈ ফন্না যাম্না লৈবম্মী দুকান ফম্বা যাও ৱার্কসোপ তৌবা যাও।

মণিপুরদগী পীবকপা ঠিকানা অদু থিবদা থোইনা ৱাখিদে। নুমিদাংৱাইরম ওইবে ঐখোযনা যূমদুদা থুংলুবদো। অদুবু অসুক লাপ্পা অসুক ৱানা লাকপখৈ লাক্লগা ঐখোযগী মিশনদো ফেল ওইবদা তাবে। বোর্ডারদা উংখৎনবা খবা লৈবদগী মখোয লাম্হোবকপা যাদ্রে। মতম খরা ঙাইবা তাবে। অদুবু ঙাইবা হাযবিসে কযাম কুইননো মদুগী তংদাংবা খঙদে। অদুনা হনবনা ফবে খন্দুনা নোংঙানবগা ঐখোয অদুম হল্লক্লে।

পাথাবকান্দি যৌবগা চূনীনা লৈবা ইমুংদুগী যুম্নুবেম্বা বাজকুমাব কোনুংজাউদা ঐখোযনা চৎলুবগী ব্রাবী অদু তৌই। অহন অদু ব্রাবী শান্নবা যাম্না নুঙাই, ফাগি ওইনা হাযবকই - 'অদুক চাউখ্রবা মণিপুব সনালৈবাক অদুদা নঙগী নুপীসে লৈখিদ্রবনিনে, চাউখ্রবা কাছাড লৈবাক অসিদসু থিবা ফংদ্রবা, সিলেট ফাওবনা নঙসে বিজেক্ট তৌববা। অদুদি নঙ সুকথি থিকুবনু, নঙগী নুপী ওইগদবা কনাগুম্বী অমদি লৈবমগনিদনা, মানা থোকপা কদাযদনো ঐ অসিদা লৈবে হাযনা ফুং লাউনা ফাওগৎচবক্কনি।'

'লৈবুদি লৈবা, সনাখ্যা। অদুদা খিত্তং অঙাং ওইমনবদুদা খবা খঞ্জানবা।' অদুদগী লক্ষীপুব ব্রাবীদো তৌই।

'এ অদু ওইবে। কৈশামগী তা-পুন্সিগী মচানুপীদো ওইবে, অদুদি যাম্না ফৈনা। ঐ উবেনে, মিটিং কযাদা মপানা পুদুনা লাকপদা।'

'খুডা পুন্সিনা পোকচবা মচামক্তি নত্তে, মহাক্লা পিশক-পিক্লিঙৈদগী যোকচবনি। মশকপুদি ফজৈ, অদুদা অঙাং ওইবগী মথক্তা মীসু খবা পিকপা।'

'পিকচসনু কৈদৌগে, মশক-মতৌ অদুক ফজবিদুবু, ঐ ওইবদি ফুবিৎখাউদা হাপচিল্লগা কোযপু পুদুনা চৎকনি।'

হান্নদগী পূক্লিংদা খোযদাদুনা লৈবনে অহনদুনা অমুক কাপশিল্লকপনে ঐ ফিবেপ লৌবগে খল্লে। চূনীনসু কন্না হেক্তা শৌগৎলে - 'মঙোন্দগী হেনবা নুপী নঙ কদাযদগী ফংগদৌবি ?'

যূমদা হল্লক্লগা লক্ষীপুব তংচৎ চৎলে। ইন্দোচা কুসুমদা ব্রাবী পূম্নমক তম্লবে। অঙাং ওইমনবদুদা যাবক্কদবা মান্দে হাযনা চিংনবদুসু হাযবে। ইন্দোচানা থবৎ ককথৎলি - 'অঙাং ওইজসনু, নঙনবু পান্নবদি ঐ হেক্তা হাযকগে মনেদা। অদুবু মশানা যাব-যাদবা হাযবমদি লৈ, চিঠি অমতংদি ইযু ঐ হেক্তা পীবুগে।'

চিঠি অতেনবা অমা তংই ইবে। ইন্দোচানা দূতী ওইদুনা চিঠিদু পুদুনা চৎখ্রে। থাজবা অমদি লৈ, মনেচৌবীদি শোযদনা যাবক্কনি, ঐবু যাম্না লুনা তৌজবনি, অদুবু নুজা মানা কবি হাযবক্কিদবদুদি খঙদে।

নুমিদাং অদো তূম্বা যাখিদে। পাউখুম লাক্কদ্রা ? লাক্লগনা কবি হাযবক্কদবা। নোংঙাল্লগা পাউখুমদো যৌদি যৌবকখি। নুমিদাং চূপ্পদো মনেচৌবীগা তান্নবগা ইবকপা ওইবমাল্লে। ঐগী দবখাস্ত অদু মঞ্জুব ওইবে। ইন্দোচাসু মায পাকপগী হবাওজবে, ঐসু। নহানমখৈ কযাদা ব্রানা থাগী-থামাং থাক্তনা লৈমাযদা উপলম্বা উনা লোংনা হাইদোক, লোংনা লৈবম্বা উনা উপ্পা হাইদোক থিবমখৈ থিকুবগা ইনক-নক্লা লৈবল্লে।

যূমদা হল্লক্লগা ইচন্নুপীশিংদা ৱাবী অদো শন্নপ্না তল্লে। মখোযনা ৱাবী মচং অদো অহন-লমনশিংদা যৌহনখ্রে। অসিগুম্বা মতাংদা ঐখোযগী অহন-লমনশিংসে খবদি মৌখিগল্লি, অদু-অদা যাম্না হাযগল্লি, শাগৈ-জাৎ ফৈগ-ফত্তেগা লৌনবা যাইগা যাদেগা যাম্না তৌগল্লি। হন্দক্কী মতাং অসিদদি হবা-হবাও গ্রীন সিগনেল পীবক্কদ্রা হাযনা খল্লম্বনি, অদুবু বেড সিগনেল ওইনা কাপথোবক্লে - 'মখোযগী ইমুংদো পামদে, চাবৌ-মৌবৌ ফজদে।' তৌবগীদি লক্ষীপুবদা লৈবা মবী-মতা খবনা খবসু হেন্না হাযজিনবদগীনি মখোযনা খল্লিদো।

কালেন ছুটি লোইবগা ইম্ফালদা হল্লকপগা অজ্ঞা নন্দলালগা অজ্ঞা নীলবীবদা ৱাবী অদো তৌবে। মখোয অনীমক হবাওই মখোযগী পাউতাক লেম্না মাঙদ্রে তাবদা। মখা তাবা ওইনা ঐনা অহন-লমনশিংনা যানীংদবগী ৱাদো ফোঙদোকই। মখোযদি মদুদা থোইনা থৌশাকুবা তৌদ্রে, অশম্বা পাম্বে তাক্লকই 'মদুদি যাম্না লাযখ্রপোৎনি। কোক চেল্লগা লোইবে। চেনবু চেল্লবদি অহন-লমনসু অদুম যাজবক্কনি।'

ঐনা হায -'মদু ঐঙোন্দা যাম্না লুনা থোকই, মবমদি ঐখোযগী ইমুংদা চেন-চোংবসে পংতৌ তৌনদে, অহন-লমন্না যাদে।'

মথংগী লুহোং পাম্বাদা যূমদগী চিঠি অমা লাকই। পাকুবদা ইকোক্তা অখাক-অবাওনা পানগুম তৌই - 'নুপী হাযদুনা লোইনবে, লুহোংবগী নুমিৎসু তন্নে, যাম্না থুনা লাকউ।'

ঐ খনফম থোকখিদে। অচৎ-অওক্তা যূমদগী পাউসু মথং মথং চেল্লকই। অসোমদনা ঐগীদি খনগদবা অমা খনখ্রে, লেপকদবা অমদা লেপখ্রে। হৌজিকপু ' থম্মোয কাযবগী ৱানি।

অহন-লমন্না হাযনবিবা নুপী অদো ঐ মশক খঙই। শিলচবদা লাই থাদবগী কুম্মে যেংবদা নুপী অদু উখ্রে। মশক অদুম যেংবা যাই, অদুবু ঐনা খোযদাবা হাযবা অদুমক্তি থোক্তে। অদুগী মথক্তা ঐদি কনাগুম্বী অমদা কাইহৌকদুনা ৱা পীথোখ্রে।

খনবমখৈ খল্লগা যূমগী চিঠিদুগী পাউখুম ওইনা তেনখ্রবা চিঠি অমা ইখ্রে- 'ওক্তবা নচাবু ঙাকপিযু, অহন-লমনগী মায ঙাকপা ঙমজদবা তাবে, ওক্তবা নচানা মবম ওইদুনা কনাগুম্বী নিঙোল ওইবী অমগী খোইজি-খোযখাদা মিহুন তমখ্রে।'

ঐগী চিঠিদুনা যূমলোমদা লাঞ্জাওগী বোম তাবা ওইনা থোকখ্রে। থীন্দনা তাচৌবু থাবকই ইম্ফালদা, ঐবু লৌকনবা। চৎতবা য়াদদুনা ঐ তাচৌগা লোয়ননা যূমদা চৎলে। অসোমদনা লাঞ্জাওনি থোক্লম্লিবদো। ঐবু নুংশিবা অহন-লমন খবনা হায়বদো ঐগী নাকোং যৌবকখি - মখোয়গী অহন-লমনশিংসে ফৎত্তেমা,

মচাগী ব্রা তাদনা হেক্তা ব্রা লোইশিন্নবিসিবু। ঐবু কনখৎনীংবা খবনা অমুক হায - নুপীদো মাগী মরূপ অমগা নুংশিনৈ হায়মাল্লে, মখোয় অনী সিনেমা য়েংমিন্নবা মহাক্লা উকবে হায়। তশেংবদি মখোয়না ভাবনা শাবা ব্রাবীনি তৌনবিবদো।

ঐনা ঐগী চিঠিদা হায়খিবা ব্রাবোল অদো ওইদবনি, লুহোংবা তোক্রবা হেক্তা হায়জিল্লকপনি হায়বদো য়ুমগী অহন-লমন্না খঙই। অদুনা ঐবু থেল্বা যাবা থেল্লে। ঐ কবিমতা চখোক্তে, ফমুংদা কপতুনা লৈবে। অহন-লমনগীসু য়াম্না লুববা মতাংনি। ব্রাদো আ-যৌনা লোইশিন্নকবে। নুপী মযুমগীদি বার্তোন চৎকদগী, মাঙোপ খনগদগী থৌবাং লোইখ্রবনি।

ঐনা ইয়ামক যাদ্রবদুদা পাবোনা য়াম্না মপূক্লিং নুংশিনা হায়বকই - 'ফবে, ঐনা ঐগী ইচাগী পূক্লিংগী ব্রা খঙদনা হায়জিল্লুবনিনা ঐনা হায়দোক্লুবা তাই, মখোয়না ঐবু হাৎলক্লে ফবে তূপলক্লে ফবে।'

অয়ুক চাক-ঈশিং চাদনা হায়দোকপনি হায়দুনা চৎখিবদুনা পাবো নুমিদাং ফাওবা হল্লকখিদে। মহৈ মহৈ কবিনো তৌবিবসিবু হায়না খনফম-লাকফম খঙখিদে, পাখৎনবা অমা যাওখি, পাবোগী মচিংদো মযাম খঙই। তৌবগীদি উচিন্নাচিন্না নুমিদাং ফনা থেংলবা কান্দা পাবো হাল্লকখি কনামতদা কবিমতা হায়দনা চাক-ঈশিংসু চাদনা চুমদ্রিং ফমুংদা কাখৎতুনা তূমিন্না হীপখি। পাবোগী মতৌ খঙনবনিনা কনামতনা কবিমতা হংবা ঙমখিদে। নোংঙাল্লগসু পাবো কবিমতা চাও-থকউ হায়বা যাখিদে, ফমুংদা অদুম হীপ্তুনা লৈখি। ঐসু তৌফম খঙখিদে, খনফম থোকখিদে। ঐনা মবম ওইদুনা তৌবিবা মতৌ অসিদা খল্লু খল্লুবগা ঐগী পূক্লিং অসে য়াম্না নুংশিবকখি, থম্মোয় অসি কায়খি।

নুমিদাং-ব্রাইবম ইতাওগা ব্রা তান্নবে। অদুদগী ঐখোয় অনী চঙদুনা পাবোদা শাংত্রোং শাংনা খুরুম্লে - 'পাবো, নচানা লানখ্রে, য়াম্না লানখ্রে, পাবোবু নচানা য়াম্না ব্রাহনখ্রে, নচাবু ঙাকপিয়ু, অহন-লমনশিংনা হায়বা ইঞ্জবগে।'

পাবো ফন্না কুইনা ব্রা ঙাঙলক্তে। ঐখোয় অনীসু সুকহৈ হৌগৎত্রে। শাংত্রোং শাংনা চৈশু তাবদৌনা তাদুনা লৈবে। মদু উবদা পাবো মপূক্লিং নৌথরক্লমাল্লে, তপ্না তপ্না হায়বকই - 'কৈদৌকনি হৌজিক্তি, ইকায়বা যাবা ইকায়বে, ইপাদি শিবগা চপ মান্নবে, হৌজিক্তি নখোয়না অপাম্বা অদুম তৌবো।'

অহিঙ চুপ্পদুমা খল্লগা নোংঙাল্লগা ঐনা ইপম্বৌদা হায়বে - 'অহন-লমনদা ঐ য়াম্না লঙজখ্রে। ইপম্বৌনা ঐগী ইবান অসি কোক্লবা অমুক্তদি তৌবিয়ু। অহন-লমনশিংনা হায়বা ঐ ইঞ্জবগে। নুপী মযুমদা অমুক্তা চৎপিদুনা ব্রাফম অসি অমুক্তা হায়বিনা তৌবিয়ু, ঐসু ইপম্বৌগী তুংইঞ্জগে, কবিগুম্বা মখোয়না ঐগী ইচিন হংনীংলবদি।'

ইপশ্লৌনা ঐবু যাম্ন লুনা তৌজৈ, ঐ খঙই ঐনা হাযবদা যাবক্তবা তৌবোই। ইবোকখোয তান্নবগা নুংথিল ইপশ্লৌ মাগী কোকযেৎতো যেৎশিল্লগা ইপা-ইচা বামনগব তানা চৎমিন্নবে। ইপশ্লৌনা তুকোদা মচানুপী যাইমা বানীগীদা লৈহৌবে, ঐনা ঐগী মন্দপ ভুবনগীদা চৎলে খেলমাদা। ভুবন খেলমাদা মচেগীদা লৈ, মফমদুদা স্কুলগী ওজা ওইদুনা।

ভুবনগা মচেগদা ৱাবীদো তৌবে। ঙবাং-নহান ফাওবগী থৌদোক-ৱাথোক্তি মখোযসু লোইনা খঙলিবনি, অনৌবা ৱাফম অমা লাক্লিবসিতনি খঙদবা। ঐগী ৱাবীদো তাবগা মচেনা হাযবকই - 'হোয, হাযদুনা অদুক যেংবা হাযদুনি, অদুবু যাবক্কনি হাযবদি থাজদে।'

নোংঙাল্লগা ইচন্নুপী বানীখোযগীদা চৎলে। চঙখিবগা ইপশ্লৌনা হাযবকই - 'মী থাকুবে, অদুবু যাবক্রে। যাবক্রবনিনা কমদৌনি ঐখোযগী ইবাল খবা ফাওবদি কোক্লে। মখোযগীসু ইকাযবা খবদি ফবা যাই, অসুম হাযনা ঐখোয লাক্কুনা অমুক হাযজববে খনবদা।'

ইপা-ইচা যূমদা হল্লকপগা ইবোকখোযদা ইপশ্লৌনা ৱাবীদো তন্লে। শিৎলম্বা নোংলৈ-নুংশিৎ অদো খবা খবা তৌদুনা তপথপ্রে। ঐসু পংশাং শাংথবা তৌদনা ইম্ফাল লাক্লে।

ফনা কুইনা লুহোং-খোংদোংবগী ৱাসে যূমলোমদগী হৌদোক্রবকখিদ্রে। থা খবা মতুংদা ইম্মাশ্লৌনা কাছাড চৎলুবদা ইবোকপু পুদুনা লাকখি। অহন অনী ৱাবী শান্নবদা ঐগী লুহোং-খোংদোংবগী ৱাবীসু মবক মবক্তা যাওবকখি। ইবোক্না হায - 'নখোযসু খবা যেংঙু ইবেম্মা, মণিপুবদগী ওইবসু বেবা লৈতে।'

ইবোক্কী অযাবদো ফংলবনিনা ইম্মাশ্লৌ খ্বাংজেৎ লাকশিন্দুনা চেন্দেতা থাকই। কনাগী মচানুপী থাজবা যাবা লৈ ঈ-পাউ লৌই, মীনা পীবক্কনি খঙদে পীবক্লোই খঙদে পাউ হুৎলি। মাগী মতৌদুদা ব্রেক ফাদ্রবদি অমুক্কা চোপ্পা নংবসু যাই খন্দুনা ঐনা হায - 'ইম্মাশ্লৌ, যাম্না কন্নদি চঙশিনবা তৌবিকনুকো।'

কালেন ছুটি লাক্লে ঐ যূমদা চৎলে। অহন-লমন্না হায - 'হন্দক্তি হোংদবা যাদেকো। অসুম অসুম তৌদুনা হনুগদৌবে।'

নোংমদি চিঠি অমা লাকই। ঐগী মিংদা। ইম্ফাল যৌকবগা কোলেজদগী বি-ডাইবেক্ট তৌবকপনি। তাঞ্জাদুদা ঐ যূমদা লৈতে। ঐখোয খুনগী ডাকঘব অদো ঐখোযগী যূমদা ওই, যূম অনীগী কাবক্তা কা অমা খাজিল্লগা ওফিস ওইবনি। তাচৌনা পোস্ট মাস্টবনি, পিওন্না ঐগা লাইবিক তমিন্নবকপা চা-বাগানগী ইমান্নবা অমনা ওই। ডাক্কী বেগ হাংদোকপগা ঐগী চিঠি অমা যাওবম্বদু মনাক্তা

লেপ্তুনা লৈবম্বা ইচন্নুপী বাধাবানীনা থেংনকুবে। এনভেলপ মথক্তুদা চিঠি থাবকপগী মিংদা উকুবদা হেক হাংদোকপা তৌদনা পাযশিন্দুনা থমজিনগে তৌবদা মনুংদা কবিনো অমা যাওবগুম তৌবি, ফোটো মাল্লি খন্দুনা যেংনীংদুনা চিঠি থাউগী মচীনদো শেগাইকুবদা ফোটোদো মাঙ্গোনগী লৈমাযদা পোপ হেক তাথোকখ্রমাল্লে। মতাংদুদা ইপম্বৌ লাকপগা মতাং চানকদুনা ইপম্বৌনা হংলকই হায - 'কনাগী ফোটোনো ?'

চেনবা যাদদুনা বাধাবানীনা খুমই - 'তামোনা পামই হাযবা লক্ষীপুবগী নুপীদুগীনি।'

ইপম্বৌনা ফোটোদো যেংলগা হায - 'মশক ফজেনা 'সিদি। মমিংদি কবি কৌই ?'

'নন্দবানী'

'মমিংসু ফজে।'

নুমিদাং চাক-ঈশিং লোইবগা শুমাঙদা ফক থাবগা মযাম হৈচিক লাংলিঙৈদা ইপম্বৌনা হাযবদো ঐ লাপ্তক্লা তায - 'বোতোন, অঙাংশিংসে যাববোই, ফোটো-ককা থানবে, হযেংমক চৎলগা হাযনকুবো, যাববদি কালেন ছুটি মনুংসিদা হোঙদোক্লবা।'

ইবোকখোয অহন-লমন পূন্নমকসু যাবে। থীন্দে, নোংঙানবগা পাবো একাগাড়ি থৌদুনা লক্ষীপুব পাংখ্রে। মখোযগী অহন-লমনগা পাবোগদি হান্নদগী কজনা খঙনৈ। খুডা পুন্সিদা পাবোনা ইবাই কৌই, পাবোনা চহীদা খবা হন্নবসু, ইন্দোন বানীদনা ইচে। মসিগী মবমদি ঐখোযগী ইমাদো তোলেনখুন নিঙোলনি, খুডানা লৈকাইগী মবুংনি, মবী-মতাসু খবা খবা থোক্লবা ওইবমাল্লে।



*লুহোংলবা মতুং ঐখোয অনী*

হান্নদগী খঙনববা ৱাফম্নি, নহানমখৈ অহন-মশেন হৌনবী মতুং ইন্না ফাওদোক্লদবগী ৱাতনি। ৱাফমদো হৌদোক্লবদা কবিমতা মদু-অদা হাযনদ্রে। কালেন ছুটি মনুংদা অফবা নুমিৎ অমা যেংলগা হোঙবদা যানবে।

১৯৬৫ গী জুলাই তাং ২দা ঐখোয অনী লুহোংলে।

লুহোংবদা লাকপা ঐখোযবু নুংশিবিবা অহন-লমন্না হাযনৈ হায ওঙ্গোক্লসু চান্নখ্রেদা মখোয অনীসে পিক্তক চেংতক্লদুনা, কনানবু শীল্লক্লিবা।

থীন্দনা কালেন ছুটি লোইশিল্লক্লে। মৌ অনৌবী পুদুনা ঐ ইম্ফালদা লাক্লে। মদ্দপ-মপাংশিং মৌ অনৌবী যেংবা ওইনা চা থকপা লাকই। খবনা ঐখোযনীবু মযূম মযূমদা চা থক্লো লাউ হাযদুনা বার্তোন তৌবকই।

অজ্ঞা নীলবীবগা অজ্ঞা নন্দলালগা হবাওজৈ মখোয অনীনা শীনবা থৌশিল মায পাক্লে হাযদুনা। থাগৎপা হৈবা ওজা নীলকান্তনা অজ্ঞা নীলবীববু থাগৎলি - 'অজ্ঞাদি নুপী থিবিবা ওঙ্গোক্লা হৈবমখ্রেনা।'

(১৭)

১৯৬৫ অসি ঐগী লুহোংবা চহী ওইবতা নত্তনা অতোপ্পা হীবম অমগী ওইনসু থোইদোক্লা নীংশিংনীংঙাইনি। চহী অসিদনি ঐগী ৱাবীমচাগী লাইবিক 'চেনখিদ্রবা ঈচেল' ফোঙবা। মণিপুবি সাহিত্যগী ইতিহাস নৈনবশিংনসু চহী অসি শীংথানীংঙাই ওইবা চহীনি হাযনা হেক হেক পল্লি। মবমদি চহী অসিদা মণিপুবি ৱাবী মচাগী ইতিহাসতা অনৌবা ঈচেল অমা পুবকখিবা অদুগুম্বা ৱাবীমচাগী লাইবিক অহুম থংন-থংননা তাইবং ফাওবকখি। মহাবাজকুমাবী বিনোদিনীগী 'নুঙ্গাইবক্তা চন্দ্রমুখী' অমদি থুমস্থেম প্রকাশকী 'ইচেগী শম' অদুগা ঐগী 'চেনখিদ্রবা ঈচেল'। লাইবিক অহুম অসি হাযবিবা চহী অসিগী অনীশুবা শরুক্তা ফোঙবনি। মসি ঐনা কাউদবগী মবমদি ঐগী লাইবিক অসি ঐনা কালেন ছুটি চৎত্রিঙৈদা ওবিযেন্টল বুক ডিপোগী নোপুবনা ফোঙনবা কন্না হোৎনবনি। অদুবু মদু নল্লিবা বিজয প্রেসনা যাম্না পিকপনিনা থবক কন্না চঙশিনবা ঙমখিদে। কালেন ছুটি মনুংদা মণিপুব তম্পাক ঈশিং কন্না চাউখি। অদুনা কালেন ছুটি হল্লকপদা অনম্বা লামায খবা ঈশিংনা চোৎলম্বা থেংনখি, লামায খবদু অমুক হন্না নম্বা তাখি। অমবু ওইবসু অমবু ওইবসু হীবম কযাদা লাইবিক অহুম অসি মান্নে অমসুং ৱাবীমচাগী ইতিহাসতা অনৌবা যুগ অমগী খোঙথাংনি হাযনা অপাবশিং অমদি নৈনবশিংনা শীংথাবদো তাবদা ঐখোয যাম্না পেঞ্জখি।

চেনখিদ্রবা ঈচেলদা যাওবিবা ৱাবীমচাশিংসি অযাম্বদি 'ঈবা'দা ফোঙখিবনি। ৱাবীমচা অম-নীদি আকাশবাণী ইম্ফালদা পাথোকখিব্রা খল্লি। ইম্ফালদা আকাশবাণীগী স্টেসন হাংবদগী প্রোগ্রাম শীল্লিবা থুমস্থেম প্রকাশনা সাহিত্যগী থৌবম হৌদোকখি। মদুদা পাথোক্লবা ৱাবীমচা কযা ইখি। তৌবগীদি মিনিট তবাদা পাথোক্লবা তেন্না তেন্না ইবা ঙাক্তনি। তুংদদি বেডিওগী মিনিট তবাগী চাংচৎ অসিনা মণিপুবী ৱাবীমচাগী চাংচৎ ওইখি। মণিপুবী সাহিত্যগী খোঙচৎতা থোইদোক্লা ৱাবীমচাগী খোঙচৎতা থুমস্থেম প্রকাশনা লৌখিবা থৌদাং থোইদোক্লা শীংথানীংঙাইনি। বোডিওগী প্রোগ্রামনা তকশিল্লমদ্রবদি ৱাবীমচা অসুক যাম্না ইবমদবসু যাই।

চেনখিদ্রবা ঈচেলগী ৱাবীমচা অমখক্তি ঐনা শিলোংদা লাইবিক তল্লিঙৈদ' ইখিবনি। মদু খবা নাম্থোক-নানশিন তৌবগা ঐনা এম এ তল্লিঙৈদা গৌহাটি মণিপুরী স্টুডেন্টস এসোসিযেসনগী চেফোঙ 'নহাবোল'দা ফোঙননবা পীকই। খুবাইজম ফুলেন্না এডিটবনি। ঐগী ৱাবীমচাদু শৎশৎ পাবগা থাঙ মচীন তুম্বা অমনা চক্ চক্ থিনবদৌনা হাযবকই - ইস লোন্দা পুদা ৱাহৈ-ৱাতাসিদি। মাগী ৱাহৈশিংদো ঐঙোন্দা যাম্না নানা ফাওখি, থৱাযসি নুংঙাইখিদে। কাছাডদা চৎনবিবা লোন্দা-পুদা ৱাহৈ-ৱাতা মবক-মবক্তা যাওবিবদুনি মহাক্না নোক্নবিবদো। ঐঙোন্দদি ৱাহৈ-ৱাতাশিংদো মহৌশা ওইনা অদুম যাওবকখি, থোইদোক্না যাওহনগে হাযদুনা যাওহনবা নত্তে। তুংদসু ৱাবীমচা কযাদা মণিপুরগী ৱাংমদা শীজিন্নবা ৱাহৈ-ৱাতা কযা শীজিন্নখি, ঐনা শীজিন্নগে হাযনা শীজিন্নবদি নত্তে, মশানা অদুম চঙজবকখিবনি ৱাবীগী মফম মতমগী মতুং ইন্না। অহানবা থেংনবদা মণিপুরগী অপাবা কযাদা অবিং-অবাং থোকতবা যাওখিদবা নত্তে, নোক্নবা কবেম-কথাইগী ৱাহৈ খবসু অদুম তাখি। অদুবু তুংদদি তপ্না তপ্না ফবকখি। হৌজিক্তি থোইনা খন্নদ্রে হাযবা যাই। অমাংবনি হাযনা খন্নবম্বা লৈবাংশিংদা সাহিত্যগী মন্দিবদা কৎপা যাবে।

চেনখিদ্রবা ঈচেলগী ৱাবীমচা খবদি খুৎই ওইনা লৈবিঙৈ ঐনা নাগামপালগী কা অমদা লৈবিঙৈদা ওজা নীলকান্তনা মবক মবক্তা পাবখি। নোংমা-ফাদোকসু কমেন্ট মচা অম-নী তৌবম্বা যাওই। নোংমদি 'ৱানোম্বা' হাযবা ৱাবীমচাদুগী মতাংদা হাযবম্বদো নীংশিংলি - 'মসিবু খজিক্তং হেঞ্জিন্দ্রনে।' ঐনা খুমই - 'অসিগুম্বসিবু থোক্তব্রনে ? মসিদগী হেনবা কযাসু থোক্লিবনি।'

'হোযনে, অদুবু মযাম মমাঙদা শাবাক ফাক্তোকপসিবু ।' ওজাদু মখাদি তাবকখিদে।

অজ্ঞা নন্দলালদি ঐগী মেন্সক্রিপ্ট নোংমতা পাখিদে, পাগে হাযনসু তৌখিদে। অদুবু লাইবিক ওইনা থুনা ফোঙনবা মৈচাক ঈনশিনখিবদি মহাক্নি। ফোঙনবা থৌশিনখিবসু মহাক্নি। মহাক নৎলমদ্রবদি ঐনা মতমদুদা লাইবিক ফোঙবা ঙম্বগী ৱা লৈতে। কনাগুম্বা পল্লিশাবগা খঙনবা লৈতে। ওবিযেন্টল বুক ডিপোগী মপূ নোপুব কন্টেক্ট তৌবসু মহাক্ননি। নোপুবগা অজ্ঞাগা যাম্না নক্নবগী মবমদি অজ্ঞাসে মতম অমদা স্কুলগী নোট যাম্না ইবম্মী, মযামদুগী পল্লিশাবনা নোপুব। মখোয অনী মদুদা পৈশা যাম্না তানমিন্নখি হায। তৌবগীদি অজ্ঞা তুংদা নোট ইবা তোকখি, মবমদি অহিঙ তুমদনা নোট ইবদা মশা যাম্না শোকহনখি হায। ঐঙোন্দা হন্না হন্না হায- নঙদি নোট ইগে-কা হাযদুনা কৈদৌঙৈদা খনগনু, পৈশা খবগীদমক হকচাং লল্লোনবীশিংনা মশা যোম্লোকপা অদুম হাযনা খক তৌগনু।

চেনখিদ্রবা ঈচেল ফোঙবগা মাযকৈ কযাদগী ঐ মিংচৎ খবা ফংখি, মীশাসু তাখি। ঐবু মচাদা মচাদৌনা যাম্না লুনা তৌজবা খুডা পুন্সিনা হায, 'ৱাহৈ-ৱাতাসিবু খবা ফজহনবা যাদ্রা ? ৱাহৈ-ৱাতা ফজবগনি মীনা পানীংগদৌবিবা। ডাক্তব কমলগী 'মাধবী'না ফজবিবদো যেংঙুনে, কাউবা যাদবা ফজ-ফজখ্রবা ৱাহৈ-ৱাতা ঙাক্তা ওইবদুননি।'

অজ্ঞা কৌশিনীনা মার্ক্সিস্ট অমগী মিৎযেংদগী মাগী হৌনবী চোপ চোপ যান্থবকই 'নঙসু বুর্জুৱা বাইটব ওইবেনে। নঙোন্দগী ঐ অদুম হাযনা আশা তৌদবনি।'

'ইলিশা অমগী মহাও'না সাহিত্য অকাদেমি মনা ফংবগা পংকুই কুইদনা শ্রীবীবেন ঐখোযগীদা লাকই, থৌওইনা মাগী ৱাখলদা ফাওবকপদো হাযবা লাকপনি, হাযবৈ, - 'ঐদি চেনখিদ্রবা ঈচেলনা হেল্লি হাযবদা লৈ।' মহাক্কী মোত অসি নহাবোল খবগীসু মোতনি।

মথক্তা চাকতিন মৰূপকী ৱা পঞ্জখ্রে। ১৯৬৫ দা ঐ নুপী থিবমদ্রবদি চাকতিন মৰূপকী হবাওবুং অদুদা ঐ চন্নবম্মোই। মবমদি মতাং অসিদনি মৰূপ অসিদা ওযগী লমদাংশিং যাওহনবা হৌবকখিবদো। কবিগুপ্না নুপী থিবমদ্রবা মতাং অদুদা, অদু ওইববদি ঐসে মযামদুগী মবক্তা যাম্না অবিং-অবাং ওইনা থোক্লমগনি, মখোযনা পাখংনি হাযনা তান্থোবক্ত্রবসু ঐ ইশানা খঙনা মৰূপ অদুদগী লাপথোক্লমগনি। অদু ওইবগদি ঐগী যাম্না মাঙজবা হাযবদো ওইবমগনি, সাহিত্যগী মৰূ ওইবশিংগী সঙ্গদগী হাইদোক্লমগনি। অদুবু মদুমক্তি থোকখিদ্রে।

চাকতিন মৰূপকী চাকচা-হৈজানবদা ঐখোয অনী পূন্না যাওবদো ওজা নীলকান্তখোযগী পালিদা ওইবমাল্লে। চাক-ঈশিং লোইবগা ঙাইহাক মযাম ফম্নিবা মতাংদুদা হাযনীংবদা অপনবা লৈতবী ওজা সোনামনিগী তালোই স্না-ইবেম্মা কোমলাস্নানা ফাগি তৌবকই, ' অসিননিদনা ইবুঙো কুঞ্জমোহন্না নহানমখৈ নপী থিদনা লৈবল্লিবসিদি !'

মযাম্না ফাগি-ফবাং তৌনবদা ৱা থোইনা ফেনগন্দবা ওজা নীলকান্তনা ইথা-থাজদনা হাযবকই, 'কদাযদগীনো, কুঞ্জমোহন্না থিবা নত্তে, অজ্ঞা নীলবীবনা থিবিবনি।'

মযাম্না লক্লবিবদুদা মাযনৌ অদুদি মমায ইচপমুক ঙাঙখ্রে। কাছাড়দগী লাকপগা মৰূপ-মপাং খবগীদা চাগী বার্তোন ঙাকপা চৎপদা খঙন-চান্নখিবা মী খবা নুমিৎ অদুদা যাওবমদ্রদি মমায অদু খবা হেন্না ঙাঙলমগনি।

চাকতিন মৰূপতা ফাগিনিদি হাযবগা শ্বাই শ্বাই লাউবা থৌদোক কযা থোকখিবসু যাওখি। ওজা ইবোহলখোযগী পালিদনি। এড্‌ভোকেট আব কে মনিস্না

নুমিৎ অদুদা যাওবখি। যুম্নুনা বার্তোন তৌবদগী লাকপনি। চাকতিন মরূপকী চাকচা-হৈজানবদা যু যাওদে। নুমিৎ অদুদি যুনম নম্বা মী খবা যাওবগুম তৌখি। মনিস্নাদি মযূমদগী হান্ননা খবা পাযদুনা লাকপা মানখি। চাক-ঈশিং লোইবগা মযাম লাঙনবিডে শবক অদুদা মনিস্না ঙাইহাক মাঙলুই, অদুদগী নুপীগী মল্লবা যি অমা পাযবগা চঙলকখি। মদু উবদা ওজা ইবোহলগী নুপীদি লুতোন শাৎখ্রে, মযামদি নোকপদা ব্রাম্থখ্রে। দলান মথক্তা ফৌ না থম্বা নুপীগী অযুক-নুংথিল শীজিন্নবা মোৎলবা ফনেক্কি, নুংশিৎনা হুমথবক দা থেংনকবনি। মযাম্না মাগী মতৌ উবদা পাখৎনবা যাও ব্রাম্থনবা যাও, মনিস্নাদ কবিমতা থৌশাদে। নুপীগী ফনেক নুপানা পাযবা যাদবা খুন্নাইসিদা তৌবিবসে কবিনো ? চখোক খোৎতোকপদা নুপীগী ফনেক ফৌবা উববদি মঙ্গল লৈতে হাযনবিবনি। অদুবু চহী কযামুক মতুংদা বাজকুমাব মনিস্নাদি হাইকোর্টকী চিফ জস্টিস ওইখি।

চাকতিন মরূপকী মপুঙ্গি অসি খবগা হেন্না শাংলমগদবনি কবগুম্বা মসিদা যাওবা মীওইশিংসে সাহিত্যগী মী ঙাক্তা ওইবল্লগদি। সাহিত্যগী মী নত্তবা মরূপ-মপাং কযামুক অসুম অসুম যাওশিল্লকপদগীদি ঐখোযগী হান্না চথবম্বা থৌবমগী মওংদা অকাযবা কযা লাকখি। মী যাম্নবদি 'কৈনো' যামই হাযবদে অচুম্বমক্কি। মেম্বব খবনা হৈনবক্তুনা তোক্লখি, মেম্বব খবনা শবক শংদবদ ... খবনা মশাগী পালি তাবকপদা মতাং চাদদুনা যৈথোকবপা যাওনবকখি।

নুংঙাইতবা থৌদোক অমা থোকখি। মযাম ব্রা-ব্রা লাউনবদে পামজদুনা সবকাবগী ফম হাইফেৎ চাউবা অমা পাযজবা মীশক অমা মরূপ মপাং খবগী খুৎথাংদা চাকতিন মরূপতা যাওবখি। পালি মথং মথং লাকপনি মাগীদসু যৌবকখি। চাক-ঈশিংদো থব্রায যাওনা যাম্না ফজনা থৌবাং তৌবম্মি অদুবু নুপীশিং মথং মথং পুল্লক্লগদি মযাম মুকম মুকম চিবোন চিবোন ঙাঙনবকখি - 'চাক থোংলিবশিং অসিবু বামোন নত্তমাল্লে।' অদুদগী নহানমখৈ খঙনবমদবা ব্রাফম অদো হাযনবকখি - 'মখোযবু মীতৈ মরূপ চঙবা কযাম কুইবগে ?' নুমিৎ অদো নুপী মযাম চাকক্তা ফম্ববুদি ফম্লখি, অদুবু যুম্ন ইকাযদনবা ফম্বা হাযদুনি, চাক-ইনশাংদো খোৎ বগা তোক্লখি। নুমিৎ অদুদগী ঐখোযগী মরূপ অদো চাকতিন মরূপতগী অদুম তোকখ্রে।

নিংথৌখোংজম ওজা তোম্বীনা এম পি ওইবদগীদি নুংশিৎ অফৈবা অমমুক শিংলকখি। থব্রায যাম্না যাওজবম্বনি ওজাদো। অদুবু এম পি ওইবদগী দিল্লিদা অযাম্বা মতমদা লৈখিবনা মাগী পালি তাবকপদা যৈথোক-যৈথোক্তুনা লাকখি। অসুম্না চাকতিন-মরূপকী মমি শাল্লকখি। থব্রায যাওজবা মরূপ মপাং খবনা ভিটামিন কাপ্সা ওইনা অমুক অনীবক চাক শীনখি, অদুবু মদুনা লাযেংবমক্তি ঙমখিদে।

ইম্মাম্বৌগী মচানুপা যাইমা তাদো চন্দ্রসিং আসাম বেপাব চৎলি। অহানবদদি অহন অমগী মতুং ইল্লম্মনি, খবা মতুংদদি মতোমতা চৎপা ঙম্লকখি। মণিপুবগী ইযোংদা শাবা ফি ঙাক্তনি পুবিবদো, চাউববা মযোম অম-মম্নি। দুর্গা পূজাগী মতমদদি মযোম খবা হেন্না চাউই। গোলাঘাট যোবহাট মাযকৈ অদোমদা ওইবমাল্লে চৎলিবদো। পংকুই কুইনা লৈবক্তে, থা-মখাযমুক লৈবগা হল্লকই। অদুদগী থা-মখাযমুক যৃমদা লৈদুনা ফি তিক্লগা অমুক চৎখি। যাম্না কান্নে, লুপাদা লুপা নাপ্পি হায।

তাদো চন্দ্রসিং যাম্না কৃপ্না চৎলি। হিসাব চেন্নবা যাদে। অদুনা ওইবা তাই মতম খবগী মনুংদা নুপী-অঙাংগী লিক-কোন বন্ধান থমখিবদো তপ্না তপ্না লোইনা হন্দোকপা ঙমখিবা, অদুতা নত্তনা লৌ-ঈংখোল খবসু লেপশিনবা ঙমখি। তৌবগীদি লৌ-ঈংখোল মতমদুদা যাম্না হোংলি। ঐঙোন্দা হায - 'ইবুঙো, নঙবু তোলোপ কযা যংবগে, তোলোব মতাদুনা মী ওইবা ৱাগনি, মী ওইগে হাযববদি কাববাব তৌ, কাববাব তৌগদবনি। উবেদনা কস্তুবীখোযনা পাযবিবা পৈশাসে।'

ইম্মাম্বৌগা মাগা মখোয অনীনা হাযবদগী তোলোবগী মথক্তা পৈশা খবা থোক্লবা ঐসু ফিগী কাববাব তৌবা হৌই। ঐগীনা যৃমলোমদা থাবনি প্লেনদা বুক তৌবগা। মাগী আসামলোমদা পুগদবা ফিগা ঐনা যৃমলোমদা থাগদবা ফিগা মখল খেন্নৈ। মাগীনা আসামীশিংনা শীজিন্নগদবা ফি মখলনি - মেখলা-চাদব, বিহা অসিনচিংবা, ঐগীনা মৈতৈশিংনা শীজিন্নবা ফি - ফনেক, খুদৈ, ইন্নফি, বেড-কভাব অসিনচিংবা। মতমদুদা নুপীমচাশিংনা শীজিন্নবা ফনেক-ইন্নফি যাম্না চৎলম্মী, মচু মচুগী - থবো অঙাংবা, যেলম্নু, তিলহৌ মচু, পিঙ্ক মচু, সাধনা, হেমা মালিনী - মচু কযানি কাউবু কাউখ্রে কুইমন্দুনা। হৌজিক্তি পুংমাঙ মাঙখ্রে, ফনেকসু সিঙ্ককী শেৎনখ্রে, ইন্নফিসু ইন্নখিদ্রে, বেড-কভাবসু মপান্দগী লাকপা মিলগী ফিনা শিনখ্রে।

অহানবদদি ফি তিকপদো তাদোগা চৎমিন্নবম্মী, খবা লৈবগদি ইতোমতা চৎলক্লে। ঐনা তিল্লকপা ফিশিংদো যূমদা যৌবকপগা মখোযদা যেংহল্লি।

তাদোনা হায - 'নঙগীসে ফদি ফবে হাযববু মমলদি খবা হেঞ্জিল্লন্নে। ফিযোনবীশিংদা মমল হুনবদা ইকাইবোইদবনি, মখায-সিকিতং ওইবসু তাহনবদা মযামদুনা পূনশিল্লগদি কযাম যামখ্রবা পৈশানো যেংঙুনে। নহান কস্তুবীগী হনুবদুনা ফৌ তকপগী অতকমল পৈশা তবাতং তাবিযু হ্ন্নবা যাদ্রিদুনি। মাবৱাবিনা ইনাক খুল্লিবসে পৈশা অমা ফাওবা লাযথোক্তবদগীনি, খঙলেদনা।'

খবনি মমাঙদা ঐখোয অনী কস্তুবীগী মিলদগা ফৌ তকপা লৌবা চৎলুই। 'অতকমল অদো শুফাৎত্রে, পৈশা তবাতং তাবিযু' হাযনা তাদোনা হায। পোক্লা পূমঙৌ ঙৌববা হনুবা অদুনা হাযবকই - 'যাবোই পৈশা অমা ফাওবা তাবা যাবোই, পৈশা অমা ৱাৎপদা লুপা অমা শাবা যাব্রনে।'

মতম অদু যূম যূমদা শূক-শূমনদা ফৌ শুনবা মতাংনি। ঐখোযগী ইতৈমখোযসু চক্রিদা ফৌদো কাবক-কাবক হান্না তকথোক্লগা শুমনদা শুবিবনি। কবিগুস্বা তাঞা চাদবা মতাংদা নোংফাদোক মিলদা তকহনবগী ৱাৰ্তনি। কাছাড়দদি দেঙ্গিদা শুনবা মতাংনি।

মাবৱাবিগী মন্ত্র অদো তাদো খক কাউদে। মখোযগী মতৌ তমদুনা মহাকসু আনা-সিকি ফাওবা কদাযদা চৎখিগদগে হাযবা যাম্লা চেকশিঞ্জবা মীশাক্লি। অদবু মাবৱাবিমক্তি নত্তবনিনা মৈতৈগী শাজৎতো মবক মবক্তা মথি ফোংলকই। চূকপ-বেবী ফজনা থকই, মসিনি মাগী মরু ওইবা নিশা, মসিদগীসু হেন্দুক্তুনা নোংফাদোক, মথৱায নুংঙাইদুনা তৌবিব্রা নুংঙাইতদুনা তৌবিব্রা খঙদে, হাইবং হাইবং তৌদুনা হল্লকপা যাওই। নুমিৎ অদুদি কুশ্মৈনি, মতৈমগী মনঙ্গল অদু লৈযে থাফম অদুমঙাই। মখুৎতা নত্তনা মচীনসু লেপ্লে, - 'মসিনা যূম পুবা হৈতবদগী ঐ মী ওইবা ঙমদ্রবনি।' উপায লৈজদবী ইতৈমদো কপ্লতনা মশিঞ্জাং ওইজখি।

ঐনা ফিগী কাববাব তৌবিবনি হাযদুনা তৌবিবদো শেন্দোংগীদি মথোং-মবম খঙপোৎ নত্তে। ·াবোদা শেন্দোং কযাম ফংই হাযনা কবম্লা হংলুগনি। যূমলোমদসু পংকান কান্নববুদি নত্তে, খঙন-চানবা মবী-মতাদা কবম্লা মস্তিক্লকগনি, শোৎখিদুনা পৈশা পিশল্লক্তবসু কোঙ্গাইনি। ঐসু ফিবোলশিংদো পংযাম যাম্লা থাববুদি নত্তে, যাম্লা তোযনা থাবসু নত্তে। হবাওকুম্মৈ মতমদা - যাউশঙদা দুর্গাপূজাদা কাংগী মতমদা অদুগা লুহোং-পাম্থাদা খবা খবা থাবদুমঙাই। মবক মবক্তা লংসু থায। মণিপুবদা শঙবা লং মচুগা কাছাড়দা শঙবা মচুগা যাম্লা খেন্নৈ, মণিপুবগীদো ফসু ফজৈ চেৎসু চেৎলি।

কাববাব অসি নুপী থিদ্রিঙৈদগী তৌবদুনা নুপী থিববফাও অদুম চথে। ফিগী মমল অদো চম্মম্নদনবা লুহোংলবা মতুংদদি ফিজিনগী মচী অমদা মমল অদো ববাব স্টাম্প যৈদুনা থাখি। ঐখোয অনী শুববনিনা থবক অদু তৌবদা মতম থোইনা চঙখিদে। হিসাবসু মঙোন্দা শীন্নদুনা শৃহল্লে।

১৯৬৬ কী সেপ্টেম্বব লোইবকপদা ইচানুপী অহন সুনন্দা ঐখোযগী তাইবংদা লাকখি। ঐখোয অনীতা নত্তনা অহন-লমনশিংসু হবাওবনা মবাঙ হৌনখি। খুডাগা ইন্দোনগা অঙাং উনগদবা নীনি-হুম্নি মমাঙদা লাকখি। ইন্দোন বানীদি মচা পোকচদে, অদুনা মৌপ্পা অহল কোনসম নন্দকিশোবনা পোকপা মচানুপী অহনসে মচা শক্তুনা মহাক্না নাউকোল্লকখি, থাজ-যোঙ্গবসু মহাক্না তৌবকপনি।

নুপীগীদি অঙাং উন্নবা হাযবসি যাম্না লুবা তাংফম অমনি, অদুগী মথক্তা অহানবনি অঙাং উন্নগদৌবিবসি, অদুনা ডাক্তবদা পোক্লবা ঐখোয খন্নে। হেক মীবোনবদগী ডাক্তবদা তোযনা চৎতুনা চেক-অপসু তৌহল্লকখিবনি। অদুবু অযুক অদু নাউযেকপা হৌবকপদা লৈকাইগী ইমা-ইন্দোনশিংনা ডাক্তবদা পুদ্রসু যানি, গন্ধাসিং পোকহনসি হাযবদগী ডাক্তবদা পুখৎত্রে। গন্ধাসিং হাযবিবা অহনসে অঙাং পোকপা হৈবদা লৈকাইদা ফাওবিবনি। মযাম্না হাযবদুদা ঐখোযসু যাদবা ঙমদ্রে। লৈকাইগী ইমা-ইবেলগী ৱাসু তাদবা যাদে। নুংশাদি থীখি।

মতাং অদু নোং লীশাং শিংনা থিৎলি থিৎলি তাখি, যাম্নসু ঈংখি। মৈনীং কৃল্লিবী মমা-মচাদু নাদনবা চেকশিল্লুকো হাযবদগী ডাক্তব কৌদুনা হিদাক-লাংথক কাপ্পনচিংবা তৌখি। ঐখোযগী লাইবক ফবা হাযগদ্রা মতাং অদু ঙা যাম্না থোকখি। খুডানা নুমিদাং-ৱাইবম খুদিং কৈথেলদা চৎখি, চাউব-চাউববা উকাবী ফজ-ফজবদো লৈদুনা পুবকখি যাইবগা চাবোকপী পীজনবা। ঙমু লৈবৌ পীজবগবু চাবোকপীগী মশা হঙ্গৎপা যাব্রা, হাযবসি খুডাগী থাজবীনি। ঐখোয অহনশিং চানবসু নুমিৎ খুদিংগীনি খুডানা পেঙবা লৈবক্লিবা। খুডা পুন্সি ঙা চাবা যাম্না পামজে, ঙা চাবদা লক্ষীপুবদতা নত্তনা মণিপুবগী মরূপ-মপাংশিংনা ফাওবা বাবীনবিবনি। ঙা মথেল অমত্তা নত্তে, মথেল অনীহুমম্নি নোংমদা চাবিবা।

অদুবু মখোয অনীনা ঐখোযগী লুহোংবা মতুংদা অহানবা ওইনা ঐখোযবু যেংবা লাকপগী মতাংদুমদি ফনা ৱাখি, খ্বাইবম্বন কৈথেলদা ঙমু ফাওবা মবাঙ কাযনা ফংদবা। মতম অদু ঙা যোক্লবগী ঈবাংসে পংলৈ লৈনদ্রি, পাৎ-তুবেলদগী ফংবা খবদুতনি। পাৎ-তুবেলদা ঙা ফাদবা মতমদদি কৈথেল হাহাকাবনি। মপাম্রোমদগী ঙাসু কুইনা থম্বা যাদবনিনা কালেনথাদা পংপু পুশিল্লক্তে, নিংথমথাদদি খবা খবা পুশিল্লকই।

ঐখোয অনীনা কুপ্পসিসু ফনা শাথীনদি কুপ্পি। খুডাগা ইন্দোনগা লৈবিঙৈদুদি কৈথেলদগী চেঙ ৱান্দুনা চায। মখোয চৎখিবগা ঐখোয বেশনগী চেঙ চাবা অদুম হৌই। ১৯৬৫ গী চাকতাঙ ঈহৌগী থৌদোক মতুংদসু মণিপুরদা ফৌ-চেঙ ফজনা তাওখি, অদুনা মপান্দগী পুশিল্লকপা বেশনগী চেঙনা অৱাৎপা মেন্নবা হোৎনখি। কৈথেলগী চেঙগা বেশনগী চেঙগা মমল যাম্না খেন্নে। তৌবগীদি বেশনগী চেঙদো মমল খবা হোঙজবগী ৱাতনি, চাবদদি লোইবে - কোকফাই কাবা সুজা নম্বা নুংকুপ যাওবা বেশনগী চেঙদো।

মতম খবা মতুংদা তাচৌগীসু তাদো চন্দ্রসিংগীসু মচা যামখৎলকই, ঐগীসু ইচাদো চাউখৎলকখি। যূম চিনশিল্লকখি, চিনখৎলকপগী নুংঙাইতবদো ফাওনবকখি। ঐখোয অনী তানৈ কদাযদনো ৱাযবগা হোংদোকখ্রসি।

ঐখোয যূম ভাডা থিবি তাবদা থোংগ্রামগী ইনে কেতুকীনা মখোযগীদা লৈবো লাউ হাযবকই। মমাগা মচানুপীগতনি লৈবিবা, যূম্না পিক্তক তৌবা অনীনি। লৈবক মচীন্দনি, লমজাও মপান্দা। লমজাও মপানগীদুদা ঐখোযবু লৈম্নু হাযবে, মখোয মমা-মচানা লৈগদৌবিবদুনা মনুং থংবদুদনি, তৌবগীদি শাইজিনগা শাইজিগা লোন্নবনি।

ইনে কেতুকীখোযগীদা ঐখোয হোংজিল্লে। ইস্কান্থৌখোযগীদুগা লাপ্নদে, ইংখোল লোন্নবনি। অদুনা অতোপ্পা মফম অমদা চৎপগী ইনৌ নৌনা ৱাখল ফাওবদুদি তৌদ্রে। থোংগ্রামগী ইংখোল অদুদা ইমুং অনীতনি লৈবিবা, মচীন-মনাওনি। ইনে কেতুকীদি যাম্না নহা ওইনা লুখ্রা ওইহৌই হায। মতৈ অহন খুডা মান্যনা যেংশিন্দুনা লাকখিবনি। খুডা মান্য প্রাইমাবীগী ওজা ওই, শন মপী অনীহুম লোই। লৌসু ওক্লবা লৈমাল্লে, ইমুং অনীগী পূন্না ফৌ ফনা যাম্না কায। অদুনা ইমুং অনীমক শেনথুমগী অৱাবা লৈতে। খুডা মান্য যাম্না ঈং-তপ্পি, যাম্না ফৈ। মহাক্কী নুপী ইন্দোন সনাহনবীসু ইন্দোন কেতুকীদৌনা যানা ফৈ। মখোযগীদি মচা যাম্মি -নুপা অহুমগা নুপী মবিগনি। ইংখোল অদু মখোযতনিনা নুংঙাইনা লৈজৈ, মদুদা ঐখোয যাওশিল্লুবদুদি নহানমখৈ অৱাৎপা খবা লৈবম্বদো মেনশিনবগুম থোকখ্রে। ঐখোযসু ইযূম্মক্তদা লৈবদৌনা তৌখ্রে। লাইবক ফৈ হাযবা তাই। খজিক্তং ঙমদবা যাওবদা মখোযনা যেংশিনবি।

ঐখোযগী অনীশুবা অঙাং সুদীপ থোংগ্রামগী ইংখোলদা পোকখি। ইচানুপাসিনা থা অনীহুম শুবকপগী অদুৱাইদা ঐ পেবাটাইফোইদনা কন্না নাখি। ফমদা তাদুনা লৈখি, ইতোমতা যাওন-যাতাবা ঙমখিদে। মপান-ইপান থোকপা খোঙখুৎ হাম্বা ফাওবা ফমুংদা ইনে অনীনা কোনখৎলগা হোৎনবিখি। ঐবু মচাদ-

মচাদৌনা ফমশেন্নবিখি। লোংনা অদুম হিপ্পুনা লৈবদগী নঙ্গন অসি শাথীনা চফাৎখি। অদুবু থোঙ্গ্রামগী মযামদুনা, মক্ক ওইনা ইন্দোন অনীনা ঐবু শেন্নবিখিবা অদুদি পুন্সিসিমা কাউবা ঙম্লোই। ঐগী ফিভমদু উবদা মখোয় অনী মথৱায যাম্না ৱাখি, মখোয় অনী তৃমিন্না ঙাওনখি হায - মাগীসিবু মপাগা মচাগা শিন্নবা হাযবদো ওইদৌবিব্রা '' ঐগী ফিভম অদু অদুক শাথীনা ফৎখিদ্রবনি।

ডাক্তব যেংহন্দববুদি নত্তে। নাবা হৌবকপগী অদুৱাইদা ডাক্তব গফব কৌকই। মহাক মতম অদুদা মমিং যাম্না চৎলি, মণিপুব মচাদা এম দি অহানবশিংগী মনুংদা অমনি। মৈতৈপাঙলনি মহাক, হাকিজ হত্তাগীনি, অঙাং ওইবিঙৈদগী মপান্দা লাইবিক তমদুনা লৈবকপনা মৈতৈবোল ঙাঙবদা খবা ৱায, লোন খোইবপ তৌই। অনীবক-অহুম্লক মহাক লাক্লম্মী, হিদাকসু কাপ্লম্মী। অদুবু মহাক্কী হিদাকসে কনমল্লি হাযদুনা মহাকপু মখা তানা কৌকদ্রে।

ঐবু নোংমগী লেপ্পুনা যেংবা লাকখিবা ডাক্তব অমনা নাম্রমগী তামো সুকুমাবনি। ঐনা লৈবিবদুগা মখোযগী যূমগা নক্লবনিনা মহাক্লা ওফিস কাবকপা অমসুং কৃম্লকপা খুদিং ঐবু যেংলম্মী। ফুলস্কেপ চে অমা লৌবগা মদুদা হিদাক পবেং অমা ইথগনি, অদুদগী মসি ফবা ৱাৎলি, মসিনা কনমল্লি হাযদুনা মথং মথং লোইনা ককথৎলমগনি। মথং অমুক লাকপদসু হাযবিবা মওংসি অমুক হনগনি। মযাম্না ফাগি-ফবাং ওই কবি ওই হাযনবা তাখি - ডাক্তব সুকুমাবদি ডাক্তবগী মবম নত্তনা অতৈদি লোইনা খঙবনি।

ঐবু তোযনা লাক্লুনা যেংবিবকখিবা ডাক্তব অমনা উবিপোক্কী থিযাম ডাক্তব ইবোচৌবনি। মহাক্তি মহাক মতোমতা লাক্তে, কম্পাউণ্ডব অম-নী লোযনবকই, হিদাক-নুংথাক কাপ্পবা। ডাক্তব ইবোচৌবা খুডা পুন্সিখোযগীদি মবী-মতা থোকই। মহাক্লা লৌবা ইন্দোনবেম্মদো খুডা পুন্সিখোযগী কৈশামপাৎকী কৈশাম নিঙোলনি। জিবিদা পোস্টিং তাবিঙৈদা খুডাখোযগীদা মতম অযাম্বা লৈবর্কখি। অদুনা ঐখোযগী অৱাৎ-অপা, অৱা-অনাদা খুডাইবুঙো ডাক্তবনা তোযনা যেংশির্নবিবখি।

ঐখোযগী লাইবক ফবা অমনা, অঙাং পোকপা খুদিংগী যূমলোমদগী ইচন-ইচাশিং অদুগা নুপী মপামলোমদগী মনাওনুপীশিং শিন্ন-শিন্নদুনা লাল্লগা অঙাং শেন্নবদা যাওবখি। মখোযনা ঐখোযগী কাউববোইদবা মতেঙ ওইবখি।

(১৯)

মণিপুবদা লৈবা চহী তকুক-তবেৎ ফাজিল্লক্লে, কাছাড়দা হন্দুনা থবক-থানা অমা তৌকুবগী মমি শামজিল্লক্লে, নুপী অঙাংসু লৈবে। ফিভম অদুদা মৰুপ-মপাং মবী-মতাশিংনা পাউতাক পীবি - 'ইংখোল অমা লৈশিল্লো কযা কুইনা মীগীদা শাইদাংদুনা লৈগনি। হযেং কাছাড়দা হন্নীংলগসু যোম্বোক্লম্বা যাইদনা।'

ঐবু নুংশিবিদুনা পীবিবা পাউতাক ঙাক্তনি। খুড়া পুঙ্গিনসু মবক মবক্তা হায - 'মণিপুব হাযবসিদি লৈবদা নুংঙাইখ্রবা মফম্নি। অসিদা থবক তৌববনিনা নশাগী যুম-ইংখোল অমা লৈবগদি অমুক্কা হেন্না নুংঙাইগদৌবিবনি।'

ঐসু লৈনীংদবদি নত্তে, অদুবু কদাযদগী শেন্না লৈগদৌবিবনো ' শেন লৈতে হাযবা মযাম্না খঙদে, ঐনসু হাযদোক্তে। মৰুপ-মপাংশিং অমদি মবী-মতাশিংনা মবক মবক্তা পাউ পুবকই - 'মফম অদুদা অদাদা ইংখোল অমা যোল্লি, লৈহৌবো। খবা লৈবগদি মওং চাবা ইংখোল লৈবা ফংলোইকো, মমলসু অঙকপা ফংনা তাঙখৎলক্কদৌবিবনি।'

মখোযনদি নুংশিবিদুনা হাযববিবা, শেন লৈতবা ঐঙোন্দদি মপাঙ্গল শোনবা মীদা লমজেল তান্নবা যাও হাযবগুম থোক্লে। মখোযনা পুবিদুনা কবি কবিগুম্বদা ইংখোল যেংবা চৎলুই, ঐগী ইতৌদো উবগা শেল পাযদে হাযবা খঙমাল্লে, খোল কন্না কবেম্নবকপসু যাওবকই - 'লৈসু লৈবোইদবদা কবি কান্নবা ?' ঐগী ইমাঙমক্তুদা হাযববুদি নত্তে, ঐগী ইতুংদা ঐবু তাননবা হাযবনি। তশেংবমকসু লৈগে হাযবা চপ যুংবা ব্রাখল অমগা লোযননা ইংখোল যেংবা হাযবদুদি নত্তে ঐনা তৌবিদো। খল্লুবদা ঐ ইতোমতা ইকাযজৈ।

মতাং অদুব্রাইদা ইথা-থাজদনা হাইফেৎ চাউববা শেনফম অমা ঐঙোন্দা যৌবকখি। চিঠিখেলাদা ফাওবমক্তি নত্তে, চিঠিখেলাদা ফাওগুম্বনি।

নোংমা সবাংথেম তামো ববমনি লাকই। চুম্না কোযবক্লিবোই নীংঙুই, অদুগদি ইথা-থাজদনা হাযবকই - 'স্কুলগী টেক্সবুক খবা ইসিনে, ঐখোয ফোঙনবা তৌগে।'

কদোমদগী তৌবক্লিবনো খণ্ডদে। সবকাবগী লোইশঙদা সিভিল সপ্লাইদা ওইবমাল্লে মহাক্লা থবক তৌবিবদো, অদুগা টেক্সবুক ইবগী ঈবাংসিনা মঙোন্দা কবম হাযনা থেংলবিবনো খঙদে। হোয, মহাক সাহিত্যগা মবী লৈনদবা মীশকপুদি নত্তে, অবিবা সাহিত্যগা মবী লৈনবা মীশক ওইনা মহাকপু লৈবাক্লা খঙই।

ৱাবীদো মখা তাথবকই। মহাক্লা ও কে স্টোবগী পার্টনাব ওইবম্বা পোৎশংবম কুলচন্দ্রগা অনী পূন্দুনা বি কে স্টোব হাযবা লাইবিক ফোংনবা অমদি যোন্নবা দুকান অমা হাংলে পাউনা বাজাবদা, লোযননা লাইবিক নম্মবা প্রেস অমসু।

নোংমতা থল্লুদবা ৱাখলনি। কাইহৌববনিনা ৱাখলদো যাকাইবক্লে। খল্লে লাইবক যেংলগে। মহাক্লা হাযবম্বা মতম অদুগী মনুংদা ক্লাশ সিক্স সেভেন অমসুং এইটকী মণিপুবী সাহিত্যগী মেন্সক্রিপ্ত অহুম মঙোন্দা খুৎশিন্নখ্রে। তাঞ্জা চাক্বা হাযগদ্রা লাইবিক অহুম্মক মবী লৈনবা এডুকেসন ডিপার্টমেন্টনা তম্মনবা থল্লক্লে। বি কে স্টোবগী ওইনদি পূন্না লাইবিক ফনা যামই থল্লকখিবদো তোঙান তোঙানবা সবজেক্ট কযাদা। মতম অদুদা মণিপুব পূম্নগী ওইনা তম্মনবা লাইবিকসি ক্লাশ খুদিংগী অম-মমতা খনবনিনা বি কে স্টোবগীদি অচৌবা শেন্ফু অমা থেংনবদৌনা থোকখি। মখোযগী লাইবিক ইবিবশিংদনা শেঙ্গাও মচা অম-মম থুংবিখি। লিশিং মঙাবোম যাওবা শেঙ্গাওনি ঐঙোন্দা পীবিবকখিবদো। ইথা-থাজদনা ফংবা শেনফমনি। ঐ কযাদা হবাওখি। শেনফম অদু ফংবগা মতাং চানবদুনা ঐনা হৌজিক লৈবিবা উবিপোক যাম্নেম লৈকাইদা লৈবা ইংখোল অসি লৈবা ঙমখি। তৌবগীদি অহিঙ কযা মিশেন খাঙদুনা কৈথেল নংনবা নোট কযা ইবদা ফংলকপা শেনফম খবসু মদুদা যাওখি।

মসি খঙলকপদনি নোংমা অজ্ঞা নন্দলালনা চৈখিবদো - 'হাই কে এম (ঐবু নুংশিনা শম্মা কে এম কৌই), কবিনো নঙনা তৌবিদো ? ফজ-ফজবা ৱাবীমচা নোভেলনচিংবা ইগে হাযদি লৈতদুনা নোট ইদুনা মতম মাঙহল্লিবা কবিগীনো ? শেন খবগীদমক ওক্তবীদৌনা নশাদো যোম্থোক্লিবা কবিগীনো ?' অদুদগী মশাগী মবমদা মখা অমুক তাবকই - 'ঐসু শেন খবগীদমক নোট ইদুনা মতম কযা মাঙহনখি, হাকচাংসু কেমহনখি।'

অজ্ঞা নন্দলাল তোম্বীম্না স্কুলদা লৈবিঙৈদা স্কুলগী নোটবুক যাম্না ইবম্মী হায। নাথ এণ্ড কোংগী নোপুবনা পৈশা পীব-পীবগা ইহনখিবনি। নাথ এণ্ড কোং হাযবিবসিগী প্রোপ্রাইটব অনীনি - নোপুবগা থানিলগা। তুংদা মখোয অনী খাইদোক্লখি, অমনা ওবিযেন্টল বুক ডিপো অদুগা অমনা

স্টুডেন্ট্স্ এস্পোবিয়ম হায়দুনা। মখোয অনী থাইদোক্লবগী মতাং অসিদনি অজ্ঞা নন্দলালনা নোপুবগা ঐগা খঙনহন্দুনা ঐগী ৱাবী মচাগী অহানবা লাইবিক 'চেনখিদ্রবা ঈচেল' মহাকপু ফোঙহনখিবদো। ঐনা বি কে স্টোবগী টেক্সবুক খবা অমদি নোটবুক খবা ইবদুদা নোপুবনা ঐবু ৱাবৌখি। মঙোন্দা ফোঙবিযু হাযবমদে'সিনি। ঐনা হায়, 'মখোযনা ঐঙোন্দা হাযববদগী ইবনি, মখোয়দা ঐনা ফোঙবিযু হাযকবা লৈতে।' অদুবু ঐগী পাউখুমদুনা মাবু পেলহনবা ঙমখিদে। মতাং অসিদগী মাগা ঐগা থৌগাক নাইনখি। ঐ নুংঙাইখিদে।

হোয, অজ্ঞা নন্দলালনদি ওক্তবীগী শিনফমদো থাদোক্লবা ঐবু মনাওতা-মনাওদৌনা তোযনা ঙাঙই। অদুবু ঐ শিনফম অদু থাদোকপদি ঙমখিদে, মবমদি শেনগী লীচিংনি। শেন খবা তান্দবা যাদে, যূম মচা অমতং ওইবসু শাদবা যাদে। মীগীদা শাইদাংদুনা কযাম কুইনা লৈগনি! যূম শাবা হাযবসি শেন খজিক-খবাক চঙগদবা নত্তে। হাযনবিবদুনি, মীসে ৱাহল্লগে খল্লবদি যূম শাউ হাযদুনা ঈনশিল্লু।

মতম খবা মতুমদা বাজস্টোবগী অজ্ঞা কেতুকী লাক্তুনা কাইহৌবে - 'টেক্সবুক খবগমুক কৌবি, হন্দক্তি ঐগী খবা ইবিদবা যাদে, খল্লক্লবা হোৎনবদুদি ঐগী দাযনি।'

ঐনা মঙোন্দা শেংনা হায - 'ঐগীদি হান্ননা টেক্সবুক খবা তম্লবি। হৌজিক অমুক ঐগী মিংদা থাগৎলদি ঐগী ঙাক্তা ঙাযখ্রনি। মীনা যেংবদা ফজদে। ইযু হাযবগনা অতোপ্পা মিংদা ইগে।'

'যাই কৈসু কাযদে।'

অসুম হাযনা ক্লাস এ অমদি বি গী লাইবিক অনী ইনাওনুপাগা অমদি ঐগী নুপীগী মিংদা, ক্লাশ ৱানগী সাহিত্যনা ঐগী মিংদা অদুগা ক্লাশ সেভেনগী বেপিড বিদব ওইনা 'মালেমগী মঙাল' কৌবা অমা ইনাওনুপীগী মিংদা থাগৎখি। অজ্ঞা কেতুকীদো কবি মন্ত্র হৈবনো খঙদে, লাইবিকশিংদো লোইনা খল্লকখি। অদুবু বি কে স্টোবনা অহানমক্তদা ফজববা শেঞ্জাও অমা ঐঙোন্দা পীখিবা অদুম হাযনা বাজ স্টোবনা পীবদি তৌখিদে। মচিৎ মচিৎ খবা খবদি ফংহনখি। বি কে স্টোবসু মতুংদদি মখোযনা থোকপা খবা পী খবা পীদা হিসাব মথোঙ-মবম খঙহনখিদে। কাববাব তৌবশিংসে অসুম্না লোইনমক তৌত্রা খঙদে। ঐতা নত্তনা লাইবিক অতৈ ইবশিংসু মথৱায নুংঙাইতবা ফনা য়াম্না যাওনখি।

লক্ষীপুবদগী খুড়া পুন্সিনা যূম শানবা মিস্ত্রী অনীগা জুগালী অমগা পুদুনা থুংলবা মতমদদি ঐ শেন খবদি পাযবে। অদুবু মদুনা যূম শাবা কোন্নবগী ৱাদি নত্তে। ঐ কোক শাই। অমুকসু খন্দোকই, খুড়ানা থোকপা মবাইনা তৌজনি। খুড়াদি যূম শাবগী থবক অসি তৌমন্দুনা য়াম্না খঙই, য়াম্নসু চেকশিল্লি, অবেম্বদা

মচাক কবিমতা মাঙহন্দনা শেন যাবিমখৈ চঙহন্দবা হৈ। পুবক্লিবা মিস্ত্রী অনীদু লক্ষীপুব খুমনগীনি, মহাক্কী চহী চুপ্পগী খুৎফানি। অদুনা ঐ থোক থোকপা লাক্কনি খন্দোল্লে।

নিংথমথা খবা খবা চঙলক্লে মতমদো। ইংখোলনুংদুদা খোলা অমা শাবগা মিস্ত্রীশিংদু লৈহল্লে। কৈশামপাৎতা লৈবা খুড়াখোযগী মবীমতা থোকপা অমদগী থবক হৌবা যাননবা চেক খবা লৌকবে। কাঞ্চিপুরদা চৎলগা উগী কাবখানা অমদা চঙগদবা উ পূম্নমক মখল মখল কযাগী সাইজনচিংবা হিসাব ফজনা তৌবগা শীংলুবে, উশিংদো খাংগ্রা ঙাক্তনি। কাবখানা অদুগী ম্যানেজব অদু খুডাগদি যাম্না লুনা তিন্নবা মব্দপনি। মহাক্লা ফোবেস্ট ওফিসাব ওইবিঙৈদা জিবিদা কুইনা পোস্টিং তাবম্মী, লক্ষীপুবদা তোযনা তোযনা লাক্লম্মী, খুডাখোযগীদা মযুমদৌনা লৈবম্মী। মমিং ঙাইবম্নম শামু কৌই। ময়াম্না ফোবেস্টকী শামু হাযবগা খঙনৈ। মিংগা থবক মফমগা চানকবা হাযদুনি।

খুডাইবুঙো ঙাইবাংবম শামুদগী অচংবা উ পূম্নমক শোৎলে, উশিংদু গাডিদা হাপ্লগা থীন্দনা মহাক্লা থিনবিবক্লে। ঐঙোন্দা কবিমতা চেপ্থোক-চেনশিনগী মথৌ তাহনখিদ্রে। শেনথুমগী অব্রাবসু নংহন্দ্রে। খূদক খূদক্তা শেন পীদুনা ঐনা লৈবা হাযববু নূং খবগা লৈঙোই খবগা সিমেন্ট বেগ খবা লৈবা অদুতং মঙাইবে। শাবিবদো জিংঘনা কুপ্পা আসাম টাইপনিনা নূং-লৈঙোই-সিমেন্টপুদি থোইনা চঙদে।

অযুক খুদিংগী খুডা চা চখোম অমা থক্লগা যূম শাফমদা হেক্তা চৎখি, চাক চাবমদাইদা হল্লকই, চাক তোক্লগা খুৎ হাম্বা নংবোই নংদবোই চুকপ অমা চিংলগা অমুক চৎখি, নুমিদাং-ব্রাইবম মল্লি মল্লিদা হল্লকই। থোংগ্রাম ইন্দোনখোযনা ফাগি তৌই - 'কবিনোনে ঙাইহাক্তা পোত্থাবা খঙদনা তৌবিকবদুবু ?

'মীগী যূম শাবগী ঠিকা লৌকববনিনা পোত্থাবা যাদবা।' খুডানা খুমই।

নুমিদাং-ব্রাইবমসিদি খুডা বাজাবদা হেক্তা চৎখি। বাজাবসু লাপ্তে থোঙ্গালদা লৈবিবা কস্তুবী-থোঙদো লাম্থোকপগা অদুম লৈবে। ঙাসু যাম্না থোকপা মতম্নি। খুড়া ঙা অমা হেক্তা য়ান্দুনা পুবকই, অযাম্বা মতমদা মানা পামজবা লংত্রিক লংবা মপূং ফাববা পেঙবদো।

ঐখোযসু নোংমগী যূম শাফমদা অমুক্তং চৎহৌদ্রদি নুংঙাইতে অঙাং পুদুনা। নাগামপাল-লম্বী উবিপোক-লম্বী অনীমক কোযলাস থাদ্রি। বিক্সাদা ভাডা সিকি অমখক্তনি। অদুবু সিকিদো পামুদুনা অযাম্বা মতমদা খোঙনা চৎলি, ইচানুপী অচৌবী অদুদি খোঙনা চৎপদা ব্রাদে, পিক্লিবা অদুদি ঙাইহাক মখোঙনা চৎলগা পম্বিদবা য়াদে, মমানা অমুক ঐনমুক। কবিগুম্বদা মচেনা একাগাডিগী ফ্রেমদা ফি

অমা থাবিবগা ফমহল্লি, পিক্লিবা মৌপ্পাবুনা-মনীংগী কেবিয়াবদা। লম্বী ফত্তবনিনা একাগ্যাডিদো থৌবগী মহুৎতা ঈল্লিবনি।

যূমদো শাবা লোইবা কুইহৌদে, থা অনীমুক্তা চঙখি। তৌবগীদি পংচাউ চাউববুদি নত্তে। আসাম টাইপনি, ফক্লাংদো তাবাগী খবাইদা সিমেন্ট প্লস্টাব তৌবনি। যূমশা অসি মণিপুবদা পংশা শানদে, উবু উদে। নিংথৌখোংজম ওজা তোম্বীনা চা থকপা লাক্লগা মরূপ-মপাংশিংদা ফাগি তৌই - 'উবেদনা, যূমশা ফাওবা মণিপুবগী মতৌ তমদ্রিবসে, মখোয় আদগীনা হেল্লি হায়না উৎলিবসে।' ওজা তোম্বী মতমদুদা এম পি ওইবি। খুডাগা মাগা মরূপ-মপাংদৌনা তিন্নে কংগ্রেস মশেন্নিনা।

মযাম্না হংনৈ - 'কযাম্না চঙখ্রে যূমসে শাবদা ? লিশিং কুনথ্রামুক্তি চঙলমগনি।'

ঐনা লিশিং তবামুক্তং চঙই হায়বদা থাজনদে। ঐ খঙই, খুডানা যাম্না চেকশিন্না হোৎনবিবদগী শেন পংচঙ চঙখিদবনি হায়বা। অঙকপনি, মিস্ত্রীনা উ কক্লমদাইদা মহাক্লা যেংদৌবিবনি উ মতেক অমা ফাওবা অবেম্বদা মাঙহন্দনবা, মিস্ত্রীনা যোৎপী থাবদা তাবকপা নৎত্রগা চাইথোবকপা যোৎপীদো খুনজিনহনগদৌবিবনি, মহাক্লসু কবিগুস্বদা খুনজিনগদৌবিবনি।

নিংথমথা লোইবকপগী অদুৱাইদা, ১৯৭০ হৌবকপা মতাংদা ইশাগী যূম অহনবা অদুদা হোংজিল্লে। নুংঙাইনা খূযা তুশিন্না পাল্লে। মীগী শেন তোল্লি হাযব-কা নীংশিংদ্রে। নোংমদি অযুক খুডাইবুঙো শামুদো জিপ অমদা ফাওবকই। যূম অহনবদো উবদা থাগৎলি - 'ফজনা শাবল্লেদা, পুন্সিবাবুনা তৌবদবু শোযবা হৌনব্রনে ? পুন্সিবাবুদি লৈবিব্রা ?'

'শঙ্গাবা লোইবগা কুইবমদ্রে, চৎখ্রে।'

মাঙ্গোন্দা মোবা অমদা ফল্লগা চা থক্লা থক্লা খুডাইবুঙোনা হাযবকই - 'হোযদা ইবুঙোদা হাযবসু যাইদা, অদো ইপানা লাক্লিবসে ঐগী পৈশাদো যাবদ্রা হাযনা হংবা লাক্লিবনি, পংযাম যামদেদা। লুপা লিশিং অহুম-মখাযবোমতনি।'

যূম অমা শাবগী উনি, থোঙ-থোঙনাউগীসু খবা যাওনা। শেনফম অদো মতম চানা পীবা ঙমহৌদবগীদমক ঐ ইতোমতা ইকাযজে। শেন লৈবগদি পীথোকখিবা যাবম্বনি, ইকায-ইকাযনা ঐনা হায - 'খুড়াইবুঙো, যাবনি ঐ নোংমা থিনজবক্কে।'

চা থকপা লোইবগা চুরূপ অমা চিংনা চিংনা অদুঙৈ জিবিদা লৈবিঙৈগী ৱাবী, লক্ষীপুবদা মযূমদৌনা লৈবগী ৱাবী মথং মথং তৌবল্লগা খুডাইবুঙোদো হবাও-হবাও হনখি।

শেন খবা লাকপগী মমি উবদুনা ঐসু হাযখিবনি। তোলোব এবিযাব ফংগদবা খবা লৈবে। ভাবত সবকাবনা প্রাইভেট কোলেজশিংদা মতেঙ পীগদবা পথাপ, গ্রান্টস-ইন্-এইড কল শেন্নক্লে। নহানমখৈদি কবিগুম্বা কল লৈতবনা প্রাইভেট কোলেজশিংদা মতেঙ পীবসি লম্প-সম ওইনা পীবম্মী। অদুনা প্রাইভেট কোলেজ ওজাশিংগী তোলোব অসি গোভমেন্ট কোলেজ ওজাগীদগী তানা পীবম্মী। গ্রান্টস-ইন-এইড কলগী মখাদা সবকাবগী কোলেজগা প্রাইভেট কোলেজগা তোলোব মান্নহল্লে। নহানমখৈ তোলোব হম্বনা ফংলম্বা অদুগী কৃপখৎলকপা শেনফম অদুনি এবিযাব ওইনা ফংগদৌবিবসি।

তৌবগীদি, গ্রান্টস-ইন-এইড কল অসি সবকাবনা হেক্তা তবাই-তবাইনা শেন্নকখিদে। প্রাইভেট কোলেজ ওজাশিংনা মসিগীদমক স্ট্রাইক্রুচিংবা ঈবাং কযা তৌবা তাখি। কোলেজ ওজাশিংগী এসোসিযেসন শেম্বা তাখি। অবাযবা থবক্তি ওইখিদে। মতম অদু মণিপুব ইউনিযন টোবিটোবি ওইবি। মণিপুব সবকাবগী পৱাব অসি সেন্টবনা কন্ট্রোল তৌবম্মী। মপাঙ্গল যাওদবা মণিপুব সবকাবনা মশাগী ৱাখলনা কবিগুম্বা অমত্তা তৌবা ঙন্নমদে। প্রাইভেট কোলেজগী মতাংদসুনি। অদুনা প্রাইভেট কোলেজশিংনা ওল মণিপুব নন-গোভমেন্ট কোলেজ টিচার্স এসোসিযেসন শেমদুনা অকনবা ঈহৌ শাগৎপা তাখি দিল্লীগী মনাকোং যৌহন্নবা, যৌহনবতা নত্তনা থবক ওইনসু তৌবক্লবা। মসিগী ৱাবীসিনা শাংলবা তাংকক অমনি।

(২০)

যাম্না নহা ওইনা মশাগী চহী কুনমাথোইতা শুবকপগী অদুৱাইদা লৈখিদবা বাংলাগী অশৈবা সুকান্ত ভট্টাচার্যগী যাম্না ফজবা কাউঙমদবা শৈবেং মচা অমা পাখি। শৈবেংগী মমিংদু 'একটি মোবগেব কাহিনী' কৌই, হায়বদি যেনবা অমগী ৱাবী। যাম্না নুংশিবা অর্থ চেনবা শৈবেংনি। ৱাবীদো অসুম্নি। যেনাউ লাবা অমনা নুমিৎ খুদিংগী উই - মাগী যুম্নুবেম্না অদুনা চাকশঙদা ডাইনিং টেবলদা থাবিবা ভৌশ্রোক ভৌবা ফিদা মথক্তা মথেল-লুকোই কয়া হাউনা হাউনা হাবি। থৱায় পানবা জীব কৌবনিনা খল্লি, হাউবমখ্রনিদা মথেল-লুকোইশিংসে, চানীংবনা মতীন কুৎ-কুৎ যোৎতুনা খাঙই, খল্লি কবম্না নুমিৎতা মাসু অসুম্না চাবা ফংগনি। খোঙনীং কাঙখৎতুনা মঙক থাঙ্গৎলগা যেংই। অদুবু থোঙজিন্দগী হেন্না কানশিনবদি ঙম্নমদে, মীনাই শকথীবদুনা তাম্ভোবকই। মতমগী মতুং ইন্না যেন্নাউদু মপূং-মবৈ ফাবকই। যেনবা হায়বদো ওইবকই। নোংমদি মানা মতম কুইনা ঙাইজবকপা তাঞ্জাদু লাকখি, থোঙজিন লানশিন্দুনা ডাইনিং-টেবলগী ভৌশ্রোক ভৌবা ফিদা মথক অদু যৌবকখি। তৌবগীদি মথেল-লুকোইশিং অদুগী মহাও তংবা নত্তে, মশামক্লা যেনশাং মথেল অমা ওইননি।

যেনবাগী নীংবা থুংবগী মতৌ অসুম্না ঐগীসু পুন্সিদা থোকখি। শিলচবদা লাইবিক তন্নিঙৈ নোংফাদোক জেল বোডকী লম্বীদা চৎনা চৎনা উখি ৱাংলবা চেকপলনা খাজিল্লিবা জেল অদু। খঙনীংখি কৈশুমশঙদা লৈবিবা ফাদোকশিংগী পুন্সি মবেল, চঙদুনা যেংনীংখি কবিগুম্না তাঞ্জা ফংলবদি। অদুবু জেল মনুংদা হেক্তা চঙবা যাবদি নত্তবনিনা নীংবদো থুংখিদে।

ইম্ফালদা ল্যাক্কবা মতুংদা থৌদোক অমনা ঐবু জেলগী থোঙজিন কানশিনবগী তাঞ্জা ফংহনখি। ইনাও-ওই মরূপ-ওই তিন্নবা গুলাপ থৌদোক-ৱাথোক অমদা চেন্নবদগী জেলদা নুমিৎ খবনি লৈবা তাখি। মহাক মতম অদুদা মণিপুব বাইফলসকী হাবিলদাব ক্লার্ক ওইবি। নোংমা মাগা মাগী মরূপ অমগা বেঙ্কতা ওফিসকী পৈশা জমা তৌবা চৎলি। মখোয় অনী মান্নদুনা লুপা লিশিং অমদি জমা তৌবমদনা মখোযনা লৌথোকখি। একাউন্টেন্টনা থীবদা লানবনি

হায়না মখোয়না হায়খি। অদুবু মাঙলিবা শেন অদু ফংগৎতবদি য়াদবনিনা মখোয় অনীবু পুলিশনা ফাদুনা চপখৎখি। চপখৎলবা মতুংদদি শেন অদু মখোয়না লৌথোকপনি হায়বদো য়াজখি। মসিনা মবম ওইদুনা মখোয় অনী মতম খরা জেলগী হাজোৎতা লৈখি। মমান্নবদুদি ইম্ফালগীনিনা মখোয়গী অহন-লমন্না জামিন্দা লৌথোকখি। গুলাপতি কাছাড়গীনি, ইম্ফালদা মরী-মতা কনামতা লৈতে, অদুনা জামিন্দা লৌথোকপিনবগী কনানসু হোৎনবিখিদে। মতাং অদুদনি মানা কোয়জবা নুপী অদুনা লুপা চামা পীবগা নুপা অমা ঐঙোন্দা থাবকখিবদো মাবু জামিন্দা লৌথোকপিনবা। লুপা চামা হায়বসি মতমদুদা যামখ্রবা শেন্নি। মদুনা উকিল নেক্লগা গুলাপপু জামিন্দা লৌথোক্লবা ঐনা হোৎনখি। মদুগা মরী লৈননা মাবু উনবা ঐ জেলদা চৎপা তাখি। জেলগী ওফিসতা ঐবু উবদা মকন্থী-মবিংজেল কনখ্রবা মানা কপখিবদো ঐ হৌজিকসু শংশংনা উবি। মরী-মতা কনামতা লৈজদবা লমদম অসিদা দশা তাববা মতাংদা ঐবু উবদা মপূক্লিং যান্না নুংশিকবমাল্লে। নুমিৎ অদো ঐবু জেলগী ওফিস ফাওবা চঙহল্লবসু জেল মনুংদদি চঙহনখিদে।

অবুজম গুলাপপু জামিন্দা লৌথোকপগী মতাংদা জেলদা চৎলুবগী খরা মতুংদা লক্ষীপুবদগী ওইনাম নবেন্দ্র ইম্ফালদা লাকখি। লাকপা খুদিংগী মহাক এলাংবম লৈকাইদা লৈ, ক্ষেত্রিমযুম গোকুলচান্দ লাকপখোয়গীদা। মখোয়গা যাম্না নক্লবা মরীনি হায়। গোকুলচান্দ লাকপা মতমদুদা এস ডি ও ওইরবতা নত্তনা জেলগী সুপারিন্টেণ্ডেন্টসু ওইরবি। নোংমা নবেন্দ্রনা হৌবৈ, জেল যেংলুসিবা, যেংনীংলবদি হযেং অযুক লাকউ।

নোংঙাল্লগা গোলুকচান্দ লাকপনা ওফিস কাবদা ঐখোয়বু পুদুনা জেলগী মখা থংবা ওফিসাব অমগা ঐখোয়বু জেল যেংহনখি। যেংনা যেংনা ঐনা খনখি, মসিদি মপান্দা লৈবা মীনা খঙদবা তাইবং অমনি, মসিদা মতম খরা লৈবগা লাইবিক ইব-কা নুংঙাইগদবা মাল্লি। নীংশিংলকখি, মশক নাইববা বাংলাগী অইবা জবাসন্ধনা ইবা জেলদা লৈবা তোঙান তোঙনবা মীশকশিংগী ব্রাবীদো মাগী ‘লৌহকপাট’ কৌবা লাইবিক অদুদা। ব্রাবীশিংদো বাংলাগী চেফোঙ ‘দেশ’তা মথং মথং ফোঙলকপদা ঐখোয় য়াম্না নুংঙাইনা পাখি স্কুলগী ছাত্র ওইরবিঙৈদা। পনবা যাবদি, জবাসন্ধ (অবোৎপা মমিংনি) মতম কুইনা জেলাব ওইবম্মী হায়।

চহী কয়া মতুংদনো কাউস্ত্রে ঐগী অনীংবদো থুংবগী তাঞ্জা অমা ঐঙোন্দা লাকখি।

নাগামপালদা চহী তবেৎ-নিপাল্লোম লৈবম্বদগী ঐনা হৌজিক লৈবিবা উবিপোক যাম্লেম লৈকাইগী নৌনা শাবা যূমদা হোংজিনবা কুইদ্রি। নুমিৎ অদো

১৯৭১ গী জানুৱাবি কুনথ্রামাথোইনি। নোংঙাল্লগদি ইচানুপী অহন সুনন্দা মপুঙ্সিগী অহানবা ওইনা স্কুল কাবা হৌগদৌবিবনি। মমা-মপা ওইবা ঐখোযগী নুংঙাইজবা নুমিৎ অমনি ইচানা অহানবা স্কুল কাবা হাযবদো। অদুনা ঙন্তা হৌগৎলগা ইচানুপীবু ঈক-মাযথজবিবা পীজ-পীথক তৌবিবা অমদি মফি-মবোল শেৎপিবা হাযবমা লৈবনিনা ঐখোয নুমিদাংদো খবা ঙন্না তৃপ্মি। তৃমথখিবদো কযাম কুইববনো খঙদে, কনা কনানো মী খবনা থোঙ থীল্লকই, মাঙ্গোলদা হঙ্গৎ-হন্দা চৎপগী মখোলসু তায। হন্না হন্না থোঙ থীনবগা লোযননা মঙ-ওই হা-ওই হাযবা তায - 'ঐখোয থানাগী পুলিশনি, থোঙ হাংদোকপিযু।'

পুলিশ ! কবিগীবু ওইবিবা অহিঙ নোংযাইসিদা ! ঐগা পুলিশকা কবিগুম্বা মবী অমত্তা লৈনদেনা। থোঙদো হাংদোক্তবা যাদবনিনা হাংদোক্লে। খাকি শেৎপা মখোয অনী চঙলকই। পুলিশ ইন্সপেক্টব অদুদি মশক খঙই, মানসু ঐবু খঙই, অদুবু নোংমতা কৌন-খোৎনবদি লৈখিদে। মতমদো ইলেকত্রিক থাউমৈ ফংদ্রি, ঐখোযগীতা নত্তে, ঐখোযগী কোল্লুপকী যুম পূম্নমক্কীনি। মতম অদো পোদোন অমদি লালতেনগী মুশি মুশি মঙালদা চাওখৎলে হাযনা পোঙজবিবা ইম্ফাল শহবনি। মল্লি মল্লিদুদা ওফিসাব অনীদু মোবা অনীদা ফমহল্লগা ঐনা হংঙি ইচম চম্না - 'কবি থবক্কী ওইবিববনো অহিঙ নোংযাইসিদা ?'

খঙনবা ওফিসাবদুনা খুল্লকই - 'এস পি সাহেবনা ওজাবু অমুক্তা লাকপিযু হাযনা ঐখোযবু থাবকপনি।'

'হযেং নোংঙাল্লগা লাকচবা যাবোইদ্রা ?'

'খঙজদে, অথুবী ওইবমাল্লে।' হাযবগা তকশিল্লকই - 'ফিবোল হোংদোকপিবো। গাডি যাওজবক্লি। ঈংবনিনা কম্পোব অমতং যাওবিবক্লদি ফগনি।'

মাগী ৱাঙাংদো ঐ চিংনবপ তৌই। ঙাইহাক্তং ৱাবী শান্নবগা হল্লকপগী ৱা মান্দে। হন্দক মবকসি ছাত্র মযাম যাম্না লাঙলি। মদুগা মবী লৈনবমগদবা মাল্লকই। ১৯৬৫ গী চাকতাং ঈহৌ অদুদগী হৌনা ছাত্রশিং মবম অমদা নৎত্রগা মবম অমদা ঈবাং তৌবি। ঈবাংসিদা ঐনা ওজা ওইবিবা মণিপুব কোলেজগী ছাত্রশিং ম্যাঙজিন থাদুনা যাওবি। অদুনা কোলেজ অসি ঈবাংগী 'হোট-বেড' ওইনা সবকাবনা লৌই, অদুগা ওজাশিংবুনা মৈহৌফম অসিদা মৈচাক ঈনশিনবা ওইনা। খল্লি, মৈচাক ঈনশিল্লিবা ওজাশিংগী মনুংদা অমা ওইনা ঐবুসু মখোযনা লৌবম্বা তাই।

ঐগী চিংনবা হেঙ্গলকই, মখোযগীসে ঐবু ফাবা লাক্লিব্রা। মখা তানা কোইথোকপা তৌদনা কিৎ নমদুনা হংঙি - 'এস পিগী অইবা চেবোল-ককা যাওবিবকপ্রা ?'

-'হোয যাওজবক্লি।' হাযবগা ওফিসাব অদুনা ওর্ডাব কোপি অদু ঐগোন্দা লানশিল্লকই।

লালতেনগী মল্লি মল্লিদুদা ঐ যাম্না কৃপ্নদি পাদ্রে, চাউবাক্লা শব-শব যেংলে। ঐবু প্রিভেন্টিভ ডিটেন্সন এক্টকী মখাদা ফানবা হুকুমনি। মসিগী মবম্না ওর্ডাব অদুদা পল্লি, ঐ অসি পান মণিপুবী ইয়ুথ লিগকী (শম্না পান হাযনা খঙনবা) এক্সিকুট্যিভ মেম্ববনি, হাযবিবা পান অসি অণ্ডবগ্রাউণ্ড লালহৌবশিংগী ওভবগ্রাউণ্ড ওর্গেনাইজেসন্নি। মসিনা ঈনশিন্দুনা হন্দক্তা ডি এম কোলেজ অমদি আন ডি এস স্কুল মনাক্তা ছাত্রশিংনা পুলিশকী মথক্তা চেকতুপ-নুংদুম লংশিহন্দুনা অশোক-অপন নংহনখি, ম্যাজিস্ট্রেট অমসু শোকহনখি, পুলিশকী গাডি অমসু মৈ থাখি। লাক্লিবা বিপাব্লিক ডেগী থৌবম অসি বোযকোট তৌনবা অমদি থুগাইনবা মখোযনা শীল্লি। অদুগী মথক্তা ইকুই কুইদনা পাঙথোক্কদৌবিবা পার্লামেন্টকী চৈবক্কী মীখলসু মীযাম্না বোযকোট তৌনবা ঈবাং শাগৎলি। অদুনা পান মণিপুবী ইযুথ লিগতা যাওবিবা মব্দ ওইবা মীশকশিংসে ফাজিন্দ্রগদি লৈবাক্কী লো এণ্ড ওর্ডাবদা যাম্না শাথীনা অকাযবা ওইগদৌবি।

রাখলদা থুক লাউবা অমা ফাওবকই, নোক্লিংবসু পোক্লকই। ঐবু পানগী এক্সিকুটিভ মেম্ববনি হাযবা! এক্সিকুট্যিভ মেম্ববদি লাযবদুনা ঐদি মসিগী চুম্নগী মেম্বব ফাওবা ওইদে। অদুবু রাফম অসি পুলিশ অফিসাব অদুদা হাযকদুনা কবিসু কান্নবা লৈবোই। এবেষ্ট ওর্ডাব অদু সেন্ট্রেল ডিস্ট্রিক্ট ম্যাজিস্ট্রেটনা থোকপনি। হোয, পানগী এবিযান হোলদা পাঙথোকখিবা কনফাবেন্স অমদা ঐ রা ঙাঙখি, অদুগা সংস্থান অসিগী চেফোঙ 'লমযানব'দা রাবেং মচা মচা খবা মবক মবক্তা ইখি।

অঙাং অনীগী মমাদো ইপা-পাখৎপগুম তৌই, পাখৎফমসু থোকই, কবিনো তৌবিবদো হাযবা চপচানা খঙদবসু মাল্লি। অতোপ্পা কাদা তুল্লিবা পূর্ণেন্দু হৌগৎলক্তুনা ভাব তাবোই তাদবোই তঙক তঙক যেংদুনা লৈবৈ। পূর্ণেন্দু খুডা পুন্সিগী মচানুপা অহন্নি, ঐগীদা লৈবগা কোলেজ তম্লিবনি।

রাবেন্ট কোপি অদু অঙাংগী মমাদা পীশিল্লগা কবিমতা পাখত্তবা শাদুনা ঐনা হায - 'প্রিভেটিভ ডিটেন্সন এক্টকী মখাদা ঐবু ফাবে, মতম খবা জেলদা লৈকবা তাবি, পংকুই কুইগদবদি মান্দে।'

অদুদগী ঐগী ফমুংদা নুংঙাইনা তুম্লিবী ইচানুপী অমদি মমাগী ফমুংদা যাতাবিবা ইচানুপা মখোয অনীদা মুন্না অমুক-মুক্তুং যেংলম্লগা থম্মোয নুংহিক্লনা মমাগা পূর্ণেন্দুগদা ওনশিন্দুনা অমুক্তুং যেংলম্লগা পুলিশ ওফিসাবদুদা হায - 'যাবে লেঙলসি।'

মাঙ্গোন্দা পুলিশ খবগা লৈবম্মী। মখোয় মযাম্না কোযশিল্লগা ঐ থোবক্নে। ঐখোযগী মমাঙ থংবা থোঙ্গাল মচীন্দা হৌবিবা লাইওইববা খোংনাং পাম্বী অদুগী মখোঙদা জিপ অমা খামদুনা লৈবম্মী। মখোযনা হাযবা মতুং ইন্ন জিপ অদুদা কাখৎলে। নুমিদাং থেঙগ-থেঙলে মমগ-মল্লে লন্বী লমখাংদা মী অমত্তা চৎপা উদে। ঐবু ফাদুনা পুবিবদো কৈবোই লৈকাইদি লাযবদুনা যূমলোন্নবা ফাওবা খঙহৌদবগুম তৌই।

*ইম্ফাল থানা যৌবগদি ইঙন ঙনবদৌনা তৌবম্মী।* অমম্বদগী লাকপননি খঙদে থাউমৈনা পূমঙান ঙাল্লম্মী, পুলিশশিংসু মী ফাকুবগীনি খঙদে অমগীনি খঙদে কোযলাঙ লাঙদুনা লৈবম্মী। ওফিস কাদা থাবা ফানশাং অমদা ঐবু ফমহল্লে। মী খবসু মাযোক্লবা ফানশাংদা ফল্লি, মনাক্তা থাবিবা মল্লবা টেবল অদুদা ঙাথনবসু যাওবি। মখোয় মযাম অদুগী মবক্তা অহন ওইববা শগোলশেম ওজা ইন্দ্রমনি ফমদুনা লৈবা উই। খোইবি খোইবি তৌবা মশম শাংনা খাকপা, খুইজিল্লবা পাকখ্রোক পাকপা মমায অদো খবা হেন্না খুইজিল্লবগুম তৌই। ঐনদি মাবু খঙই, মানদি ঐবু খঙবা নত্তে। অদুবু মাযোক্লনা ফম্মিন্নববনিনা কযাম কুইনা অদুম যেংনদুনা লৈনগনি। ওজানা হান্না হৌবকই -'ইবুঙোসু পি ডি এক্টতা ফাবক্লিব্রা পান যাওই হাযদুনা ?'

'হোয ওজাবু।' ঐনা খুমই।

'*ঐসুনিনে। ঐদি মখোযগী পান-ককাদো যাওপোৎ নত্তে,* কদাযদগী বিপোর্টনো খঙদে।

'ঐসু পান যাওজদে। কদোমদগী ফংবা বিপোর্টনো খঙদে।'

পুলিশ অমা চঙশিল্লকই, মখোযগী হৌনবী মশক ইতা-তাখৎলদুনা হাযবৈ - 'ব্রাবী শানবিগনু, মসি ওফিসনি, ওফিসকী থবক শূবা যাদ্রে।'

মখোযনা নোক-খেদুনা তৌবিবুদি কবিসু কাযদমালে। অদুবু মদুদি হাযকুবা যাদবনিনা ঐখোয তৃমিন্না লৈবে, মখা তাদ্রে। ঙাইহাক লৈবগা মী অনী-হুম অমসু ফাদুনা পুবকই। ঐখোযদৌনা পান যাওই হাযদুনা ফাবকপনি। হান্না ফাদুনা লৈবম্বশিং অদুসু ঐখোযদৌনা পি ডি এক্টতা ফাবা ওইবল্লে, লোইনমক পান যাওই হাযদুনা। ঐদি কনামতবু মশক খঙদে।

জানুব্রাবিগী ত্রৎ-ত্রৎ চিংশিনবা অবোইবা অহিঙদো যূমদগী পুবকপা কম্পোব অদুনা যোমশিল্লগা তৃম্বোই তৃমদবোই ফানশাংদুদা ফম্না ফম্না ব্রানা লেনখি। কম্পোব যাওবিবকউ হাযনা পাউতাক পীবিবকখিবা পুলিশ ওফিসাব অদুবু হন্না হন্না থাগৎনীংলকই। মহাক্না হাযবদো ইল্লমদ্রবদি ঐ চিংশিন্দুনা থব্রায থাবমগনি।

নোংঙাল্লগা পূং নিপানগী অদুৱাইদা মপান্দা নুংশানা কুফেৎ কাফেৎ শান্নবি। নুংশাদো কযাদি যাইনীংলে। অদুবু মখোযদা হাযকুবগা হোবেন যাইগা যাদেগা তৌদুনা খোযদৌ শাগৎকদগী শককপুদি ঐখোয হাযদ্রে। ঐখোযগী ইতৌদু উবদা মীনুংশি পোক্লুবমল্লে পুলিশ অমদি, চাঙশিল্লক্লগা হাযবৈ - 'ওজাশিংবু, মপান্দা নুংশা যাইবিগে হাযবসু যাগনি।'

ঐখোয কযাদা হবাওবে ৱাহৈদো তাবদা। হন্না হন্না পুলিশ অদুবু পৃক্লিংদা থাগৎলি। ফানশাং খবদু মযাম পুলিশতুসু যাওনা নুংশা লাংলিবা মফম অদুদা থাংদোক্লে। নুংশাগী খোযথুম্লববা মৈশাদু ফংবদা হকচাংসে খবা তেকখৎলকপগুম তৌই। ঐখোযনা যম্লিবা শূমাঙদুদগী ইলাপ লাপ্তুনা সনাসোবোক্তা মী মযাম চৎলিবদো উই, খোঙনা খবা একাগাডিনা খবা। খঙন-চান্নবদি কনামতা উদে। হাযবিসে ইম্ফাল থানাগী হৌজিক্কী শঙলেন মযামসে শাদ্রিগৈগী ৱানি, চেকপন-ককা খাদ্রিঙৈনি।

ঙাইহাক লৈবগা পুলিশ অমনা চাগা সিঙ্গাবা অম-মমগা পুবকই। অযুক অদুদা মদুদগী হেনবা ব্রেকফাস্ট থানাদগী আশা তৌকবা যাবা নত্তে। খবদং ওইবসু পীজ-পীথক তৌবিবসে নবাযবক্তু শাব্রা ঈংব্রা যেংঙু হাযবম্বসু যাই।

পূং তবা তাবক্কদৌবে। চাক লাম্লবনসু লোইবে অযুক ঙন্না চাক চাবগী হৈনবী লৈবা ঙাক্তনিনা। ঈক-মাযথজবগী ৱাদি লাপখ্রে। খঙদে ঐখোযবু অসুম ফমদুনা লৈবা তাবিব্রা ? ঐখোযবু কোর্টতা পুথোক্কদৌবিব্রা জেলদা চুমদ্রিং থাজিনগদৌবিব্রা কনামতা হাযবা ঙমদে। অমদা হংঙি খঙদে হায, অমদা হংঙি মথকলোমদগী যাথং লাক্রি হায। মথোঙ মবম খঙদনা অসুম ঙাইদুনা লৈবদদি কযাম ৱাশিল্লল্লে।

পূং তবামথোইগী অদুৱাইদা পাউ লাক্লে - ঐখোযবু কোর্টতা পুথোক্লবোই, চুমদ্রিং জেলদা থাজিল্লগনি। মহৈ মহৈ মাগী মাগী মফি-মবোলশিংদো যোমশিন্নবে, মাঙদা পুলিশ অনীহুম তুংদা পুলিশ অনীহুম্না চপতুনা পবেং শানা ঐখোয জেল পাংলক্লে। হিটলাবগী কনসেন্ট্রেসন ক্যাম্পতা লানফাশিংবু পবেং লেংহল্লগা হোইজিল্লকপা অদুমঙাই।

ইম্ফাল সেন্ট্রেল জেলগী চাউববা যোৎকী স্নথোঙ অদো লাউনা হাংদোবকই, ঐখোযবু তবাম্না ওকপদৌনা - লাউ লাউ নখোয মতম খবদি মফম অদিদা লৈবা তাবেদনা। স্নথোঙদো লাল্লগা থোঙজাও অমমুক মদুসু যোৎকী। মদু হেক লাম্থোকপগা ওফিস লৈবে। ওফিস ফাওবসিদি ঐ অনীবক লাকখ্রে। অমুক্লা মণিপুব বাইফল্‌স্‌কী হাবিলদাব গুলাপনা ওফিসকী শেন হাবিজাবি তৌকই হাযবগী কেসতা মাবু জামিন্দা লৌথোক্লবগী মাগী সোই-সাং লৌবা

লাকপদা। অদুগা অমুক্কা ক্ষেত্রিমযুম গোকুলচান্দ লাকপনা জেল সুপাবিন্টেণ্ডেন্ট ওইবিভৈদা লক্ষীপুবগী ওইনাম নবেন্দ্রগা লোযননা জেলগী মনুং যেংবা লাকখিবা।

জেল যেংলুবগা হল্লকপদনি ঐনা পূর্ণেন্দুদা হাযখিবদো - 'ঐদি জেলদা অমুক্তা লৈদুনা যেংনীংলি, জেলদা লৈবগী অৱা-নুঙাই ৱাবী ইনীংলি, পৃথিবীগী অফাও অফাওবা মীওই কযানা জেলদা লৈন-লৈননি মশক নাইবা লাইবিক কযা ইখিবদো।'

লিও তোলস্তোয়গী ৱাবীমচা 'মী অমনা লম কযা যাম্না মথৌ তাবগে' হাযবা অদুদা যাওবা হিংচাবা অদুনা পাহোমগী ৱাহৈ অদো লোন্না তাখিবগুম ঐগী চীন্দগী থোকখিবা ৱাহৈ খবদুসু মানা লোন্না তাখিবা ওইবমাল্লে। 'নঙবু জেলদা যাম্না লৈনীংই হাযবদাই, হৌজিকতি ননীং থুংজবো' হাযবগী মতাগুম হিংচাবদুনা ঐঙোন্দা কবেম্নবগুম তৌবকই।

জেলাবগী ওফিসতা শেনথুম ঘড়ি কোলোম্নচিংবা ইশা ইশাদা যাওবকপা পোৎচৈ পূম্নমক শিন্নম্লগা মখোযগী বেজিস্টাবদা সোই-সাং তৌবা লোইবম্লগা যোৎকী থোঙজাও অমমুক লাম্থোক্তুনা ওল্ড জেল মনুংদা ঐখোয চঙলে। ঐখোযব উবদা লৈবমন্নিবা ফাদোকশিংনা, মব্দ ওইনা নহা ওইবিবা শিংনা খুবাক প্রোব প্রোক খূদুনা ঐখোযবু তবাম্না ওক্লকই। কবি মবমগীনোদি খঙদে। পোলিটিকেল প্রিজনাব খবা চঙলক্কদৌবি হাযবসে মখোয মাঙজৌননা খঙলম্মা তাই। নহা ওইবিবশিংদুগী মনুংদা ঐনা মশক খঙবা ঐগী ছাত্র খবসু যাওবি। মখোয খবনা ইনাক্তা চঙশিল্লক্লগা হাযবৈ - 'ওজা যাওবক্কনি হাযবসে ঐখোয থাজকদে। মখোযসে ল্যালহৌবনি হাযদুনা ফাবকপশিংনি।

মফম অদুদা কুইনা লেপতুনা ফাদোকশিং অদুগা ৱাবী শাবা যাবগী ৱা লৈতে। নিউ জেলগা ওল্ড জেলগ্য খাযদোক্লিবা চেকপলগী থোঙদো লাওনা হাংদোবকই - ঐখোযবু তবাম্না ওক্লিব্রা নৎত্রগ্য ঐগী ইতীক খঙহনগে হাযবিব্রা অদুদি খঙদে। নিউ জেলদনি ঐখোযনা লৈগদৌবিবসে, কযাম কুইননোদি খঙদে - ওইবা যাই থা অহুম নৎত্রগা থা তকক নৎত্রগা চহী অমা নৎত্রগা অদুদগীসু হেন্না। ঐখোযনা চঙবগা থোঙদো লোনশিনখ্রে।

ঐখোয অযুক্কী চাক-ঈশিং কবিমতা তৌবক্তি তাবদা নুংঙাইত্রমাল্লে থোঙ পান্নবিবা নুপা অদুনা অঙাং খবা থাবগা চাগা ডবল রুটি খবগা লৌহল্লুবে। অদুনদি পূক থনবা যাবা নত্তে, অদুবু খাঙদবদি যাদে, খাঙবদা তাখি জেলদা বন্দী ওইনা লৈবববনিনা। থেংনবা হৌবে জেলগী নুংঙাইবা।

চা থক্লুবদো পংকুই কুইদ্রি লোইবা, ওজা চিংঙাখম পিশক চন্দোন চৱা ফজনা থিল্লদুনা ফৈজোমনে পূংযাৎনে মফি-মবোল নান্না ফাওবকখি, মতুংদা

অজ্ঞা নন্দলাল, মহাকসু চন্দোন-চন্না পাক্লা লংত্রিক লংনা, মখোযগী মতুংদা এন জি কোলেজগী যাম্বেম তেজেন, অদুদগী মথং মথং কনা কনানো। মখোয অসিনি পানগী মক্ত ওইবা মীশকশিংদি। মখোযদি অহিঙ ফাবা লাকপা যাই হাযবা মাঙজৌননা মনিন শামিন ফংবদগী মযূম মযূমদা লৈনদবা ওইবমাল্লে, নোংঙাল্লগা ঈংনা-তপ্লা চাক-ঈশিংকা তৌবগা ফাহনবনি।

ঐবু হেক উবদা ওজা পিশক ঙকখ্রমাল্লে, হাযবকই - 'ইবুঙোদি কবিগী?'

অজ্ঞা নন্দলালনা হায - 'কে এম ভাই, ঐগা তিন্নবদগীনি নঙনা ঙসি জেলদা চংঙল্লিবসে, নুংঙাইতে ইবো।'

ঐসু নুংঙাইতে, পান যাওই হাযবগী নামাদা ঐবু যাবগী মহুৎতা ঐগা মবী লৈনবা অতোপ্পা মবম অমগীদমক ফাবন্নবদি ঐ থোইনা নুংঙাইতবা তৌবল্লোই। পানবু পাম্ব-পামদবগী ৱা থমখ্রগা, তশেংনা হাযবা তাববদি, ঐ লুপ অসিগী থৌবুবসু নত্তে, ইচম-চম্বা মেম্বরবসু নত্তে। মুন্না খন্থকবগা ঐগী চিংনবা অমদি চোংথোবকই। চহী মঙা-তরুকলোম মমাঙদা কাছাড়দা ঐখোয খবনা কাছাড়গী নোংপোক থংবা শরুক মণিপুরগা তাইনবা লক্ষীপুর অমদি সোনাই থানা অনী অসি মণিপুরদা পুনশিন্নবা দাবী তৌদুনা ঈবাং শাগৎখি। আন্দোলন অদুগী প্রেসিডেন্টনা বানীপুবগী ঙাবিযাম্বম ইবাই নাবাননি অদুগা ঐনা সেক্রেটারি। হাযবিবা থানা অনী অসিগী অপূনবা মীশীংগী সিঙ্গল মেজোরিটি মতমদুদা মৈতৈ অমসুং মৈতৈ-পাঙলনা পুল্লগা ওই। অদুনা দাবী অসি মবম চাদবা নত্তে, কন্না তকশিল্লবদি ওইথোকপা যানা লৈ হাযবসি ঐখোয থাজনখি। অদুগী মথক্তা আসাম মচেৎ মচেৎ তাগদগী কন্না যুহাব হাবা মতাংনি মতম অদু। তঞ্জা অসি খুদোং চাবা মতাং অমনি হাযনা ঐখোযনা খনখি। অদুনা কাছাড়গী মৈতৈ অমদি মৈতৈ-পাঙল কুংনা তাবা লমশিংদা ঐখোয মীযামগী মিটিং তৌদুনা কেম্পেইন কযা তৌখি। লাইবক থীবদি মণিপুবগী মক্ত ওইবা বাজনীতি দোল নৎত্রগা মশক নাইবা লুচিংবশিংনা দাবী অসি থৌওইনা লৌখিদে। নহাবোল লুচিংবা খবগদি ঐখোয ৱাবী শান্নদুনা মখোযগী পৃক্লিং চিংশিনবা ঙমখি। হোয, ঐবু পানগী মক্ত ওইবা মীশক্লি হাযনা ফাবিবসিগা কাছাড়গী নোংপোক থংবা শরুক মণিপুবদা পুনশিন্নবা দাবীদা ঈহৌ শাগৎখিবা অদুগা সবকাবনা মবী লৈনৈ হাযনা লৌবম্বকাসু ওইবা যাই।

মী অতৈ ফাবক্কদবা নৎত্রগা লাক্কদবা লৈত্রবনিনা ঐখোয মশেন কনানা কদাযদা লৈগদবা শীন্দোক্রবে। সেন্ট্রেল জেলগী মক্ত ওইবা শঙ খাবোমদা লৈবা অদুদা ঐখোযগী লৈফম ওইবে। শঙ অদুগী কা অহুম্ন - নোংপোক অমদি নোংচুপ থংবদা লৈবা কা অনীদু খবা পিকই, মযাইগী কা অদুনা চাউই। নোংপোক থংবগী

কা অদু ঐখোযগী তাবে - ওজা পিশক্লে ওজা ইন্দ্রমনিনে ঐনে। নোংচুপ থংবা কাদা মোডার্ন কোলেজগী ভোগেনগা কনানো অনীগা। মযাই থংবা কাদা অজ্ঞা নন্দলাল, তেজেন, বোধচন্দ্র কোলেজগী ইবোতোম্বী, মোইবাং কোলেজগী ইবোচা, চিংঙামখাগী ওজা নাতুম অদুগা অতৈ কনা কনানো কাউখ্রে, খ্বাইদগী নহা ওইবা অচৌ তোইজাম্বসু মখোযগী মবক্তা।

নুমিৎ নীনি মতুংদা ওইবমাল্লে অযুক অদো ব্রার্ডেন অমা থাবক্লুনা জেলাবনা ঐবু কৌবকই। কবি থবক্কী ওইবিগদবা ঐ ভাব তাদে। জেলাবগী ওফিস কাদা চঙবগা মাগী মনাক্তা থাবা চৌকি অমদা তা-কুঞ্জবিহাবী ফমদুনা লৈবম্বদো উই। ব্রাখলদা থুক লাউবা অমা ফাওবকখি। জেলাবনা ঐবু কৌশিন্দুনা চৌকি অমদা ফমহল্লি।

চৌকিদা ফমথবগা তা-কুঞ্জবিহাবীনা হাযবকই - 'ঙবাং অযুক নন্দবানী লাক্লম্মী, নুংথিল ঐ নখোযগীদা চৎলুই। অঙাংশিং কবি থোইদোকপা তৌহৌদে। কবিমতা ব্রাবসু ঐখোয লৈবি।'

মাগী ব্রাহৈদো তাবদা কবিগীনো খঙদে পূক্লিংসে খংনুং নুংশিবকখি, মিৎতগী পি তাখিবা খঙহৌদে, থিংনবা কন্না হোৎনখি, থিংবা ঙম্মখিদে। তা-কুঞ্জবিহাবীগা জেলাবগনা থেম্নবা হোৎনৈ, মদুনা অমুক হেন্না পূক্লিংসে নুংহিক্লহল্লকখি।

চহী খবা মমাঙদনি গুলাপনা ঐবু উবদা কর্পখিবদো, কা অসিমক্তদনি মাগী জামিনগী সোই-সাং লৌবা লাকপদা। দশা তাববা মতমদা মাগীনি হাযবা মী মণিপুব অসিদা অহানবা ওইনা ঐবু উবদা মপূক্লিং খংনুংশিবকখিবা ওইবমাল্লে।

ঐগীসু মতৌ অদুগা হাইফেৎ মান্নে। তা-কুঞ্জবিহাবী কাছাড়দগীনি, শ্রীবাবদগী। এস্ এস্ বি - দা ওফিসাব অমা ওইবনি, মণিপুবদা পোস্টিং তাদুনা লৈববনি। ঐগী মীনি হাযদুনা জেলসিদা কনামতা লাক্লি, মহাক্না ইহান-হানবা লাকপনি। ঙাইহাক ব্রাবী শানবগা জেলাবনা ব্রার্ডেন অমদা পুথোকহল্লকপা চাদো বেভাবগী ওইনা অমুক-অনীবক চূপ্লগা ঐ থোবক্লে।

প্রিভেন্টিভ ডিটেন্সনদা লৈবসিদি অমবোমদা কবিসু ব্রানীংঙাই লৈতে, জেল মনুংদা চেকপলনা কোযখা খাজিন্দুনা মপানগী তাইবং উদনা লৈ হাযবগী ব্রার্তনি, ঈ-পাউদি লোইনা ফংই বেডিওদা অমদি খববদা। অদুবু ঐগীদি যুমগী ব্রা খল্লুবদা ব্রাখল অসি ব্রাদবা ঙমখিদে। যুমদা লৈহৌবিবদো মশা ব্রাই শংদবী মমাগা পিশক-পিক্লিবা অঙাং অনীতগনি। পূর্ণেন্দুবুদি লৈ, অদুনা খজিক্তং নুংশাসোব হোলহনবগী ব্রানি। মহাক ঐখোযগী নুপীগা যুম অমত্তদা হেক পোকমিন্নবা মচীন-মৌপ্পাদৌনা হৌমিন্নবকখিবনি। অযাম্বা মীনদি মখোয অনীসে

মপা-মমা অমত্তগী মচানি হাযনা খল্লি। মহাক শিলচবদা কোলেজ তম্লম্বা যাবনি। অদুদা মাবু পোকপা খুডানা মণিপুব হাযবসি পামজখ্রদুনা ইম্ফাল তম্মানবনি।

যূমদা শেনথুমগী অৱাবুদি লৈবোই। কোলেজদগী ঐবু সসপেগু তৌবগী ওর্ডাব থোবক্লে, তোলোবকী তংখায অমদি সবজিস্টেন্স এলাউযেন্স ওইনা ফংগনি, মদুনা ইমুং-মনুং চলাইবা অদুম যাগনি। ঐসু জেল মনুংদা চান-থক্লবা এলাউযেন্স থা-থাগী লুপা হুমফুতবা ওইবমাল্লে কযানো ফংই, প্রিভেন্টিভ ডিটেন্সনদা লৈবা পূম্নমকসু ফংই। ফংলিবা এলাউযেন্স অসিনা জেল মনুংদা চাব-থকপা অদুম কোন্নে। পি ডি একতা ফাবকপা ঐখোয মীওই ১২/১৩ পূন্না মেস অমা চলাইদুনা চামিন্নে। থোংব-থাকপগী অৱাবা লৈতে, ওল্ড জেলদা লৈবা জুভেনাইল ফাদোকশিংনা লোইনা তৌই। জুভেনাইলশিং অসি চহী তবানিপাল শুদ্রিবা নুপামচা ঙাক্তনি, - পোকেটমাব তৌকৃবগী, দুকান যক্কাইদুনা পোংচৈ হুবাল্লুবগী, মীগা যৈনকৃবগী কেস মচা-মশুদা চেন্নবশিংনি। হৌগৎলক্লিবা শা-নিনা জেলগী নুংকুপ-ৱাইকুপ যানবা চাক, মহীগী মহীঙাক্তো চবা-চবানা থোংবা যেনশাং অদুদি কদাযদগী চানীংলুনি, মদু ফাওবা মবুক থল্লা চাবা ফংপোৎ নত্তে। ঐখোযগী চাক ঈশিং থোংবা যাওবগদি অহাওবা খবা চাবা ফংবতা নত্তনা মখোয মবুক থল্লা চাবা ফংই। অদুনা ঐখোযগীদা চাক-ঈশিং থোংব-থাকপা যাওগদগী তান্নে। চাক-ঈশিং থোংবি-থাকপিবতা নত্তনা ঐখোযগী কোল্লিক ফেঙবি, ফিবোল শুবি, ফি ইস্ত্রি তকপি - ঐখোযনা যানবা হাযদুনা। নোংঙানবগা নিউ জেলদা লাক্কদগী মখোয গেটতা ওমশিল্লক্কনি, গেট পান্নবিবা জমাদাব মোধুনা মানা খঙনা অঙাং মঙা-তকৃক্তনি থাজিল্লক্কদৌবিবা, লোইনমক্তি দবকাব লৈবা লৈতবা খঙদনা থাজিল্লকপা যাদর্বানিনা। নুমিদাং-ৱাইবম বোলকোল তৌবমদাই যৌবকপগা মখোয অমুক ওল্ড জেলদা হনখিগদৌবিবনি।

জমাদাব মোধু মিযাদ তাববা ফাদোক্লি। জমাদাব ওইবম্মী হাযদুনা জেলাবনা মাবু জেল মনুংদা ফাদোক পান্নহল্লি। অঙাংশিংনা যাম্না কিনা চৎলি, যাম্না যিংই, মচিং ফত্তে হাযবা খঙই। খজিক্তং লমহেনবদা তান্ন-তান্নদুনা ফৃগদৌবিবনি, কবিগুম্বা মতমদা ঈ-নাই তাবা ফাওবা যাওই। ঐখোয মযাম্না খান্ব-লাকপা যাপোৎ নত্তে। মহাক্কী মচিং অসিননি মহাক্না মী হাৎলুদুনা ফাদোক তাববিবা। মোধু মণিপুব বাইফসলতা জমাদাব ওইবম্মী হায। মখোযগী মনাওশিং অমনা নুপী চেল্লুবগী হাযদোকপা চৎপদা নুপী মযূমগা মখোযগা খৎন-চৈনবা থোক্তনা মাবু পোকপা অহন অদু নুপীমচাদু পুবক্লিবা ফাওবা থাদোক্লোই হাযদুনা নুপী মযূম্না ফাজিন্দুনা থমখি। নুমিদাং ওইবফাও থাদোবক্লুবদা মোধু মশানা

খোঙলোই খবগা লোয়ননা নুপী ময়ূমদা চৎখি। মপাবু থাদোক্লবা কন্না হায়জখি। মহাক্না হায়জবদো ইযামক যাবিদ্রবদা মোধুগী মচিং অদো মৈগী চীং পোকখায়বদৌনা পোকখায়বকখি, মখ্বাংদা য়েপ্পা বিভোলভব অদু শত্তোক্লগা নুপী ময়ূমগী হিবো শাবা নুপা অদো কাপথবগা মপাবু পুদুনা ময়ূমদা হল্লকখি। মী হাৎপগী দণ্ডি ওইনা মোধু থবক তৎখি, চহী তবানিথোই ফাদোক তাবগী চৈবাকসু ফংখি। মিযাদ লোইগদবা চহী কয়াম ব্রাৎলি হংবদা মশা নানবা মীযাই চল্লবা মোধুনা খুল্লকই - 'মিযাদ লোইব-কা ঐ পামজদ্রে, কৈদৌকনি য়ূমদা চৎলুদুনা, ঐনা য়ূমদা চৎপা মতমদা ইচাশিং লোইনা লৈশাবী-পাখং ফাবল্লনি, অমত্তসু মী ওইনা শেম্বা ঙম্লবোই।' হায়না হায়না মমিৎতগী মপি তবং তবং শিন্থবকখি। মপূক্লিং নুংশিবকপা ওইবমাল্লে মচিং ফনা শাথীববসু।

জমাদাব মোধুগী ওন্ন-তৈনবা কবেক্টবনা চিফ ব্রার্ডেন বীবর্মনিনি, যাম্না ঈং-তপই, কনামতদা থীনা ঙাঙদে। ফাদোকশিংনা মবেংবান্দা যান্দেতা খাকই। অদুবু পৈশা তানবগী মতাংদদি যাম্না হৈ-শিংই। ঐখোয়গী চেঙ-চাক হব্রাই-চেঙব্রাই ঙা-চাক মনা-মশীং লৈবকপগী থবক অসি মাগী মোনোপোলিনি। চেঙদদি মমল থোইনা হেন্না হায়বা ঙমদে, খলদা শান্নবমগদবদুদি খঙদে, কিলো কুনথ্রাদো নীফুনি হায়বদা কনানা চেক তৌকগনি। মনা-মশীংদি নোংমতা হোংই হায়বা লৈতে, ঙসিদি তাংখ্রেতনি নুমিৎ খুদিংগী। কৈথেলদা ঙা যাংখৈ পীবকপদো মানা বিল থাগৎলকপদা হুম্ফুতবামঙা যৌবি, লুপাদা মখায় পত্তবা যাদে। ঐখোয়না হায়ব-ককা তাবপোৎ নত্তে, 'ঐনা নত্তে কৈথেলদা তাঙবর্নিনি' হায়বসি মাগী হৈনববী পাউখুম্নি। মাগী থৌজালদগীনি ফবসু ফংত্রসু অনৌ-অতেক খবা চাবা ফংলিবনি। জেলগী চেকপল ব্রাংমদা থোকপা যাদবা ঐখোয়না মাগী বিলদা কবম্না ওডিট তৌকনি। অদুগী শককপুদি মাবু থাগৎপনা ফৈ খন্দুনা মবক মবক্তা হায় - 'তামো ঙবাংগী ঙাদুদি হাউখ্রেদা।' 'অওইববনে ?' হায়বগা নোকফেং তৌবগা হবাওনা মানা চৎখিবদো ঐখোয় যেংবদা নুংঙাই।

ঐখোয়বু ফাবিবা প্রিভেন্টিভ ডিটেন্সন এক্ট (পি ডি এক্ট) অসি মণিপুবগী এক্ট নত্তে। মতম অদু মণিপুব ইউনিয়ন টেবিটোবি ওইবি, কবিগুম্বা এক্ট অমত্তা শেম্বা ঙম্বগী শক্তি লৈজদে। অদুনা ওডিষা প্রিভেন্টিভ ডিটেন্সন এক্ট, ১৯৭০হায়বমা ভাবত সবকাবনা মণিপুবদা চৎনহল্লকখি। মসিগী মখাদনি ঐখোয়বু ফাবিবসি। ঐখোয়বু ফাবগী হুকুম অদুদা পল্লি, যাথং অসিগী মাযোক্তা কবিগুম্বা হায়নীংবা লৈববদি নুমিৎ কুনথ্রানিগী মনুংদা ব্রাকৎ-চেবোল পীখৎপা যাগনি। হুকুমদা পল্লিবা অদুগী মতুং ইন্না ঐ মতম চানা ব্রাকৎ-চেবোল অমা জেলাবগী খুথাংদা সবকাবদা লানখৎখি, ইখি - ঐবু ফাবিবসি মবম চাদে, ঐ

পান মণিপুরী ইয়ুথ লিগকী মেম্বর নত্তে, ডিটেন্সন ওর্ডারদা পাল্লিরা পানগী অবোনবা মিটিং অহুমদা ঐ যাওবি হায়বদু অবানবা পাউনি, ঐ অদুগুম্বা মিটিং অমত্তদা যাওখিবা লৈতে,- ঐবু ফাবসি নীংথিনা মরী-মখোঙ থিদনা ফাবনি, মদুগী প্রমানদি ঐগী যূম্লাক ফাওবা চুম্না ইবক্তে, ঐগী যূম্লাক নোংমাইথেম হায়না ইবকই, ঐদি নোংথোম্বমনি নোংমাইথেম নত্তে। ওজা পিশক্কা ওজা ইন্দ্রমনিগসু ৱাকৎ চেবোল অম-মম থাগৎখি। অতৈদি কনা-কনা থাগৎখিবা নীংশিংদ্রে।

ঐগী চেবোল অদুগী পাউখুম ডিস্টিক্ট ম্যাজিস্ট্রেটনা পীবকখি - সবকাবনা নঙগী চেবোলদো খন্নবে, অদুবু নঙগী ৱাবোলদো যাবা ঙমদে, তৌবগীদি নঙগী ৱাবোলদো এড্ভাইজারি বোর্ডতা খন্ননবা লানখৎকনি। মী অতৈগী মতাংদসু চপ মান্নবা পাউখুম পীবকখি।

পি ডি এক্টতা কনাগুম্বা অমা ফাববদি ফাবিবদুগী অচুম-অবান যেংশিন্নবা থা অহুমগী মনুংদা এড্ভাইজারি বোর্ড অমা ফমগনি, মদুদা চে-চাংশিং পুথোক্নুনা খন্নগনি। মী অহুম্না শাবা বোর্ডনি, মসিগী চেযাবমেন্না থবক্তগী পোখাববা হাইকোর্টকী জজ্ অমনা ওইগনি। তশেংবদি মসি চেদা ফজহনবগী ৱাতনি। অযাম্বা মতমদা এডভাইজারি বোর্ডনা সবকাবগী থৌশিল অদো চুমই হায়না চেৎশিলহল্লম্বা ঙাক্তনি।

সবকাবগী পাউখুমদু ফংলবা মতুংদা মযাম্না হায়বদগী ঐবু পেবোলদা মতম খরা থাদোকপিযু হায়না চে অমা ইখি, মবমদি ঐগী মশা ৱাই শংদবী নুপী থা শুজিল্লক্লে। মদুগী পাউখুমসু থীন্দনা লাকখি - পেবোলদা নঙবু থাদোকপা হায়বদো সবকাবনা যাদ্রে, অদুমকপু অঙাং উন্নবদা চেকশিন থৌবাং লৌখৎনবা মেডিকেল টিম অমা মতম চানা থাগনি।

অদুবু সবকাবগী থৌশিলনি, পেনা শেল্লিঙৈদা শামুবৌ যৌবনা হাল্লি হায়দুনি। মার্চ অহুমগী নুমিদাং-ৱাইবম হকশেল লোযশঙগী এম্বুলেন্স অমা ঐখোযগীদা থুংলখি হায়, নর্স অমদি হিদাক-লাংথকসু যাওবকখি। অদুবু মখোযনা থুংলুবা মতমদদি ঐগী নুপী মচা নুপা অমা উন্নদুনা পোখাদুনা লৈবন্লে। পাউ অদু জেলাবনা ঐঙোন্দা পীববনি। অসুম্না ঐগী অহুমশুবা অঙাং সুব্রত ঐনা জেলদা লৈবিঙৈদা পোকখি। ষষ্ঠী নুমিৎকী নুমিদাংৱাইবম জেলাবনা পাউ থাবকখি, হায়বকখি, হৌজিক্তা থুংলবা পাউনি - ‘যূমদা পূং অনীহুম চৎলুবা যাগনি ইবুংঙো।’

পুলিশ অনীহুম্না শেন্নদুনা জিপ অমদা ঐ যূমদা চৎলুই। ঐনা অদুম হায়না লাক্কনি হায়বা খঙদবনিনা ষষ্ঠীদো পাংন-শানবা লোইশিল্লম্মে। অদু ওইবসু মহে মহে হবাওনৈ ঐবু থাদোবক্লে খন্দুনা। অদুবু হবাওবদো কুইহৌদে, ঐবু থাদোবকপা নত্তে, পূং অনীহুমগীদমক ঙাইহাক থাদোবকপনি খঙবদা মযামদো

হাযনীংঙাই লৈতনা অমুক নুংঙাইনখিদে। মৈনীং কুল্লিবী মঙোন্দদি কবি হাযনা থোক্লমগনি। অচাকপা মৈদা ঘি হৈজিনবগুম থোক্লমলোইদ্রা ? ঐসু থম্মোয নুংহিক্লনা জেলদা হল্লকখি।

হাযনা হাযনা এড্‌ভাইজাবি বোর্ড ফম্বগী মতম যৌশিল্লকখি, এপ্রিলগী থাযাইদা বোর্ড ফমগনি হাযবা তাবে। জেলাবনা মবক মবক্তা হাযবৈ - 'ইবুঙোগা ওজা অহন অনীগদি থাদোক্লবা যাইদা।'

মহাক্লা হাযবসি ঐখোয থবমখৈদি থাজে। সবকাবনা খন্নবিবা অদুগী মনিন-শামিন ফংদুনা হাযবা মাল্লি। অদুবু ঐখোযদদি থাদোক্লকপা যাই হাযবা পাউনীংখোল অদুনা হেন্না ৱাহল্লি, থাদোকপগী পূংজা ঙাইবদা পূক্লিং তংদাদে, তূম্ফম চাফম খঙদে। অদুগুম্বা পাউনীংখোল অদু তাদনা লৈবদুনা হেন্না নুংঙাই।

জেলাব অসি ফাদোক তাবিবশিংনা যাম্না কিনৈ, মীনুংশি খঙদে হাযনৈ, ফাদোকশিংবু তাথী-তাওইনা তৌই, মমিৎ-মমায খুমজিল্লগা ৱার্ডেন থাজিন্দুনা ফূহল্লি অসিনচিংবা কযানি হাযনবিবা। মিৎনা উবা যোম নিংথৌনি হাযনৈ। অদুবু কবিগুম্বদা মীনুংশি খঙবসু শাবা যাওই সিনেমা দ্রামাগী বেড়্‌কুম্না।

নোংমা নুমিদাংৱাইবম ইথা-থাজদনা জেলাব ফাওবকই। জেলাব অমগী ফুল দ্রেসতনি - খাকিগী হাফপেন্ট, খাকিগী হাফ শার্ট, থবাক্তা ক্রোশ-বেল্ট, মখোঙদা বুট, খুবোমদা খাকিগী অথাবা বেল্টনা মবৈ মবৈ, মখুৎতা লীচৈ - গপ্ গপ্ চঙলকই। ঐখোয মাগী মাগী কাদা চঙগদগী তৌনবা মতংনি, জমাদাব মোধুনা মাগী শো চবুনদো পাযদুনা থোঙ লোনশিনগদগী ঙাইদুনা লৈবি। অদুম হাযনা ফুল দ্রেসতা জেলাব অমুক্তা নিউজেলদা চঙলকখিদ্রি, নুমিৎ অদুনা অহানবনি। মযাম খন্নৈ, কবিবু কবি তৌববা জাৎনো। জেল হাযবসিদদি ঐখোযনা খল্লুদবা থৌদোক-ৱাথোক কযা খঙহৌদনা থোকই। শো চবুন পাযবিবা জমাদাব মোধুদা ওনশিন্দুনা হাযবকই - 'ঙাইখো ঙাইখো, থোঙ ঙাইহাক্তা লোনখিনু। মযামসু ঙাইহাক্তং মপান্দা লৈবিখো, কা মনুংদা চঙবিখিনু। যাম্না নুংঙাইতবা পাউ অমা লৈবে। অজ্ঞাদি, অজ্ঞা নন্দলালদি। অজ্ঞা অমুক্তা লেঙথোবকউ।'

অজ্ঞাবু কৌশিল্লগা মনাক্তা ফমহল্লি, হাযবকই মাযথোঙ যাম্না মকশিন্না - 'অজ্ঞাগী পাউনি, যাম্না নুংঙাইতবা পাউনি, হৌজিক্তা লাকপনি। সবকাবনা অজ্ঞাসে যাম্না শাথীনা ফত্তনা লৌবমাল্লে, ট্রান্সফাব চৎপা তাবে হাজাবিবাগ জেলদা।'

মতমদুদা লাক্ল-ফানবা খবা ৱাবা লালহৌবা নহাবোলশিংবু খবা হেন্না চৈবাক তৌনবা হাযদুনা হাজাবিবাগ জেলদা থাবা যাওই। হাজাবিবাগ জেল হাযবদি অযাম্বনা কিনৈ যাম্না থীনা থীনা ওৎলি হাযদুনা।

অজ্ঞা ট্রান্সফাব তৌবনি তাবদা মযাম শাথীনা নুংঙাইনদ্রে। ফবসু ফৎত্রসু ঐখোয মযাম হবাও-হবাও লৈমিন্নবি। হাজাবিবাগতা অজ্ঞাবু লাক্লবিগদবদো খল্লুবদা শ্বাই শ্বাই লাউই - অজ্ঞাগী মচিং মতাদুগা।

জেলাবনা মখা অমুক তাথবকই - 'ঐসু নুংঙাইতেকো অজ্ঞা, অদুবু ঐনা ঙম্বদি নত্তে। ফিবোল হোংদোকপিবো, ফিবোল পূম্নমক যোমশিনবিবো, কুইবিবনু, গেটতা গাডি ঙাইদুনা লৈবে এস্কোর্টকা লোযননা।'

অজ্ঞা প্রপ প্রপ মফি হোংদোকই। মযাম চঙদুনা অজ্ঞাগী মফি-মবোল যোমশিনবি।

জেলাবনা মখা অমুক তাথবকই - 'লোইবিবব্রা অজ্ঞা ? লোইবিবদি লেঙলসি।'

'যাবনি তাইবুঙো, লেঙলসি।' অজ্ঞানা খুমই।

জেলাব হন্দক্তি মাযথোঙ হঞ্জিল্লি, অজ্ঞাগী মথবাক্তা মখুৎ ঙাইহাক থল্লগা হাযবকই - 'মসিগী ব্রাহ্মণসে শাথীখ্রেদা, মথবাক্কী মিহুনসে কবিমতা চোংদে, কবিমতা পাখৎপগী খূদম উদে।'

অদুদগী অজ্ঞাবোমদা মুন্না যেংলগা নোকফেৎ নোকফেৎ হাযবকই - 'হৌজিকমক চৎপা তাবে অজ্ঞা - যূমদা। অজ্ঞাবু থাদোকপগী ওর্ডাব লাক্লে। থাদোক্তবা যাদ্রে, থাদোকপা যাদবগী মবম ঐ হাযজববোই, মযাম্না হেন্না খঙবিবমগনি।'

মযাম্না খন্নবা অদুমক থোক্লে। ঐখোয খুদিংমক্কী এবেস্ট ওর্ডাবদা ফাবগী মবম ওইনা পল্লি - তাং ৫/১১/৭০, ১৩/১২/৭০ অমসুং ১৬/১২/৭০ হাযবিবা নুমিৎ হুম্নি অসিদা পানগী জন্মস্থানদা পাঙথোকখিবা মব্দ ওইবা অবোনবা মিটিংদা নঙ যাওখি। মসি অকনবা চার্জনি। অদুবু অকোনবগী নুমিৎ নীনি অসিদদি অজ্ঞা নন্দলাল জেলদা লৈবি। হন্দক্কী অসিগী মমাঙদা অজ্ঞানা জেলদা লৈবিঙৈ মতাংদুনি। লাক্লিবা রাফমদি জেলদা লৈবিবা মীশক অমনা কবম হাযনা জেলগী মপান্দা মিটিং যাওগদৌবিবনো, নোংনীনি লৈবগা ফমগদৌবিবা এডভাইজাবি বোর্ডদা রাফম অসি পোপথোক্লবক্কনি। অজ্ঞা নন্দলালদা চার্জ তৌবিবসি অবানবনি হাযবা প্রমান তৌবনি। অদুনা বোর্ড ফমদ্রিঙৈদা অজ্ঞাবু থাদোক্তবা যাদবদগী থাদোকপনি।

নুমিৎ খবনি লৈবগা এডভাইজাবি বোর্ড ফমখি এপ্রিলগী থাযাযদা, গৌহাটি হাইকোর্টকী থবক্তগী পোত্থাববা জজ্ এস কে দত্ত কৌবা অমনা চেয্যাবমেন ওইদুনা, অতৈ মেম্বব অনীদুদি কনা কনানো কাউখ্রে। ঐখোযনা খনখি, জেলদা লৈবিঙৈদা মিটিং যাওবি হাযদুনা অজ্ঞা নন্দলালগী মথক্তা লান্না চার্জ তৌবদগী

মাবু থাদোক্তবা যাদদুনা থাদোকখিবা অসিনা খূদম ওইদুনা অতৈ ফামিন্নবিবশিং অসিগী মথক্তা চার্জ তৌবিবসিসু অবানবনি হায়না লৌবগা বোর্ডনা ঐখোয় পূন্নমকসু থাদোক্লবা বায় তাবমগনি। জেলাবনদি যাম্না থাজনা হায় - ইবুঙোগা ওজা অহন অনীগদি থাদোক্লবা যাইদা।

অদুবু বোর্ডতা লানখৎখিবা ঐখোয়গী চেবোল, বোর্ডকী মমাঙদা ঐখোয়বু অম-মমতা কৌদুনা ঐখোয়না হায়খিবা ৱাবোল লোইনা কবিমতা কান্নখিদে। মখোয়না তাগদবা বায় অদু অদুম তাবন্নগা চৎখি।

বোর্ডনা ঐখোয়বু থাদোক্লমদ্রবনিনা ঐখোয় পূক্লিং তং তাবে, চহীমুক্তি জেলদা লৈবনি। অদুনা ৱাখল চবাঙ-মবাঙনহন্দ্রে, ঐনা তৌবা যাবা ইথৌদা পূক্লিং চঙবনা ফবে খল্লে। মবক অসিদা গৌহাটি ইউনিভার্সিটিনা প্রি-ইউনিভার্সিটি অমদি বি এ পরীক্ষাগী চে থাজিল্লক্তুনা ঐবু খবদি অদুম চিলহল্লে। ওজা পিশক্কা সাহিত্যগী মবমদা নৈনৈ নুমিদাং খুদিং, কবিগুরুদা তাহল্লি ঐনা নৌনা ইবা শৈবেং, কবিগুরুদনা বাংলাগী অখন্নবা কবি খবগী অখন্নবা শৈবেং খবা ওজানা ঐবু হন্দোক্লবসু হায়। হন্দোক্লগা মঙোন্দা তাহল্লি। লাইবিক্তি জেলাবদা হায়খ্রগা সেন্ট্রেল লাইব্রেরী নৎত্রগা কোলেজদগী পুহল্লকই। অযুক খুদিংগী ওজা ইন্দ্রমনিনা জুভেনাইলগী অঙাংশিংগা হকচাং শাজেন তৌবদা ঐখোয়সু যাওই, মদুদা মতম লেনবতা নত্তনা হকচাংগী কান্নবসু ফংব্রা খল্লি।

ঐখোয় মযামগী মেস চলাইবগী থবক অসিসু ঐঙোন্দা অযাম্বা মতমদা শিন্নে। মসিসু মতম লেনবদা নুংঙাইবা অমনি। অতৈনা মেস মেনেজর ওইবদি থাখায় অমদি ইনশাং হাওই, মথংগী থাখায় অদুদি হৱাইগা ইবোম্বগতা। ঐনা ওইবগনা থাবুমদুমা চাংচৎ অমদা অদুম হাওহল্লি। মদুগী প্লান তৌবসু থবক অমনি। প্লানগী মতুং ইন্না চিফ ৱার্ডেনদা অদু লৈবিবকউ, অদা লৈবিবকউ হায়খিগদৌবিবনি। খবা লৈবগদি লৌশিং অমা তৌবে, কৈথেলদগী লৈবকপা যেন হাতমশিংদুদগী অনী-হুম অনী-হুম তৌদুনা লৌথোক্লগা যোকপা হৌবে। যেনশিংদুনা মপূং ফাবক্লগা মকুম কোক্লে, মকুমশিংদু থমজিল্লগা নোংফাদোক চবা নোংখন্নবে। জেল মনুংদা যেন লোইবসিদি কবিমতা ৱাদে, চেকপন্না কোয়খা খাজিল্লগা লৈবনিনা মীনসু হুবানদ্রে।

মবক মবক্তা যুম যুমদগী ইমুং মনুংগী মীশিংনা থাখায় খুদিংগী উন্নবা লাকপদা ঙা-চাক পুবকপসু যাওই। নুমিৎ অদুমদি মশানা অদুম ইনশাং হাউবে। কাংগী মতমদা উৎসোবকী চাক-ইনশাং, খেচ্রিনচিংবসু থিল্লকপা যাওই। চাব-থকপগীদি কবিসু ৱাদে হায়বা যাই।

তশেংনা হাযবা তাববদি ঐখোযনা লৈবিবদো থোইনা ব্রানীংঙাই ওইদে, মযাম ব্রা ব্রা তৌদুনা লৈবনিনা মতম হৌখিবা খঙহৌদে। নুংঙাইতবা হাযববু যূমগী ব্রাখল খল্লুবগনি। মখোযদুবু কমদৌনা লৈবমগদে হাযবা ব্রাখলনা মবক মবক্তা উংদুনা লৈহনবদি যাওই। মপানগী সংসাব উনীংবগী ঈখৌবাংবসু হেক হেক পোকই।

তৌবগীদি জেল মনুং অসিসু তাইবং অমনি - নোংমা কাংদনা থৌদোক অমা নৎত্রগা অমা অদুম থোকই, মী অমা থোকখ্রগা অমমুক চঙলকই। জেল মনুংদা হূবানচীঙ্খীসু অদুম তৌই। জুভেনাইলশিংগীনা অতোপ্পা তাইবং অমনি। নেংঙানবগা অমা নৎত্রগা অমনা পাউ তল্লে - 'পাবুং ঙবাংদি অনৌবা হিবো শাবা অমা ফৃগাযখ্রে, মমায-মমিৎ মনাতোন পূমতোই, ঈনা পূমঙাং।'

জেলদা অনৌবা চঙলকপশিং খবা নহা ওইববদি মবাইবক থীবে। হান্না লৈবম্বশিংনা নুমিদাং ফৃগাযদুনা লাক্লগদৌবিবনি, তুংদা লম হেন্দনবা। পোকেটমাবদগী হৌনা মীগী মচানুপী ফাব্বা, হূবানচীঙ্খী তৌকবা, মী হাৎলুবা-অমত্তা লেম্লা থাদে। মফি-মবোল অফবা যাওবক্লগদি মযাম্লা ব্রাযদুনা শেৎকদৌবিবনি, - পীদ-লাক্তবা যাপোৎ নত্তে। কনাগুম্বা অমগী কোর্টতা পুথোকপগী নুমিৎ তাববদি অযুক অঙনবদগী মকে শেমগদৌবিবনি, মমান্নবশিংগী খ্বাইদগী ফজবা ফিবোল শেৎতুনা চৎখিগদৌবিবনি। কবিগুম্বদা জামিন ফংলকপা তাবগদি হাযবগদৌবিবনি - 'পাবুং চৎলুখিগে।'

'কবিগীনো নঙনা চৎলুখিগে হার্যবিদি, অমুক হল্লক্কদৌবিব্রা ?'

নোকফেৎ তৌবম্লগা চৎখিগদৌবিবনি। কুইদে, তবানি থা মখাযমুক লৈবগা অমুক হেক্তা চঙলকই। মযূমদা চৎলুবা চৎলুদব্রা খঙপোৎ নত্তে। তোযনা চৎথোক-চৎশিন তৌবদগী অঙাং খবদি জেল মনুংদা মী অনৌবা ওইনা থোক্লে। যাইমা, সনাযাইমা, ইবোহনবী, তোম্বী, নেতা, মণি - মখোযগীদি চহী অমদা থা তকক্লা জেলদা থা তকক্লা মপান্দা মযূম্লি। জাৎ জাৎনি মখোযগী ব্রাবী। সনাযাইনা লীবনি - 'জোনস্টোন স্কুলগী হেডমাস্টব ওজা কালাচান্দ শাস্ত্রীনা ব্যাঙ্কতগী লুপা লিশিং মঙা কাযথোক্লগা লাকপদা ঐখোযনা মাগী ব্যাগ অদো তুংলোমদগী মুনবদা মানা তৌবদুদি, খংপ্রেক খংদুনা পাখৎপোই কবিবোই 'হাই হাই' হাযনা লাউদুনা লৈহৌবদুদি ।'

যাইমা হাযবদুনা খবা হেন্না শাথীবা মাল্লি। মানা লীবনি - 'নোংমা শিংজমৈদা বস অমদা কাখৎলি। লৈশাবীমচা অমগা মমাগা মমাঙগী সীটতা ফমদুনা লৈবম্মী। মানা মখোযদা ব্রাবী শাজল্লি। বাজাব যৌবগা গাডিদগী কূমথবদা নুপীমচা অদু খংপ্রেক খঙই, মাগী মখুৎতা শিবা সনাখূদোপ অদো যাওবমদ্রে।

কবম হায়না তৌবিবনো গাড়িগী সীট মখাদকা তাব্রা যেংবিযু হায়বল্লগা তাঞ্জা যেংদুনা অদুম নাম্থোবক্লে। ঐদি তাঞ্জা চাদ্রদি অসিগুম্বা মতাংদা মকোক্তা শূদৎলগা পঙথহনবা যাওবিবনি।'

মাওবোমদগী পি ডি এক্টতা ফাদুনা মী অহুম লাকখি। মখোযসু ঐখোযগা মতম খবা নিউ জেলদা লৈমিন্নখি। নোংমা মখোযগী মবক্তগী খ্বাইদগী অহন ওইবা চাংমাইখোনা নেতা কৌবা অঙাংদুগা ৱাবী শান্নবদা হায - 'ইবুঙো নখোয়না পোকেটমাব তৌবিসে কবম হায়না তৌবনো ঐঙোন্দা অমুক্তা তাকউনে।'

'তাকচগে ওজাবু তাঞ্জা চাবা অমদা।'

নোংম-নীনি লৈবগা অহনদুগা নেতাগা নুমিদাং-ৱাইবম লম্পাক্কী অবোযবদা ৱাকিং চৎমিন্নে। লম্পাক অদু বাউণ্ড অনীহুম্লক কোযবগা নেতানা অহনদুদা হায - 'ওজাবু ওজাগী ফুবিৎখাউদা হাপ্লা লুপা মঙাচপ্পীদো যাওবিব্রা যেংবিযু।'

অহন অদো পূমঙক ঙকখি কবম হায়না শৎখিবনো খঙহৌদে।

'ওজা, অসিনিদো ঐখোযনা তৌজবিবসি।'

মশক-মতৌ ফজবা মশা নানবা নেতানা হায - 'অদুম হায়ননিদো ঐখোযনা শান্নবিবা লীলাসে। ঐখোযনা শান্নবিবা লীলাসিদি মণিপুব খক্তদা নত্তে, কোহিমা ডিমাপুব গৌহাটি শিলোং মযাম অসি থুংননি। পৈশা তানবদি মপান্দনা হেন্না নুংঙাই, অদুবু কবিগুম্বদা পুলিশনা ফাবা থোক্লবদি যাম্না থীনা থীনা ফূই, মখোযগী পুলিশশিংদো যাম্না ফত্তে। মণিপুব পুলিশতি ফাবসু ফূবিদে, মতৌ মালহল্লগা তোকই, মখোযদা পৈশা খবা খাইবিখ্রগা লোইবে, বাজাবদা তাবা পুলিশশিংদি অযাম্বা খঙনৈ।'

অসুম হায়না অঙাংশিংদুগী মতৌ খবা যেং, মখোযগী ৱাবী খবা তা, মতমসে অসুম অসুম হৌখিবা খঙহৌদে। ওল্ড জেলদা লৈবা ফাদোকশিংগদি ঐখোয পংউ উন্নদে, লালহৌবগা মবী লৈননবা ফাবকপা নহাবোলশিং অদুগসু। মখোযগা উন্নবা হাযববু জেল মনুংদা ঈশৈ-নোংমাই তৌববা লীলা-ফালা তৌববা অদুগুম্বা মতাং অদুদতনি। হোয, জেল মনুংদা কুম্মৈ তৌই মবক মবক্তা। অদুগুম্বা কুম্মৈ অদুদি ওল্ড জেলদতা তৌই। ঐখোযবু অখন্নবা ভাবোক ওইনা বার্তোন তৌবকই, ঐখোযগীদমক চৌকি-কাসু থৌবাং তৌদুনা থল্লম্মী। অদুগুম্বা কুম্মৈ-নোংমাই তৌবদি জেল মনুং যাম্না চেকশিল্লি, কুম্মৈ তৌনবা চঙলক্লিবা মীওইশিংদুগী খূদাংদা জেলগী সিল অম-মম নমই, থোকখিবা মতমদা সীল অদু যেংলগা থাদোকখিদোবিবা। অদুবু অদুক কন্না চেকশিনখ্রবা জেল মনুংদুদগী মবক মবক্তা কন্না কন্নাগুম্বশিং চেনখিবসু যাওবিবনি।

তোম্বনা ৱাবী তৌবনি - 'ওজা অহন অহুম্না লৈবিবিবা কা অসিমক্তদগী অদুঙৈ লালহৌবা নহাবোল অমা চেনখিবদো।'

থৌদোক অদু খববদা ঐখোয পাখি। ঐখোযনা লৈবিবা কাদু চেকপন খবা নকই। লালহৌবা নহাদু কাদুদা মতোমতা লৈবা ওইবমাল্লে। কা মনুংদা লৈবগা খোঙহাম্ফম কা অদুগী লৈমাযদু তৌখাযবগা নুমিৎ খুদিংগী তপ্না তপ্না হোংথদুনা শুরুং মচা অমা তৌবগা চেকপল মখা ফাওদুনা নম্বুল তুবেলগী খোঙবান যৌথিবা ওইবমাল্লে, অদুদগী অহিঙদুদা শ্বাই। থৌদোক অদুগী মতুংদগীদি চেকপল মখোঙ-কাদো যাম্না থানা পাক্কা চনশিনখ্রে, কা মনুংগী লৈমাযসু।

নোংমদি পাউ অমা ৱা-ৱা শন্দোবকই, - পাহাডীদো থাদোক্লনি হাযবে। মযাম হবাওনৈ। ফনা কুইববনি নোংমাইথেম পাহাডীনা জেলদা লৈবক্লিবসে। মসিগী মমাঙদা লালহৌবগী চার্জদা আগবতলা জেলদসু ফনা কুইনা লৈরুববনি। লৈবাক শীনথুংনা ফাওবা শৈশকপনিনা মাবু থাদোক্লগনি তাবদা জেলদা লৈবা মীপূম খুদিংমক হবাওনৈ।

অযুক অদো নিউ জেলদা চঙলক্লগা ঐখোযগা চা থকমিন্নদুনা ঙাইহাক ৱাবী-ৱাতাই শান্নবগা ঐখোযদগী বিদায লৌদুনা মাযথোঙ মকাবাম্না থোর্কখি পাহাডী। মতম কুইনগী মতুংদা মযূমদা মতৃ-মচাশিংগা লৈমিন্নরুবনি, মযূমগী চাক চারুবনি। অসিদগী হেন্না নুংঙাইবা কদাযদা লৈগদগে ?

অদুগদি পূং তবাগী অদুৱাইদা যাম্না নুংঙাইতবা পাউদো লাকখি। জেলদগী থাদোবক্লনি হাযদুনা মতৃ-মচাশিংনা গাডি পুবক্লনা মাবু অযুক ঙন্তাদগী ঙাইদুনা লৈবখি। অদুবু জেলদগী থাদোক্লে হাযদুনা হবাও-হবাও থোকখ্রগা মতৃ-মচাগী মনাক যৌনীং-যৌফাত্তনা জেলগী থোঙ্গাম্দগী মাবু অতোপ্পা কেস অমগা মবী লৈননা ফাদুনা পুশিল্লকখি। কযাতা নুংঙাইতবা থৌদোক্লো। ঐখোযদা অসিগুম্বসি থোক্লব্দি ৱাম্হুনি।

হাযনা হাযনা ঐখোযগীসু পালি যৌবকখি। নোংমা অযুক ঙন্তা ইথা-থাজদনা জেলাব সাহেব ফুল ড্রেসতা মাগী লীচৈ মতেক অদু পাযদুনা ফাওবকই। মযাম কবিনো কবিনো অমদি থোক্লবনি খন্নৈ। মাগী হৌনবী শাশিন্নবা নোকমি নোকমিদুগা হাযবৈ - 'মযাম্বু চা থক্লবিবৱা, ঙসিদি ঐ মযামগা চা থকমিন্নগে হাযদুনা লাকচবিবনি।' মযাম খন্নৈ, চা থকমিন্নবগীদমক্তদি মহাক অদুক ঙন্না লাক্লোই, মনুংদা কবিনো ৱা অমদি ফুমদুনা লৈবমগনি। কবি দ্রামানো মহাক্লা শান্নগদৌবিবসে ?

ঙাইহাক লৈবগা চা থক্ল-থক্লা জুভেনাইলগী অঙাংশিংদো কৌবগা হাযবকই - 'অঙাংশা, ওজা অহুমগী ফিবোলশিংদো যোমশিনবিবো, ওজা পিশক ওজা ইন্দ্রমণি অদুগা ইবুঙো কুঞ্জমোহনগী।'

ঐখোয হাইফেৎ ঙকচানৈ। ঙাইহাক লৈবগা মখা তাথবকই - 'ঙবাং পাউ লাকপদো ফনা থেঙলে, নুমিদাং অদু তূম্বা যাববোই হাযদুনা ঐ লাকচদ্রবা। নুংঙাইজবে ঙসিদগীদি যূমগী চাক-ঈশিং হাবিরুবো।'

ম্যাগীসিবু অওইব্রা ফাগিবা ঐখোয ভাব তাদে। তাঞ্জাদুদা আকাশবাণী ইম্ফালগী অযূক পূং তবেৎ-মখাযগী পাউদো পাথোবকই - 'ইম্ফাল সেন্ট্রেল জেলদা পি ডি এক্টতা ফাদুনা লৈবকখিবা মীশক অহুম ঙসি সবকাবনা থাদোকখ্রে, মীশক অহুম অদুদি ।'

নুমিৎ অদো ১৯৭১ গী আগস্ট ১৩ নি। ঐখোযবু ফাবগী থা তরুক-মখাযবোম মতুংদনি।



পুন্সিগী শাংলবা খোঙচৎ অসিদা থৌদোক-হ্নাথোক কয়া থেংনরকখ্রে অচৌবসু মচাসু, উরকখ্রে অওনবা কয়া। মতমগী য়াওলনা পুরকখিব্রা ঙাক্লনি। লম্মিং-তুমিং কয়া হোংখ্রে, তু-খোঙ কয়া যুনখ্রে, চিকমাওনখ্রে চিংমান কয়া। উশিখ্রে মচু মচুগী পোকী-চেক্লা কয়া, অখিখ্রে মখোয়গী মুংশিরবা চৈশোল। কদায়দবু চংখ্রবা তোংগানবী তুনচনবী চরেহিনা, মাগী কৈতু খোঙ্খ্রেলদা মিংকপ খোকখিবনি খোঙ্খ্রেন তুঅখুনদগী অদুংঙৈ। [illegible] অদুনা কদায়দবু পাইখ্রবা ? কুহিরেদকো উখিদবা [illegible] থিংথিং লাউবী চেক্লা খঙ্রাংচক্লা শুমাঙদা জগোই শাবদো।

চহী চক্লা [illegible] ঈশিংনা নিক্নিক্ লাউনা লৈরম্বা ঐখোয় লৈকাইগী খোং অদুনা কনাগী করম্বা [illegible] লৈজক্লা [illegible]বা। মাগী লাইজ-ঈবোম্নুংদা নীংখা তম্না শান্নজরম্বা লেখ্রে-[illegible] কদায়দা [illegible], [illegible] মোইথেম তৌদুনা কদায়দবু পুবিখ্রবা? ব্রম্নাক অমদি নুংফৌগী ঈতিনফম্নদা মশা শ্রিংনানবী নাওবীশিংনা ফুংফুং ফাওগংলক্তুনা মন উংলম্বদো হৌখ্রব্রাবী ওইখ্রেকো।

তাইবং-[illegible] মিংমায় হেক পাঙবদগী য়াচংলমদাই যৌবক্রবা পুন্সিগী শাংলবা খোঙচৎ অসিদা পলেম-পম্প্রৈ ওইনা, শাগে-নাতে, মরী-মতা ওইনা, মরূপ মপিঙ্গা [illegible] ওইনা [illegible]খিবা, শান্নমিন্নবকখিবা, নোকমিন্নবকখিবা, শাউনবকখিবা, কপ্নমিন্নরকখিবা, হ্নায়োমিন্নরকখিবা, ওইনমিন্নরকখিবা মখোয় অদুনা কদায় কদায়দা মাঙখ্রবা, কদায় কদায়দা চংনখ্রবা? নীংশিংলুবদা নুংহিক্লরকই থম্মোয়সে, ঈহৌবকই মিংলু ঙবা।

সুকউ উমখিদববুদি নত্তে, মরক মরক্তা উয়ে খোঙ্খ্রেন মঙালানচাদা, ঐবু কাইহৌবে, হায়বে - ঐখোয়বু কাউরবা। কাউদে। কাউদবদুননি ঙসি খোর্জৈ খুত্না পায়রিবা, ইবিবা নখোয় ময়ামগা পুন্সি ঙোঙচংতা খোঙবু ওইমিন্নখিবগী ব্রাবী। অদুবু অকাউবগী লৈচিন-নোংফাই মবক্তা লাপ্না লৈখিবা কয়া য়াওবনা মখোয়গী ব্রাবী খবদি চিথ-নাম্বহৌবা য়াই। মদুগীদমক্তদি ঐবু ঙাকপিগনি।